# হাওদেজাম্বা চৈতন্য সিংহগী

## লাইরিকশিং পুনশিনবা

রাজকুমার শ্রীস্নাহল সিংহ
বি-কম্না
সম্পাদন তৌজবা।

# হাওদৈজাম্বা চৈতন্য সিংহগী

## লাইহিরিকশিং পুনশিনবা


রাজকুমার শ্রীসনাহল সিংহ

বি-কমনা

সম্পাদন তৌজবা।

# HAODEIJAMBA CHAITANYA SINGHAGI LAIRIKSHING PUNSHINBA:

## Complete Works of Haodeijamba Chaitanya

অহানবা ফোঙ্‌বা
১৯৮২ ইং

শ্রীমতি রাহেংবম নিঙোল
ইবেমচা দেবীনা
রাজকুমার পল্লিকেসনস্‌কী ওইনা
থাংমৈবন্দ, খোয়াথোং; ইম্ফাল, মণিপুরদা
ফোঙ্‌জবা।

গীতা প্রিন্টরস্‌, লায়ার কৈশামপাৎ,
ইম্ফালদা ছাপা তৌবা।

Rs 5 5 - 1
মমল লুপা ৫৫'০০

# হাওদৈজাম্বা চৈতন্য সিংহগী

## লাইরিকশিং পুনশিনবা

## ৱাহৌদোক

অনৌবা যুগকী মণিপুরী সাহিত্যগী লমম্বানবা হাওদৈজাম্বা চৈতন্য সিংহগী মমিং তারমলোইদবনা অম্বাম্বনি। মহাকী অপোকপগী মমিং গোকুল সিংহ অফে পলান্দো সিংহ কৌই। হাওদৈজাম্বা চৈতন্যবু মপা পোকপা মবুধো অহু মহারাজ গম্ভীরসিংহ সনা হাকথক্তগী হৌনা নিংথৌরোন অহুম শেলুংবা ওইরমই। হাওদৈজাম্ববু পোকপা গোকুল সিংহ অসিবু মহারাজ চন্দ্রকীর্ত্তি সিংহনা মতম অত্তুগী আসামগী চিফ কমিসনার কর্ণেল কিটিঞ্জগী শাৱারী ওইনা শিলংদা থারমই অমসুং শিলংদা চহি তরামঙা সার্ভিস তৌহুনা লৈরমই। শিলংদা লৈরিঙৈ মতম অসিদা হাওদৈজাম্বা চৈতন্য শিলংদা পোকই। অঙাং ওইরিঙৈদা হাওদৈজাম্বা চৈতন্য সিংহ শিলং মিশন স্কুলদা লাইরিক তম্লমই। মহাক বাংলা, ইংরেজী অমসুং হিন্দুস্থানী হৈরমই। চহি তরামঙা আসাম সরকারগী মথাদা থবক তৌরবা মতুংদা মহাকপু পোকপা মপা গোকুলসিংহ মচা নিপাগা লোইননা শিলং থাদোক্তুনা মণিপুরদা থোরকখি অমসুং মপা-মপুগী লৈকম কৈশামপাৎ লৈমজম লৈকাইদা লৈখি।

মণিপুরদা থোরক্লগা চৈতন্য মহারাজ দেবেন্দ্র সিংহ ঢাকাতাবগী মচা নুপী থাবলম্না রাজকুমারীনা পোকপা মচা নুপী ইবেমহল দেবীবু লুহোংহুনা লৌরমই।

মণিপুরগা বৃটিশকা থেংনখিবা লান্নাও অহুগী হতুংদা হাওদৈজাম্বা চৈতন্য সিংহ ইং কুমজা ১৮৯১ ইংদগী চহি অনি কাছাড় মণিপুর লম্বীগী পোষ্টেল অভরসিয়ার ওইরমই। মথংদা মহাক ষ্টেট অফিসতা তহশীলদার ক্লার্ক ওইনা ইং কুমজা ১৮৯৫ ফাওবা থবক তৌরমই। হায়রিবা চহি অসিদা মহারাজ সুরচন্দ্র সিংহগী মচা ইবেম্বা বড়সাহেব ওংবী সনাতোম্বীগী হান্নগী নিপা নোংমাইথেম মনিকচান্দ সিংহনা বড় সাহেব মেজর ম্যাক্সওয়েলদা মুগী মমল লুপা চনি হনবিরে। কায়না ইংরেজীদা চিঠি অসি হাওদৈজাম্বা চৈতন্যনা ইবনি হায়বা খঙলতুনা বড়সাহেবনা মহাকপু যম্না খিনা চৈরমই, মহাক্কী অচেংবা য়েংতুনা লৈরমই। চহী তহুমলোমগী মমাংদা হাওদৈজাম্বনা পোষ্টেল অভরসিয়ার ওইরিঙেদা মহাকা অতোপ্পা পোষ্টেল অভরসিয়ার অনিগনা লংকৈ চংবা নিপা থরবু রাগী থোং অহাইবী য়েন্নামত তৌবদা নমতুনা শিজিন্নে হায়বা মরাল শীজিন্দুনা ১৮৯৫ ইং অসিমক্তদা শীরবা মরাল অসি লাল্লি চুমই হায়বা ইথি থিজিন্দনা মেজর ম্যাক্সওয়েল বড় সাহেবনা হাওদৈজাম্বা চৈতন্য সিংহবু সরকারগী থবক্তুগী লৌথোকখি।

১৮৯৩ ইংদা এ, পোর্টিয়স ( A. Porteous ) না মণিপুরগী পলিটিকেল এজেন্ট অমসুং ষ্টেটকী সুপারিনটেণ্ডেন্ট ওইবা মতমদা মহাকপু বড়সাহেব অসিনা মৈতৈময়েক্তা ইবা থুংই-লাইরিক থোমজিনহনবগী থবক তৌহল্লমই। মতাং অসিদা নিংশিংবা য়াবা রাকমদি হান্না বড়সাহেব ওইরম্বা মেজর ম্যাক্সওয়েল অহু কর্ণেল ম্যাক্সওয়েল ওইনা ১৮৯৯ ইংদা অমুক হন্না মণিপুর পলিটিকেল এজেন্ট অমসুং সুপারিনটেণ্ডেন্ট ওইখি। মহাক্না হাওদৈজাম্বা চৈতন্য সিংহবু চহোল অমা কাজিন্দুনা থমহল্লমই। বড় সাহেব অসিনা মহাকপু

মণিপুরগী মপান্দা তাম্থোক্লমই। চহি খরা লেপ্না ১৯০৫ ইংদা মণিপুরী খরনা বড়সাহেবকা সনাতোম্বীগা লৈনবা মরী অমি পন্দুনা মতম অদুগী ভাইসরোয় কর্জনদা কর্ণেল ম্যাক্সওয়েলগী মথক্তা রাকখলকই। রাকখপা অসিনা মরম ওইদুনা হায়রিবা চহি অসি মরুদা কার্নেল ম্যাক্সওয়েলবু মণিপুরগী ট্রান্সফর তৌখি। মহাক্কী মথংদা কর্ণেল সেক্সপিয়ার ( Col Shakespear ) না মণিপুরগী পলিটিকেল এজেন্ট অমসুং সুপারিনটেণ্ডেন্ট ওইরমই। হন্দক্কী বড়সাহেব অসিনা হাওবেজাম্বা চৈতন্য সিংহবু মণিপুরদা থোরকপা থাহল্লমই অমসুং মহাকপু ষ্টেট হিল অফিসতা কেরানী হাপ্লিরমই. মথংদা মহাক চহি মঙা তঙ্গীগদারগী কেরানী ওইরমই। অদুদগী চহি খরা লৌক্রুংশংগী অশোয়বা থবক থরদং চেন্নদুনা থবক্তগী পোৎথাদুনা লৈরমই। ১৯১৫ ইংদা মণিপুরদা অকনবা অন্দোলন অমা হৌরমই। মতম অসিদা কর্ণেল কোল ( Col Coll ) না মণিপুরগী পলিটিকেল এজেন্ট অমসুং সুপারিনটেণ্ডেন্ট ওইরমই। আন্দোলন অদু অমুক্কী মতিক কল্লমই মদুসি থা থরদি সরকারগী থবক নিংখিনা চৎথবা য়ারমদে। হন্দক্কী পোৎথাংগী আন্দোলন অসি হাওবেজাম্বা চৈতন্য ইনশিনবা য়াওই হায়দুনা মণিপুরদা লৈহনবা য়াবা নীংশক নাও, মণিপুরগী মপান্দা থাদোকখিবনা মণিপুরগী অফবা ওইগনি খন্দুনা পলিটিকেল এজেন্ট কর্ণেল কোল সাহেবনা হাওবেজাম্বা চৈতন্য সিংহবু ১৯১৫ ইংগী এপ্রিলগী তাং ১৯ দা হুকুম অমা থোক্লুনা মণিপুরগী মপান্দা তাম্থোকলমই। তাম্থোকখিবগী নোটিশ অদুমক্তি অসিনি—

"মহামহিম শ্রীল শ্রীযুক্ত মণিপুর পোলিটিকেল এজেণ্ট সাহেব বাহাদুরগী হুকুম – সাং সেগাকখিদা লৈবা শ্রীহাওবেজম চৈতন্য সিংদা থংহনখি নংনা ওসিদগী হৌদুনা থা অমগী মনুংদা মণিপুর

খাদোক্লুনা চৎলে। ঙসিদগী হোহুনা থা অমগী মতুংদগী নং মণিপুরদা লৈবা য়াগে। ইতি ১৯।৪।১৫ ইং।” চহি অসিগী এপ্রিল থাগী তাং ২৫ দা হাওদেজাম্বা চৈতনানা পলিটিকেল এজেণ্ট সাহেবতা মতাঙ্কী য়াকম অসি অমুক্কা হন্না থম্বিনবা দরখাস্ত অমা থারমই। হায়রিবা হাওদেজাম্বা চৈতন্য অসি সরকারগী থবক্তগী লৌথোকখিবা মীশক্নি, মণিপুরদগী তান্থোক-লুরবানি, পোৎথাংগা আন্দোলনদা মরুওইবা শরুক য়াখিবনি, অদুগীমু মংক্রু মগাকপু পোকপা মপা অদু মণিপুর ষ্টেটকী প্রজা মশাদি ওইরবসু মশাগী শিলংদা পোকপা মরম্না বৃটিশকী প্রজানি হায়দুনা হাওদেজাম্বা চৈতন্যনা মণিপুরদা খোঙ্গক্লবা হায়জবা অদু য়াখিদ্রে। হাওদেজাম্বা হুকুম নতুং ইন্না মণিপুর খাদোক্লুনা চৎখ্রে, কাছাড়গী এজুরাসে, রংপুরদা লৈরমই। মহাক্না চহি অসিগী জুনগী তাং ৩০ দা শিলচরদগী শিলংদা লৈবা আসামগী চিফ কমিশনারদা মতম খুন্নমক পুগাইনা ইদুনা মণিপুরদা লৈবা য়ানবা দরখাস্ত থারমই। মদু য়ারকখি নত্রগা য়ারকখিদে হায়বা মরোলদি ফংনদ্রে।

হাওদেজাম্বা চৈতন্যগী ইমুংদা মহাক মশা অমসুং নুপী থারগা মী ত্রেং চারমই। অঙ্গম ওইরক্লবা মতমদা মহাক লুতাও চাকপা লাইনা অমসুং হংবা নংনা য়ানা মতম লেনখি। মহাক অসিবু মণিপুরগী পলিটিকেল এজেণ্ট ওইরম্বা পোটিয়াস, মণিপুর রাজ ষ্টেট কচ্চরীগী সুপারিনটেণ্ডেণ্ট অসিবু মণিপুরগী পলিটিকেল ওইরম্বা বাবু রামাচরণ মুখার্জি, ডিপুটি মাজিষ্ট্রেট অমসুং ডিপুটি কলেক্টর ওইরম্বা ফৈজুদ্দিন মহম্মদ সাব ডিপুটি কলেক্টর আবদুল রাহেদ অমসুং মণিপুর ষ্টেট দরবারগী ভাইস-প্রেসিডেণ্ট ডব্লিউ কোসগ্রেভ ( W A. Cosgrave ) না মহাকপু থবক্তা হৈশিংবা

মথৌ থওবা, হায়বা ইনবা মীশক্তি হায়না মঙোন্দা অইবা থাগৎ-চে পিরমই।

মথক্তা মণিপুরী সাহিত্যগী লমথানবা হাওদৈজাম্বা চৈতন্যগী পুন্সি রারী মতেক অমা পিজগে। হৌজিক হাওদৈজাম্বা অমসুং মণিপুরী সাহিত্যগী মরমদা থরদং নৈনজগে।

মণিপুরী লোন্দা ইবা লাইরিক ইহানহান্না ছাপা তৌদুনা পুথোক্লম্বা অসি হাওদৈজাম্বা চৈতন্য সিংহনি। "মণিপুরের ইতি-হাস" ১৮৯০ ইংদা কলিকাতা বাপটিষ্ট মিশন প্রেসতা নম্নগা মণিপুরগী পলিটিকেল এজেন্টনা কোওখি। লাইরিক অসিগী মথুমদা লাইরিক লেংবগী মমিং থারমত্রে। অদুবু মতম অদুদা লাইরিক অসি ইরমবা মীশক্তি হাওদৈজাম্বা চৈতন্য ওইগনি হায়নৈ। মণিপুরের ইতিহাসতগী মতেক অমা লৌখত্লনা য়েংসি—

"অদুদগী চহি কুমসিও মঙা নিংথৌ ওঈরবদা মমাওঙৈদা ঙাক্লনখিবা,

চৌরজিৎ মহারাজগা শ্রীমারজিৎ যুবরাজগা অনিমকন হাইনখিবা চহি মঙা মঙা নিংথৌ ওঈনসি হাইখিবা অদু চহি কুমসিও সুরে অদুনা য়াম্নুং কুমবিরোঃ ঐ নিংথৌ ওঈরগে হাইদুনা শ্রীমারজিৎ যুবরাজনা হাইরবদা শ্রীযুক্ত চৌরজিৎ মহারাজনা হাই থর ঙাইথো অতোন অন্নুম হাইবা রাঃ অদু তারবদা শ্রীমারজিৎ যুব-রাজনা মবুকতা য়াদরদুনা খুং য়াম্না থোমলেঃ অদুদগী নিংথৌ সেমলেঃ অন্নুম তৌনা হৌজ অহমলক সুরবদা অকোনবদদি থুরৈংবন্দা ভেংগোন সাদুনা মুমিং ভরেংনী লৈরেঃ অদুদগী নোংমা শ্রীমারজিৎ যুবরাজনা সগোন তোংদুনা মথুত্তা তা পাইদুনা কোমুং চঙলকলেঃ অদুদা মি অমত্তা ন মাঙদা লেপ্পা ঙমদরদুনা শ্রীযুক্ত চৌরজিৎ মহারাজানা মমুং কাওজেঃবুঙদা থাও হাইদুনা লৈরেঃ অদুদা শ্রীমারজিৎ যুবরাজনা তা হুক হুক লৈঃরদুনা

হনজিনখরে অহুদা শ্রীযুক্ত চৌরজিং মহারাজনা থাওনা খং খত্তোক-তুনা সাগোন চুপলি রাস্থংলেঃ অহুদা সাগোন সমাই হুরু লৈরেঃ সামাই হেকলৈংবা অহমক্তা শ্রীযুক্ত চৌরজিং মহারাজাগী মনাঙ্গ শ্রীললাম্বা শ্রীথাংরোন অনিমকনা শ্রীমারজিং যুবরাজগী নিঙহুদা তানা খিন্দুনা অহুমনা মচেনখরেঃ অহুদগী ময়াংখৌনা চেনখরে।"

হাওদৈজাম্বা চৈতন্য সিংহনা ১৯০২ ইংদা "তক্কেল ঙম্বা" (History of the war between Garib Nawaz Maharajah f Manipur and the Tipperahs and Burmese) হায়বা লাইরিক অমা শ্রীহট্ট ক্রনিকল প্রেসতা শ্রীচারুচন্দ্র ঘোষনা ছাপা তৌহনা ফোঙলমই। মমল সিকি অহুম নি। হাওদৈজাম্বা চৈতন্য সিংহনা মহাক্কী লাইরিক অসিগী য়াহৌদোক্তা অস্তুম্না ইরি- "নিংথেম ৺গরিবনরাজ স্না হাকৃতক্তা ঙরা তক্কেলবু লাল সোকনবা ঙমহৌবা অহুগি য়ারমবু কোরবেক অসিদা ইরি। লাইবিক কোরবেক অসিদি ননাই ঐনা লেংবা মত্তে। হাইখরিবা নিংথেম অসিগি স্না হাক্তক্তা লেংখিবা খুন্নুং লোম্লি। মরম অহুনা রা থৈনৈ লাইহুনা পাবিরিবা গুরুসিংনা মনাই ঐবু তাথিবা ওইবিগনু। তক্কেলঙম্বা হায়বা কোরবেক অসি মণিপুর স্না লৈপাক্তা উজিক ফাউবা কনাগুম্বদস্নু লৈরি অমস্নুং মনাই ঐনা মণিপুরগি রাজ আফিসতস্তঃ মৈতৈ ময়েকনা ইবা তক্কেল ঙম্বা অমস্নুং কংসিনহুনা লৈরি। তক্কেল ঙম্বা হাইরিবা কোরবেক অসিগী ও্যারি অসিবু লৈপাক পুমনামক্ খংনবা ইবুঙঙ শ্রীল শ্রীযুক্ত পোর্টয়াস ছি, আই, ই; আই, সি, এস সাহেব বাহাদুর মণিপুর স্না লৈপাক্তা অহাবা পোলিটিকেল এজেন্ট অমঃ সুপারিনটেণ্ডেন্ট ওইরম্বা মুংসিহৈবনা লাইরিক অসি ছাপা তৌহল্লি।"

"তক্কেল ঙম্বা" লাইরিক অসিগী লামাই ২৬ তা ইরিবা য়াবেং মতেক অমতং লাইরিক অসিগী মঙং-মতৌ খজিক্কং ওইরবস্তু লাকশিনবা ঙম্নবা মথাদা উংচরি—"তক্কেল ইমান্নবা ঔরা নিংথৌ ইতিক মান্নবা অনিমকপু থাংসাং খুংতা পাইহুনা য়াম্নগনি। নিংথৌ ঐগি ইহাক-থক অসিদদি নিংথৌ ইমান্নবা কন্নাগুম্বা অমতস্তু ইরৈবাক অসিদা চংকয়োই। অস্নুম্না নিংথৌগি স্না য়াথং হাইবা রা অহু তারবশ বামন হঞ্জবগি পুক্নিংদা য়ামনা হরাওয়ে। পাখংবগি ধারাদা পোকপা ইবুঙঙ নিংথৌরেম্না ধর্ম্ম বিচার তৌফম সঙদা থোকহুনা কংলাগি য়াইপুঙ থিন্দুনা মৈতৈগি ফমনাইবা লৈপাক ঙাকপা কৌখংতুনা অঙম অথৌ পুমনমক্ বিচার সঙদা তিল্লবদা নিংথৌ স্না য়াথং হাইরকুই। ইনাইসিং ফমনাইবা নিংথৌ ঐগা চান্নবা অকল অথৌ পুমনমকস্তু হৈ চারোং পানবগুম ফমলিবা লাল-ফমদা মিগি মকোকপু তুম্বা য়ৈথাইবগুম থুগাইবা ঙম্বা সোঃনা মথোঙদা যুদবসিং নথোই ময়ামনা চংথোকপদা খোই ময়াম পাইবগুম্বা। নোংমৈ মরূবুঃ নপুকনিংনা কিরূদবা, কৈন সাঃ চাবদা ঙঙলকপগি মতৌগুম্বা নপাংগলনা কৈ-মরূম কনবা। তক্কেলগা মাইয়োক য়ানা লাল সোকনহুনা, নচ্চাসিংগী মতনগুমনা মৈতৈ লৈপাকপু য়োক্কে হাইনা নিংলিবা, অকল অথৌ কন্না কন্না লৈবগে হাইনা নিংথৌগি স্না য়াথং হংলকপদা মৈতৈ পুমনমকনা য়া অনতা খুমদরিঙৈদা, পোৎসংবা নমপোক চাইথংগি চক্রপানি চেকশা লৌশিংফবনা নিংথৌগি স্না খুয়াখাদা হংগংলি।"

১৯০০ ইংদা হাওদৈজাম্বা চৈতন্য সিংহনা মহাক্কী লাইরিক "খাহিগুম্বা" (An account of the expedition of Maharajah Gambhir Singh of Manipur to abaist Governmemt to the Khasia Revolt of 1829) শ্রীহট্টগী শ্রীচৈতন্য প্রেসতা আবদুল রহমনা ছাপা তৌহুনা কোঙলমই। লাইরিক

মইগী নমুনা লাইরিক অসিদগী মতেক অমতং লৌখৎচরি — শ্রীজগ-ন্নাথগি নাম সোল্লে। কাঙ্গি থৌরি পাইদুনা চিংলে। শ্রীজগন্নাথগি কুমৈ হোরে। মুসলমান পাংঙল পুমনামক্লুং মখোইগি ইমান লাইগী কুমৈংস্থু হোরে। অল্লা কোলই মমিং সোন থবাক খুদুম নমৈনা পাঙল থবাক লোংনা স্না ঙকসম ভোংদম হাই ইমান লাইগি মিং সনদুনা কুমৈ অচৌববু হোরে। লাই অনিমক মাইয়োকনরবদা শ্রীযুক্ত গম্ভিরসিং মহারাজনা সাওরদুনা মনাইসিংবু কৌদুনা হাই। থোঙ্গ্রি চনস্বা চিংশুবা নোংয়াইবা, অসৈবা জয়সিং. সমজেংসাবা জয়সিং, থংজ্রা মেঘসিং ফৌগৈসংবা নিংমনি নখোই পুমনামকপু করি তৌরিবনো।"

"মুসলমান পাংঙল পুমনামকপু থুগাইয়ো হাইনা য়াথং পিরবদা ভনবা মদোম ২ পানবা কৈগি মতমগুম চোংসিন্নরবগি মুসলমান পুমমাকস্থু চৈবুন থংওস্ম কাংদেন ফৈনা ক্লইনা য়ৈনারবদা পাঙলবু মৈতৈনা অরাক তমনা থুগাইরে। সন ভানবগুম ভাম্নারে পাঙল পুকচেন হাচেম্না তুরাই খোঞ্জেন লাউনা কপদুনা চেম্নরবদা গম্ভিরসিং মহারাজ হারাওদুনা খোইরুম মোমোন নোক পোইরৈ মিয়ামথাম্না শ্রীজগন্নাথকি থৌগন কাইহন্দনা কুমৈ মতোল লোম্না তৌরবদা হিন্দু অপুম্বা শ্রীজগন্নাথগি মনাই খেত্রগি পান্দা পুম্নমক্লচিংবা খিবিকনা শ্রীযুক্ত গম্ভি সিং মহারাজ অসিদি খেত্রি ধর্ম্ম কাইদনা, হিন্দু ইরমচৎ হোংদব অসিবু শ্রীগোবিন্দগি মথৌ চানগিনি হাইখি।"

হাওদৈজাম্বা চৈতন্য সিংহনা লেংলম্বা 'ভাগ্যচন্দ্র" হায়রিবা লাইরিক অসি ঐহাক্কী ইনাও ইবুঙো শ্রীরাজকুমার কমলজিৎ সিংহ, এম-এম, এল, এ ( ত্রিপুরাগী "মরূপ" চেফোংগী সম্পাদক ) দগী ফংজবনি। লাইরিক অসিগী মমাংগী লামাই থরা মাংখরে।

লাইরিক অসি ফংহনবিবগী দমক ইবুংঙো অসিবু থাগৎচরি। লাইরিক অসিবগী মতাং অমতং লৌখংচরি—"শ্রী কার্ত্তা মাহারাজনা মণিপুরগী ব্রাহ্মণ রতন অওম অথৌ পুমনামকপু কৌখংহুনা দরবার তৌই। আহুদা মাহারাজনা হাই। ঐনা সেম্বী তেথাউ লৈপাক্তা লৈরিবৈঙদা শ্রীগোবিন্দনা মণিপুর পোইরে নারৈপাক্তা লৈরগে নংনা ঐবু কাউদনা নিরূপণ তৌ হাইরম্মি। মরম আহুনা গোবিন্দ নিরূপণ তৌবা থোকলে শ্রীগোবিন্দ লৈরমগাদবা মাফমগী ভাবমুখঃ কৌবা গিড়ি চিংদা ঐ লৈরমগে হাইখি, মরম অহুনা ঐদি থংদে ব্রাহ্মণ রতননা চিংবা পণ্ডিত পাঙ্গিগন্তা নখইদি থংঙিগনি। অহুবু ঐঙোন্দা তাকউ হাইবা মাহারাজগী রা তাবদা লৈপাক কানাসু থংঙি হাইরাবা কান্দা পণ্ডিতসিং পুমনামকনা খুম্মী, ননাই ঐখোইদি ভাবমুখঃ কৌবা চিংদা থংদে হাইনা খুম্মী। আহু তারবদা ফারে আহু ৫ইরবদী লৈপাক মিয়াম পুমনামক চংহুনা থিহু হাইহুনা হেক থিনাবা নে[illegible]ইজিংগী মাথাথংবা চিমাইদা থিনাবা অহু লোইদাম থাবুম অহুম সুরে। আহু মতুংদা শ্রীকার্ত্তা মাহারাজগী মামংদা শ্রীভাগ্যচন্দ্র নংনা ঐবু নিরূপণ তৌবা কাউ-রাবরা? ঐদি চাদথক্তা লৈং[illegible]থাঃ আহুমসুরে হাইনা আমুক মংদা হাইরে। আহু তারাবাদা মর্দাগী অমুক য়ামনা কপলে। নোংঙাঙ্গা ঠাকুর অওম কবি কৌখংহুনা হংডি ভাবমুখঃ কৌবা চিং অসি কাদাইবু কৌবগে হাইবদা কবি ঠাকুরনা খুম্মি, ভাইখো মাহারাজ করবাক মাংদা ঐ আহুগ হোৎখিগে হাইহুনা হোৎলি। আহুদা ফংলে মাহারাজ ভাবমুখঃ কৌবাদী নোংমাইজিংগি মাথাথংবদা লৈবা ফৌদেম কৌবা খুনগী মনিংদাগী চিং আহুবু কাইনা ভাবমুখঃ কৌই। আহু তাবদা মাহারাজনা য়ামনা হারাউহুনা ফরে ঐমক্তা চৎলাহুনা থিরাগে হাইহুনা কাইন

তান্না লাকতুনা গোবিন্দনা লৈরিবা আতুমক হেক মাউরে। আতুদা মাহারাজনা থৈবুং পাম্বী মনুংদা লৈরমবা উবাদা তারেংলক হনা কোইহনা খুরুমলে হাইরাগা পাম্বী ফুকতুনা পুংয়ৈ সেনকোং লাতুনা কনুং তানা পুরকলে। আতু মাতুংদা নিরূপণ তৌরাতুনা শ্রীগোবিন্দগী আভরণনা চিংবা ল'ইসং মাগুপ সাতুনা লাংতুনা গোবিন্দগী সেবা কাইদনা তৌই।"

হাওদৈজাম্বা চৈতন্য সিংহগী "খম্বা থোইবিগী ব্বারিনি" হায়বা লাইরিক অসি ১৮৯৯ ইংদা ছাপা তৌতুনা ফোঙখি। হায়রিবা লাইরিক অসিমক মহাক মশামক্লা বাংলাদা হন্দোকতুনা ছাপা তৌতুনা ফোঙখি। তাং ২৯।৩।১৯৮০ ইংদা মণিপুর ষ্টেট দরবারগী ভাইস প্রেসিডেন্ট W. A, Gosgrave সাহেবনা অস্নুম্না ইরমই –"Uuder the Supervistion of Mr. Porteous the Poitical Agent has translated the Story of Khamba and Thoibi the Manipuri Legend into Bengali and modern Manipuri." হাওদৈজাম্বা চৈতন্য সিংহনা লেংলম্বা "খম্বা থোইবিগী ব্বারিনি" হায়বা লাইরিক অসিদগী ব্বারি মতেক অমতং লৌথংচগে। মসিদগী হাওদৈজাম্বগী লাইরিক মই খঙবিগনি। লাইরিক অসিগী লোই থাবা পদ্যশতা অস্নুম্না ইরি— "অতুদগী থোইবিবু সোড়া হাইবা চিঙ অতুদা কাতুনা সিং চলহল্লি, লৌবুক তান্না কুমহনতুনা য়েলাঙ কেংঙোই হেকহল্লি, অতুগা লৌসি হাইবা পাৎ অতুদা কুমতুনা লোং খোলহল্লি। অতুদগি থোইবিদি নোংঙাল্লগা নারে, অতুদগি স্নরিক চংনিংখোম্বিনা থোইবিবু লোং খোললু হাই, থোইবিনা ঐ নাই ঙমদে হাইনা খুম্মি। অতুদগি স্নরিক চংনিংখোম্বিগা খৎনরে। মপা তুমুরাকপা য়োনরে অতুদগি তুমুরাকপানা চংনিংখোম্বি নঙ

লাল্লি হাই, ইতাউ চিঙখুবগী মচা সিজা থোইবি হাইবি অসিদি লাঙ্গী মচানি, চিঙদা কাহুনা শিং চলহনবা তৌহৈবা নত্তে, লৌবুকতা য়েলাঙ কেংঙোই হেকহৈদে, পাংঙা কু-তুনা লোংখোল-হৈদে স্নরিক চংনিংখোম্বি নঙদি য়াম্না লাল্লি হাইরে। তুমুরাকপনা য়াম্না সাওরে, ইবেম্মা থোইবি নাহাকতি নত্তা চংনিংখোম্বিগীদা লৈবা ফংতরে হাইহুনা তুমুবাকপগিদা লৈহনখ্রে অতুদগি থোইবিনা লোইদা লৈবা থা অহুম স্নরবদা মপা চিঙখুবগী মমঙদা থাংজিং লাইনা থোইবিবু লোই কৌথংলো হায়না হাইরে।" মতাং অসি হাওদৈজাম্বা মধামক্তা বাংলাদা হন্দোকপা খম্বা থোইবি লাইরিক্তা অস্মুম্না ইরি - "থোইবিকে সোড়া পাহাড়ে যাইয়া কাষ্ঠ সঞ্চয় করিতে, মাঠে গিয়া শাক তুলিতে এবং লৌসি বিলে গিয়া মাছ ধরিতে দিতেন। কয়দিন থোইবি পীড়িতা হইলেন। স্নরিক চংনিংখোম্বি থোইবিকে মাছ ধরিতে বলায় থোইবি, আমি পীড়িত হইয়াছি পারিব না বলিয়া উত্তর দেওয়াতে স্নরিক চংনিংখোম্বি ঝগড়া লাগাইলেন তাঁহার পিতা তুমু-লাকপা কাছে জ্ঞাপন করায় তুমুলাকপা বলিলেন, চংনিংখোম্বি তুমি ত জানো নন্দ্র চিংখুবার কন্যা থোইবি দেবতার কন্যা পাহাড় গিয়া কাষ্ঠ সঞ্চয় করা, মাঠে গিয়া শাক তোলা ও বিলে গিয়া মাছ ধরা তাহার উচিত না [illegible] তোমার বলিয়া তুমুরাকপা অত্যন্ত রাগান্বিত হইয়া কন্যা থোইবি তুমি তোমার সখি চংনিংখোম্বির কাছে থাকিওনা বলিয়া আপন বাড়ীতে রাখিলেন। থোইবির তিন মাস [illegible] পর তাঁহার পিতা চিঙ-খুবার স্বপ্নে থাংজিং [illegible] আদেশ [illegible] নির্ব্বাসন হইতে আন।"

"খম্বা থোইবিগি য়ারিনি" হায়রনা মৈতেয়রোনগী লাইরিক্তা য়াহৌদোক্তা লাইরিক অসি থাইনগী কোরবেক মৈতৈ খুন্নুং

অরিবনা ইবদগী শিনদোকপনি হায়না অস্মুম্না ইরি "অসিগুম্বা হুম্বা থোইদিগী য়াদি কোরবেক লাইরিক অসি মণিপুর স্না লৈবাককি উজা শ্রীলাইশ্রম চাওবা হঞ্জবা সেগালম্বি লৈমজম লেকাই ইম্ফালদা লৈবাগি থাইনগী কোরবেক মৈতৈ থুন্নুং অরিবনা ইবদগি শিনদোকপনি।"

হাওদৈজাম্বা চৈতন্য সিংহনা লেংলম্বা লাইরিক মঙা অসি হৌজিক্কী মতমদদি তাঙলবনি, ফংবদা য়ারবনি। ময়াম্না পাবদা অমম্মুং নৈনবদা থুদোংচানববা হায়দুনা য়াম্না য়ানা খোমজিনদুনা পুন্নপ পুনশিল্লগা মহাক্কী লাইরিকশিং অসি "হাওদৈজাম্বা চৈতন্য সিংহগী লাইরিকশিং পুনশিনবা" হায়না মমিং থোন্দুনা ঐহাক্না সম্পাদন তৌজে। মণিপুর সরকারগী শিক্ষা বিভাগকী শেলগী মতেংনা লাইরিক অসি ফোঙবা ঙমজরিবনি। মসিগী দমক্তা শিক্ষা বিভাগকী কর্ত্তৃপক্ষগী মফমদা থমল তোনজরবনি।

রাজকুমার শ্রীস্নাহল সিংহ

# য়াওক্ষম

# মণিপুর ইতিহাস

## মৈতৈগী পুরাণ

শ্রীমহাদেব দুর্গা অনিরুদ্ধনা

ঙাওনাদুনা

লৈংসেম নোংসেম লকপাদগী

হৌদুনা মথং মথং নিংথৌরোণ

পাল্লকলঁ বা মৈংতৈগী পুরাণ

# হাওদৈজাম্বা চৈতন্য সিংহগী

## লাইরিকশিং পুনশিনবা

## মণিপুরের ইতিহাস

শ্রীমহাদেব দুর্গা ২ মকপু খুরুমজৈ:। ১ যুং নুমিৎ থা ২ মকপু খুরুমজৈঃ। ১যুং ইপা ইমাঃ লাঙ্গৈ গুরুবু খুরুমজৈ:। ১যুং মাইগৈঃ ঙাকপা লাঙ্গৈ ৮ মকপু খুরুমজৈঃ। ১যুং লৈপাক নিংথৌ মৈঃ ইসিং নুংশিং মঙামকপু খুরুমজৈঃ ॥*॥ অসিগী মতুংদা ব্রহ্মাণ্ড পুরান্দা লৈরিবা ১যুং ধরনী সংহিতা কৌবা লাইরিকতা হাইরীবা মণিপুর দেশগী ইতিহাসবু ইজরকে। তাথি রা ওঙ্গৈ বিয়॥ অহানবদা অতিয়া গুরু সিদবগী য়াথং মতুংইন্না। সৃষ্টি কর্ত্তা ব্রহ্মানা তাইবঙ বানববু সেমলকপদা পরমেশ্বরনা ওক লবগী মসক্ লৌঃতুনা ময়া য়াতোন্না লৈপাক পুথৎতুনা তাঙ্গৈবঙ বান ববু সেমই, অতুদা ওকলাবগী ময়ানা হাঙ্গৈদোরক পদা য়াত্তোন্দগী চোংথোরকপা লৈপাক না চিঙ ওঙ্গৈতুনা কোইনা লৈখী। চিঙ অতুনা পল ওঙ্গৈতুনা কোইনা লৈরীবা লাঙ্গৈরৈঃ বাক্কা চপ মান্নরা নুংঙাইরীবা ইচিক ইসা উত্তরুক রাও তরুক ঋতু তরুক মকনা অতৎপা লৈতনা ফম্বি ওঙ্গৈতুনা লৈবগি দমক হৈঃ লৈ পুম নমক মরম মথাই মাইনা পাল্লি সাংলীবা অচাঃ অথকনাচিংবা স্নাঃ রুপা মণি মুক্তা খৈবিকপু অরাৎপা লৈতনা থোক ইবালৈঃ পাক অসিবু মহাদেবনা চিংবা লাইপুম নক্কনা মিকুপ ১৩ বু থাঃ দোক তনা লৈরীবা মাগী মমিংনা জঙ্গলী দেশ হাইনা

সৃষ্টি কর্ত্তা—লৈশেম্বা মপু ; পরমেশ্বর—অথোইবা লাই ; জঙ্গলী দেশ—উমং রামংগী লৈবাক।

কৌবা লৈপাক অসিদা মহাদেবনা চিংবা লাঈ থৈবিকনা সান্নফম ওইয়েঃ ॥ কোরৌ নোংমগী সুমিৎ ১ দা মহাদেবনা চিংবা লাঈ সভা পুমনা মকনা তিন্নহনা ঙাঙনৈ অহুদা মহাদেবনা লাঈ লৈপাক অসিদা কনাবু নিংথৌ ওঈহনসিগে হাইনা তাঃনবদা মতোক লিসিঙ অমা পানবা অনন্তবু লৈপাক ঙাকহনসি হাইহুনা অনন্তবু লৈঃ পাক ঙাকহল্লে অহুদা অনন্তনা অহিং লাঈওঈ মুংথিন মি ওঈহুনা চহি মতম কুঈনা পাল্লে অহুগী মতুংদা অনন্তনা মি ১রক ওঈ ল্যাঈ ১রক ওঈহুনা পাল্লম্বদগী মহাদেবনা চি বা লাঈ সভাঃ পুম নমকনা ১ রক তাঃ নহুনা চিত্রসেন গন্ধর্ব্ববূ নঙ লৈঃ পাক ঙাকতুনা পাল্লোঃ হাইহুনা পানহল্লেঃ ১ঘুং জঙ্গলী দেশ অসিবূ মহাদেবনা চিংবা লাই সভাঃ পুম নমকনা য়ামনা মুংঙাঈবা মফমণি হাইহুনা লাইরৈঃ বাক্তা চপ-মান্ননা মুংঙাইনা ৈল ১ঘুং নোংমগী মুমিৎ ১ দা মহাদেবদা দুর্গা দেবীনা হংই হে মহাদেব তাঈবঙ বান বগী মহুংদা অসুপ মুংঙাঈবা লৈপাক ১বূ লৈরীব্রাঃ হাঈনা হংই অহুদা মহাদেবনা হাই হে দুর্গা দেবী লৈপাক অসিবূ হেন্না মুংঙাঈ বদি মথুরা শ্রীবৃন্দাবন মক্তা মনঙাইরেঃ অতৈ লৈপাক ১ লৈতে হাঈরবদা দুর্গাদেবীনা ১ রক হংই শ্রীবৃন্দাবন্না মুংঙাঈবা হেল্লি হাইবা অসি মতৌ কমতৌনা হেন বগেং, অহুমক্তা হাইবিয়ুঃ তাঃজনিঙই হাইরবদা মহাদেবনা হাই শ্রীবৃন্দাবন্দা পরমেশ্বর শ্রীকৃষ্ণনা মহারাস কৌবা লীলাবূ অতৎপা লৈতনা সান্নরী অহুনা য়াম্না মুংঙাঈবা হেল্লি হাইবা তাঃ বদা পারবতী লাঈরেম্মনা হাই ননাঈ য়হাক মহারাস লীলা অহুয়াম্না য়েংজনিঙই খর তাকপিয়ুঃ হাইরবদা মহাদেবনা হাইয়ে কৃষ্ণগী রাস লীলাদি ঐনা তাকপা ঙমলোই ইতিক নংতে মহারাস কৌবা লীলা অহুগা মান্নবা লীলা ১ দং তাক কেঃ হাইহুনা মহাদেবনা নোংমগী মুমিৎতা লাঈ সভাঃ পুমনমক ইতিন তিন্নরহুনা মাইগৈঃ ১ রোমদা

---

পারবতী—পার্ব্বতী, দুর্গা।

লাঈ নিপাগী মখে পরেংসানা লেপলে মাইগে: ১ য়োমদা লাঈ সুপীগী মখে পরেংসানা লেপলহুনা লাঈ হরাওবা লীলাবু সান্নরে অহুদা য়ামনা নুঙাঈ নরেঃ লীলা অহু উবদা পারবতী লাইরেম্মনা পুক নিঙ ইপেন পেল্লেঃ ১মুং সুল অতিয়াদা লৈবা লাঈপুমনমকনা লৈগী হুলাঈ তোংহুনা কুমৈ য়েংববু য়াম্না নুংঙাঈ রহুনা লৈ মনম মুং সীবা থুবাম থুবাম চাঈথরকলেঃ অহুদা মহাদেবনা চিংবা জগোঈ সারিবা লাঈ পুম নমকনা নুংঙাঈরহুনা মহৈ মহৈ লৈ চাঈনরেঃ ফাপমুং য়ামনা চাঈনরেঃ অহুদা মতোক লিসিঙ অমা পানবা অনন্তমুং মতোকতগী মণি লৌথোক তুনা য়ামনা চাঈরেঃ অহুদা মণিগী মঙাল্লা জগোঈ সাফম পুমনমক ইঙান ঙাল্লে হুমিং থা থোকপগুমলেঃ অহিং নুংথিল চপ মান্ননা ঙা লেঃ অহুদ। মহাদেবনা লাঈ সভাঃ পুমনমকপু য়েংহুনা হাই লৈপাক অসিগী মমিংদি ঙসিদগী হৌহনা মণিপুর দেশ হায়না কৌ ওঈরসনু অহুনা হান্নগী মমিং জঙ্গলী দেশ কৌবা অহু তোকলসি হাইহুনা মহাদেবনা লৈপাক অসিগী মমিংবু মণিপুর হাইনা কৌনখি ১মুং মহাদেবনা হরাওবা জগোঈসাবা লোঈরবদা ছুর্গা লাঈরেম্মবু য়েংহুনা হাই ইবেম্মা হরাওবা কুম্মৈ অসি য়েংগ নুংঙাঈবরা হাইনা হংবদা পারবতী লাঈরেম্মনা হাই ননাঈ য়হাকনা হরাওবা কুম্মৈ অসি য়েংবদা য়াম্না নুংঙাঈরেঃ অহুনা মণিপুর লৈপাক অসিবু হুনজেকতুনা চংনিঙশ্রেঃ কুম্মৈ অসি মুং চহি কুমজা থাজ্জা খুডিঙদা তোইনা সান্নানিঙই হাইবা ছুর্গা লাঈরেম্মাগি য়াথং অসি তাবদা মহাদেবনা মোন মোন নোক তুনা হাই হে ইবেম্মা লাঈরেম্মা নঙগী পুকনিঙ থুংবা ওঈরসনু হাইরবদা ছুর্গা লাঈরেম্মনা পুকনিঙ হরাওহুনা ১ রক হাইয়েঃ ঐথোয় মুং লৈপাক অসিদা লেঙদনা মরৈরগী হাইহুনা মণিপুরদা মহাদেবগা ছুর্গা লাঈরেম্মগা ২ মকনা লেঙদনা নুংঙাঈনা লৈরেঃ ১মুং হরাওবা কুম্মৈ অসিমুং হয়েং মতুং ফাওবা তংতনা সান্ন বা ওঈরসনু লৈপাক অসিদা পোকপা

মচ্চাঃগী মথৈ মসক মচু ম ওও মতৌ ফজবা ওঈসন্নু ১ষুং পুঙ ইসৈ লাইরিক জগোঈ পুন্নমকপূ খঙবা হৈবা সিংবা ওঈরসন্নু হাইহ্নুনা মহাদেব দুর্গা লাঈরেশ্মা ২ মকনা বর ওঈনা পিনাগ্রেঃ অহ্নুগী মতুংদা মহাদেবনা চিত্ররসেন গন্ধর্ব্ববু কৌহ্নুনা হাইয়েঃ মণিপুর অসিদা নঙনা লৈপাক ঙাকতুনা তুকলৈখো অসিগী মতুংদা লৈপাক অসিদা নিংথৌ ওঈগদবা ক্ষেত্রি অকন বা ১ লাকক্লীমাঃনা পোকতরিবা মথৈ নঙনা নিংথৌ ওঈহ্নুনা মরৈখো হাইহ্নুনা কৈহল্লে অহ্নুগী মতুংদা চিত্ররসেন গন্ধর্ব্বনা লৈপাক ঙাকতুনা চহি কুমসিঙ মতম কুঈনা লৈরবদা লাঈগী নোংদম দগী মচ্চাঃনুপী ১ দং পোকই মতৌ মওঙ মসক মচু য়ামনা ফজে. মচংরাঃ হাইষুং য়াল্লা নিঙথীজৈঃ মপাঃ চিত্রসেনগী মমিং লৌহ্নুনা মহাক্কী মমিংষুং চিত্রাঙ্গদা হায়না কৌই মহাকনা মিরোন থোক লকপদগী হৌনা মুমিৎ কৌবা লাঈবু নোংমদা আহুমলক ইরাং পূজা তৌই ১ষুং জগোঈ সাবা ইসৈ সকপা য়ামনা হৈ ১ষুং মহাক্কীমমান্নবা মতোক লিসিঙ ১ পানবা অনন্তগী মচ্চাঃনুপী উল্লপী কৌবী ১যুং লৈ মহাকন্নুং মসক মতৌ য়ামনা ফজেঃ জগোঈসা বা ইসৈ সকপা হৈ অহুগা য়ামনা চান্নৈঃ মবিঙা ২ মকপূ মহাদেবনা কুম্মৈ থোকলগা জগোঈ সাহল্লি মতৌ অস্নুম তৌনা মতম কুঈনা লৈরক লবদা নোংমগী মুমিৎ ১ দা মহাদেবনা লাঈ সভাঃ তিন্নহ্নুনা কুম্মৈ তৌই অহুদা উল্লপীগা চিত্রাঙ্গদাগা ২ মকপূ জগোঈ সাহল্লি অহুদা করিগুম্বা লাঈগী নোংদম দগী জগোঈ খোঙলৈঃ কাইরেঃ অহুদা মহাদেবনা সাওরহ্নুনা মবিঙঙা ২ মকপু মিচৈ পিরেঃ ঙসিদগী হৌহ্নুনা লাঈরেন ওঈরোঃ হাইরবদা অহুদা মাঃখোই ২ মকনা কপলহ্নুনা মহাদেবদা লৈসি লৈথোন্দুনা য়ামনা হাইজরেঃ অহুদা মহাদেবনা নুংসিরহ্নুনা ১ রক হাই ফরেঃ নবিঙঙা ২ মক ঐগী মিচৈদগী হৌজিকতি অস্নুমনা মওঈয়োঃ দ্বাপর কৌবা

উল্লপী—উলূপী।

যোকতা মম্নিং অর্জ্জুন কৌবা ১ লাকক্লী মাঃনা তীর্থ কোইরককপদা মণিপুর লৈপাক অসি য়োরকক্লী অহুদা নবিঙঙাঃনা লৈবা বিন্দুসরুবর কৌবা পুকখরি শুসিদা মাঃনা ইরুজরগ্নী অহুদা নবিঙঙানা মাবু চিকলহুনা মহাকনা ইসিংদগী কংফান্দা হুনগৎলগ্নী অহুদা ঐগী মিচৈ অসি কোকতুনা হোজিক্কী মিওঙ্গী নসক ফজবা অসি ওঙ্গীমু অহুদা নবিঙঙাবু অর্জ্জুন্না হুহোঙবা ওঙ্গীসনু অহুগী মতুংদা অর্জ্জুনগীমচ্চাঃ নিপা অমম মমদং নবিঙঙাগী গর্ত্তদগী পোকপা ওঙ্গীসনু ১মুং নবিঙঙাগী নচা নিপাঃ ২মক অহু মসক মচু খুৎকন পাংগন মহৈ মসিং মতিক মঙন য়ামনা চাওবা ওঙ্গীসনু ১মুং মণিপুর লৈপাক অসিগী নিংথৌ ওঙ্গীহুনা পানবা ওঙ্গীসনু অসি হাইরম লগা মহাদেবনা চিংবা লাই সভাঃ পুন্নমক মহৈ মহৈ মযম মফমদা চৎনখরেঃ অহুগী মতুংদা উল্লপী চিত্রাঙ্গদা ২ মকতি মহাদেবগী মিচৈ মতুংইন্না পুকখরি মন্নংদা লাঙ্গীরেন ওঙ্গীহুনা লৈখরেঃ অহুগী মতুংদা চহি কুমসিং কয়া মরম কুঙ্গীরবদা পাণ্ডুগী মচ্চাঃনিপা অর্জ্জুন্না তীর্থ কোইরককপদা মণিপুর লৈপাক য়োরকলেঃ অহুদা অর্জ্জুন্না পুকখরি অহুদা ইরুজবদা লাঙ্গীরেন ২ মক অহুনা অর্জ্জুনগী মখোঙদা চিকলে অহুদা অর্জ্জুন্না ইসিংদগী কোৎখৎতুনা কংফান্দা লংখৎলেঃ লাঙ্গীরেন ২ মক অহুবু অর্জ্জুন্না হেক সোকউবদা মহাদেবগী মিচৈ কোকলহুনা মহোঃসাগী মবিঙঙাঃগী মসক অহু ইকাই কাইদনা ওঙ্গীরকলেঃ অহুদা মবিঙঙাঃ ২ মকনা অর্জ্জুন্দা খুরুমজরে য়ামনা লৈসি লৈথোন্দুনা হাইজঃ ইবুংঙো নওগী থৌজান্দগী মহাদেবগী মিচৈনা মতম কুঙ্গীনা লাঙ্গীরেন ওন্দুনা লৈরুবদগী নঙনা সোকপিহুনা মিচৈ কোকপিরেঃ হান্নগী ইসক ওঙ্গীজরেঃ হৌজিকতি ইবুংঙো নওগী ননাঙ্গী ওঙ্গীজরগেঃ হাইরবদা অর্জ্জুন্না মবিঙঙাঃগী য়াথং অহু তাঃবদা য়ামনা নুংসিরেঃ কন্নিনো হাইববু মমাঙ ঙৈঙ্গা মহাদেবগী বর

যোকতা--মুকতা। বিন্দুসরুবর--বিন্দুসরোবর, নুংজেং পুখ্রি। পুকখরি--পুখ্রি।

লৈখিবা মরমনা অর্জ্জুনগী মবুকতা লোগেঃ হাইনা নিঙলহুনা উল্লপী চিত্রাঙ্গদা ২ মকপু মুহোঙহুনা পাম্নরেঃ অহুদগী থর লৈরমলগা অর্জ্জুন্না ঐদি চহি কুমসিঙ ককতুনা তীর্থ কোইরক ইবনি অহুনা চহি তরানিথোই পুরে অহুনা ঐদি চৎলগেঃ নবিঙডা লাঈনিঙহুনা লৈহোরোঃ হাইরমলগা অর্জ্জুন্দি হস্তিনাপুর য়োনা হনখরেঃ অহুগী মতুংদা উল্লপী চিত্রাঙ্গদা ২ মকপু মপাঃ চিত্রসেন গন্ধর্ব্বনা য়োকতুনা থমলেঃ ১মুং অনন্তগী মচ্চাঃনুপী উল্লপীদি মপাঃনিংথৌগী লৈপাকতা হনখিবা তৌদরে অহুমনা মণিপুরদা চিত্রাঙ্গদাগা লৈমন্নরেঃ অহুগী মতুংদা মহাদেবগী বরনা অনন্তগী মচ্চাঃনুপী উল্লপীনা অর্জ্জুনগী মচাঃনিপা ইরাবন্ত কৌবা ১ পোকই চিত্রাঙ্গদানা বভ্রুবাহ কৌবা ১ পোকই বভ্রুবাহনা চাওরকলবদা চিত্রসেন গন্ধর্ব্বনা মস্নুনিপা বভ্রুবাহদা চোঙ সেকপিন সিংহাসন পিরেঃ ঙাসিদগী হৌহুনা মণিপুর লৈপাক অসিদা মতম কুঈনা নিংথৌ ওঈহুনাপাল্লোঃ নঙনা নিঙগদবা লাঈদি মহাবিষ্ণুবু নিঙউ ১মুং মহাদেববু ইরাৎলু মতম লৈবা খৈবিকতা কাওগ্ন, ইপুদি চৎলগেঃ হাইরম লগা চিত্রসেন গন্ধর্ব্বদি মাগী গন্ধর্ব্ব লোতকা চৎখরেঃ—অহুগী মতুংদা বভ্রুবাহ নিংথৌনা মণিপুর লৈপাকতা লুংঙাঈনা নিংথৌ ওঈহুনা পাল্লি ১মুং মহাদেবগী থৌজান্দগী মহাক মসাঃ য়ামনা কল্লি মহৈ মসিং য়ামনা হৈ সিংই ১মুং মহাদেবগী বরণা বভ্রুবাহগী পাংগল্লা লানফম তৌহুনা লৈপাক লৈপাক খুদিঙবু লোঈচল্লি মহাকনা রাজচক্রবর্ত্তি ওঈহুনা মণিপুরদা লুংঙাঈনা নিংথৌরেন অচৌবা ওঈদুনাপাল্লি ১মুং মাঃবু কিবণা নিংথৌ অচৌ অচৌবা লৈরীবসিং পুমনমকনা ক্লাওবা অমত্তনা লানফম তৌবা ঙমদে অহুনা বভ্রুবাহনা নিংথৌরেন অচৌবা ওঈহুনা নোংবোক থংবা মাইগৈঃ অসিদা

---

হস্তিনাপুর—হস্তিনাপুর ; বভ্রুবাহ—বভ্রুবাহন ; রাজচক্রবর্ত্তি—নিংথৌরেল ; ক্লাওবা—কনাওবা ।

মুংঙাঈনা পাল্লি অহুদগী চহি কুমসিঙ মতম কুঈনা লৈরবা মত্তুংদা হস্তিনা পুরদগী যুধিষ্ঠির মহারাজানা সাগোন থাংবা যজ্ঞ তৌরক পদা মনাওনিপা অর্জ্জুন না সাগোন মত্তুং ইন্দুনা তাঈবঙবানবা কোই-রক পদা সাগোন অহুনা মণিপুর লৈপাকতা চঙলকলেঃ অহুদা বক্রুবাহ নিংথৌনা সাগোন অহুফাংরেঃ সমাইদা স্নাঃ মপাকতা যুধিষ্ঠির মহারাজগী রাসক ইরক ইবা অহু পাহ্‌না য়েংবদা রাঃপুম নমক খঙলে লাঈরিক অহুদা হাইরক ইবা রাঃ মায়োন দি করি হ ইরিবগেঃ হায়ববু যুধিষ্ঠির মহারাজানা মহাভারৎতা সাগৈ হাংলেঃ অহুনা সাগৈ হাংপা পাপ কোককেঃ হাই বগীদমক সাগোন থাংবা যজ্ঞ তৌগ্নিবনি ঐগী সাগোন অসিনা চংকদবদি চহি অমা চুপনা তাঈবঙবানবা কোইগ্নী তাঈবঙবানবগি মত্তুংদা লৈরীবা লৈপাক নিংথৌপান বা পুমনমক্কা হাইখিবনেঃ ঐগী সাগোন অসি ঙাকপদি ইনাও নিপঃ যাইমা অর্জ্জুন্না চংখিবনি নপাংগন লৈরগা ফাও ইনাও নিপাগা সোকনৌ নপাংগন লৈতরগ। স্না রূপাঃ অচাঃ অথক পুমনমক্কা লোইননা ইনাওনিপাঃদা খুরুমজৌ অহুগা নঙগী নঙগী লৈপাকতাহুপীতা ১থনম্মু নিপা অরবা মখৈদি নখুত্তা খুংলাই পাইদুনা চহি অমা চুপনা ইনাওনিপাগী মত্তুংইন্দুনা ঐগী সাগোন ঙাকপা চংলু অস্তুমনা হাংরকপা যুধিষ্ঠির মহারাজাগী রাঃসক লাঈরিক অহু উবদ। বক্রুবাহ নিংথৌনা য়ামনা হুংঙাঈরে হঙক লাকইবা অসি ঐগী ইপাঃনি অস্তুপ কুইনা ইপাঃ মশক খঙদববু লাঈগী নোংদমনা ইপাঃ মসক হঙক খঙবা থোকলেঃ অস্তুম হাইহুনা য়্যামনা পুকনিঙ মুংঙাঈরহুনা লৈপাক্কী অঙম্বা অথৌবা পুমনমক ঙমনা কৌখংলেঃ অহুদগী চোঙ সেকপিন সিংহাসন সাগোন সামু হুগাঈ অরৈবা মখৈ পুথোক তুনা বক্রুবাহ নিংথৌনা অর্জ্জুন্দা

---

হস্তিনাপুর—হস্তিনাপুর ; মহাভারৎতা—মহাভারত-তা ; সিংহাসন—নোংশা ভোংবা তাংবল।

কৎলেঃ দণ্ডবৎতৌহ্না খুরুমলেঃ অহুগা য়ামনা ভক্তিতৌহ্না হাইজেঃ মনাঙ্গি ঐবু ইপাঃ নঙগী নচ্চাঃনি ইমা চিত্রাঙ্গদানা পোক পনি ইপাঃনা অহুৱৈঙঃদা তীর্থ কোইরক পদা ইমাঃবু মুহোঙহ্না লৈঃ রমই অহুদগী ইপানা হস্তিনা পুরদা হনখরবা মতুংদা ইমাঃনা ঐবু পোকহ্না নিংথৌ ওঈহ্না মনিপুর লৈপাক অসিদা লৈরম লীবা অসিনি অহ্না হৌজিকতি ঐগী লৈপাক অসিদা পোৎথাবি হৌরোঃ ইপাঃগী মহুৎসিন্দুনা ঐনা সাগোন ভাকপা চৎলগেঃ অম্নমনা হাইবা বভ্রুবাহগী রাঃ অহু তাঃবদা অর্জ্জুন্না সাওরেঃ করিননোঃ হাইবৰু হণ্ডক লাকপদা লম্বিদা গঙ্গা লাঙ্গরেম্মনা মিচৈ পিরকই অর্জ্জুন নঙনা হণ্ডক চৎপা অসিদা মণিপুর লৈপাক য়েংন্নগী অহুদা বভ্রুবাহ নিংথৌপা অর্জ্জুন নঙগা নপাঃ নচ্চ.ঃ নসক খঙদ হ্না লান সোকনবা ওঈসনু অহুদা নচ্চাঃগী মখুত্তা লেপনা সিবা ওঈসনু হাইহ্না গঙ্গালাঙ্গরেম্মনা চৈরকপা মরমনা অর্জ্জুন্না মচ্চাঃনি হাইবা খঙদরেঃ মাঙদা তৌখিবা রা পুম নমক ওমনা ইকাও কাওরেঃ অহ্না বভ্রুবাহগী হ'ইজবা রাঃ অহু হেক তাঃবদা অর্জ্জুন্না য়ামনা সাওরহ্না বভ্রুবাহঃ নিংথৌগী মরাঙ্গপকতা খোঙবাকনা কাওরেঃ অহুদা অর্জ্জুন্না অমরক হন্না হাই নমাঃ নতী বৈশ্যানা পঙপোক পোকলগা ঐগী ইচ্চাঃনি হাইরিব্রাঃ নসক য়েংনিঙদে চঙলককনু হাইহ্না তানথোকলেঃ অহুদা বভ্রুবাহঃ নিংথৌনা সাওরহ্না হাই অর্জ্জুন নঙনা ইমাঃবু নতি বৈশ্যানি হাইবা অসিগী মহৈঃ য়েংনসি ইমাঃনা সতীধর্ম্ম লৈরবদি নঙবু হাৎকেঃ ইমাঃনা সতী নত্তরবদি নঙনা ঐবু হাৎপ ওঈসনু হাইহ্না রাঃ সকলে অহুদগী লান কন্না সোকনরহ্না বভ্রুবাহনা লানফমদা মপাঃ অর্জ্জুনবু হাৎলেঃ লানফম লোঈংবদা বভ্রুবাহনা কোনুংদাহন জিনখিবদা মমাঃ চিত্রাঙ্গদানা অর্জ্জুনবু হাৎলে হাইবা পাওতাঃ রহ্না য়ামনা সাওরেঃ বভ্রুবাহনা লানফম

বভ্রুবাহ—বভ্রুবাহন; নতি—নটী, জগোইশাবা; বৈশ্যা—ওস্তবী নুপী।

ঙমলে হাইতুনা মমাঃবু খুরূমলুবদা মমাঃনা য়ামনা থিনা চৈরমলে নপাঃহাং পা পাপি নঙতা চঙলকরু নসক য়েংনিঙদে হাইরগা মন্নাবু তেংথাতুনা য়ামনা কপলেঃ অতুদগী খর কপলগা বব্রুবাহদা হাই হৌজিকমক ইপুয়োইবা হিংহল্লু অতুনত্তরবদি ঐখুং সিরগেঃ ঐবুষুং হাংৎল্লয়োঃ হাইরবদা বব্রুবাহনা হাই সিখরবা মিবু করম হিংহন গবনোঃ হাইরবদা উল্লপীনা হাই পাতান্দা ইপাঃ অনন্তদা মণি লৈ অতু লৌরূরগা মণি অতুনা নপাঃগী হকচাংদা সোকলগা হিংগৎক্লি হাইবা য়াঃ অতু তাঃরবদা বব্রুবাহনা পাতান্দামি সিঃতুনা অনন্তদা মণি নিহল্লুই অতুদা অনন্তনা মণি পিরকত্রে অতুদগী অনন্তনা মণি-পি রকতে হাইবা পাও অতু বব্রুবাহনা হেক তাঃবদা য়ামনা সাওরেঃ অঙদগী বব্রুবাহ নিংথৌনা তেংগোল মিয়ামগা লোই ননা পাতান য়োনা চংতুনা অনন্তবু সোকনতুনা ঙমলে অতুদগী বব্রুবাহনা অনন্তবু মণি পুহন্দুনা মণিপুর য়োনা ফাঃতুনা পূরকলেঃ ১যুং হস্তিনা পুরদা পরমেশ্বর শ্রীকৃষ্ণনা। মণিপুর লৈপাকতা অর্জ্জুন সিরে হাইবা খঙলতুনা ঐ লানফম য়াওরগেঃ হাইতুনা শ্রীকৃষ্ণনা উচেক গরুরগী মথকতা তোংলতুনা মণিপুর লৈপাক য়োনা লাকলেঃ অতুদগী শ্রীকৃষ্ণনা মণিপুর য়োরবদা বব্রুবাহ নিংথৌনা অনন্তগা লোইননা মনিপূতুনা থুংলরেঃ অতুদা শ্রীকৃষ্ণনা বব্রুবাহনা পূরকপা মণি অতু-লৌঃতুনা ইসিংদা লুপ্তুনা মচুম অতুনা অর্জ্জুনগী হকচাংদা চাঈবদা হিংগৎল্লে অতুগী মত্তুংদা মণিগী মচুম অতুনা অসিবা লৈরিবা পুমনমক্কা চাঈবদা ঙমনা হিংগৎলেঃ অতুগী মত্তুংদা শ্রীকৃষ্ণনা অর্জ্জুন্দা বব্রুবাহগী মমাঙদা ঙঈরকপা য়াঃরম্পূমনমক তাকতুনা ঙমনা থঙহল্লেঃ অতুদা শ্রীকৃষ্ণনা হাইবা য়াঃরম অতুতাঃরবদা মমাঙ ভৈদা গঙ্গানা চৈথিবা মিচৈ কোকলতুনা থাইনা মাঙদা তৌথিবা থৌরমপুম নমক ঙমনা নিঙসিং লকলতুনা মাংগী মচ্চাঃনি হাইবা খঙলকলেঃ

---

পাতান্দা—পাতালদা, লৈনুংদা। হস্তিনাপুর—হস্তিনাপুর।

অহুদা মচ্চাঃ নিপা বক্রবাহ নিংথৌবু অর্জ্জুন্না কৌসিল্লে বক্রবাহনা মপাঃ অর্জ্জুনবু দণ্ডবৎ তৌহুনা খুরূমলেঃ পুক নিঙ য়ামনা নুংঙাঈনরেঃ অহুদগী মণিপুর কোন্নুং মন্নুং চঙলহুনা অহিং মঙাদং লৈরেঃ অহুদা উল্লপী চিত্রাঙ্গদা অনিমকম্বুং উনরে অহুগী মত্তুংদা সাগোন অমরক থাঃরকলেঃ অহুদা অর্জ্জুনগা লোইননা বক্রবাহ নিংথৌবুং মণিপুর লৈপাক ছুপনা পুহুনা সাগোন ঙাকপা চৎলে অহুদগী হস্তিনা পুর য়ৌনা চৎখীহুনা যধিষ্টির মহারাজাগী যজ্ঞ মতোন লোমনা য়াওরম লগা তন্না হল্লকতুনা মণিপুরদা বক্রবাহনা রাজচক্রবর্ত্তি নিংথৌরেন ওঈহুনা ভারথ বর্ষগী নোংবোক থংবা মাইগৈঃ অসিদা মুঙাঈনা পাল্লি অহুগী মত্তুংদা চিত্রাঙ্গদানা মুমিৎ কৌবা লাঈবু অতৎপা লৈত্না ইরাৎপূজা তৌজবা মরমদগী নোংমা নুমিৎ অমাদা নুমিৎনা পেল্লহুনা মসেকতগী স্নাঃ থম্বান অমা পৃথোকতুনা চিত্রঙ্গদাগী মখুত্তো পিরেঃ অহুদা নুমিৎনা হাই ঐনা পিবা স্নাঃ থম্বান অসিনা নচ্চাঃ ওঈহুনা ঐগী বরদগী নচ্চাঃ নিপা রূপ গুণ চঙখানবা অমাপোকপা ওঈরম্ম, হাইহুনা বরপিরে ? অহুদা নুমিৎপু খুরূমহুনা চিত্রাঙ্গদানা লৈরেঃ অহুদা নুমিৎকী বরদগী চিত্রঙ্গদানা গর্ত্ত ওঈহুনা থা তরা স্পূরবদা মাহেন্দ্রেশ্বর কৌবা মচ্চাঃ নিপা অমা পোকলেঃ নুমিৎকী মচ্চাঃ ওঈবনা মসক মচূ ফজবা নুমিৎকী মতমগুমলে মঙান মসা য়ামনা চাওই মহৈ মসিং খুৎকন পাংগন য়ামনাচাওই মানা চাওরক লবদা বক্রবাহ নিংথৌরেন নোংগাঃ খরেঃ অহুগী মত্তুংদা মাহেন্দ্রেশ্বরনা মণিপুরদা নিংথৌ ওঈহুনা পাল্লেঃ মাহেন্দ্রেশ্বর মহারাজগী হাকতকতা কল্লক য়েকনা অমত্তা লৈত্না নুংঙাঈনা লৈপাক পুমনমকপূ মচ্চাংগী মতমগুমনা য়োকতুনা পাল্লি অহুগী মত্তুংদা হান্নদি চন্দ্রবংশ ওঈরমই মহেন্দ্রেশ্বর মহারাজাদগী হৌহুনা নুমিৎকী বরদগী পোকলক লবা মরমনা মণিপুর নিংথৌনা সূর্য্যবংশ ওঈথরেঃ অহুগী মত্তুংদা খোই

চন্দ্রবংশ—থাগী শাগৈ ; সূর্য্যবংশ—নুমিৎকী শাগৈ ; খোই---খুয়োই তোম্পোক ( ১৫৪---২৬৪ ইং ) ।

মহারাজানা নিংথৌ ওঈ অতুগী মতুংদা তাওথিং মাঙ রাজানা নিংথৌ ওঈ অতুগী মতুংদা খোই নিংঙোনবা রাজানা নিংথৌ ওঈ অতুগী মতুংদা পেংসিবা মহারাজানা নিংথৌ ওঈতুনা পাল্লে অতুগী মতুংদা কাওখঙবা রাজানা নিংথৌ ওঈ অতুগী মতুংদা নাও খম্বা রাজানা নিংথৌ ওঈ অতুগী মতুংদা নাওফঙবা রাজানা নিংথৌ ওঈ অতুগী মতুংদা সমৈংরাং মহারাজানা নিংথৌ ওঈ অতুগী মতুংদা কোন থৌবা রাজানা নিংথৌ ওঈ অতুগী মতুংদা নাওথিঙগোং মহা-রাজানা নিংথৌ ওঈতুনা পাল্লেঃ অতুগী মতুংদা খোঙদেকচা রাজানা নিংথৌ ওঈ অতুগী মতুংদা কৈরেন চা রাজানা নিংথৌ ওঈ অতুগী মতুংদা য়ারবা রাজানা নিংথৌ ওঈ অতুগী মতুংদা অয়াঙবা রাজানা নিংথৌ ওঈ অতুগী মতুংদা নিংথৌজেং রাজানা নিংথৌ ওঈ অতুগী মতুংদা চেংলৈঃ ইপান লাম্বা রাজানা নিংথৌ ওঈ অতুগী মতুংদা কৈফাঃবা রাজানা নিংথৌ ওঈ অতুগী মতুংদা ইরেংবা রাজানা নিংথৌ ওঈ অতুগী মতুংদা লোইয়ম্বা রাজানা নিংথৌ ওঈ অতুগী মতুংদা লোই তোংবা রাজানা নিংথৌ ওঈ অতুগী মতুংদা অত্তোন য়োইরেন বা রাজানা নিংথৌ ওঈ অতুগী মতুংদা ইরাম্বাবা রাজানা নিংথৌ ওঈ অতুগী মতুংদা থরাম্বাবা রাজানা নিংথৌ ওঈ অতুগী মতুংদা চিঙথান লাম্বা রাজানা নিংথৌ ওঈ অতুগী মতুংদা পুরাম্বাবা

---

তাওথিং মাঙ ( ২৬৪--৩৬৪ ইং ); খোই নিংঙোনবা ( ৩৬৪--৩৭৯ ইং ) পেংসিবা ( ৩৭৯--৩৯৪ ইং ); কাওখঙবা ( ৩৯৪--৪১১ ইং ); নাও খম্বা ( ৪১১--৪২৮ ইং ); নাওফঙবা ( ৪২৮--৫১৮ ইং ) : সমৈরাং ( ৫১৮--৫৬৮ ইং ) কোনথৌবা ( ৫৬৮--৬৫৮ ); নাওথিঙগোং ( ৬৬৩--৭৬৩ ইং ); খোঙদেক চা (৭৬৩—৭৭৩ ইং) ; কৈরেন চা ( ৭৮৪--৭৯৯ ইং ) ; য়ারবা ( ৭৯৯--৮২১ ইং ), অয়াঙবা ( ৮২১--৯১০ ইং ) ; নিংথৌজেং (৯১০--৯৪৯) , চেংলৈ ইপান লাম্বা ( ৯৪৯--৯৬৯ ইং ); কৈফাবা ( ৯৬৯--৯৮৪ ইং ); ইরেংবা ( ৯৮৪--১০৭৪ ইং ) ; লোইয়ম্বা (১০৭৪--১১১২ ইং ) ; লোইতোংবা ( ১১২২--১১৫০ ইং ) ; ইরাম্বাবা ( ১১৯৩--১১৯৫ ইং); থরাম্বাবা (১১৯৫--১২৩১ ইং) ; চিঙথান লাম্বা (১২৩১--১২৪২ ইং) ; পুরাম্বাবা ( ১২৪৭--১২৬৩ ইং ); খুবোম্বা ( ১২৬৩--১২৭৮ ইং ) ।

রাজানা নিংথৌ ওঈ অহুগী মত্তুংদা খুবোম্বা রাজানা নিংথৌ ওঈ অহুগী মত্তুংদা মোইরাম্বা রাজানা নিংথৌ ওঈ অহুগী মত্তুংদা থংপি লাম্বা রাজানা নিংথৌ ওঈ অহুগী মত্তুংদা কোওয়াম্বা রাজানা নিংথৌ ওঈ অহুগী মত্তুংদা তেলহৈবা রাজানা নিংথৌ ওঈ অহুগী মত্তুংদা তবুংবা রাজানা নিংথৌ ওঈ অহুগী মত্তুংদা লাঈরেন বা রাজানা নিংথৌ ওঈ অহুগী মত্তুংদা পুঞ্জিবা রাজানা নিংথৌ ওঈ অহুগী মত্তুংদা নিংথৌ খোম্বা রাজানা নিংথৌ ওঈ অহুগী মত্তুংদা কিয়াম্বা মহারাজানা নিংথৌ ওঈহুনা পাল্লেং কিয়াম্বা নিংথৌগী হাক্তকতা কবো নিংথৌ খিখোম্বগা মরুপ ওইদুনা য়াম্ম চায়ে অহুদা মৈতৈগা কবোগা লম-য়েন্মে মৈতৈগী লমদি নোংবোক লোমদা হৈনৌ খোঙনেম্বা দগী হৌদুনা নিংথিভুরেন রাংমা লান্দুনা লোইজরি চিঙসাংগী মথৈনেং মখারোমদা তখেনগী মথৈনেং নোংজুপ লোমদা ময়াংকসারগী মথৈনেং অরাংলোমদা তেখাও আসামগী মথৈনেং অহুগী মত্তুংদা কোঈরেম্বা রাজানা নিংথৌ ওঈ অহুগী মত্তুংদা লমগাঈ ঙম্বা রাজানা নিংথৌ ওঈ অহুগী মত্তুংদা নুংইন ফাংবা রাজানা নিংথৌ ওঈ অহুগী মত্তুংদা কাবোম্বা রাজানা নিংথৌ ওঈ অহুগী মত্তুংদা অতোওজাম্বা রাজানা নিংথৌ ওঈ অহুগী মত্তুংদা চলাম্বা রাজানা নিংথৌ ওঈ অহুগী মত্তুংদা মুংয়াম্বা রাজানা নিংথৌ ওঈ অহুগী মত্তুংদা খাগেম্বা রাজানা নিংথৌ ওঈহুনা পাল্লেং নিংথৌ খাগেম্বগী হাক্তকতা মৈতৈ লৈপাক মচ্চাং পুম নমকপু লোইসঙ সাহন্দুনা লোইফম থাবম অহল্লুপ নাহারুপ পনা মরিঙক

---

মোইরাম্বা ( ১২৭৮--১৩০২ ইং ) ; থংপি লাম্বাবা ( ১৩০২--১৩২৪ ইং ) ; কোওয়াম্বা (১৩২৪--১৩৩৫ ইং); তেলহৈবা (১৩৩৫--১৩৫৫ ইং); তবুংবা(১৩৫৫--১৩৫৯ ইং); লাঈরেনবা (১৩৯৪--১৩৯৯ ইং); পুঞ্জিবা (১৪০৪-১৪৩২ ইং); নিংথৌ-খোম্বা (১৪৩২--১৪৬৭ ইং); কিয়াম্বা (১৪৬৭--১৫০৮ ইং); কোঈরেম্বা (১৫০৮--১৫১২ ইং); লমগাঈ ঙম্বা (১৫১২--১৫২৩ ইং); নুংইন ফাংবা (১৫২৩-১৫২৪ইং); কাবোম্বা (১৫২৪--১৫৪২ ইং) ; অতোওজাম্বা (১৫৪২--১৫৪৫ ইং) ; চলাম্বা (১৫৪৫--১৫৬২ ইং); মুংয়াম্বা(১৫৬২--১৫৯৭ ইং); খাগেম্বা (১৫৯৭-১৬৫২ ইং)

পান্দুনা লাল্লুপ খোঙবু মরি থোকহন্দুনা কোন্নুংদা লাল্লুপ কাংহল্লেঃ মচা অমনা তরানী কাংরগা থা অমালেম হল্লি লৈপাক মচ্চাং পুমন-মকপু মচ্চাংগী মতম গুমনায়োকই রায়েন বিচর চুমনা তৌহুনা ব্রাহ্মণ ক্ষত্রি বৈশ্য শূদ্র সাগৈ সলাঈ মরিমকপু থাইনান্নুংঙাইনা চাহি কুমসিঙ মতম কুঈনা থাগেম্বা মহারাজানা নিংথৌ ওঈহুনা পাল্লেঃ অহুগী মত্তুংদা খুনজাওবা রাজনা নিংথৌ ওঈহুনা পাল্লেঃ অহুগী মত্তুংদা পাঈখোম্বা রাজানা নিংথৌ ওঈ অহুগী মত্তুংদা চরাঈ রোংবা রাজানা নিংথৌ ওঈ অহুগী মত্তুংদা গরিবনিরাজ মহারাজানা নিংথৌ ওঈহুনা পাল্লেঃ মহারাজা অহুগী হাক্তকতা নোংজুপ লোমদগী শান্তিদাস মহাপুরুষ কৌবা গোষাই কুমা লাকহুনা থুংলৈ অহুবু গরিবনিরাজ মহারাজানা য়ামনা লূনা ইক ঈ চুমননা সেবা তৌহুনা য়োকই গোষাই অদোনা নিংথৌনাচিংবা লৈপাক পুমনমকপু লাঈমিক্কী রায়েন চৎহল্ল অম্পূম তৌনা নুংঙাঈনা পাল্লেঃ অহুদা গরিবনিরাজ মহারাজানা মচ্চাংনিপা শ্যামসাইগা চিৎসাইগা ভরসাইগা অনন্ত-সাইগা স্নাংহনগা তোলেন তোনবগা অসিপোকই শ্রীযুক্ত গরিবনি-রাজ মহারাজানা চহি কুমসিঙ মতম কুঈনা অহন ওঈনা নিংথৌ ওঈরবদা শ্রীমতী গোমতী মহারাণীগীমবুং মুজুমদারনে প্রেমনে অনিমক কা রাং তাংনহুনা মহারাণীনা পোকপা স্নাহন যুবরাজ বু নিংথৌ সেমলে গরিবনিরাজ মহারাজা বু তান্থোকলেঃ অহুদগী গরিবনিরাজ মহারাজানা কোন্থাদা কোপ্পুং অমা সেমহুনা লৈরেঃ অহুদমবুং লৈফরোঈ হাইহুনা তান্থোকলেঃ অহুদা নিংথৌগী মচ্চাং নিপা অহন শ্যামসাই না সাওরহুনা ইপাং ইবুংঙো ঐ লান সোক নরগেঃ হাইরবদা শ্রীযুক্ত গরিবনিরাজ মহারাজানা থামজিল্লেঃ

---

খুনজাওবা (১৬৫২--১৬৬৬ ইং); পাঈখোম্বা (১৬৬৬--১৬৯৭ ইং); চরাঈরোংবা (১৬৯৭--১৭০৯ ইং); গরিবনিরাজ (১৭০৯--১৭৪৮ ইং); তোলেন তোনবা—শত্রুর শাই।

অঙাংহন তৌরগ্গ্‌ ননাওগী মনিঙ থুংনা পানজম্ল্‌ হাইহ্না মচ্চাঃ নিপা অহন শ্যাম সাঈবু থেমজিল্লহ্না অরাঃরোমদা চৎপ্রেঃ হাইবা তাঃরহ্না মনাওনিপা তোলেন তোন ববু কৌহ্না হাই ইনাওতোন নঙনা চৎতুনা ইপাঃ নিংথৌবু কৌরম হাইহ্না নিংথৌ স্নাঃয়াথং অস্নুম হাইরবদা তোলেন তোনবনা অকন অথৌ লানমি সাগোন তোংবা য়াওনা মপা নিংথৌবু কৌরগ্নি হাইহ্না চৎলেঃ অহ্নদা শ্রীযুক্ত গরিবনিৱাজ মহারাজানা লম কোইনা খরচৎ লূ রগা হল্লক পদা অসোম দগী ওকপা চৎখিবা মি সিংগা খুজারোক মপান্দা ওকনরেঃ অহ্নদা গরিবনিৱাজ মহারাজানা লোইনহ্না চৎম্লরম্বা শ্রীযুক্ত সান্তি-দাস মহাপুরুষ কৌবা গোষাই অহ্নবু লোকমপাল অহ্নদা খুৎলাঈনা থাহ্না লোঈথোকলেঃ মরম অহ্না লোক অহ্নগী মমিংবু গোষাই লোক হাইনা কৌনই অহ্নদগী হৌজিকতি খুজাইরোক হাইনা কৌন রেঃ অহ্নগা অমাষুং শ্রীযুক্ত গরিবনিৱাজ মহারাজানা কাইহ্না মচ্চাঃনিপাঃ অহন শ্যামসাই খুরাইরাক পগানিংথী তুরেন মপান য়োনা চৎলেঃ মফম অহ্নমকয়োনা তান্দুনা নিংথী স্নাঃ ইচিন মপান্দা শ্রীযুক্ত গরিবনিৱাজ মহারাজাবু খুৎলাঈনা থাহ্না নোংগাঃখরেঃ ১ষুং মচ্চাঃ নিপা অহন শ্রীশ্যামসাঈ খুরাইরাক পদি নিংথী তুরেন ময়াইদা চোংথহ্না লুপপ্রেঃ অহ্নমনা মাঙখ্রেঃ থিবা খঙদ্রেঃ অহ্নদগী চৎলুবা মিসিং অহ্ন হল্লকতুনা মণিপুরদা থুংলরেঃ অহ্নদা স্নাঃহন নিংথৌনা হংই ইপাঃ ইবুংঙো মহারাজা লাকলব্রাঃ হাইবদা অহ্নদা চৎলুবা মিসিং অহ্না হংগৎলি নপাঃ ইবুংঙো মহারাজাদি নিংথি তুরেন মপান্দা নোংগাঃপ্রে ১ষুং নয়াস্নুং অহন্দি নিংথিতুরেন ময়াইদা লুপপ্রেঃ। ১ষুং গোষাইদি লোক মপান্দা সিরে হাইবা রাঃ অহ্ন হেক তাঃ বদা নিংথৌগী মবুকতা য়ামনা রারেঃ অহ্নদা শ্রীগোমতী মহা-রাণীনা থেমজিল্লে লৈপাক্কী অঙম্বসিং পুমনমকষুং য়াওনা নিংথৌগী মবুক হুংঙাঈনবা হাইহ্না থেমজিল্লেঃ অহ্নগী মত্তুংদা শ্রীযুক্ত

গরিবনিৱাজ মহারাজাগী কর্ম্ম মতোন লোমনা তোরেঃ অতুগী মতুংদা শ্রীস্নাঃহন মরাম্বানা নিংথৌ ওঈতুনা পাল্লে অতুদা শ্রীশ্যামসাঈগী মচ্চাঃনিপা শ্রীভাগ্য চন্দ্রনা খুংজিংতুনা নিংথৌসেমলেঃ লালফমদা তোগেন তোনববু হাৎলে অতুগী মতুংদা নিংথৌ মরাম ববু তাম্থোকতুনা শ্রীভাগ্যচন্দ্রনা নিংথৌ ওঈরেঃ অতুদা শ্রীঅনন্তসাঈনা মন্ত্রি ওঈরেঃ শ্রীযুক্ত ভাগ্যচন্দ্র মহারাজাগী হাকতকতা মহৌসা রামান্দি ধর্ম্ম চৎলম্বদগী শ্রীযুক্ত মহাশয় ঠাকুর গোসাই ময়াং লোমদগী থোরকতুনা গৌরিয়া ধর্ম্ম চৎলে ১ৰুং শ্রীরাধাগোবিন্দ লিংথৎতুনা লাংলি সেবা তৌই হরি সংকীর্ত্তন তৌই মহা রাসনা চিংবা লীলা তৌই মণিপুরলৈপাক পুম নমক অচাঃ অথক পুম নমক অনত্তা অৱাংপা লৈত্রা হোঙনা চাওনা মুংঙাইনা পাল্লেঃ অতুদা শ্রীযুক্ত ভাগ্যচন্দ্র মহারাজানা মচ্চানিপা শ্রী স্নাঃহন যুবরাজানে শ্রীলাবণ্যচন্দ্রনে শ্রীমধুচন্দ্রনে শ্রীতুলজিৎনে শ্রীচৌরজিংনে শ্রীমারজিংনে শ্রীদাউজি খোংজাঈ ওম্বানে শ্রীগম্ভির সিংহ সামুফাবানে অসিপোবই অতুদগি শ্রীস্নাঃহন যুবরাজাদি পাথং ওঈনা লাঈথোকতুনা সিখরেঃ অতুগী মতুংদা শ্রীলাবণ্যচন্দ্রবু যুবরাজা ওঈহল্লেঃ অতুদগী শ্রীযুক্ত ভাগ্যচন্দ্র মহারাজানা চহি বুমসিঙ মতম কুঈনা নিংথৌ ওঈতুনা পাল্লবদা অহল মতম ওঈরকলে অতুদা ১ৰুং অচুঊবা মণিপুরদ. মঙ্গিং কোকপৈঃ কৌবা ব্রাহ্মণ অমাদং লৈরমই মচং য়ামনা ফংতে মহাক অদু ব্রাহ্মণদি ওঈরগা সনহুরাল্লি সাগোন হুইমিগা য়ৈঃ নগল্লি ১ৰুং মৱালৈবানুপী ঙাওনৈ অতুগী দমক হোজ হৌজফাঃবা অহুমলক মরিরক স্নুরবদা নিংথৌনচিংবা লৈপাক্কী অঙম্বা পুম নমকনা য়ৈঃ হৎচৈহৎতুনা রাঃরক পবু ঙমদ্রে অতুদা শ্রীযুক্ত মহারাজানা ব্রাহ্মণ কোকপৈঃ বু কৌসিন্দুনা হাই বাপু নঙবু ব্রাহ্মণ মচ্চাঃনি হণ্ডকতি

ভাগ্যচন্দ্র (১৭৫৯—১৭৬২ ইং ; ১৭৬৩—১৭৯৮ ইং) ; শ্রীদাউজি খোংজাই ওম্বা—বিশ্বনাথ।

থাংদোকখিংগ মচং ফত্তবা অসিবু হয়েং মভুংদা অমরক তৌরকতূনা ঐনা ফংলবদি ব্রাহ্মণনি হাইহুনা য়েংবা ভাকপা তেংরাংগোঈ নংবু মহাৎলগী অহুনা নিংথৌনা মরম ওকনা লৈয়ু হাইহুনা থাদোকপিরেঃ অহুদগী নুমিৎ মতম কুঈনা লৈরবদা ১ রক কাকপৈঃ কৌবা ব্রাহ্মণ অম মি ১গা য়ৈনহুনা মাংনা মসাঃ কনবা চন্দুনা মি অহুবু য়ৈথুরমলেঃ অহুদা খুনগী মিনা ব্রাহ্মণ কোকপৈঃ বু ফাহুনা চৈঃ রাপ্তা পুখৎলকলেঃ অহুদা চৈরাপকী অঙম্বসিংনা নিংথৌদা হংগৎলঃ অহুদা মহারাজানা হাই ব্রাহ্মণ কোকপৈঃ অসিনা মচৎ ফৎতবা অসিনা য়ামনা রাংরেঃ ক্রমতৌসি বাঃ মাগী মরাঙ্গি হাৎপা মতিক ওকলেঃ ব্রাহ্মণ ওঈবা অসিনা হাৎপদি য়াদ্রেঃ হাইহুনা মহারাজানা রাখন তৌরুবদা থর কিন নবা তৌ বা থোকলেঃ হাইহুনা মহারাজানা অঙম্বসিংদা হাই ব্রাহ্মণ কোকপৈঃ অসি লালমি সঙলিংবদা পিহুনা খ্বাঈরম্বল য়ৌহন খরোঃ মফম অহু য়ৌরগা ঐঙোন্দা খঙহল্লু হাইহুনা ব্রাহ্মণ কোক-পৈঃ অহু সঙলিংবনা খ্বাঈরম্বন য়ৌনা পূথোকখ্রেঃ অহুদা লাঈগী নোংদম থিবনা ১মুং ব্রাহ্মণ অহুগী সিগদবা ঃ মিৎমুং শূরক লহুনা ১মুং ব্রাহ্মণ কোকপৈঃগী মচৎথিবনা মি পুম নমক য়েংথিরহুনা ১মুং মহারাজাগী স্নাঃপুকনিঙ মহুঙগীদি খঙদরহুনা খ্বাঈরম্বন হেক য়ৌব-মক্তা তন্না লোঈ থোক্লেঃ অহুগী মত্তুংদা শ্রীযুক্ত মহারাজা স্নাঃ য়াথং হাৎকু ঐনা কিম্নু হাইহুনা তৌবনি হাইরবদা অঙম্বসিংনা স্নাঃ য়াথং মত্তুং ইন্না লোঈ থরেঃ হাইবা রাঃ অহু তাংরবদা হি ঐদি মাঙলে ব্রহ্ম বধ পাপ লৈরেঃ হাইহুনা নুমিৎ তরানি চরা হেল্লেঃ অহুগী মত্তুংদা নিংথৌগী মবুক্তা য়ামনা রাংরে ঐনা নিংথৌ ওঈববু রাংয়েন বিচার ঙমদরবনিনা গঙ্গা তীর্থ চৎলগেঃ গঙ্গাদা থরাই থাংরগেঃ হাইহুনা শ্রীযুক্ত ভাগ্যচন্দ্র মহারাজানা ব্রাহ্মণ কোকপৈগী মথরাইবু কনবা ঙমহৌদবগী অরাংবনে ১মুং মচ্চাঃ ইবুংঙো স্নাংহন যুবরাজবু থাঈনবগী হুঙসিবা অরাংবনে অসিগী মৈচাকনা য়ামনা

রাংরে অতুগী মত্তুংদা শ্রীযুক্ত মহারাজানা মচ্চাঃ নিপাঃ শ্রীলাবণ্যচন্দ্রবু কৌরতুনা নিংথৌ মফম পিরে অতুগী মত্তুংদা গঙ্গা য়ৌনা চৎখরেঃ শ্রীবারক্ষেত্র কৌবা গঙ্গা মপান য়ৌরবদা মুমিৎ খরদং লৈরমলগা শ্রীযুক্ত ভাগ্যচন্দ্র মহারাজা গঙ্গাপ্রাপ্তি ওঈখরেঃ অতুগী মত্তুংদা মণিপুর অসোমদদি শ্রীযুক্ত লাবণ্যচন্দ্র মহারাজানা চহি কুমসিঙ অতুমস্তুনা নিংথৌ ওঈরবদা শ্রীদাউজিনে শ্রীগম্ভিরসিংহনে অনিমক্কী-দমক মমাগা পোক মনবামক্কু শ্রীখুনবোং চন্দ্রমনিনে শ্রীনন্দ লাল্ল অনিমকনা নিংথৌসেমগেঃ থৌরাঙ তৌতুনা খুৎ লিংলেঃ অতুদগী নোংমা মুমিৎ অমাদা শ্রীমধুচন্দ্রদা মি অমদং সিঃতুনা নাকোঙ চিকনা হাই হল্লুই ঐথোই হয়েংদি থবক অমা তৌগ তৌরী হাইতুনা তাকই অতুদগী হয়েংগুম্বা মুমিৎ অতুদা শ্রীযুক্ত লাবণ্য চন্দ্র মহারাজানা কাঙজৈবুঙদা কাঙজৈঃ সান্নেঃ অতুদা কাঙজৈঃ সান্নবা লোঈরতুনা সাগোন মথক তগী হেক্কুম থবা সন্ধ্যাগী অমম অঙান সিন্নবা মতমদা মিয়াম চঙতুনা শ্রীযুক্ত লাবণ্য চন্দ্র মহারাজাবু খুৎলাঈনা থাতুনা মাঙহল্লেঃ মফম অতুমক্তা তন্না নোঙ্গাঃখরেঃ অতুদা শ্রীমধুচন্দ্রনা ময়াম্বুং নিংথেম লৈত্রে হাইবা তাঃরতুনা মাঃগী খুৎকা লোইননা কোম্বুং চঙলতুনা নিংথৌ ওঈরেঃ অতুদা শ্রীদাউজিনে শ্রীগম্ভিরসিংহনে অনিমকপু মক্কু অনিমকনা নিংথৌ ওঈহনগেঃ হাইতুনা থৌরাঙ তৌববু নিংথৌ ওঈহনবা ঙমত্রে অতুদগি করিমুং তৌবা ঙমদরতুনা অতুমনা মরৈঃরে ১মুং শ্রীযুক্ত মধুচন্দ্র মহারাজানা শ্রীচৌরজিৎপু যুবরাজ ওঈহল্লেঃ শ্রীমারজিৎপু সেনাপতি ওঈহল্লেঃ অতুগী মত্তুংদা শ্রীযুক্ত মধুচন্দ্র মহারাজানা নিংথৌ ওঈবা চহি অনি মুরবদা অঙম্বা খুনবোং চন্দ্রমণি মনাওনিপা নন্দলাল্ল অনিমকপু থাঃজবা লৈত্রেঃ মরম অতুনা

---

লাবণ্যচন্দ্র (১৭৯৮—১৮০১ ইং); ভাগ্যচন্দ্রনা নোঙ্গাখিবা—১৭৯৯ ইংগী মেরা থাগী ৩ নি পানব; মধুচন্দ্র—(১৮০১—১৭০৩ ইং) দা মুর্শিদাবাদকী জিয়াগঞ্জ হান্নবা মফম অতুদা গঙ্গা মপান্দা নোঙ্গাখি; শ্রীদাউজি—বিশ্বনাথ।

শ্রীযুক্ত মহারাজাগী পুকনিঙদা মাঙহনগেঃ হাইনা নিঙলহুনা নোংমা *তুমিং অমাদা শ্রীঅনন্তসাই মন্ত্রি পুঞ্ছিবদা* শ্রীযুক্ত মধুচন্দ্র মহারাজানা হাই ইবুঙো মন্ত্রিনা থৌরাঙ অমত্তা তৌবিয়ু খুনবোং চন্দ্রমণি নন্দলাল্ল মচি মনাও অনিমক অসিবু কমতৌসিবা মবিঙডাঃ অসি অঙম্বা অচৌবা ওঙ্গৈহুনা খুৎয়ামনা চাওরেঃ মাখোই অসি পুকচেন ফৎতে অহুনা ঐথাঃজবা নৈতে অহুনা মাখোইবু ঙমনবা থৌরাঙ অমত্তা ইবুঙোনা তৌবিয়ু হাইরবদা শ্রীমন্ত্রি পুনসিবনা হাই ঐতৌগে মহারাজা, তৌগদবা থবকত্তি কংলা অমলবা অসি সিদোকতুনা অহনবা অমা সাবা থোকলেঃ হাইবদা ফরেঃ ইবুঙোনা অস্থুম ফগ্নি হাইবা তৌবিরোঃ হাইহুনা নিংথৌগী স্নাঃয়াথং লৈরবদা শ্রীমন্ত্রি পুঞ্ছিবনা লৈপাক মিয়ামদা হাইদোক তুনা খঙহল্লেঃ কংলা অহনবা সাগ্নী হাইহুনা হান্নগী কংলা অমনবা সিদোক হল্লেঃ অহুগী উখুন লাওনা তৌঃহল্লেঃ অহুগী মহুংদা নোংমাদা শ্রীমন্ত্রি পুঞ্ছিবনা চৈরাগ্না মিয়ামনা তিল্লবদা হাই ঙসিদি কংলা যাত্রা হুনগী য়েংউসি অঙাং নঙখুং চৎলুসি হাইহুনা শ্রীখুনবোং চন্দ্র ম নবু শ্রীমন্ত্রি পুঞ্ছিবনা খুৎসম নরহুনা কংলা সাভম তান্না পুরকলেঃ অহুদা কংলা উখুন য়েংসিন্নবা সাহুনা অঙাংখুং য়েংউ হাইহুনা য়েংহল্লেঃ অহুদা শ্রীমন্ত্রি পুঞ্ছিবনা মিংথৎলহুনা মিয়াম চঙহুনা উখুন মহুংদা শ্রীখুনবোং চন্দ্র মণিবু ইনথূরেঃ লূখমদা য়োখোকনাফুরেঃ অহুমনা মসিরেঃ অহুদা মিয়াম ব্রাঃ ব্রাঃ কাইরেঃ মতম অহুমক্তা মনাওনিপা নন্দলাল্লনা ময়ুমদগী কাঃরকপদা ময়াম্মা চন্দ্র মণিবূ হাৎলেঃ হাইবা তাঃরহুনা মাঃখুং অঙম্বা অচৌবা ওঙ্গৈবনিনা মথুক্তা থাঙপাইরহুনা ঐগী য়াম্মাবু হাৎপা ক্লানোঃ থোরকউ হাইহুনা চৈঃরাপ মমাঙদা থাঙ হাইহুনা লৈরেঃ মনাক্তা মি অমত্তখুং চঙবা ঙমত্রে ? অহুদা শ্রীমন্ত্রি পুঞ্ছিবনা লাকতুনা হি করিনোঃ অঙাংখোই মি অচৌবনা অস্থুম তৌরবদি মিক্লানা চঙবা ঙমগদবগেঃ হাইহুনা চরংচরং চঙলকতুনা স্থপকোন

ওঈনা কোন সিন্দুনা থাঙগা লোইননা ফারেঃ মখুংগী থাঙমুল্লেঃ শ্রীমন্ত্রি পুষ্টিবনা তৌগ্নু হাইহুনা খাম সিঙবা সাহুনা কেন্দুনা অমলিডৈদা মি অমানা নন্দলাল্লগী মবুকতা তানা থিন্দুনা হাংলেঃ অহুগী মতুংদা শ্রীযুক্ত মধুচন্দ্র মহারাজানা। পুকনিঙ অরাংবা লৈত্না মুংঙাঈনা পাল্লেঃ অহুগী মতুংদা খরলৈরগা শ্রীচৌরজিৎ যুবরাজবু নিংথৌ সেমগেঃ তৌরমই হাইহুনা তাম্মোকলেং অহুদগী ময়াংলোমদা চংখরহুনা গঙ্গা তীর্থ য়োরুরেঃ অহুদগী অমরক তন্না শ্রীচৌরজিৎ যুবরাজনা নিপাঃ নিফু য়াঙথৈংগা লোইনহুনা মণিপুরদা থোরকলেং অদুদা নৈরবাক লম বোঈবা বাসি খোংবা হৈবা অমা য়াওরকই অহুদা মণিপুর অসোমদা শ্রীযুক্ত মধুচন্দ্র মহারাজানা শ্রীচৌরজিৎ যুবরাজনা লাল হোংরকলেং হাইবা তাংরহুনা শ্রীমার-জিৎ সেনাপতিবু স্নাঃ য়াথং চংলু হ ইহুনা তেংগোন মিয়াম্পূহুনা চংহল্লেঃ অহুদগী মারজিৎ সেনাপতিনা সঙাঈথেন্দা তেংগোন সাহুনা ঙাঈদূনা লৈরেং ১মুং অসোমদা মণিপুর কোম্নুংদা শ্রীযুক্ত মধুচন্দ্র মহারাজানা শ্রীচৌরজিৎ যুবরাজগী মমাঃ শ্রীমতী চিঙঙাথম্বি মহারাণীবু কৌহুনা হাই ইমাঃ নচাঃনিপাঃ লাকলেঃ চংলোঃ ঐগী লৈপাকতা লৈবিরগ্নু হাইহুনা তাম্মোকলেং অহুদগী শ্রীমতী মহা-রাণীনা সাওরহুনা কপনা কপনা মচ্চাঃনা লাকপা মাইগৈঃ রোমদা লাকলেঃ অহুদগি সঙাইথেন্দা শ্রীমারজিৎ সেনাপতিনা তেংগোন সারিবা মফম অহুদা চঙলকলেঃ অহুদা শ্রীমতী মহারাণীনা শ্রীসেনা-পতিবু কৌথোকলেং অহুদা শ্রীমতী মহারাণীনা কপল্লহুনা হাই ইবুংঙো ইমাংবু নয়াম্মা নিংথৌনা তাম্মোরকলেং অহুনা মাঙনফম অমাদা মাঙলুরগেং চংখরগে নঙবু নমাং মসক খঙহোংবানত্তে ঐগী খোম নাম্মা থকতুনা চাওখিবনি অহুনা ইমাংগী খোমথকহোংররোঃ ইমাদি চংলগেং লৈপাক অসিদা লৈবায়াদ্রেং হাইহুনা কৌরবদা শ্রীমারজিৎ সেনাপতিনা তেংগোন মমুংদগী থোরকলেং শ্রীমতী

মহারাণীগী মনাকতা চঙলকলেঃ অদুদা শ্রীমতী মহারাণীনা নাকোঙ-
চিকনা হাই কমতৌসিগেঃ নয়াম্বুং অতোন চৌরজিৎ যুবরাজদি
লাকলে হাইনা তাঃরেঃ নঙনা নিংথৌ ওঈহনগে হাইব্রাঃ ওঈহল্লোঈ
হাইব্রাঃ ইমাঃদা রা অমাদং হাইয়ু হাইরবদা শ্রী মারজিৎ সেনাপতিনা
হাই ইমাঃ সিজনা মহাইরবনিনা ইমাঃ সিজনা অস্নুমতৌ হাইবা য়াথং
মত্তুং ইন্না তৌরগেঃ হাইরবদা শ্রীমতী মহারাণীনা ফরেঃ নয়াম্বুং
অতোনবু নিংথৌ শুঈহল্লোঃ রাঃ অসি নয়াম্বুং অতোন্দা হাইরুরগেঃ
ইমাঃদি চংলগেঃ হাইদুনা শ্রীমতী মহারাণীনা শ্রীচৌরজিৎ তান্না
চংলেঃ অদুদা মমাঃ মচ্চাঃ অনিমক উনরদুনা রাঃ পুমনমক ভাঙনরেঃ
শ্রীচৌরজিৎনা রাঃ অদু তাঃববদা য়ামনা স্নুংঙ ঈরেঃ অদুদগী
লাকল্লদুনা সঙাঈথেন্দা শ্রীমারজিৎ সেনাপতিগা মচি মনাও অনিমক
উনরেঃ অদুদা রাঃরান পুমনমক ভাঙনদুনা লেপনরেঃ অদুদগী
শ্রীমারজিৎ সেনাপতিনা তনিঙ তমাঙ ওল্লদুনা লাল জিন থংনা
লাকলেঃ মণিপুর অসোম দদি শ্রীযুক্ত মধুচন্দ্র মহারাজানা শ্রীচৌর-
জিৎ যুবরাজগা শ্রীমারজিৎ সেনাপতিগা মচি মনাও অনিমক অমত্তা
ওঈনা তিন্নখরেঃ হাইবা তাঃরদুনা কোন্নংদাপন কন্না সারদুনা
লৈরেঃ তেংগোন পুমনমক পন্দা তাজিন লোনসিন লোনসিন্দুনা
থোরাঙ তৌদুনা লৈরেঃ। মতম অদুমক্তা শ্রীমারজিৎ সেনাপতি
চঙলকলেঃ অদুদা মৈরবাক বাসি খোংবা হৈবা অদুনা বাসিকল্লা
খোংলকই বাসি মথোন অদু তাঃবদা তেংগোন পুমনমক ই স্নুম
স্নুমহৎলেঃ ইঙক ঙকলেঃ মি অমত্তা থাম্বা ঙমদ্রেঃ অদুদগী শ্রীযুক্ত
মধুচন্দ্র মহারাজানা থাঙবা ঙমদরদুনা ময়াং লোমদা চংপ্রেঃ অদুগী
মত্তুংদা শ্রীযুক্ত চৌরজিৎ যুবরাজনা নিংথৌ ওঈরেঃ* শ্রীযুক্ত
মারজিৎ যুবরাজানা সেনাপতিস্নুং স্নুপনা ওঈরেঃ মচি মনাওস্নুংঙাঈনা
পাল্লেঃ শ্রীযুক্ত মধুচন্দ্র মহারাজনা ময়াং য়োরবদা ময়াং নিংথৌগা

*চৌরজিৎ সিংহ—( ১৮০৩—১৮১৩ ইং )।

য়ামনা চান্নরা মরূপ ওঈরেঃ অহুদগী ময়াং নিংথৌনা মচ্চাঃগুপী ময়াং লৈমা পিরেঃ অহুদগী মত্তুংদা খর লৈরগা ময়াং নিংথৌনা সহায় পাংগন ওঈহুনা শ্রীযুক্ত মধুচন্দ্র মহারাজনা মণিপুরদা অমরক থোরকলেঃ বিষ্ণুপুরদা তেংগোন সাহুনালৈরেঃ শ্রীযুক্ত চৌরজিৎ মহারাজানা লান লাকলেঃ হাইবা তাঃরহুনা শ্রীমারজিৎ সেনাপতিবু চৎলু হাইহুনা তেংগোল মিয়াম পুহুনা বিষ্ণুপুর য়ৌনা শ্রীমারজিৎ সেনাপতিনা চৎতুনা শ্রীযুক্ত মধুচন্দ্র মহারাজাগা কন্না লান সোকনরেঃ মফম অহুমক্তা শ্রীযুক্ত মধুচন্দ্র মহারাজাগী মরাঈবক থিবনা থুংলাঈনা থাহুনা মাঙহল্লে অহুগী মত্তুংদা লালফম লোঈরবদা শ্রীযুক্ত মধুচন্দ্র মহারাজাবু শ্রীমারজিৎ সেনাপতিনা বিষ্ণুপুর অহুদা পোংলোইরমলেঃ অহুগী মত্তুংদা শ্রীমারজিৎ সেনাপতিনা মণিপুব য়ৌনা হল্লকলে ১মুং শ্রীযুক্ত মধুচন্দ্র মহারাজানা চহি কুমসিঙ অহুম নিংথৌ ওঈ অহুদা মচ্চা. নিপা শ্রীয়ুমজাও তাবা অমা নাওলসিং অমা শ্রীপবিত্রসিং অমা শ্রীফৈরাবা অমা শ্রীমেঘসিং অমা অসি পোক লমই ১মুং অহুগী মত্তুংদা শ্রীযুক্ত চৌরজিৎ মহারাজ গী হাক ভকতা স্নাঃথোঙদগী হৌহুনা সঙাঈথেন ফ ওবা স্নাঃ লমজাও যাৎতুনা সেমই লমজাও কাগুপ য়েংলোম ওইরোম স্নাঃথোংনাংথাই অহুদগী চহি কুমসিঙ মঙা নিংথৌ ওঈরবদা মমাঙভৈদা ভাঙনখিবা শ্রীযুক্ত চৌরজিৎ মহারাজাগা শ্রীমারজিৎ যুবরাজগা অনিমকনা হাইনখি বা চহি মঙা মঙানিংথৌ ওঈনসি হাইখিবা অহু চহি কুমসিঙ সূরে অহুনা য়াম্বুং কুমবিরোঃ ঐনিংথৌ ওঈরগে হাইহুনা শ্রীমারজিৎ যুবরাজনা হাইরবদা শ্রীযুক্ত চৌরজিৎ মহারাজানা হাই খর ভাইখো অতে ন অস্নুম হাইবা য়াঃ অহু তারবদা শ্রীমারজিৎ যুবরাজনা মবুকত্তা য়াদরহুনা থুং য়ামনা খোমলেঃ অহুদগী নিংথৌ সেমলেঃ অস্নুম তৌনা হৌজ অহুমলক সুরবদা অকোন বদর্দি থুদৈঃ বন্দা তে গোন সাহুনা মুমিৎ তরেৎনী লৈরেঃ অহুদগী নোংমা

শ্রীমারজিৎ যুবরাজনা সাগোন তোংহনা মখুত্তা তা পাইহনা কোন্নুং চঙলকলেঃ অহুদা মি অমত্তা মমাঙদা লেপ্পা ঙমদরহনা শ্রীযুক্ত চৌরজিৎ মহারাজানা চোংথোকতুনা মন্নুং কাঙজেঃ বুঙদা থাঙ হাইহনা লৈরেঃ অহুদা শ্রীমারজিৎ যুবরাজনা তা হুরু হুরু লৈঃরহনা হুন জিনখরেঃ অহুদা শ্রীযুক্ত চৌরজিৎ মহারাজানা থাঙনা খৎ খৎতোকতুনা সাগোন চুপলি য়াম্থৎলেঃ অহুদা সাগোন সামাই হুরুলৈরেঃ সামাই হেককৈলেঃবা অহুমক্তা শ্রীযুক্ত চৌরজিৎ মহারাজাগী মনাঙ্গৈ শ্রীলল্লাম্বা শ্রীথাঃরোন অনিমকনা শ্রীমারজিৎ যুবরাজগী নিঙহুদা তানা থিন্দুনা অহুমনা মচেন খরেঃ অহুদগী ময়াংয়ৌনা চেনখরেঃ ময়াং য়ৌরবদা ময়াংনিংথৌ গোবিন্দ চন্দ্রনা ঐগী ইমাকনিপা শ্রীযুক্ত মধুচন্দ্র মহারাজাবু হাৎপা মারজিৎ যুবরাজ অসিননি হাইবা তাঃহনা শ্রীমারজিৎ যুবরাজবু য়ামনা সাথিনা তোরে সাগোনষুং মুল্লেঃ য়ামনা চোপনা তৌরবদা লৈবা য়াদরহনা শ্রীহৎ য়ৌনা চৎলেঃ অহুদগী আগরতলা কুমিলা চাদিগাও মোক য়ৌনা মথং মথং চৎলেঃ অহুদগী অরাঃ কোন্নুংয়োনা চৎখরহনা অন্নানিংথৌগী মনাও নিপা ইংয়েঃ যুবরাজগা মরুপ ওঙ্গৈনরহনা য়ামনা চান্নরেঃ অহুদা শ্রীমারজিৎ যুররাজনা ইংয়েঃ যুবরাজদা হাই ঐবু মণিপুরদা নিংথৌ সেমবিয়ু হাইরবদা ইংয়ে যুবরাজনা হাই ফৈঃ ঐথৌরাঙ তৌগেঃ তৌইগুম্বষুং ঐগী ইবুক মন্নুংদা য়ামনা হুংঙাঙ্গৈ তবা অমা লৈরেঃ করিনোঃ হাইববু ঐগী ইতৈমা মহারাণী অঙ্গিনা মৌঁউ মন্ত্রিগা চান্নরহনা মাঃবু নিংথৌ ওঙ্গৈহনগেঃ হাইহনা থৌরাঙ তৌরী ১ষুং ইতৈমা মহারাণীনা ঐগী য়াম্মা নিংথৌবু হিডাক পিজহনা মাঃগী মায়া মন্ত্রণা ঙাও হল্লেঃ পুকনিঙ লৌসিং পুমনমক ইস্নুম স্নুমহৎলেঃ করিষুং খঙহল্লে অহনা মৌঁউ-মন্ত্রিবু ঐনা ফাঃগেঃ হোৎনববু ঙমদ্রি অহনা করিগুম্বা য়াং অসিনা থোকতুনা ঐনা ঙমদবা থোকলবদি নঙবু ঐনা মি সিহনা কৌহল্লগী মতম অহুদা সোইদনা নঙগী ভেংগোন পুহনা তঙাই

ফদনা অসিয়৽ৌনা লাকউ ১মুং ইবিঙডা চায়রবনিনা নঙগী সহায় পাংগন তৌরগেঃ হাইহুনা ইংয়েঃ যুবরাজনা অৱাংগী লানমি লখাঃ অমাপিরেঃ অহুগী মন্তুংদা ইয়ে যুবরাজনা হাই ইবিঙডা ভাংনবা রাঃ অসি সোইনয়ুসি হাইহুনা স্নাঃ থাঙ চিকনরে থাঙ অসিনা সাক্ষি ওঈরম্নু অস্নম হাইনহুনা অহুদগী শ্রীমারজিৎ যুবরাজনা অৱাংগী লানমি লখা অমা পুরহুনা মণিপুর য়৽ৌনা থোরকলেঃ অহুদা শ্রীযুক্ত চৌরজিৎ মহারাজানা শ্রীমারজিৎ যুবরাজনা অৱাংরোমদগী অৱাং লখাঃ অমা পুহুনা লাকলেঃ হাইবা তাংরহুনা চোংথোকতুনা য়ামনা কন্না সাকনরে অহুদগী শ্রীযুক্ত চৌরজিৎ মহারাজানা ঙমদরহুনা ময়াংলোমদা চৎখরে মণিপুরদা চহি কুমসিঙ মাপন নিংথৌ ওঈহুনা পাল্লমই অহুদা স্নাংথোঙদগী হৌহুনা সঙাই থেন ফাওবা লমজাও মফৈদা লম কুনথ্রা পাকনা সেমলমই লমজাও কাগুপ য়েৎলোম ওইরোম স্নাংথোংনাং থারমই ১মুং শ্রীযুক্ত চৌরজিৎ মহারাজানা ময়াংদা লৈখরে অহুগী মন্তুংদা শ্রীযুক্ত মারজিৎ মহারাজানা মণি-পুরদা নিংথৌ ওঈহুনা পাল্লেঃ অহুদা শ্রীগম্ভির সিংহনা শ্রীযুক্ত মারজিৎ মহারাজাদা চঙহুনা থুকম লুবদা মমিৎথানা য়েংহুনা ক্লানো হাইনা হংবদা অঙম্বা সিংনা ননাও ইবুংঙোনি হাই অহু তাংরগা করিমুং হাইরমদনা সঙগাঈ মন্থংলোমদা চঙথরেঃ অহুদগী শ্রীগম্ভির সিংহনা ময়াম্বুং দাউজিদা লাকহুনা হাইরৈ য়াম্বুং দাউজি ইচি ইনাওবু মণিপুরদা লৈবা য়াগত্রাঃ হাইববু য়ারোঈদবা মাল্লে মিৎতা ফৎতে অহুনা ময়াংলোমদা চৎলসি হাইহুনা মচি মনাও অনিমক ময়াংলোমদা চৎথ্রেঃ অহুগী মতুংদা শ্রীযুক্ত মারজিৎ মহারাজানা নিংথৌ ওঈহুনা মণিপুরদা চহি কুমসিঙ তরেৎ পাল্লি অহুদা অহুঙৈং মমাঙঙৈদা শ্রীযুক্ত মারজিৎ মহারাজানা ময়াংলোমদা চেনঙৈংদা ময়াংনিংথৌনা শ্রীযুক্ত মহারাজাবু লাকচা থুমজনা তৌহোংবা অহু

---

মারজিৎ—( ১৮১৩—১৮১৯ ইং )

নিংসিংলকলহূনা নোংমাগী সুমিত্তা শ্রীযুক্ত মহার জানা হাই লৈপাক মচ্চাংসা নওখোই ময়াংনিংথৌবূ ফাংবা ওমগদবা কা রা লৈবগে নওখোইনা ময়াংনিংথৌবূ ফাংবা ওমলবদি ঐম্নাঃ চাওনা পিগে হাইরবদা অহুদা চংকেঃ হাইবা মিগী মথৈ অকনবা লান্দা থৌবা থৌনাংফবা খল্লহুনা চংহলথীহুনা অহিং নোংয়াইদা ময়াং নিংথৌগী কোন্নু অহু থুগাইরেঃ অহুদা ময়াংনিংথৌ কাইহুনা চেনখ্রেঃ অহুদগী মাপোৎ মচৈঃ মরণ মথুম পুমনমক খোমহুনা পুরকলেঃ অহুগা ময়াংঘুং নিপান্নুপী অফং বা মথৈ ফাঃ হুনা পুরকলেঃ মণিপুর য়োরবদা শ্রীযুক্ত মারজিৎ মহারাজানা মাংখোই চংজবা মিসিং অহুবূ মতিক ওকপা ম্নাঃ ওমনা পিরেঃ ময়াং নিংথৌদি ফাংবা ওমদেঃ মথুন্দি থুগাই রমলবনিনা য়ামনা ফরেঃ হাইহুনা পুকনিং মুংঙাঈরেঃ অহুদগী শ্রীযুক্ত মারজিৎ মহারাজানা স্নাঃ সঙগাঈ সারেঃ অহুদগী কোন্নুং অকোইবা থাঙগম্বাং তৌঃই খুদ্রপ মাপন রাংনা চেকনা পন সাই ১ঘুং সঙাইথেন দগী য়েংবদা স্নাঃ সঙগাঈ শারিবা অহু উনবা হাইহুনা শ্রীযুক্ত চৌরজিৎ মহারাজানা লমজাও কাগুপ স্নাংখোংনাং থারম্বা অহু ওমনা য়ানথেকই মাইগৈঃ মরিমক তগী য়েংবদা স্নাঃসঙগাঈ উহল্লি অহুগা ইনফান তুরেন থিংজিন্দুনা কোংবা তুরেন য়োনা তুরেন অমা তৌহনা তুরেম চেন হল্লি কোন্নুং ময়াইদা তুরেন চেনঃ হন্ত্রে অহুদগী শ্রীযুক্ত মারজিৎ মহারাজানা নিংথৌ ওঈবা চহি কুংমসিঙ জরেৎ সুরবদা মমাঙঙৈদা অরাংগী ইংয়েঃ যুবরাজাগ। ঙাঙনখিবা অহু ইংয়েঃ যুবরাজনা মতৈমা মহারাণীগী মরিনবী মেঁাউ মন্ত্রিবূ ফাংগেঃ হোৎনবূ ওমদরদুনা ইংয়েঃ যুবরাজনা মাংগী খুৎকা লোই-ননা অহিং নোংয়াইদা নোংজুপ থংবা ঐরাবতী রাংমা অসোমদা অনোকম্যোঃ কৌবা কোন্নুংদা চেন থোরকলে অহুদা পন কল্লা সাহুনা লৈরেঃ ঐরাবতী রাংমা অসোমদা লৈরিবা মিগীমথৈ খোমহুনা তেংগোন লিংহুনা লৈরেঃ অহুদা অরাঃ নিংথৌনা মনাও যুবরাজ

চেনখি হাইবা তাঃরহুনা মাংগী অঙম্বা সিহুনা কৌহল্লি নঙনিংথৌ ওঈররোঃ যাম্মাদি অহল ওঈরে লাঈবু নিঙহুনা লৈরগেঃ হাইদনা হাইহল্লবদা য়াদ্রেঃ নোংমৈঃহুম পকাপ কাপলকলেঃ ময়াম্মা নিংথৌগী মি অমত্তা চঙবা ঙমদ্রেঃ ৴ষুং মতম অদদা ইয়েঃ যুবরাজগী মাঈনিপা অকনবা তরাদং মণিপুরদা ঐগী চান্নবা মকুপ শ্রীযুক্ত মারজিৎ মহা-রাজাবু কৌরু হাইহুনা সিরকই অহিং মুংথিন্নাঈদনা লাকতুনা মণিপুরদা য়োররেঃ শ্রীযুক্ত মারজিৎ মহারজাদা হাইরৈ অরাঃ লৈপাক্তা রাঃথোকলেঃ অহুনা নতাও ইংয়েঃ যুবরাজনা হাইরকই ত'ঙাই ফদনা নঙগী তেংগোন পূদূনা অহিং মুংথিন্নাঈ দনা লাকউ ঐষুং চেনথোকতুনা ঐরাবতী রাংমা চিগাই লোমদা লানথোকতুনা অনোকম্যোঃ কৌবা কোন্নুংদা তেংগোন সাহুনা লৈরেঃ ইবিঙঙাঃ হাই নখীবা রাঃসক অহু সোই নগ্নু সি হাইবকই হাইরবদা অহুদা শ্রীযুক্ত মারজিৎ মহারাজানা অঙম্বা সিংগা দর্ব্বার তৌহুনা রাংতাঃ নরেঃ অহুদা অঙম্বসিংনা হাই চৎপা য়াদে নিংথৌনা লৈপাক হুন-জেকতুনা চৎপা হোঁঃনদে হাইহুনা খামলেঃ অহুদা শ্রীযুক্ত মারজিৎ মহারাজানা আঙম্বা সিংনা খাম্বা অহু য়াবহুনা মমাঙ ঙৈদা ঙাঙ নখীবা রাঃসক নবা অহু নিঙসিংলুদ্রেঃ কাওরেঃ অহুদগী অরা লাঈবার লাকইবা সিং অহুদা হাই ঐ লাকক্নী হাইসিন্নহুনা মাঃখোই লাঈবারসিং অহুবু চৎহন দ্রেঃ শ্রীযুক্ত মারজিৎ মহারাজাদি চৎত্রেঃ। অহুগী মতুংদা লাঈব'রসিং অহুনা ইংয়েঃ যুবরাজদা হংগৎলুরেঃ শ্রীযুক্ত মারজিৎ মহারাজা লাকক্নী হাইনা তম্মুরেঃরাঃ অহু তাঃরবদা ইংয়েঃ যুবরাজনা শ্রীযুক্ত মারজিৎ মহারাজাবু হুমিং মঙানি ঙাঈরেঃ অহুদা মবাক তরবদা নোংমা হুমিৎ অমাদা ইংয়েঃ যুবরাজনা মাংগী তেংগোন পূরহুনা লান চঙলেঃ অহুদা ময়াম্মা নিংথৌগী মন্ত্রি মৌঙগী তেংগোনগা কাপনরেঃ অহুদগী লালফম অহু ইংয়েঃ যুবরাজনা

---

ঐরাবতী—ইরাবতী তুরেল ; দর্ব্বাব—দরবার ; মন্ত্রি---মন্ত্রি

ঙমলদুনা মোঁউগী তেংগোন থুগাইরেঃ মোঁউগী মন্ত্রিবূ ফাঃদুনা হাংলেঃ ময়াম্মা নিংথৌবুষুং চঙনা ফাঃরেঃ মতৈমা মহারাণীষুং ফাঃদুনা মরূ কোকথোক পিরেঃ অদুগা ফনেক সেবাংপা অমা সেংহন্দুনা ফৌম্থ সঙদা চেঙম্থ ফৌস্থনহল্লেঃ ময়াম্মা নিংথৌবুদি সঙগাঙ্গী অমদং তোপনা শারদুনা খুৎলাঙ্গী পাইবা নিপাঃ য়াঙখৈনা সন্ত্রি তৌদুনা থমলেঃ অদুদা ইয়েংষুব রাজনা নিংথৌ ওঙ্গীরেঃ অদুগী মতুংদা ময়াম্মাঃ নিংথৌবূ লাঙ্গীমককী মতম গুমনা মুমিৎ খুদিঙ চাকথিন্দুনা চাঃহল্লি ১ষুং নিংথৌ মহাকনা নোংমগী মুমিৎতা চাঃ-রীবা চাক য়েনসাং পুম নমক অরাংপা লৈত্না ইস্থ স্থনাপি জদুনা মু ঙাঙ্গীনা থমলেঃ অদুগী মতুংদা অরাঃ নিংথৌনা সাওরদুনা মাংগী মন্ত্রি সিংগা তিন্নদুনা ঙাঙনৈ মনিপুরগী মারজিৎ যুবরাজনা লাকক্লি হাইববূ হৌজিক ফাওবা লাকত্রে অদুনা মাংনা রাসকখিবা রাঃসক কাইরেঃ ঐঙোন্দা মাংনা মিনম লবনিনা ঐনা লানবা লৈত্রেঃ অদুনা ঐগী ইবুকতা খব মুংঙাঙ্গীতে মাগী মনিপুর লৈপাক অদু থুগাইক্ক'বাঃ লৈঃপাক অদু মথক মথা ওল্লমলোঃ চিঙ হোগাইদুনা ফুল্লম্মু হাইদুনা য়াথংপিরেঃ অদুগী মতুংদা মাংগী অঙম্বা মনাকতা লৈবা পগিউন অমা পথানউন আমা পগানউন অমা মাংখোই অছুমমকপূ য়াথং পিরেঃ নঙখোই অছু৲মকনা চিংদুনা খুৎলাঙ্গী পাইবা লালমি লখাঃ অছুমপুদুনা চৎলোঃ হাইতুনা লাকলেঃ—অরাঃ তেংগোন অছুম থোকনা লাকতুনা পল্লেন য়ৌরবদা অসোম দগী শ্রীযুক্ত মারজিৎ মহারাজাষুং অরাঃ লাকলেঃ হাইবা তাঃ রদুনা মনিপুরগী থৌগনবা নিপাঃ লখাঃ তরা স্থই অদুগা সেনগী কামার হৈঃদুনা ককচিঙ পল্লেন্দা তেংগোন কন্না সাদুনা অরাংগা কাপনরেঃ অদুদা অরাঃ রামনা সিরেঃ মৈঃ তৈষুং সিরেঃ অদুদগী মুমিৎ তরানী শূনাকাপ নরবদা খাঙবা ঙমদরদুনা মনিপুরগী তেংগোন কাইরেঃ শ্রীযুক্ত মারজিৎ মহারাজানা মহারাণীগা লোইননা ময়াং লোমদাচৎল্লেঃ

সন্ত্রি---সন্ত্রী ।

নিংথৌনা চৎলবনিনা লৈপাক পুম নমকযুং ময়াং য়েৌনা ঙমনাচৎলেঃ অহুদগী অসোন অনা লৈহৌবা মৈতৈগী মথৈদি অরাঃনা খোমহুনা পুম্রেঃ অহুদগী থৌবান্দা অরাঃনা তেংগোল অমাশারেঃ মণিপুরদা হাওবম লৈকাঈদা তেংগোল অমা শারে অহুগী মত্তুংদা অরাঃনা মণি-পুরদা লৈপ ক ঙাকতুনা লৈরেঃ ১যুং অরাঃগী অঙম্বা অমদংনা হনখিহুনা অরাঃ নিংথৌদা লাল সোক নবগী রাঃ পুমনমক ঙমনা তমলুরেঃ মারজিৎ মহারাজাদি ময়াংলোমদা চেনখ্রেঃ লৈপাক তংথাই অমা ময়াং য়ৌখরেঃ লৈপাক কোঙগাই অমনা ননাঈ ঐথোইনা ফাঃহুনা পূরকলেঃ হাইবা রাঃঅহু তাঃরবদা অরাঃ নিংথৌনা হাই মারজিং মহারাজাদি মথরাই সিদরিবরা সিদরনদি মায়াংয়েৌনা তাল্লু মণিপুর দদি মৈতৈ নিংথৌমচ্চাঃ শ্রীযহুসিংবু নিংথৌ ওইহল্লুবেঃ হাইহুনা অরাঃনিং থৌগী য়াথং ফংলহুনা অরাঃগী অঙম্ব অমগা লোইননা শ্রীযোহু সিংনা মণিপুর দা লাকতুনা নিংথৌ ওঈররেঃ অহুদা অরাঃ নিংথৌনা হাইরকপা য়াথং মত্তুংইন্না শ্রীযোহুসিং মহারাজানা মনাওনিপা শ্রীতখেং মিংলা ওগা শ্রীগুনসিংগা অনিমক্কা লোইননা অরাঃগী অঙম্ব অমগা অরাঃ লিসিঙ মঙারমগা ময়াং য়েৌনা চৎলহুনা তিলান চিঙদা অরাঃনা তেংগোন শারহুনা লৈরেঃ পনকন্না শারেঃ অহুগী মত্তুংদা শ্রীযুক্ত প্রেমতোন সাহেবকা শ্রীযুক্ত ইস্কা সা হবকা শ্রীযুক্ত গিরান সাহেবকা অহুম্মকনা সিলৎতগী কাঃরকতুনা অরাঃগা সোকনারঃ অহুদ. অরাঃনা শ্রীযুক্ত ইস্কাসাহেবপূ কোইখরবদা শ্রীযুক্ত সাহেবলোকনা শ্রীযুক্ত গম্ভির সিংহনেঃ শ্রীনরসিংহনেঃ অনিমক্কাঃ হাই অরাঃ তেংগোল অসিবু কম তৌনা থুগাইসিগেঃ নঙখোই মৈতৈনা থৌরাঙ তমত্তা তৌ হাইরবদা শ্রীযুক্ত গম্ভির সিংহনা হাই অরাঃ তেংগোল অসি ঐখোই থুগাইগেঃ সাহেবলোক কুমৈ য়েংবিয়ু ঐখোইনা ঙমনবা লাঈ নিঙবিযুং হাইরম লগা শ্রীযুক্ত গম্ভির সিংহ শ্রীযুক্ত নরসিংহ অনিমকনা চিংহুনা মৈতৈ

---

প্রেমতোন—পেম্বরটন। ইস্কা—স্কট। গিরান—গউন; তিলানচিঙ—কাছাড়দা লৈবা তিলাইন চীং।

ংকন অথৌ পুমনমকক্তা লোইননা নিপা চনি চহুম মরমনা মহৈ মহৈ সাগোন অমম মম তোংলহুনা মখুৎ মখুত্তা তা অমম মম পাইহুনা থু সুথাও অমম মম য়ান্দুনা অরাগি পঞ্জিন থংবা মিয়াম লৈবা অহুদা সাগোল চপ মাল্লনা থে জিন খীহুনা থুগাইরেঃ তানা থিন্দুনা অরাঃ য়ামনা হাৎলেঃ পন্নিঙ পন মাঙ ফাওনা চাঙ্গ খাইরেঃ অহুদগী অরাঃ মখাক খরদং চেন খরহুনা তিলান চিঙ থকতা তেংগোন অচৌবদা চঙথরেঃ অহুদগী শ্রীযুক্ত ইস্কা সাহেবপু পুথোরকলেঃ সাহেব সুভা পুম নমক তিন্নরেঃ য়ামনা নুংঙাইরেঃ অহুনা সাহেব লোক পুম-নমকনা শ্রীযুক্ত গম্ভিরসিংহ শ্রীযুক্ত নরসিংহ অনিমকপু য়ামনা থাং-গৎলেঃ সাহেব সোভাঃ পুমন মকনা সল্লাম তৌখি অহুডদা অহুগী মতুংদা অরাংগী পন সারীবা অহুদি থুগাইবা ঙমদ্রেঃ অহুদা শ্রীযুক্ত সাহেব লোকনা হাই অরাংগী পন অসি থুগাইনবা ঐখোই খুংলাঙ্গ পিগেঃ নঙখোই মৈতৈনা থুগাই বা ঙম গবরাঃ হাইনা হংবদা শ্রীযুক্ত গম্ভির সিংহনা হাই সাহেব লোকনা খুংলাঙ্গ পিগেঃ হাইরবদি য়ামনা ফৈ পিয়ু হাইরবদা সাহেব লোকনা নোংমৈঃ খুংলাঙ্গ মৈতৈনা অহুপকী মখে লৌঃগেঃ হাইবা অহু পিরেঃ অহুদা সাহেব লোকমুং য়াওনা শ্রীযুক্ত গম্ভির সিংহনে শ্রীযুক্ত নরসিংহনে অনিমকনা মাঙ থারহুনা তিল্লান চিঙদোন্দা তেংগোন সারীবা অরাঃগা সোকনরেঃ অহুদা অরাঃ য়ামনা সিরেঃ মৈতৈমুং য়ামনা সিরেঃ অহুদা পন থুগাই-বদি ঙমদ্রেঃ অহু উরবদা সাহেব লোকনা বোম পিহুনা কাপ হল্লেঃ অহুদা অরাংগী পন অহু ইতোঙ্গ তোঙ্গনা থুগাইরেঃ অহুদা খাঙবা ঙমদহুনা চেনথোরকপা অরাংসিং অহু মৈতৈনা কোইহুনা কাপ থুরেঃ অহুদগী মৈতৈনা হাৎপা ঙমহৌদবা অরাংগী মখৈ মণিপুর য়ৌনা চেন থোকখ্রেঃ অহুগী মতুংদা মৈতৈ নিংথৌ মচ্চাঃ অরাংগী তেংগোন্দা রাওরকপা শ্রীতখেং মিংলাও অমা শ্রীগুণসিং অমা মাংখোই অনিমক

---

সোভা—সভা।

অহ্ তাম্নাহ্না ফাঃরে অহুদা অনিমক অহুনা থরাইতদি কনবিম্নু হাইজৈ অহুদা শ্রীনরসিংহনা কোন্না বিচার তৌনগী য়াম্বুংগী তেংগোন অচৌবদা পুখো হাইহুনা পুহনখরেঃ অহুদা শ্রীনরসিংহগী পুকনিঙদা নিঙবদি ঐগী ইনাওনি হাং লোঙ্গী হাইনা নিঙহুনা পিখী অহুদগী তেংগোন অচৌবা য়োরবদা শ্রীযুক্ত গাম্ভির সিংহনা হংনবদা অরাংগী মিচঙনি মাংখোইনা চিংহুনা লাকইবনি ফংতবা মিনি হাইবিরে অহুদগী মনাঙ্গী সিনা মাখোই অনিমক অহুবু পুখোকখী হুনা শ্রী নরসিংহদি তাংদরিঙংদা মখাঙদা হুঙ পুল্লহুনা বোরাকী ইসিং ময়াইদা থাংদখরেঃ শ্রীনরসিংহদি মনাও অনিমকপু হাংলি হাইবা খঙহোঃদরেঃ মত্তুংদা রাংপুম নমক খঙলক লবদা শ্রীগম্ভির সিংহবু শ্রীনরসিংহনা পুকনিঙ নু ঙাই তনা তৌই ঐগী ইনাওনি হাইরবদি হাংপিরোঙ্গদবনি হাইনা সাওই থবকনা মরোই খরবনিনা অহুমনা তুমিন্না মতোকলেঃ অহুগী মত্তুংদা অরাংগী লানফম লোঙ্গরবদা শ্রীযুক্ত গম্ভিরসিংহনে শ্রী নরসিংহনে অনিমকপু শ্রীযুক্ত সাহেব লোক পুম নমকনা য়ামনা থাংগংলেঃ নচি নানাও অনিমকপা হঙক অরাংবু ঙম্বা অসি ঐখোই য়ামনা নুংঙাঙ্গরেঃ হাইহুনা সল্লাম তৌই অহুগী মত্তুংদা শ্রীযুক্ত সাহেব লোকষুং নুংঙাঙ্গনা লৈরেঃ ১ষুং মণিপুর দগী চংখিবা মেতৈ পুম নংকষুং ময়াং লৈপাকতা মহাক মকী লৈপাকুমনা নুংঙাইনা অরাংবা লৈতনা লেনরেঃ—অহুগী মত্তুংদা মণিপুরদা শ্রীযুক্ত যোহুসিংহ মহারাজানা নিংথৌ ওঙ্গহুনা অরাংগা লোইননা লৈবা চহি কুমসিঙ আহুম স্থুরবদা নারহুনা তম্না নোংগাঃ থরেঃ অহুগী মত্তুংদা মচ্চাঃ নিপা শ্রীরা ঘোপসিংনা আঙাং ওঙ্গন। নিংথৌ ওঙ্গরেঃ অহুদা লৈপাক ঙাকপা ঙমদর হুনা মবুথৌ সেনাপতি হন্নুববু ময়াং লৈপাকতা মি সিঙ্হুনা কৌথোকলেঃ অহুদা শ্রী সেনাপতি হন্নুবনা মচ্চাঃ নিপা শ্রী উপেন্দ্র সিংহগা লোইনহুনা ময়াংদগী মণিপুরদা

মহসিংহ—১৮২৩ ইং; রাঘব সিংহ—১৮২৩—২৪ ইং।

খোরকলেঃ অদুদা শ্রীযুক্ত রাঘোপ সিংহ মহারাজাগী মনাঙ্গসিংনা ফৎ ততুনা মসু নিংথৌ তাংদনা লম্বী লম থাঙদা শ্রী সেনাপতি হনুববু ফাংগেঃ তৌরেঃ অদুদা শ্রী উপেন্দ্র সিংহনা সাওরতুনা নিংথৌগী মনাঙ্গ ফৎতবসিং অদু অমা অনিদং ফাংতুনা হাংতোকলেঃ অদুদা শ্রীযুক্ত রাঘোপসিংহ মহারাজানা মাংবুষুং হাংলগবরাঃ হাইতুনা য়ামনা কিরতুনা অন্নাঃ লৈবাক য়ৌনা চেনখরেঃ শ্রীরাঘোপ সিংনা মণিপুরদা চহি অমদং নিংথৌ ওঈদুনা পাল্লমই অদুগী মতুংদা শ্রীসেনাপতি হনুবা নিংথেম খাংবনা লৈপাক ঙাকতুনা চহি অহুমদং পাল্লেঃ অদুদা অন্নাষুং লৈপাক ঙাকতুনা লৈ অসিগী মতুংদা ময়াং লৈপাকতা শ্রীযুক্ত চৌরজিৎ মহারাজগা শ্রীগম্ভির সিংহ সামুফাঃ বগা মচি মনাও অনিমকনা যাত্রাপুব কৌবা খুল অমা মুন্নতুনা খৎনরেঃ অদুদগী খাম্বা ঙম নাদরতুনা লাল ওঈনা সোকনারেঃ অদুদা শ্রীগম্ভির সিংহনা মখুংতা খুংলাঙ্গ পাইতুনা সামু তোংতুনা লান চঙলেঃ অদু উরবদা শ্রীযুক্ত চৌরজিৎ মহারাজানা মখুত্তা চুঙগোই অনি থাঙ অনি পাইরতুনা হুক হুরু লৈংনা হাই তুনা মমাঙদা চপ লেপ্তুনা লৈরেঃ মতম অদুদা শ্রীযুক্ত লাবন্য চন্দ্র মহারাজা নিংথেম অহনগী মচ্চাংনিপা য়াইমা শ্রীকৈফাঃ সিংনা শ্রীযুক্ত চৌরজিৎ মহারাজা বু কনগেঃ হাইতুনা মখুত্তা থাঙপাইতুনা হোংচিন খরেঃ অদুদা শ্রীগম্ভির সিংহনা অঙাং য়াইমা হল্লোঃ নঙবু সোকক্লী হাইতুনা সামু মথক তগী কন্না লাওই অদুদা শ্রীকৈফাঃ সিংনা হাই ঐদি শ্রীগুরুবুকনগেঃ হাইতুনা চঙলক লবনি ক্ষত্রি মচ্চাংনিঃ ইমাই লৈং ররোঙ্গ হাইতুনা চোংসিন খীতুনা সামু পুকলি লাকইবা অদু চোংখৎতুনা য়ান থংলেঃ অদুদা শ্রীগম্ভির সিংহনা সামু মথক তগী তা হুম্বরকতুনা শ্রীকৈফাঃ সিংগী লন্নাইদা লেংতুনা তুরেঃ অদুমনা নোংগাঃ খরেঃ অদুগী মতুংদা শ্রীযুক্ত চৌরজিৎ মহারাজানা থাঙ

---

নিংথেম খাংবা—(ভদ্রসিং)—১৮২৪ ইং।

হাইদুনা লৈরীবা মকম অত্থয়ৌনা সামু থোঃজিল্লেঃ অত্থুদা শ্রীযুক্ত চৌরজিৎ মহারাজানা খোঙফম অমত্তা লেঙদবা অত্থু উরবদা শ্রী গম্ভির সিংহনা সামু মথক তগী হাইরকই য়াম্বুংগী পুকনিঙদা করিখন বিরীবগেঃ হাইবদা শ্রীযুক্ত চৌরজিৎ মহারাজানা খুমই য়াম্মদি করি থোই দোকপা থনবা লৈতে হাইনা খুমই অত্থুদা শ্রীগম্ভির সিংহনা হাই অত্থু ও ঈরবদি খুৎলাই থাঃবিয়ু হাইরগা সামু কুণ হল্লেঃ অত্থুদগী শ্রীযুক্ত মহারাজাগী খুজেং পাইত্থুনা শ্রীগম্ভিরসিংহনা সামু মথকতা ময়াম্বুংবু চিংথৎলেঃ অত্থুদা শ্রীগম্ভির সিংহগী মনাঈ শ্রী অচোঈবা লুয়াংবনা হাই অত্থম তৌনগ্নু সি হাইরগা করিনোঃ হাইত্থুনা শ্রীযুক্ত মহারাজাগী নিঙজোন্দা তানা থিল্লেঃ থজিকতং সোকই অত্থুদগী লালফম লোঈরত্থুনা হঞ্জিন্নরেঃ অত্থুগী মত্তুংদা শ্রীযুক্ত মহারাজাগা শ্রীগম্ভির সিংহগা মচি মনাও অনিমক য়ামনা চান্নাত্থুনা লৈমনরেঃ অত্থুগী মত্তুংদা শ্রীযুক্ত চৌরজিৎ মহারাজাগা শ্রীযুক্ত মারজিৎ মহারাজাগা শ্রীগম্ভির সিংহগা মচি মনাও অহুমমক দর্ব্বার তৌত্থুনা ঙাঙনৈ অত্থুদা শ্রীযুক্ত গম্ভির সিংহনা হাই য়াম্বুং মহারাজা অনিমক য়াওনা মৈতৈ থোক লসি হাই বদা শ্রীযুক্ত চৌরজিৎ মহারাজানা হাই ঐদি অহন ওঈরেঃ লাঈবু নিঙ লগেঃ অত্থুনা অতোন খোই চৎলু য়াম্মাদি তীর্থচৎলগেঃ হাইত্থুনা অত্থুদগী শ্রীনবদ্বিপ গঙ্গা মপান য়ৌনা চৎখরেঃ অত্থুদা শ্রীযুক্ত মারজিৎ মহারাজাখুং হাইরেঃ য়াম্মাখুং থোকনিঙদরেঃ অতোম্না চৎত্থুনা মণিপুর লৈপাকপু অমরক সেমগৎত্থুনা হুংঙাঈনা নিংথৌ ওঈত্থুনা পাল্লুরো হাইরগা অত্থুদগী শ্রীযুক্ত মারজিৎ মহারাজাদি শীলৎ য়ৌনা চৎখরেঃ অত্থুদগী থর লৈবম লগা তল্লা নোংগাঃ থরেঃ ১খুং শ্রীযুক্ত চৌরজিৎ মহারাজাখুং শ্রীনবদ্বিপ য়ৌরগা থর লৈরম লগা তল্লা নোংগাঃ থরেঃ অত্থুগী মত্তুংদা শ্রীযুক্ত গম্ভির সিংহগা শ্রীনরসিংহনে অনিমকনা মৈতৈ মচ্চাঃ থৌনাঃফবা

দর্ব্বার—দরবার; শ্রীনবদ্বিপ—শ্রীনবদ্বীপ; *চৌরজিৎ—(১৮০৩—১৮১৩ ইং); শীলৎ—শ্রীহট্ট।

নিপাচাঃমরি চাঃমঙা খোমলেঃ অতুগা শ্রীযুক্ত গম্ভিরসিংহগা শ্রীনর সিংহগা মচি মনাও অনিমকনা শ্রীযুক্ত সাহেব লোকত্তা চঙলতুনা হাই সাহেব লোকনা চাল্লবদি ঐখোইদা নোংমৈঃ খুৎলা'ঈ ওকনবা পিয়ু নঙখোই সাহেব লোকতি ধৰ্ম্মাবতারণি মিবু চানবিহৈবা য়োক পিহৈবা মপুনি অতুনা ইপাঃগী ইপুগী খুবম ফংজগেঃ মণিপুরদা অরাঃনা লৈপাক ঙাকভুনা লৈরী হাইনা তাঃরেঃ অতুনা ইচি ইনাও অনিমকনা চৎতুনা অরাঃবূ তান থোকভুনা নিংথৌ ওঈরূরগে মচিনঙৈঃদদি নোংমৈঃ খুৎলাঈ লৈতবনা অরাঃনা ঐ'গোইবূ লাকচবনি হৌজিকতা শ্রীযুক্ত সাহেব লোকনা নোংমৈঃ খুৎলাঈ পিরবদি ঐখোইনা ঙমলগী অস্থুম হাইরবদা শ্রীযুক্ত সাহেব লোকনা হাই রাজাকুমার নবিঙঙাঃদি নচি ননাও পোক মনত্রাঃ হাঈনা হৎই অতুদা শ্রীযুক্ত গম্ভির সিংহনা খুমই ইচি ইনাও পোক মন্নবদি নৎতে পোক মনবা নত্তরবষুং পোক মনবগুম্বনি য়ামনা চান্নৈঃ রাঃসক নরবনি ঐনা নিংথৌ ওঈবা শ্রী দাউজিনা পোকপা শ্রী খোঙসাংবা কোবা ইচ্চাঃ নিপাঃ অমালে অতুনা যুবরাজ ওঈবা শ্রী ইনাওতোম্না সেনাপতি ওঈবা অস্থুমনা ঙাঙনরী হাইবা রাঃ অতু শ্রীযুক্ত সাহেব লোকনা তাঃরবদা য়ামনা ফরেঃ নোংমৈঃ খুৎলাইদি ঐখোইনা ও কনবা পিগী পুকনিঙ রাঃবা তৌগ্নু হাইতুনা মৈতৈনা অস্থুপকী মথৈ লোঃগেঃ হাইবা নোংমৈঃ অতুপকী মথৈ শ্রীযুক্ত সাহেব লোকনা পিরেঃ অতুদা শ্রীযুক্ত গম্ভির সিংহনা পুকনিঙ য়ামনা নুংঙাঈ রতুনা সাহেব লোকপূ সল্লাম তৌরেঃ নঙখোইনা পিবা নোংমৈঃ অসিনা লেপনা অরাঃবূ ঙমতুনা মণিপুর লৈপাক লোগেঃ হাইতুনা চৎথোরকলেঃ অতুদগী শ্রীযুক্ত গম্ভির সিংহ মহারাজানা শ্রীমচ্চাঃ ইবুংঙো যুবরাজ খোঙসাং বগা শ্রী নরসিংহ সেনাপতিগা লোইননা তেংগোন চাওনা সেমতুনা মৈতৈথো রকলেঃ অতুদগী মনিপুর য়ৌরবদা বিষ্ণুপুরদা তেংগোন সারেঃ পল কম্না

মারজিৎ—(১৮১৩—১৮১৯ ইং)।

সেমলেঃ অহুগী মত্তুংদা অরাঃ লৈপাক ঙাকতুনা লৈরীবা অহুগা লাল সোক নরেঃ হুমিৎ মঙানি কন্না কাপনরবদা অন্নাঃগী তেংগোন কাইহুনা চেন খরেঃ অহুদা তান্না হুনা অরাঃ য়ামনা হাংলেঃ অহুগী মত্তুংদা শ্রীযুক্ত গম্ভির সিংহ মহারাজানা য়াঈফরহুনা অরাঃবু তান্থোকতুনা লাল্লে ঈরবদা পুকনিঙ য়ামনা হুংঙাঈরে অহুগী মত্তুংদা মণিপুরদা হান্না নিংথৌ ওঈরম হুনা লৈপাক ঙাকলম্বা শ্রীযুক্ত নিংথেম খাঃবনা চঙলক লহুনা হাইরৈ ইবুংঙো খুরাদি অহন ওঈরে লাঈবু নিঙখরগেঃ নঙখোই লৈতবগী খুরানা লৈপাক ঙাকতুনা তুক লৈরম লীবনি হৌজিকতি ইবুংঙোনঙনা নিংথৌ ওঈহুনা হুংঙাঈনা পাল্লোঃ হাইহুনা চোঙ সেকপিন সিংহসন্না চিংবা নিংথৌ ওঈবগী পোংলোঈ পুম নমক ঙমনা কংলেঃ অহুদা পুকনিঙ য়ামনা হুংঙাঈ নরেঃ অহুগী মত্তুংদা বিষ্ণুপুর কোন্নুংদগী ল্যাংথবান্দা কোন্নুংসেম হুনা লৈরে অহুদগী অমরক অরাঃনা তুমুদা তাপ সাহুনা লৈরেঃ হাইবা তাঃরহুনা শ্রীযুক্ত মহা-রাজানা লালমি নিপা লিসিঙ অমগা লোই ননা চংতুনা অন্নাংগা কাপনরেঃ অহুদা তুমুত প থুগাইরেঃ অহুদগী খান পাং ফাওনা কবোক্কোং পুম নমক মৈতৈনা লোঃরেঃ অহুদগী অঙ্গো চিঙ ব্রাংমা লান্দুনা নিংথী মপান য়ৌনা লোরেঃ অহুদা কবো পুমনমক মৈতৈদা লোইহারেঃ অহুদগী শ্রীযুক্ত গম্ভির সিংহ মহারাজানা মণিপুরবু সেমগংতুনা হুংঙাঈনা নিংথৌ ওঈহুনা পাল্ল অহুগী মত্তুংদা শ্রীযুক্ত মহারাজানা অহুঙৈমায়াংদা লৈরীঙৈঃদা মমাঃ বোক খুনবোং অপানবিবু ময়াং নিংথৌ গোবিন্দ চন্দ্রনা পাও সিন্নৈঃ হাইহুনা হুংঙাঈ তবনা নিংথৌ ওঈহুনা পাল্লরবদা নিঙসিংলক অদনা নিপাঃ অকনবা থৌনাঃ ফবা কুন মঙাদং লোম্না ময়াং য়ৌনা চং হন্দুনা ময়াং নিংথৌ গোবিন্দ চন্দ্রবু অহিং নোংয়াইগী মতমদা ময়ুম কোই হুনানম হুনা ফাঃরগা হাংতোকলেঃ অহুদগী নিপাঃ কুনমঙা অহু

১৮৩০ ইংগী এপ্রিলগী তাং ২৪গী অহিংদনি।

মনিপুরদা হল্লকলে অহুদা শ্রীযুক্ত মহারাজানা মাখোই নিপাঃ কুনমঙা মক অহুবু মতিক ও কপাম্নাঃ পিরেঃ মাঃখোই অমাদা লৌঃপরি অমম মম পিজে অহুগী মত্তুংদা ১ম্বুং শ্রীযুক্ত সর্কারি বহাদুরনা খুৎলাঈ পিহুনা মদৎ তৌবিবা মরমদগী মণিপুর লৈপাকনা চহি তরেৎ খুণ্ডাক লম্বদগী শ্রীমতি মহারাণী সর্কারনা সেমগৎ পিহুনা মণিপুর লৈপাক লিংহুনা চাকহোঙ ঙাঃ হোঙনা লুংঙাঈনা হৌজিক ফাওবা পাল্লিবা অসিনে ১ম্বুং শ্রীযুক্ত গম্ভির সিংহ মহারাজানা নিংথৌ ওঈহুনা পালবা চহি মঙা স্থুরবদা মচ্চাঃ ইবুংঙো শ্রীযুক্ত চন্দ্রকীর্ত্তি সিংহ পোকলেঃ অহুগী মত্তুংদা লৈপাক্কী পণ্ডিৎ সিংনা শ্রীযুক্ত মহা-রাজাদা হংগৎলি শ্রীযুক্ত মহারাজানা কুমসি আসিদা যুক থৈঃ বিরবদি পুঞ্জিনা পানবা থোকই হাঈবা পণ্ডিৎ সিংগী ৱাঃ অহুতা রবদা শ্রীযুক্ত মহারাজানা হাই অহুদি কমতৌরগা ফগদগেঃ হাইরবদা পণ্ডিৎ সিংনা হাই মুমিৎ থাগী মসক উদনা লৈঃমুংদা গুহাঃ তৌহুনা মুমিৎ তরানী মরুম তুক লৈরবদি ফগবরা হাইনা নিঙই হাইবা পণ্ডিৎ সিংগী ৱাঃ অহুতাঃ রবদা শ্রীযুক্ত মহারাজানা হাই নঙখোই পণ্ডিৎ পুম নমকনা অস্তুমকৈ হাইবা অহু তৌগ্নী হাইর হুনা শ্রীযুক্ত মহারাজাগী পুকনিঙদা থাঃ জবগালোইননা গোহাঃ অমা তৌঃরেঃ অহুদা চঙহুনা লৈবা মুমিৎ মাপম্লি স্থুরবদা শ্রীযুক্ত স্নাঃ হকচাং ইংক লহুনা অহুদগী তন্না নোংগাঃখরে* অহুগী মত্তুংদা শ্রীনরসিংহ সেনাপতিনা শ্রীযুক্ত মহারাজাগী মচ্চাঃ ইবুংঙো শ্রীচন্দ্রকীর্ত্তি সিংহবু সিংহাসন মথক্তা থাংথৎতুনা নিংথৌওঈ হল্লেঃ অহুদা লৈপাক্কী ৱাংয়েন বিচার লৈবা খৈবিকমক শ্রী নরসিংহ সেনা পতিনা ইতৌ তৌরেঃ অহুদা শ্রীযুবরাজ খোংসাংবনা করিম্বুং হাইবা ঙম দরেঃ মণিপুর লৈপাক পুম নমকনা

সর্কারি বহাদুর—সরকারগী বাহাদুর। *গম্ভীরসিংহ মহারাজ ১৮৩৪ ইংগী জানুয়ারাগী তাং ৯দা লাংথবান্দা নোঙ্গাখি। মোংকমদা শাখিবা লনা অহু হৌজিকসু লাংথবান্দা লৈরি।

শ্রী নরসিংহ সেনা পতিদা ইচঙ চঙলেং অহুদা শ্রী যুবরাজ খোঙসাং বনা মবুক্তা সুংঙাঙ্গী তবেঃ করিগুম্বা ব্লাঃ অমত্তবু হাইবা চৎতরবদা মথন্না ইকাঙ্গী রক লতুনা নোংমা চুমিৎ অমাদা মাংগী খুৎকা লোইননা ময়াং লোমদা চেনখ্রেঃ অহুদগী তেখাও য়োনা চৎখিতুনা অহুদা থব লৈরমলগা তন্না নোংগাঃ খবেঃ অহুদগী মণিপুব আসোমদা শ্রী নর সিংহ সেনাপতিনা ঐগী ইবুং ঙোগী মচ্চাঃ শ্রীযুক্ত চন্দ্রকীর্ত্তি সিংহ মহারাজানা নিংথৌ ওঙ্গীতুনা পানফু ঐনা যুববাজা সেনাপতি সুপনা ওঙ্গীতুনা লৈপাক ঙাকতুনা লৈগ্নী হাইতুন, লৈবেং অমদা নিংথৌ নদি অঙাং অপিসা ওঙ্গীবনিনা লৈপাক্কী হৌনবা ব্লাংথৌ কবিগুম্বা অমত খঙত্রেঃ অহুদা শ্রীনরসিংহ যুবরা জনা লৈপাক্কী বিচারনা চিংবা থবক পুম নমক ইতৌ তৌরেঃ নিংথৌদি ওঙ্গীদে হাইববু নিংথৌ ওঙ্গীবগী থবক পুম নমক ইস্থ সুনা তৌতুনা পাল্লেঃ মখুং অহুম তৌরিঙৈগী মতম অহুদা ময়াং লোমদগী শ্রীযুক্ত মারজিৎ মহাবাজাগী মচ্চাঃ নিপা অহন শ্রীব্লাংখৈরাকপা যোগেন্দ্র সিংহনা তেংগোন মিয়াম পূবতুনা লাল হৌরকলেঃ অথুই হাওখুন যৌক লবদা মণিপুব দগী শ্রী নবসিংহ যুবরাজনা মনাও ইবুংঙো শ্রীউপেন্দ্র সিংহ ব্লাখৈবাক পগা লোইননা চৎতুনা শ্রীব্লাংখৈবাকপা যোগেন্দ্র সিংহগী তেংগোনগা কাপনা তুনা থুগাইরেঃ অহুদা শ্রীরাংখৈবাকপা যোগেন্দ্র সিংহ লান-ফমদা হাৎলেঃ অহুদা মনাওনিপা অনিষুং হাৎলি অহুগী মতুংদা থবলৈরগা অমরক ময়াং লোমদগী শ্রীযুক্ত চৌবজিৎ মহারাজাগী মচ্চানিপা শ্রীত্রিভুবন জিৎকা শ্রীবামসিংগা শ্রী তিলাম্বাবগা অহুম-মকনা তেংগোন মিয়ামপূতুনা লল হৌংবকলেঃ অহুদা শ্রী উপেন্দ্র সিংহ ব্লাংখৈরাক পনা তেংগোন মিয়ামগা লোই ননা চৎতুনা লমবিদা

---

চন্দ্রকীর্ত্তি সিংহ---(১৮৩৪---১৮৪৪ ইং, ১৮৫০---১৮৮৬ ইং) , ত্রিভুবন... চৌরজিৎ মহারাজনা পোকপনি, চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজগী মংক্তা বাছা... লাল হৌরকখি।

থংতুনা কাপ নববূ ভম দরতুনা লাকলেঃ অতুদগী অহিংদা কোন্নুং চঙতুনা কাপ নরেঃ অতুদগী নোংভাল্লক লতুনা লাল অতু কাইরেঃ কোন্নুং মন্নুংদা শ্রীরামসিং শ্রী তিল্যান্তাবা অনিমক তুরেঃ অতুদগী শ্রী ত্রিভুবন জিৎতী মেগজিং মগুংদা চঙতুনা লৈখরেঃ অতুদা মিক্লাম্বুং চঙবা ভমদরতুনা শ্রী ব্রাহ্মোণ অমাবূ মঙকতা সালগ্রাম অমা পুল-হন্দুনা মেগজিংগী থোঙদ' লেপ্তুনা থেমতুনা ম্রাঃসকতুনা কৌথোক হল্লি ঐদি ব্রাহ্মোণনি ইঙকতা য়াল্লিবা অসি সালিগ্রামনি অসিনা সাক্ষি ওঈস্নু ঐম্বুং ব্রাহ্মোণনি স্নাঃ বূ হাংপা তৌরোঈ থোরকউ থরাই কনবিগ্নী হাইতুনা মরেঃ লৌনম তৌতুনা কৌথোক লগা মপান য়োরবগা শ্রী নরসিংহ যুবরাজানা পুসিল্লকউ হাইতুনা কৌসিল্লরেঃ অতুদা শ্রীউপেন্দ্র সিংহ রাংখৈরাক পনা মঙক হাঈতুনা মনাঈ সিংবূ লোঈথোক হল্লেঃ অতুদগী শ্রী উপেন্দ্র সিংহ রাংখৈর কপনা চঙখীতুনা শ্রী নরসিংহ যুবরাজদা হংগৎলি শ্রী ত্রিভুবনজিৎতি ননাঈ সিংনা লৈ ফংহন থরবা মাল্লেঃ হাইতুনা তমলেঃ ম্রাঃ অতুতঃ রবদা শ্রীনরসিংহ যুবরাজনা য়ামনা সাওরেঃ অতুদগী মসিখর বনিনা অতুমনা মতোকলেঃ অতুগী মত্তুংদা খর লৈরেঃ হাইরগা শ্রীযুক্ত লবণ্যচন্দ্র মহারাজাগী মচ্চাঃ নিপা অহন শ্রীতরঙ খোম্বা শ্রী ক্ষেত্রিতাবা শ্রী অসাংবম তাবা শ্রীথাঙ জম তাবা মাঃখোই অসিনা স্নাঃ ফিগেঃ অমদং সাই ফি অতু সাবদা শ্রী নরসিংহ যুবরাজনা তারক লতুনা নিংথৌ সেমগতৌরেঃ হাইনা তাঃরতুনা নোংমা গুমিৎ অমদা মিয়াম চৎতুনা মাখোইগী মমুম অতু কোইতুনা কংগেঃ তৌবদা ভমদ্রেঃ অতুদগী শ্রীতরঙ খোম্বনা মাঃগী মাঃগী মচি মনাও মনাঈ মসন পুমনমক খোমলতুনা কামু খুল য়ৌনা চেনগ্রেঃ অতুদা নিপা চনি চহুমল্লোম শূই অতুতাঃরবদা শ্রীনরসিংহ যুবরাজনা শ্রী লৈতাঃ মেজরগা শ্রীখুন বোং মেজরগা অনিমক্তা হাই নবিঙভা অনিমকনা লান মি নিপা চামঙা য়োমপুতুনা থৌবান য়ৌনা চৎলো হাইবা ম্রাঃ অতুতাঃ রবদা মেজর অনিমকনা লানমি নিপা চামগী চামঙা পুরতুনা থৌবান য়ৌনা চৎলেঃ অতুদা

তেংগোন সারেঃ অতুদগী মেজর অনি মকনা পাও চৎহল্লেঃ ৱাঃদি অতুঙৈঃদ ননাঙ্গৈ ঐখোইনা ইবুংঙো নঙগী ননাঙ্গৈ ওঈগেঃ হাইতুনা হাইজখিবা অতু হগুক ওঈবা থোকলেঃ অতুনা ননাঙ্গৈ ঐখোই মেজর অনিমক লাকলেঃ নিপাঃ চাঃমরি চাঃমঙা লোইন রকই হাইতুনা পাও চৎ হনখীবদ, শ্রীতরঙ খোম্বনা হাই চুমই মমাঙঙৈঃদা লৈতাঃ মেজর মহাকমকনা হাইখীবা ৱাঃলৈ করিগুম্বা মতম অমাদা ঐঙোন্দা ননাঙ্গৈ ওঈগেঃ হাইখী অতুনা হৌজিক্কী মতম অসিদা মবুকতা ঐবু নিঙবা লৈবগী ৱাঃ অসি খঙহল্লক ইবনি ১ষুং মাঃনা হাইরকইবা ৱাঃ অসিনা অচুম্বা ওঈরবদি য়ামনা ফরেঃ অতুমকপু অওঈবা সাক্ষি খ্বাই পুম নমক খঙন নবা খুদম অমদং পিরকউ হাইতুনা পাওচৎ হলখরেঃ মেজর অনিমকনা থাঙ অমা পিরকই অতুদা হাইরকপা ৱাঃদি থাঙ অসিনা সাক্ষি ওঈরম্ম ননাঙ্গৈ ঐখোইবু স্নাঃ পুকনিঙনা থাঃজদবা তৌবিগ্ন হাইতুনা হাইরকপা ৱাঃ অতু তাঃরবদা শ্রীতরঙ খোম্বনা থাঃজরেঃ অতুদা পাও লাকইবা মি সিং অতুনা হংগৎলি ননাঙ্গৈ মেজর অনিমকনা হাইজরকপা ৱাঃদি ননাঙ্গৈ ঐখোইগী তেংগোন য়োনা লেঙসিন বিরকলোঃ হাইনা হাই জরকই হ ইবা ৱাঃ অতু তাঃরবদা শ্রীতরঙ খোম্বনা থাঃজরতুনা কামু খুন্দগী থৌবান য়োনা লাকলেঃ তেংগোন মন্নুংদা চঙলকলেঃ অতুদা শ্রীলৈংতাঃ মেজরনা হাই স্নাঃ খ্বা ইবুংঙো তৌগ্ন কোন্নুং লোমদা কাঃরসি হাইরবদা শ্রীতরঙ খোম্বনা ৱাঃ অতু তাঃবদা ঐবু মরৈঃ তৌতুনা কোর বোরেঃ হাইনা খঙলতুনা শ্রীতরঙ খোম্বনা হাই ঐখোইদি কোন্নুং চৎকেঃ লাকপা নত্তে হাইতুনা হৌঃগৎতুনা চৎথোককেঃ হাইনা তৌবদা সিফাই পুম নমক হান্ননা নোংমৈঃ মচাক হান্দুনা মন্নুংদা থোৱাঙ তৌতুনা লৈরমলবনিনা শ্রীলৈংতাঃ মেজরনা মিং থৎতুনা নোংমৈঃ কোইকাপ কাপলে অতুদা শ্রীতরঙ খোম্বগী ফৈগন্দা নোংমৈঃ মরুনা ফাওনা পাল্লেঃ অতুদগী শ্রীতরঙ খোম্বনা খুৎস্নুথাঙ সংলতুনা শ্রীলৈংতাঃ মেজরবু য়ানখুগেঃ

হাইত্তুনা হেক চোং সিল্লকপদা অমরক নোংমৈনা পাম্বোম মথাদা ফাওনা পাল্লত্তুনা খাঙ হাঙ্গৈগৎপা ঙমত্রেঃ অহ্নদা খ্বাই মিয়াম চঙত্তুনা শ্রীতরঙ খোম্ববু নমত্তুন ফাংরেঃ মথল্লাইদি সিহন্দনা চঙনা ফাংরেঃ অত্তুগী মত্তুংদা মনাও সিং পুম নমকখুং মহৈ মহৈ কাইত্তুনা চেল্লেঃ অত্তুদা তাম্না ত্তুনা ঙমনা নমত্তুনা ফাংরেঃ অত্তুদগী কোন্নুং য়ৌনা পৃথৎলকলেঃ শ্রীতরঙ খোম্ববু অনা লাঙ্গৈকল্লাত্তুনা করেঃ নি থৌ সেম্বনি হাইবগী হাৎপা তোদে অত্তুগী মত্তুংদা শ্রীতরঙ খোম্ববু শ্রী নরসিংহ যুবরাজনা মৈতৈদা থম্বা য়াদে হাইত্তুনা ময়াংদাথাঃ ক্তিন খরেঃ ময়াং য়ৌরবদা শ্রীতরঙ খোম্বনা ময়াংদা লৈরম্বা মৈতৈগী মখৈ খোম লত্তুনা অমরক ময়াংদগী তেংগোন পুরত্তুনা মৈতৈ থোরকলেঃ অত্তুদগী মণিপুর য়ৌরবদা সঙাঙ্গৈথেম্দা তেংগোন সাত্তুনা লৈরেঃ অংদা শ্রীউপেন্দ্র সিংহ ব্রাংখৈরাক পনা চৎতুনা সোকনরেঃ লান ফমদা শ্রীতরঙ খোম্বা তুরেঃ অত্তুদা শ্রীতরঙ খোম্বগী মনাওনিপা শ্রী ক্ষেত্রি তাবা শ্রীঅসাংবম তাবা শ্রী থাঙজম তাবা অহুম্মকপু নমত্তুনা ফাংরেঃ মফম অত্তুমক্তা শ্রীউপেন্দ্র সিংহ ব্রাংখৈরাকপনা মাখোই অহুম্মকপু নোংমৈনা তমত্তুনা হাৎলেঃ অত্তুদগী শ্রীউপেন্দ্র সিংহনা ল্লান ফম ঙমলত্তুনা কোন্নুংদা হল্লকলেঃ অত্তুগী মত্তুংদা শ্রীনরসিংহ যুবরাজনা লৈংপাক ঙাকতুনা পানবা অত্তুদা শ্রীমতী কুমুদিণী মহারাণীনা ঐগী ইচ্চাঃ নিপা শ্রী চন্দ্রকীর্ত্তি সিংহনা অঙাংমচ্চাঃ ওঙ্গৈনা নিংথৌ ওঙ্গৈবা অসিনা পুকনিঙয়ামনা হুংঙাঙ্গৈত্রে মরম অত্তুনা নোংমা হুমিৎ অমদা শ্রীথংগান শ্রীপাওসোঙ নবিঙঙানা নবুংঙোগী চাওনা নবা থৌরাং আমত্তা তৌ হাইরবদা থংগান পাও-সোঙ অনিমকনা য়ামনা ফৈ ননাঙ্গৈ ঐথোইনা ইবুংঙোগী ফনা নবা-ঙোগেঃ হাইত্তুনা মাখোই অনিমকনা চিকনা মিয়ামনা খোমলত্তুনা রাতাংনরেঃ অত্তুদগী শ্রী গোবিন্দগী সন্ধ্যা আর্ত্তিগী মতমদা মাখোইগী মখৈ মখুৎ মখুত্তা খুৎলাই পাইনরত্তুনা মফি চোন্না চোন্না ইল্লত্তুনা

---

শ্রীউপেন্দ্রসিংহ—লবণ্যচন্দ্র মহারাজগী মজাইবুংঙো।

শ্রী গোবিন্দগী মাঙোপ মতুংদা আত্তি য়েংবা সাতুনা মিয়াম মরকতা চঙতুনা লৈরেঃ অতুদা শ্রীনরসিংহ যুবরাজনা আর্ত্তিয়েংবা লোঈরতুনা লাঈ মরিরক কোইরতুনা দণ্ডবৎ তৌনা খুরুমল্লেঃ অতুদগী হেক হোঃগৎলকপা মতম অতুমক্তা অসাইগী থুপতুনা লৈরীবা মাংখোই অতুগী মরক তগী মন্ত্রি ময়ুমগী শ্রীনবিন্না মখুত্তা থাঙ পাইতুনা খঙ-হৌঃদনা হেক চোংসিল্লকতুনা শ্রী নরসিংহ যুবরাজগী পাম বোম মরুদা থাঙনা য়াল্লেঃ *খরয়ামনা সোকলেঃ অতুদগী শ্রীনবিনধু মিয়াম চঙতুনা থাঙগা লইননা নমতুনা ফাঃরেঃ মফম অতুমক্তা তল্লোঈ লোঈ-থোকলেঃ অতুগী মতুংদা মাখোই লানগী মথৈ অতু কাইতুনা চেনখ্রেঃ অতুদা শ্রীমতী কুমুদিনী মহারাণীনা মাঃনা ইনসিন্দুনা তৌরু রবনিনা মণিপুরদা লৈগদবা কিরতুনা ফাঃরবনা হান্নগী হাইতুনা অহিং অতু-মক্তা শ্রীমতী কুমুদিনী মহারাণীনা মচ্চাঃ নিপাঃ শ্রীচন্দ্রকীর্ত্তি সিংহবু পুরতুনা শ্রীথংগান শ্রীপাওসোঙ শ্রীনেপ্রাঃ শ্রীবলরাম সিং অসিনা চিংবা য়াঈসিং পুন্নমক্কা লোইননা ময়াংতান্না চেনখ্রেঃ অতুগী মতুংদা শ্রীনর সিংহ যুবরাজগী পাম বোম থাঙনা সোকপা অতু লাইয়েংতুনা ফরেঃ অতুগী মতুংদা লাংথবান্দগী হান্নগী কোন্নুংলেন্দা হোংগৎলেঃ অতুদা শ্রী নরসিংহ যুবরাজনা নিংথৌ ওঈরেঃ মনাওনিপা শ্রীউপেন্দ্র সিংহনা যুবরাজগা সেনাপতিগা অনিমক শৃপনা ওঈরেঃ শ্রীযুক্ত মহারাজাগী মচ্চাঃ নিপা অহন শ্রীভুবন সিংহনা রাংথৈরাকপা ওঈরেঃ মণিপুরদা শ্রীনরসিংহনা নিংথৌ ওঈতুনা রাজা অভিষেক তৌরেঃ নুংঙাঈনা পাল্লেঃ অসিগী মতুংদা ময়াং লোমদগী শ্রী চিবা শ্রী মেলৈ খোম্বা মচি মনাও অনিমকনা নিংথৌ সেমতুনা তেংগোনগা লোইননা লান হৌরকলেঃ অতুদা শ্রীউপেন্দ্র সিংহ যুবরাজনা চৎতুনা মাকলংদা কাপনরেঃ অতুদা লানফমদা শ্রীচিবা ভুরেঃ অতুদগী শ্রীমেলৈখোম্বাবু নমতুনা চঙনা ফাঃরেঃ অতুদগী কোন্নুং য়োনা পুখৎলকলেঃ অতুদগী

* ১৮৪৪ ইংগী জানুয়ারীগী রাথোক্লি।

মোঁসাঙগৈদা পৃথিবীত্তুনা ঙৌবোংখাওদা হাপ্তুনা ইসিংদা নমত্তুনা হাৎলেঃ অত্তুগী মত্তুংদা শ্রীযুক্ত নরসিংহ মহারাজনা চহি কুমসিঙ তরেৎ নিংথৌ ওঈত্তুনা পাল্লগা অতিসার তৌত্তুনা নোংগাঃ থরেঃ সিরাঈ দমদা শ্রীউপেন্দ্র সিংহ যুবরাজদা নিংথৌ মফম পিরমই অত্তুদা শ্রীভুবন সিংহ রাংখৈরাক পনা চিংবা মচ্চাঃ সিংপুম নমকনা সাণ্ডর-ত্তুনা কোন্নুং মপান্দা লৈরত্তুনা শ্রীউপেন্দ্র সিংহ মহারাজাগা য়ামনা কন্না কাপনরেঃ অত্তুদগী কোন্নুংচঙবা ঙম দরত্তুনা শ্রীরাংখৈরাক পনা চিংবা মচি মনাও মাঃখোই পুমনমক ময়াংলোমদা ঙমনা চেণখত্রেঃ অত্তুগী মত্তুংদা মণিপুরদা শ্রীযুক্ত উপেন্দ্র সিংহ মহারাজানা নিংথৌ ওঈত্তুনা ফম্বান কাঃরেঃ রাজা অভিষেক তৌরত্তুনা থা অহুম শুনা পাল্লবদা ময়াং লোমদগী শ্রী রাংখৈরাকপা ভুবন সিংখোইনা শ্রীযুক্ত চন্দ্রকীর্ত্তি সিংহ মহারাজা নিংথেম অপিসকপু থেম্মুরেঃ ইবুংঙো নঙ নিংথৌ ওঈয়ু ঐ যুবরাজা ওঈগেঃ ইনাওনিপা অঙৌনা সেনাপতি ওইস্নু মৈতৈ থোকলসি হাইত্তুনা থেমলবদা শ্রীযুক্ত চন্দ্রকীর্ত্তি সিংহ মহারাজানা য়ামনা ফৈ হাইত্তুনা য়ারেঃ অত্তুদগী মণিপুরদা মাখোই পুম নমক তেংগোন সেমলত্তুনা অমরক থোরকলে মণিপুর য়ৌরবদা লাংথবান কোন্নুংদা তেংগোন লাত্তুনা লৈররেঃ অত্তুদা মৈতৈদগী ফমনাঈবসিং থর মহাক্কী থুৎকা লোইননা চেনসিন থীবা য়াওরেঃ অত্তুদা মি অচম্বা মিকুপথুং য়ামনা. চেনসিন থরেঃ অত্তুদা শ্রীযুক্ত উপেন্দ্র সিংহ মহারাজাগী মচ্চাঃনিপা শ্রীখোদোন যুবরাজানা শ্রী মন্ত্রি সেনাপতি অনিমকনা য়ামনা কন্না সোক নরেঃ অত্তুদা লৈপাক মিয়ামনা অসোমদা মচঙ থরবনিনা লান অত্তু মাঃখোইনা সোকনবা ঙমত্রেঃ অত্তুদগী শ্রীযুক্ত উপেন্দ্র সিংহ মহারাজানা মচ্চাঃ সিংগা লোই ননা লানফম কাইরত্তুনা ময়াং লোমদা চেনসিন থরেঃ অত্তুগী

---

শ্রীউপেন্দ্রসিংহ—দেবেন্দ্রসিংহ (১৮৫০ ইং) দেবেন্দ্র মহারাজ ঢাকা তাব ১৮৭১ ইংগী নবেম্বরগী তাং ১৬ শগোলশেল নুমিৎতা ঢাকাদা নোক্লাখি।

মত্তুংদা মণিপুরদা শ্রী যুক্ত চন্দ্রকীর্ত্তি সিংহ মহারাজানা নিংথৌ ওঈহুনা পাল্লেঃ অতুগী মত্তুংদা খর লৈরগা শ্রী ভুবন সিংহ যুবরাজগা শ্রী অঙৌ-সেনাপতিগা অনিমকপূ মমাঃ সিংনা পুকথিল্লহুনাহাই নওখোইদি নপাঃগা পোক মন্নবা নংভানবূ তাম্বোকতুনা মিগী মচ্চাংবূ নিংথৌ সেমলক ইবদি করি ধর্ম্মনোঃ নওখোইগী নসক অমত্তা য়েংনিঙ্গ্রেঃ চঙ লকক্লু হাইহুনা য়ামনা থিনা চৈহ"লেঃ অতুদা শ্রীভুবন সিংহ যবরাজগা শ্রী অঙৌ সেনাপত্তিগা অনিমকনা য়ামনা ইকাঈরেঃ অতুদগী মচি মনাও মাঃখোই অমরক রা তাঃনরেঃ অতুদা শ্রীভুবন সিংহ যুবরাজদি অহান বদদি য়ারমদে শ্রীঅঙৌ সেনাপত্তিনা অনিরক অহুমলক হন্না হাইরবদা মনাও ওঈবনিনা অকোন বদদি য়ারহুনা শ্রী অঙৌ সেনাপতিনা লোম্না খুৎ থোমলেঃ নিপাঃ চনি চহুম তিন্নরহুনা অহিং অমদা নিংথৌ সেমলেঃ অতুদা অহিং নোংসোইবা কম্না কাপ নরেঃ অতুদগী নোংঙান বনা হাল্লক লহুনা তেংগোন কাইরহুনা মন্নাংলোমদা চনখরেঃ অতুগী মত্তুংদা শ্রী নহাকপা শ্রীলাংগোন অনিমকপূ নিংথৌসেম্বা য়াওই হাইহুনা মবিঙডাঃ অনিসি হাৎলোঃ হাইহুনা খাইরম্বন্দা পুথোরক লবদা লম য়োদনা কৈংথেন ময়াইদ হাৎলেঃ অতুগী মত্তুংদা খর লৈরগা শ্রীযুক্ত নরসিংহ মহারাজগী মনাওনিপাঃ শ্রীস্নাঃ লৈঃ মরাম তাবানেঃ শ্রীস্না খুন জাওবানে অনিমকনা ময়াংলোম দগী তেংগোনমি য়াম্পূর হুনা থোরক-লেঃ অতুদা মণিপুর অসোয়দগী তেংগোনগা ফদিবি লময়াইদা কাপ নহুনা মবিঙডাঃ অনিমক অহুব্ হাৎলেঃ অতুগী মত্তুংদা শ্রীযুক্ত চন্দ্র-কীর্ত্তি সিংহ মহারাজানা শ্রীস্নাঃ কৈফাঃগী মচ্চাঃ নিপাঃ শ্রী স্নাঃ সাঃ জাববূ সেনাপতি ওঈহল্লেঃ অতুগ ১যুং শ্রীযুক্ত চন্দ্রকীর্ত্তি সিংহ মচ্চাঃনিপাঃ শ্রীসুবকীর্ত্তি সিংহ পোকলেঃ হেক পোকপদা যুবরাজা ওঈহল্লেঃ অতগী মত্তুংদা শ্রী সেনাপতি সাঃজোবা চহি মরি মঙা

চন্দ্রকীর্ত্তি সিংহ (১৮৩৪--১৮৪৪ ইং; ১৮৫০ —১৮৮৬ ইং)। সুরকীর্ত্তি—সুরচন্দ্র।

লৈরম লগা তন্না নাহূনা সিথরেঃ অহূদগী মতুংদা শ্রীচৌরজিৎ মহারাজাগী মচ্চাংনিপা, শ্রীস্নাঃ সেত্তবু সেনাপতি ওইহল্লেঃ অহূগী মতুংদা মায়াংলোম দগী শ্রীযুক্ত মধুচন্দ্র মহারাজাগী মচ্চাঃ নিপাঃ শ্রীনাও লসিংনা তেংগোন পূহূনা মণিপুরদা থোরকলেঃ অহূদা শ্রীযুক্ত চন্দ্রকীর্ত্তি সিংহ মহারাজানা থোকতুন' রাইসেন মপান্দা কাপ নরেঃ অহূদা শ্রীনাওলসিংগী মচ্চাংনিপা শ্রী অতোন অচৌবু তোপ মরুনা পান্দুনা তুরেঃ অহূদগী তেংগোন অহূ কাইরেঃ অহূদা শ্রীনাওলসিংহবূ চঙনা ফাংরেঃ অহূদগী শ্রীযুক্ত চন্দ্রকীর্ত্তি সিংহ মহারাজানা সাংমু মথক্তা হাপ্পুনা কোম্লুং য়ৌনা পুরকলেঃ য়াম্না চান্না য়োকপিহূনা থমলেঃ অহূদগী থর লৈরম লগা তন্না নাহূনা সিথরেঃ মাংগা লান লাক মন্নবা মি পুম নমকথুং ঙমনা থাংদোক পিগ্রেঃ অহূগী মতুংদা শ্রীযুক্ত চন্দ্রকীর্ত্তি সিংহ মহারাজানা মখারোমদা তেংগোন পূহূনা অকামহাও নাংবা চংলি অহূদা শ্রীযুক্ত মহারাজানা খুদোং চাঃ দরহূনা তন্না হল্লকলে' অহূগী মতুংদা থর লৈরগা চাদিগাও রোমদগী সর্কারগী জংগি পল্লতোন হৌংরক লহূনা সাহেব লোক্কা কন্না কাপনরে অহূদগী সাহেব লোকনা ঙমহূনা তাল্লকলেঃ অহূদা জঙ্গি পল্লতোম্না কাইহূনা ভুবন চিঙখোঙ য়ৌনা চেল্লকলেঃ অহূদা সাহেব লোকনা মণিপুর মহারাজাবু থর পাংবিযু হাইরক লহূনা শ্রীযুক্ত মহারাজানা শ্রীনামৈংরাকপা মেজরবূ তেংগোন মিয়াম পূহূনা লক্ষ্মি পুর য়ৌনা চংহল্লেঃ অহূদা জঙ্গি সিফাই লান্দগী কাইহূনা চেল্লকপা অহূ লম্বিদা থংতুনা ঙমনা ফাংরেঃ অহূদা আফাংবা জঙ্গি সিফাইগী মথৈ সর্কার সাহেব লোক্কী মখুত্তা ঙমনা পিরেঃ অহূদা সাহেব লোক পুম নমক না শ্রীযুক্ত চন্দ্রকীর্ত্তি সিংহ মহারাজাবু য়াম্না থাংগৎহূনা সল্লাম তৌই অহূগী মতুংদা থর লৈরগা শ্রীযুক্ত চৌরজিৎ

শ্রীস্নাঃ সেত্ত—ধর্ম্মসেতু

মহারাজাগী মচাঃ নিপা শ্রীস্নাঃ চহি অহুমনা জঙ্গিগী লান্দা য়াওরুই হাইহুনা মণিপুরদা চেল্লকলেঃ অহুদা সাহেব লোকনা শ্রীস্নাঃ চহি অহুম্বু পিরকউ হাইরক তুনা শ্রীস্নাঃ চহি অহুম্বু শ্রীচন্দ্রকীর্ত্তি সিংহ মহারাজানা শ্রীসাহেব লোক্কী মথুত্তা পিখি অহুদগী শ্রীযুক্ত সাহেব লোকনা শ্রীস্নাঃ চহি অহুম্বু কালা পানিদা থমখী অহুগী মতুংদা শ্রীযুক্ত পোলিটিকেল এজেন্ট ডিলেন সাহেবনা ইরোঙ্গ সেনবা চিঙজিন্দা লৈগী হাইহুনা লৈরগা নোংমা কুমিত্তা সিফাইগা লোইননা নোংমৈঃ মচাক হান্দুনা মণিপুর কোন্নুং চঙলক লহুনা অহুগী রাংথোক তুনা বদলি তৌখি অহুগী মতুংদা মথকতা হাইখিবা শ্রীমন্দ্রি পুঙ্খিবগী বংসদা পোকপা শ্রীস্নাঃ মাইপাক্কা শ্রীস্নাঃ কৈযাংগা মচি মনাও অনিমকনা তেংগোন মিয়ামপুনা ময়াংলোমদগী লাল হৌঃরকলে অহুদা মণিপুর অসোমদগী শ্রীসেও সেনাপতিনা তেংগোন পুহুনা থুরাই রাকপা পন্দা পান কল্লা সাহুনা লৈবেঃ অহু খঙহুনা লাল অহুনা অহিংদা চিঙ [illegible] হাঙ্গি[illegible]না কোঙ্গনা লাকহুনা লোক পাচিঙ মতোন্দাক[illegible]হুনা লৈ[illegible] অহুদা ময়াংলোমদগী সর্ক্কার লান্তাল্লকপগা অহিং অময়মবদা অমা [illegible] লাল ওঙ্গনা নিঙ[illegible] অমারোম নযুং লান ওঙ্গনা [illegible] হুনা সক খঙনা দরহুনা নোংমৈঃ পকাপ কাপনবেঃ অহুদা সর্ক্কার সিফাই অমা অনি নোংমৈঃনা সোকই [illegible] সিদে [illegible] নি অমত্তা সোকতে লান্দ অহিং [illegible] দা কল্ল কাপ নরেঃ অহুদগী নোংঙাল্লক [illegible] সিফাই অমা য়াওরকহুন [illegible] অহুদা মৈতৈযুং য়ামনাসিরেঃ অ[illegible] [illegible] হুদা

সনা চহি অহুম—নরেন্দ্রজিৎ সিংহ; ১৮৫৭ ইংগী সিফাই লালহৌবা য়াওবগী দমক্তা আন্দামান জেলদা থাদ্দিনখি। চৌবজিৎ মহারাজনা পোকপনি।

শ্রী থংগান মেজরনা তাম্নাহনা ফাঃরেঃ থাঙনা য়াল্লেঃ অহুদগী থরাইদি সিদে কোম্নুং য়ৌনা শ্রীমাঃ মাইপাকপু পুখৎ লকতুনা শ্রীযুক্ত মহারাজানা কনানবা লাইয়েং হল্লে অহুগী থর লৈরম লগা তম্না সিথরে অহুগী মত্তুংদা অমরক থর লৈরগা শ্রীযুক্ত মারজিৎ মহারাজাগী মচ্চাঃ নিপা শ্রীকাহ্নাই সিংহ না ময়াং দগী তেংগোন মিয়াম্পুহনা লান হৌঃরকলে অহুদা মণিপুরগী তেংগোম্না লাঙ্গ মতোনগী য়াওয়াঙ তেকতা থংতুনা কাপ নরেঃ অহুদগী শ্রী কাহ্নাই সিংগী তেংগোন কাইর তুনা ময়াং য়ৌনা চেনথরেঃ অহুগী মত্তুংদা থর লৈরগা অমরক শ্রীযুক্ত উপেন্দ্র সিংহ মহারাজাগী মচ্চাঃ নিপা শ্রীগোকুলসিংনা তেংগোন মিয়াম পূহনা লান হৌরকলেঃ অহুদগী থুরাইরাকপা পন য়ৌরবদা মণিপুরগী তেংগোনগা কাপ নরেঃ অহুদগী ওম দরহুনা লানফম কাইহনা ময়াংয়ৌনা চেনথরেঃ ১খুং শ্রীযুক্ত মহারাজাগী ম্নাঙ্গ ওইনাংনোং থানা ভম্বা শ্রী থোকচাও শুবিদারনা শ্রীগোকুল সিংগী লান্দা চেনসিন খীহনা খুরাইরাকপা পন্দা কাপ নবদা নোংমৈংনা পান্দুনা ভুরেঃ মখম অহুমক্তা সগাঙ্গ সাহুনা অসিবা অহুবু লুমিং তরাগী মরম য়াল্লী ১খুং লান্দা চেনসিনবা মিগী মখৈ লমবি সরক লমসাংদা মথাও মথাও ওমনা য়াল্লি অহুগী মত্তুংদা থর লৈরগা শ্রীমাঃ কাহ্নাই সিংনা তেংগোন মিয়ামপূহনা ময়াংদগী অমরক লান হৌঃরকলেঃ অহুদা খিরি উরক য়ৌরবদা মণিপুরগী তেংগোম্না লম্বিদা থংতুনা থুপাইরেঃ অহুদগী লানফম কাইহনা তম্না চেনথরেঃ অহুগী মত্তুংদা থর লৈরগা শ্রীযুক্ত চন্দ্রকীর্ত্তি সিংহ মহারাজাবু শ্রীযুক্ত লাৎ সাহেবনা ঐ কসার জিলাদা লাককেঃ নওখুং লাকউ হাইরকতুনা

২জাল—এঞ্জাল জেনরেল ১৮৯১ ইংগী আগস্টকী তাং ১৩ দা হুটশনা ফাঁসি তৌহনা হাথনি। সাটসাহেব—আসামগী চিফ কমিশনার কর্নেল কিটিঞ্জ। ১৮৭৩ ইংগী আগস্ট থাদা মহারাজ চন্দ্রকীর্ত্তি সিংহ কাছাড়দা ভাইসরয় নর্থব্রুক অমসুং চিফ কমিশনার কর্নেল কিটিঞ্জগা দরবার তৌরম্বই।

শ্রীযুক্ত মহারাজানা কসার জিলা য়ৌনা চংতুনা শ্রীযুক্ত লাংসাহেবকা কসার জিলাদা উনরুরেং অহুদা শ্রীযুক্ত লাংসাহেবনা য়ামনা নুংঙাই-রহুনা স্নাংগী টককমানগা মোটি মাল। অমাগা বকসিস পিরক তুনা তন্না হল্লকলেঃ শ্রীযুক্ত লাংসাহেব যুং মৈংগী হিতোংহুনা কলকত্তা য়ৌনা হনথী অহুগী মত্তুংদা খর লৈরগা অরাং লোমদা শ্রীযুক্ত দেমেণ্ট সাহেবপূ থূম্মুমৈঃ হাওনা হাংলেঃ হাইবা পাও লাকলহুনা মণিপুরগী শ্রীযুক্ত জানষ্টে কর্ণেল সাহেবকা লোই নন। শ্রীযুক্ত সুরকীর্ত্তি সিংহ যুবরাজগা শ্রীমনাওনিপা কোইরেং কপ্তানগা শ্রীসামু কর্ণেলগা অহুম মকনা মণিপুর সিফাই লিসিং অনি পূরহুনা থূম্মুমৈ য়ৌনা চংতুনা সর্কারগী মদং তৌরঙ্গ লান যম অহু থুগাই হুনা হাওফং তবা পুম নমক তাম্থোকতুনা সর্কার সিফাইবু মফম অহুদা তেংগোন সাহল্লম লগা তন্না হল্লকলেঃ অহুগী মত্তুংদা মণিপুর মহারাজানা মদং তৌবিহুনা লান যম ঙমলেঃ হাইবগী দমক শ্রীসর্কার বহাদুরনা মণিপুরদা বকসিস রূপাঃ পিরেঃ টকমানযুং পিরেঃ শ্রীযুক্ত সাহেব লোক পুম নমকযুং পুকনিঙ য়ামনা নুংঙাইরেঃ শ্রীযুক্ত মণিপুর মহারাজাযুং স্নাঃ পুকনিঙ য়ামনা নুংঙাইরেঃ অহুগী মত্তুংদা খব লৈরগা শ্রীযুক্ত পোলিটিকেল এজেণ্ট কর্ণেল জে জনষ্টেন সাহেবনা শ্রীবল রামসিং মেজরগা লোইননা মৈতৈ সিফাই চামঙা পুহুনা অরাং লোমদা লময়েংবা চংলিমো লমৈঃ ফিসেংতবা খুন য়ৌনা চংতুনা তুসোম সোমরা হাওখুন পুম নমক য়ৌরমলগা খোংজাই তোংহুনিংথোগী চসাং খুল্লোমদা লাকতুনা কোঙগাম্থানা য়ৌরম লগাহল্লকলেঃ অহুগী মত্তুংদা খরলৈ রগা কবো নাখে খুনবু মৈতৈগী হাওনা হাংলি হাইহুনা তুমু ম্যোদগিনা ল্যাঙ্গ-ল্লিক পিরকতুনা শ্রীযুক্ত কর্ণেল জানষ্টেন সাহেবনা মি হাংলি

দেমেণ্ট—ডামেণ্ট (Damant)। সুরকীর্ত্তি—সুরচন্দ্র। সর্কার—সরকার। কর্ণেল জে জনষ্টেন—কর্নেল জেমস্ জনষ্টোন।

হাংত্তে হাইবা অওঙ্গবা য়েংগেঃ হাইত্তুনা শ্রী বলরামসিং মেজরগা লোই ননা মোরেঃ থানা য়োনা চৎতুন কবো কোন্দোং ুনগী মনাকতা মহালান কৌবা লম্বিগী ময়াদা হাংত্তুনা মথম অত্তুদা ফুমলিবা মি অসিবা অত্তুবু শ্রীযুক্ত বর সাহেবনা লৈঃমুংদগী হুণ্ডোক হন্দুনা য়েংলেঃ অত্তুদগি মোংরেঃ থানা য়োনা হল্লকলেঃ অত্তুদা তুমু ম্যোদগিনা মি য়ামনা লোইনত্তুনা শ্রীযুক্ত বর সাহেব উনগেঃ হাইত্তুনা মোরেঃ থানা য়োনা লাকই অত্তুদা ম্যোদগিনা মাহাক ফম নবা চৌকী অমা পুরকই অত্তু উবদা শ্রীযুক্ত বর সাহেবনা হাই ঐগী ইমাঙদা নঙনা চৌকী ফম্বা য়াদে ফমগু হাইরবদা ম্যোদগিনা হাইরকই অৱাঃ নিংথৌনা ঐবু চৌকী ফমউ হাইত্তুন পিবগি ফম্বনি হাইনা খুম লকলেঃ অত্তুদা শ্রীযুক্ত বর সাহেবনা হাইখি ঐগী ইমাঙদা চৌকী ফমগদবদি সমজোক চাবুৱাঃ অমা তুমুগী গাইয়োক পুঙগ্রি অমা কেণ্ডাকউন অমা মাখোই অত্তুম্মক ঙসিত' ফমগ্নী অতৈদি অমত্তা ফম্ফদে অত্তুমক্তা নঙনা চৌকী ফমগী হাইরবদি ঐগা উনদবমুং তোকসি অত্তুমনা মথনখরোঃ হাইত্তুনা তাম্ভোক খরেঃ অত্তুগী মত্তুংদা শ্রীযুক্ত বর সাহেবমুং তন্না মণিপুর য়োনা হল্লকলেঃ অদগী মত্তুংদা কেণ্ডাকতা লৈব বমথৈ ব্রহ্মা কম্পনীগী শ্রীমাকিন সাহেবকা উগী থবক তৌমনবা সাহেব অমাবু অৱাঃ নিংথৌগী য়াঙ্গ অঙম্বা তান্দো-জেন্না হাংলেঃ শ্রী মার্কিন সাহেব পুম্বুং হাংকেঃ হাইত্তুনা তৌবাদগী কেণ্ডাক উন্না কনবিত্তুনা লৈরেঃ হাইবা পাওলাক লত্তুনা মণিপুরদগী শ্রীযুক্ত বর সাহেবনা শ্রীবলরামসিংগা লোইননা মৈত্তৈ সিফাই লিসিঙ অমা সর্কার সিফাই হুম্ফুগা লোইনরত্তুনা কেণ্ডাক য়োনা চৎলেঃ অত্তুদগী কেণ্ডাক য়োরবদা শ্রীযুক্ত বরসাহেবকা শ্রীমার্কিন সাহেবকা অনিমক মোকু থুন্দা উনরেঃ য়ামনা পুকনিঙ থুংঙাই নরেঃ অত্তুদগী নিংথী রাংমা অসোমদা মোকু থুন অত্তুমক্তা তেংগোন সাত্তুনা লৈরেঃ অত্তুদগী নোংঙাল্লগা কেণ্ডাক উন্না নিংথী রাংমা

লান্নক্তুনা শ্রীযুক্ত বর সাহেবকা অনিমক উনৈঃ দর্ব্বার তৌহুনা য়াঃয়ান লৈবা খৈবিক ভাঙনৈ অতুদা কেণ্ডাক উন্না হাই হৌজিকতি অয়াঃ নিংথৌবু সর্কার সাহেব লোকনা ফাঃহুনা পুখর বনিনা ননাঈ ঐষুং সাহেব লোক্কী ম্নাঈ ওঈরগী অতুনা সাহেব লোকনা ঐবু অম্নম তৌহাইবা হুকুমগী মতুং ইম্না থবক পুম নমক থৌগী হাইরবদা অতুদা শ্রীযুক্ত বর সাহেব না হাই য়ামনা ফরেঃ মাহৌসাগী নঙগী নফম অসি কাই দনা অম্নমনা মরৈগ্নী করিযুং নিংঙা থিগ্নু ঐনা নঙগী ফনানবা তৌবিগ্নী হাই অতুদা কেণ্ডাক উন্নাহাই সাহেব লোকনা ঐবু চানবিয়ু থবক পুম নমক সোই দনবা ঐনা তৌজগ্নী ১ষুং শ্রীযুক্ত সাহেব না নোংমা নিনীদং লৈগেঃ হাইরবদি নিংথী তুরেন য়াংমা অসোমদা লৈবিয়ু শ্রীযুক্ত সাহেবনা লৈনবা সঙদি ঐনা সাগ্নী হাই অতুদা শ্রীযুক্ত বর সাহেবনা হাই ফরেঃ হাইতুনা য়ারবদা কেণ্ডাক উন্না হাইরকই শ্রীযুক্ত সাহেব না ঐদি অসিদা লৈগেঃ হাইবা মফম অতু তাকপিয়ু হয়েং নোংঙাল্লগা তুরেন য়াংমা আসোমদা লানবিরকউ হাইরম লগা কেণ্ডাকউন হন খরেঃ অতুগী মতুংদা নোংঙাল্লগা শ্রীযুক্ত বরসাহেবনা সিফাই চনি চহুমগা লোইনহুনা নিংথী য়াংমা লান্দুনা সময়েংই অংদষুং কেণ্ডাকউনগা উনৈঃ অতুদা শ্রীযুক্ত বর সাহেবনা হাই না লৈগদবদি ইসিং মপান্দা লৈনিংই সেকচাঈ লৈরবা মফম অসিদা লৈগে হাইরেঃ অতুদা কেণ্ডাকউন্না য়াম্না ফৈ হাই অতুদগী কেণ্ডাকউন্না শ্রীযুক্ত বরসাহেব লৈনবা ম্নাইসিংবু সঙচাওনা শাহল্লেঃ শ্রীযুক্ত বরসাহেবতি তেংগোন মফমদা হল্লকলেঃ অতুদগী কেণ্ডাকউন্না সঙশাবা লোইরেঃ হাই রতুনা শ্রীযুক্ত বর-সাহেবনা চিংবা তেংগোনপুম নমক নিংথীয়াংমা লাল্লেঃ···অতুদা কুমিৎ হুমনি লৈববু কেণ্ডাকউন্না নোংমা তবুং থোরক তরেঃ অতুদা শ্রীযুক্ত বরসাহেবনা পুকনিঙ নুংঙাইতরহুনা নিংথীতুরেল লান্দুনা হান্নগী

দর্ব্বার—দরবার।

তেংগোন ম ফমদা পন কন্না শাহনা লৈরেঃ অহুদা তুরেন রাংমা আসোমদা অহিংনোং য়াইদা কেণ্ডাকউনবূ ডাকুসিংনা ফাঃহনা পুন্দুনা থমলগা মাংগী ময়ুমদা লৈবা পোৎকী মথৈ মুন্দুনা ইরৌঃ লৌঃরেঃ অমষুং শ্রীমার্কিল শাহেবকা কেরানী ব্রেতোঃগা অনিমকপু ফাঃগেঃ তৌবদগী তুরেন লান্দুনা চেল্লকলে অহুদগী নোংঙাল্লগা শ্রীযুক্ত বরসাহেবনা ডাকুসিং অহুদা লাইরিক অমা পিহল্লুই কেণ্ডাকউনবু থুনা থাঃরকউ—ঐ পুঙ অনিদং ঙ ইগেঃ পুঙঅনি অসিগীমহুং দা থাঃরকতরবদি বোম কাপ লগ্নী হাইথী অহুগী মতুংদা পুঙ অনি তাথরেঃ রা অমত্তা অসুম তৌঁই হাইবা হাইরক তরেঁঃ কেণ্ডাক উলষুং থাঃরক তরেঃ—অহুদা ডাকুসিং অহু শ্রীযুক্ত বরসাহেবনা লৈরম্বা গর মফম অহুদা মখুত্তা খুৎলাই পাইহনা লৈররেঃ অহুদা শ্রীযুক্ত বর সাহেবনা বম কাপলোঃ হাইহুনা হুকুম পিরেঃ অহুদা মরু হাপ ত্না হান্না অমরক কাপই অহুদা মাখোই অরাঃ ডাকুসিং অহুনা নোংমৈঃ য়ামনা কাপলকলেঃ তোপষুং কাপলকলেঃ অহুদগী মরু হাপ্তুনা বোম মঙা তরুকলক কাপলেঃ নোংমৈষুং য়াম্ন কাপলেঃ হুংথিল হুমিং চুপ্পা কাপনরবদা মাখোই ডাকুসিং অহু কাইহনা চেনখ্রেঃ ১ষুং নিংথীতুরেন মপান্দা লৈরীবা সঙ মাংবোক পুমনমক লান্দুনা ঙমনা মৈংথাঃ দোক উরেঃ অহুদগী হুমিং তাথর হুনা মমথরেঃ অহুদগী নোংঙাল্লগা শ্রীযুক্ত বরসাহেবনা মৈতৈ সিফাই চনিগা লোই নহুনা নিংথী রাংমা লাল্লেঃ অহুদা কেণ্ডাক উনষুং ডাকুসিংনা পুন্দুনা থনমবদগী ে ন থোরকতুনা নিংথী তুরেন মপান্দা শ্রীযুক্ত বরসাহেবকা উনরেঃ য়াম্না ংঙাই নরেঃ অহুদা শ্রীযুক্ত বরসাহেবনা কেণ্ডাকউন্দা হুকুম পিরেঃ নঙদি তুরেন রাংমা আসোমদা লান্দুনা লৈরমলোঃ হাইরম লগা শ্রীযুক্ত বরসাহেবতি কেণ্ডাক খুল্লকতা চঙহুনা ডাকুসিং অহু লৈরীবরা হাইহুনা কোইনা চৎহুনা

কেণ্ডাক—কেন্দাত।

য়েংলেঃ অহুদা মাখোই ডাকুসিং অহু অমত্তুষুং লৈরমদরেঃ কেঙাকউনগী ময়ুম অহু মৈতৈ সিফাই চাঃমগা শ্রীপুরন্দরসিংগা ডাকহল্লম হুনা শ্রীযুক্ত বরসাহেবক্তি তুরেন লান্দুনা তেংগোন য়োনা হল্লকলেঃ অহুগী মত্তুংদা কেঙাককী অরাংথংবদা লৈ া তিঙদা খুন্দা ডাকু লৈরেঃ হাইবা তাঃহুনা মৈতৈ সিফাই চৎতুনা পিল্লবদা অমত্তুষুং লৈরমদরেঃ চেনখীরমলেঃ অহুদা খুন অহু মৈঃ থারমলগা হল্লকলেঃ অহুগী মত্তুংদা মখারোমদগী সর্ক্কারগী গোড়া সিফাই চাঃমা শাহেব অনিনা চিংহুনা মৈংগী হি অনিদা তোংহুনা লাকই অহুদা অরাংগী অঙম্বা মেংকেনউনষুং য়াওরকই অহুদা শ্রীসাহেব অনিমক অহুগা মেনকেনউলগা অহুম্মকনা কেঙাকউনবু য়ামনা কন্না থেমই ইখোইনা হাইবা ইল্লো নঙবু মুংঙাইনবা তৌগী করিষুং নিংশাথিগ্ন হাইবদা কেঙাকউন্না য়াদে অহুদগী মুমিং নিনী হুমনিদং লৈরম লগা মাখোই তন্না মখারোমদা হনথরেঃ অহুগী মতুংদা শ্রীযুক্ত বরসাহেবনা কেঙাক-উনবু পুরহুনা তুমু য়োনা হল্লকলেঃ অহুদগী তুমুদা মৈতৈ সিফাই চাঃমগা লোই ননা কেঙাকউনবু থননহুনা শ্রীযুক্ত বরসাহেবনা মনিপুর য়োনা লাকলেঃ অহুগী মতুংদা মুমিৎ মঙানি লৈরগা তুমু খুনবু ডাকুনা থুগাই রেঃ হাইহুনা লাইরিক পিরকলেঃ অহুদগী অমরক শ্রীযুক্ত বরসাহেবনা তুমু যোনা চংলেঃ অহুদা কেঙাকউনদি সিবোং হাঙখুন য়োনা চেনখৎতুনা লৈরমলেঃ অহুদা শ্রীযুক্ত বর-সাহেবনা কেঙাকউনবু নর্ভাদি মনিপুর য়োনা চৎতুনা লৈরমলোঃ হাইহুনা চৎহলথরেঃ ১ষুং তুমুগী মুপিনিপাঃ পুম নমকষু চেনলক তুনা মোংরে থানাদা ঙমনা লৈরমলেঃ অহুদা শ্রীযুক্ত বরসাহেবনা কবো পুম নমকপু তুমুদা কৌথহুনা লংল্লেঃ অহুদগী ডাকুদি পোংতা খুন্দা লৈরেঃ হাইবা তাংরহুনা শ্রীযুক্ত বরসাহেবনা তুমু মোয়াঙগিষুং য়াওনা চৎতুনা পোংতাখন্দা ডাকুসিং অহুগা কন্না শোকনরেঃ অহুদা

সর্ক্কারগী—সরকারগী।

অয়াঃ ডাকুসিং অহুম মরি তুরেঃ ১মুং সর্কার সিফাই অমা নোং-মৈঃনাসোকতুনা তুরেঃ সিবদি সিদে ১মুং শ্রীযুক্ত বরসাহেবমুং চুবাদা মরুনা খেৎখীহনা থর সোকই অহুদগী ডাকুসিং অহু কাইহনা চেনথরেঃ পোৎতাখুন অহু ওমনা মৈঃ থাঃ দোকলমলেঃ অহুদগী তুমুযৌনা হল্লকলেঃ অতুগী মতুংদা শ্রীযুক্ত বরসাহেবনা সর্কার সিফাই হুমফুগা মৈতৈ সিফাই কুনগা শ্রীপুরন্দর সিংগা তুমুখুন্দা থনম হুনা মনিপুর য়ৌনা হল্লকলেঃ অতুগী মতুংদা থর লৈরগা শ্রীযুক্ত বর সাহেবনা শ্রীযুক্তউল্লকাক সাহেবকা শ্রীযুক্তবিফর সাহেবকা লোইনাহনা তুমুদা অমরক লাকলেঃ অহুদা শ্রীযুক্ত বরসাহেবনা পুরন্দর সিংদা হাই তেংগোন মফম অসি উনা পন কোইনা সাও কবো কৌহনা শাহল্লু সিফাইগী বারিকমুং কথনগারৎমুং সাহল্লু হাই রম লগা তম্না মনিপুরদা লাকলেঃ অতুদগী শ্রীযুক্ত বর সাহেবকী হুকুম্মতুং ইয়া শ্রীপুরন্দর সিংনা কোন্দোংখুন্দগী থানপাৎ ফাওবা কবোক্ষোং পুম নমককী কবো কৌহনা তেংগোন মফম অহু উনা পন কোইনা শাহল্লেঃ সিফাই লৈনবা বারিকমুং কথনগারৎমুং সাহল্লেঃ অতুগী মতুংদা শ্রীযুক্ত হিল মেজর সাহেবমুং তুমুদা থুংলরেঃ অতুগী মতুংদা শ্রীযুক্ত পোলিটিকেল এজেন্ট কর্নেল জানষ্টেন সাহেবপু শ্রীযুক্ত মেজরটাট্র সাহেবনা সিল্লরহনা শ্রীযুক্ত কর্নেল সাহেবতি বিলাৎ-চৎখরেঃ অতুগী মতুংদা শ্রীযুক্ত মেজরটাট্র সাহেবনা তুমুয়ৌনা লাকলেঃ অহুদগী কেওাক চৎরুী হাইহনা শ্রীযুক্ত বর সাহেবকা শ্রীযুক্ত হিল্ল মেজর সাহেবকা বমবৈ ব্রহ্মা কম্পনীগি শ্রীমর্কিল সাহেবকা সাঃমু তারানিথোইগা সিফাই কোওগাইগা পুহনা চৎলেঃ অহুদা তুমুগী গাইয়োক পুওগ্রেমুং চৎলি অহুদগী কবো পনসাখুন্দা অহিংলেক পদা নোংওাল্লাইদমদ। কবোনা থুনগী পম্মুংদা লৈরহনা

মেজরটাট্র—মেজর ট্রটর ( Major Trotter )—১৮৮৬ ইংদা থা। মণিপুরগী পলিটিকেল এজেন্ট ওইরমই।

নোংমৈঃ য়ামনা কাপলকলেঃ অদুদা সিফাই মারিমঙা তুরেঃ সিফাই মরি মঙাখুংনোংমৈনা সোকতুনা লৈরেঃ শ্রীপুরন্দরসিংখুং সোকলেঃ চপ্রাসি অনিখুং তুরেঃ—তন্না সিরেঃ অদুদা শ্রীযুক্ত মেজর টাট্র সাহেবনা নোংমৈঃপাইদুনা ল্যান্ চঙলেঃ নোংমৈঃ অমুক্তং কাপই অদুদা অরাংনা তোপ কাপ লকতুনা বর সাহেবকী খুবোমদা কাওনাপাল্লেঃ অদুদগী সিফাই অদুম মরিনা কৈবমননা পম লংনা কিয়োঙগী মথাদা পুসিল্লকলে অদুদগী শ্রীযুক্ত হিল্লমেজর শাহেবনা চোংথোক তুনা চার নম্বর সিফাই লোইননা চঙদুনা কাপনরেঃ অদুদগী নোংঙাল্লবদা অরাংগী পন য়ানথাইদুনা চঙলগা য়ুম মৈঃ-থাংরেঃ খুলপুম নমক চাকলেঃ অদুদা অরাংপুম নমক কাইদুনা চেনথরেঃ অদুদা মোঁয়োকখুংলোং পদগী চেনলকতুনা বর সাহেবকী ম্নাকতা লৈররেঃ অদুগী মতুংদাবমবৈ ভস্কা কম্পনীগি শা.মু তরা-নিথোই দগী তরেং চেনথরদুনা সাংমু মঙাগী মথক্তা ফৌজগী পোৎপুম নমক হাপলদুনা :খুং ইরোই ফাংরদুনা গারি মঙাদা অসোকপা মিগী মথৈ হাপ থৎতুনা শ্রীযুক্ত বর সাহেবখুং গারিদা হাপ্তুনা তুমুয়ৌন হল্লকলেঃ অদুদা লম্বিদা মানো খুন্দা অরা কুনথ্রা মরমনা থৎতুনা নোংমৈঃ কাপলমলেঃ অদুদা শ্রীযুক্ত হিলমেজর সাহেবনা সিফাই নিপানবূ সমজি থাইদুনা মাঙ থাগৎ হল্লগা নোংমৈঃ কারণ [illegible] কাপ[illegible] [illegible]গাইরেঃ [illegible]রাং সিং [illegible] চেন থ[illegible]রেঃ অদুদা মাথো[illegible] [illegible] [illegible]ক লমলেঃ অদুদগী [illegible]ক তুনা তুমু [illegible] [illegible] [illegible] [illegible]হৌকেঃ ১খুং তুমুয়ৌর বলা পুঙ[illegible] [illegible]দগিখুং চেনথীরমলেঃ অদুদ শ্রী[illegible] [illegible] [illegible] ফাই থরগা কেণ্ডাকউনগা অসিতাম রৈরমলেঃ অদুদগী পুঙাং [illegible]দুং লান্দা

মেজর টাট্র মেজর ট্রটর ( Major Trotter ) ; পুঙগ্রি—ঔরাগী বৌদ্ধ লম্বোইবা।

য়াওরম্নবনি হাইহনা শ্রীযুক্ত বর সাহেবনা থাংজরহনা পুণ্ডগ্রিবু য়োংন্নিংচল্লেং ম্যোদগি চেনখিবমুং কৌহল্লুম্মেং ১মুং কবো চেনখীবা পুম নমকমুং হলজিল্লকলেং মযুম মযুগদা নিঙথৌনা লৈহল্লেং অহুগী মতুংদা মনিপুরদা সিফাই চানি চাহুম মদং তৌবা লাকহুনা তুমুদা য়ৌরবেং অহুদগী শ্রীযুক্ত মেজর টাণ্ড্রি সাহেবনা চিংবা খুং-লাইনা সোকপা মিগী মথৈ মনিপুরদগী বেগারি থুংলরহনা হুলাই শাহন্দুনা অহুদগী মনিপুর য়ৌনা থোরকল্লেং- খোঙগাঙ থুল য়ৌরবদা মনিপুরদা শ্রীযুক্ত চন্দ্রকীর্তি সিংহ মহারাজাগী মহৌশাগী নাবা অহুনা স্বর্গতি ওইগরে ৩ ইংগী তাপ পান, খোমজেম্ভাংরেং অহুদগী শ্রীস্থূরকীর্তি সিংহ যুবরাজনা নিংথৌ ওইরেং অহুদা শ্রীবোরা-চাওবায়াই সত্রাকপদি চেনখিনা নাম লম্দা লৈহুনা মণিপুরগী ভেংগোনগা খর কাপ নরম নগা তেন্দঙনা ময়াং য়ৌনা চেনখিরমলেং অহুগী মতুংদা খরা লৈনগা তুমুংগী শ্রী... সাহেব নারহনা মনিপুর য়ৌনা পুথোক নাকনা অহুগী মতুংদা খরা লৈরমলগা তম্না সিথরেং অহুগী মতুংদা শ্রীযুক্ত পোলিটিকেল এজেন্ট বন সাহেবমুং খুংলাইনা সোকপা অহু মহুনা তম্না সিথরেং অহুগী মতুংদা তুমুদা অরাংগা মৈতৈগা হাইচঙখুন্দা কাপনহুনা মৈতৈকী সর্দারঅমাঅনি সিরেং সিফাইমুং অহুমমরি সিরেং অহুগী মতুংদা হিল মেজরসাহেবনা সিফাই পুম নমক্কা লোইনহুনা মাসান্দা ডাকুসিং অহুগা য়াম্না কন্না কাপনরেং অহুদা শ্রীযুক্ত মেজর হিল শাহেবকী মফৈগন্দা নোংমৈংনা পল্লনগা সোকলে ১মুং সিফাইসিংমুং নোংমৈনা খর সোকপা খর য়াওরহনা মনিপুরদা খোনরলেং অহুগী মতুংদা তেথাও রোমাগী চোরালিস সিফাইনা হুন্দা চংহুনা শ্রীযুক্ত কর্ণেল

চন্দ্রকীর্তি মহারাজ ১৮৮৬ ইংগী মেগা তাং ২০ দা নোঙ্গাখি। সুরচন্দ্রনা ১৮৮৬ ইংগা মহা পুন্নী নিংথৌ ওইখি, ১৮৯১ ইংগী ডিসেম্বরগী তাং ৩ দা কলিকাতাদা নোঙ্গাখি। চোরালিস সিফাই—৪৪শুবা সিফাই পল্টন।

সাহেবনেঃ শ্রীযুক্ত কপ্তান সাহেবনেঃ অনিমকনা চিংহুনা চৎলগা মামোখুন্দা কবোনা তেংগোন সাহুনা লৈরীবা পন অহু থুগাই হুনা কবোগী পন সাথুনগী থমুং ফাংরেঃ অহুদা কবোসিং পুমনমক সর্কারদা ওমনা চঙজরেঃ অহুগী মতুংদা ওকতোং থুন্দা সর্কার সিফাইনা থান ফমলেঃ ১ষুং মণিপুরদা শ্রীযুক্ত কর্ণেল ইলিয়ৎ সাহেবনা থা অহুম মরিদং পোলিটিকেল এজেণ্টকী থবক তৌহুনা তুক লৈরীঙৈংদা ময়াংদগী ই য়াইখুল্লাক পা বোরা চাওবানা অমরক তেংগোন পুহুনা লাল হোংরকলেঃ অহুদা য়াওয়াঙ তেকতা মনি-পুরগী তেংগোনগাকাপ নরেঃ অহুদা শ্রীবোরাচাওবগি মনাওনিপা শ্রীকৈফাঃ সেনাপতিগী মথুঙা নোংমৈংনা সোকলংনা মনিপুরগী সিফাইনা ফাংরেঃ অহুদগী শ্রীবোরাচাওবদি লোইজিঙচিঙ য়া লাকতুনা ইরোইসেনবা চিংজিন্দা লৈররেঃ—অহুদা শ্রীকৈরেং সেনাপতিনা লাংজিঙ মথকতা লৈরহুনা বোম য়ামনা কাপলেঃ অহুদা কাইবা ওমদরহুনা শ্রীযুক্ত মহারাজানা শ্রীযুক্ত এজেণ্ট সাহেব তা মদৎ তৌবিয়ু হাইরহুন অহুদা কশারদগী লাগুাল্লকপা পুলিসসিফাই চাংমগা শ্রীযুক্ত হেরি সাহেবনা চিংহুনা ইয়োইসেনবা চিঙজিন য়োনা চৎতুনা শ্রীবোরা চাওবগী তেংগোন থুগাইয়েঃ অহুদা শ্রীবোরাচাওবনা শ্রীসেনাপতিগী তেংগোন্দা চেনসিন্দুনা চঙনা ফারেঃ—১ষুং কাইহুনা চেনখিবা লানসিং অহুতং থাই অমা সর্কারগী সিফাইনা চঙনাফাংরেঃ তংথাই অমদি মৈতৈসিফাইনা চঙনা ফাংরেঃ—ল লগী মি মঙা তরুকতি কাপ নবদা নোংমৈংনা সোক তুনা সিথরেঃ অহুদগী শ্রীবোরা চাওবযু কোনুংদা পুসিনখরেঃ অহুদগী শ্রীযুক্ত এজেণ্ট সাহেবনা শ্রীযুক্ত মহারাজাদা শ্রীবোরাচাওবা পিরকউ হাইহুনা নিরেঃ অহুদা শ্রীযুক্ত মহারাজানা পিরকলেঃ অহুদগী সর্কারনা কাংবা লালগী মথৈ শ্রীবোরা চাওবনা চিংহুনা ওমনা

কর্ণেল ইলিয়ৎ—Colonel Elliot

সর্কার সিকাইনা পুহনা ময়াং য়ৌনা চৎখরেঃ অহুগী মতুংদা শ্রীবোরা চাওববু শ্রীযুক্ত সাহেব লোকনা নিংথৌ সেম্বা মিনি হাইহনা নজর-বন্দি তৌহনা হজারিবাকতা থমখরেঃ অহুগী মতুংদা খর লৈরগা তেথাওরোম দগী শ্রীযুক্ত এ, জে, প্রিমরোজ সি, এস পোলিটিকেল এজেন্ট বর সাহেবনা লাকহনা শ্রীযুক্ত কর্ণেল ইলিয়ৎ শাহেবপু সিল্লরেঃ অহুদা শ্রীযুক্ত বর সাহেবনা শ্রীযুক্ত মহারাজাগা কাণ্ডজেঃ-বুগুদা দর্ব্বার তৌহনা কেণ্ডাকনাঃরুহনা লাল ওম্বগী বকসিস রূপা লিসিঙ অমা গা জানকিরিস নিপানগা মনিপুরদা পিথী অহুগী মতুংদা খর লৈরগা মনিপুরগী কায়াদ্দি হুক্ষ্তরা ফাত্তোক তগী অহিংকাইহনা ময়াংলোমদা চেন খরেঃ অহুগী মতুংদা কোম্বুংদগী নোংমৈঃ মরি মাঙখরেঃ হাইহনা থৌনবদাফংত্রেঃ অহুদা শ্রীযুক্ত মহারাজানা ঐগী নোংমৈ মাঙবা অসিদি শ্রী.ইচ্চা রাংথৈ রাক পগিদা লৈররীগী হাইনা নিঙহনা শ্রীরাংখৈরাক পবু কৌখৎহনা শ্রীযুক্ত মহারাজানা হংই অহুদা শ্রীরাংথৈরাক পনা ঐ তৌবা লৈতে ১মুং ঐদি শ্রীযুক্ত মহারাজাগী মাই ওইহনা মমাঙ ঙৈঃদগী হাহ্না ঐবু সেম্বি হুনা লৈরক লীবনি হৌজিকমুং মহারাজানা ঐবু রাংথৈরাকপা হাপ পিহনা হুংঙাইনা লৈরী অহুদা কমতৌনা অস্নুম্বা থবক নম্ভবু ঐনা তৌগদবগেঃ স্নাঃ পুকনিঙদা মিনা হাইবা রাঃ থাঃ জবা তৌবিগ্ন্ ঐবু কল্লকপা মিনা ঐবু মাঙস্নু হাইহনা পঙহাই হাইবা রাঃনি ঐ তৌবা লৈতে ১মুং অসিমকপু শ্রীযুক্ত মহারাজাগী স্নাঃ পুকনিঙদা থাঃ জদরবদি ইবুধৌ পাখংবনা শাক্তি ওইস্নু হাইহনা রাঃসকলেঃ অহুদগী শ্রীরাংখৈরাক পনা হাই ঐগী য়ুমদা তর্পোনগী ব্রাহ্মোন বৈষ্ণব তরা কুন মরমদং চাক পিজরি অহুগী সেবা থর

---

কর্ণেল—কর্নেল, দর্ব্বার—দরবাব; কেণ্ডাক—অম্বর বর্ম্মাগী লম অমগী মমিং; বোরাচাওবা—১৮৯৫ ইংগী নবেম্বর থাদা কোলেয়ানা লাহনা বন্দি ওইনা লিথি।

তৌজরগেঃ হাইহুনা শ্রীযুক্ত মহারাজা স্নাঃ য়াথংখুং চৎলু হাইহুনা ময়দা ফুমলকলেঃ ১মুং শ্রীঅপানবা সন্ডলাক পনে শ্রীভাংবনে শ্রীকালানে অহুমমকতি শ্রীযুক্ত মহারাজা স্নাঃ য়াথং কৌথৎখিবদগী থাঃরক তরেঃ অহুগী মতুংদা শ্রীযুক্ত মহারাজাগী স্নাঃ য়াথং হাই শ্রীরাংখৈরাক পগী ময়ুমদা কুরুক তৌহুনা য়েংউ নমহুনাথিউ · সাঃখুং কৌথৎলকউ হাইহুনা শ্রীসুবিদার অমগা সিফাই তরা মরমগা শ্রীরাখৈরাক পগী য়ুমতাম্না লাকলেঃ অহুদা শ্রীরাংখৈরাক পনা হাই সুবিদার করিনোঃ হংবদা সুবিদার অংনা হাই শ্রীযুক্ত মহারাজা স্নাঃ য়াথং স্নাঃ খরাবু কৌথৎলু হাইরকই পোৎখুং অরৈবা মখৈ খোমলকউ হাইরেঃ অহুদা শ্রীরাংখৈরাক পনা য়াঃ অহু তাঃরবদা মবুকতা সাওই মচিন্দদি য়ামনা ফনা ল্যাকইবা সুবিদার অহুদা হাইভৌগ্নু ঐখুং মহারাজাগী মাইনি স্নাঃ য়াথং চৎলু হাইহুনা ঐখুং হৌজিকতা মরাকই ঐখুং চাকচাঃ তোক লগা কাংগী ১খুং ব্রাহ্মণ বৈষ্ণবকী সেবাখুং তুক লোইথীগেঃ নওখোইখুং ফম্‌মো হাইরবদা সুবিদার অহুনা হাই ননাই ঐখোই ফম্বা ঙমলরোই শ্রীযুক্ত মহা-রাজগীস্নাঃ য়াথংনি ননাই ঐখোইনা তৌবা নত্তে শাওবিগ্নু হাইহুনা সিফাই কৌরেঃ হা অতোন খোই সিফাই মচ্চাঃ শা কোইয়ু পোৎ-থিয়ু হাইহুনা সুবিদার অহুনা হুকুম পিরেঃ অহুদা শ্রীরাংখৈরাক পনা য়ামনা সাওরেঃ মতম অহুমক্তা শ্রীরাংখৈরাক পগী মচ্চাঃ নিপা অমা খুজাইদা ইসিং সোঃতুনা চওলকই অহুদা হাই নওগী খুজাই অহুনা সুবিদারগী মমাইদা থাও হাই অহুদা ইসিংগা লোইননা সুবিদার অহুগী মমাইদা হুল্লি অহুদা সুবিদার অহুনা মমাই হেক

রাংখৈরাকপা—লাবণ্যচন্দ্র মহারাজনা পোকপা দীনচন্দ্র। ১৮১৭ ইংগী সেপ্টেম্বরগী তাং ১২ দা রাংখৈরাকপনা মহারাজ সুরচন্দ্রগী মথক্তা কাল হোৎখি। নুমিৎ অসিদা রাংখৈরাকপা নোংমৈনা পান্নুনা শিখি।

লৈথোকহৌহুনা মমাইদা পাদবে হুদগী পাংথোক্লই কাইহুনা চেনখরেঃ অহুদা চাকচাঃরিবা মিয়াম অমুং ফুক ফুক হৌগৎহুনা ওমনা চেরথরেঃ অহুগী মতুংদা শ্রীরাংথৈরাক পনা মানাওসিং মচ্চাঃসিং ওমা কৌসিল্লেঃ অহুদা শ্রীরাংখৈরাক পনা হাই ওাংবা কালা অনি মক্তি থারক তরবনিনা মবিঙওাংগী থোকলবা হাইব অহু ওইরেঃ অহুনা নওথোইগী নবকতা করি থল্লি ৈগীদি অসুপ চোপ না পান গদবা সরুকতি সিথীবনা ফরেঃ হাইনা নিঙলেঃ অসুমনা শ্রীরাং-খৈরাক পনা হাইরবদা মহাক্কী মচ্চাঃ মনাও লৈরীবসিং পুম নমক অহুনা হাই ফরেঃ ননাই ঐথোখুং পাবু গী য়াম্বুংগী মকং ইন্দুনা অসুম ভৌসি হ'ইবা অহু ভৌগী হাইরজনা চপ মান্নলা পুকনিঙ লেপ মমরেঃ অহুদগী শ্রীরাংখৈরাব পনা মহ কক্কী ইসিং সামু কৌবা থাঙ অহু পুথে ক তুনা রাঃসকই থাঙ নঙব পাইহুনা ইবুধৌনা লান-ফমদা মাই ওল্লক তনির্নি ১২ং ইপ ' নথুং থাঙনভবু পাইহুনা লাল-ফমদা মাই ওল্লক তবিবনি হৌজিকষু থাঙ নওবু ঐনা পাইহুনা লাল চঙলবদা ইমাই ওন্দবা ওইসুঃ ইপাঃ থাঙনি ইপুথাঙনি থাঙ নঙনা শাক্কি ওইরোঃ হ'ইহুনা থাঙ ময়াব শ্রীরাংখৈরাক পগী ময়ানা চিকলেঃ অহুদগী নোংমৈং য়ামনা কাপ নহুনা কন্না সোকনরেঃ— অহুদা শুমিংনাঙা থববদা শ্রীরাংখৈরাব পগী ময়ুম মাঙোপ লোইসঙ পুম নমক বো ংদগী দাম কাপ লুতু । মৈংথাঃদোকলেঃ অহুদগী অহিং নোংসোইবা কাপ ননা নোংঙাল্লাই দমদা শ্রীরাংখৈরাব পনা কোন্নুং চঙহুনা চৈবাপগী পোঙ ময়াদা নোংমৈংনা পান্দুনা তুরেঃ অহুদা মাগি পুৎপুম নমক সিনাপতিদা ওমনা চেনসিন থরেঃ অহুদা লাল লানমনা মবাইরেঃ ৎ মতাংদা শ্রীযুক্ত হেরি সাহেবন কশার জিলাদা পুলিস সিপাই সিবা গী হন্দক পদা ঝিরি উমংদা মনিপুরদগী চেনখিবা কায়দি সিং ৎহুগা ৎ পাইনা মাংখোই হুমযু

---

কশার—কাছাড ; কায়দিসিং—কয়েদীশিং. ফাদোকশিং ।

কাঃরেঃ অহুদগী কশার জিলা য়োনা চংহনখিহুনা জিলা দবঁ দিবুটি কমিশনর সাহেবনা অমরক কায়দি সিং অহু শ্রীলক্ষ্মণসিংদা পিরকতুনা মনিপুর য়োনা পুথোয়কলেঃ অহুদগী কায়দি সিং অহুবু শ্রীযুক্ত পোলিটিকেল এজেণ্ট সাহেবনা মঙথোইদি বেকানোন তৌহুনা ফাতোক তগী চেল্লুরবনি হাইহুনা অমরক মিয়াৎ ককলহুনা ফাতোকতা পিখরেঃ অহুগী মতুংদা খর লৈরগা কশার দগী শ্রীচিবগী মচ্চাঃ লিপাঃ শ্রীযোগেন্দ্র সিংহনা তেংগোন মিয়াম লোই নাহুনা লান হৌঃরকলেঃ অহুদা শ্রীযুক্ত মহারাজানা শ্রীলৈংতাঃ মেজরবু সিফাই চাহুমগা লোইননা চংহন্দুনা লাই মতোন্দা তেংগোন শাহুনা লৈরেঃ—অহুদা লান অহুনা কোঈনা লাকতুনা য়াঃ পোকপিদা তারেঃ অহুদা শ্রীযুক্ত বর সাহেবনা পাও অহু তাঃরবদা লাল অহুনা চিঙদগী তম্বাক তারবনিনা নকসিল্লকলেঃ অহুনা শ্রীযুক্ত মহারাজাদা শ্রীযুক্ত বর সাহেবনা মদৎ তৌগেঃ হাই অহুদা শ্রীযুক্ত মহারাজানা মদৎ তৌগ্নু হাই মদৎ তৌহন্নিঙবা লৈরগা ঐনা হাইহল্লগী হাইবদা শ্রীযুক্ত বর সাহেবনা লান নকসিল্লকলেঃ চংহলগী হাইদুনা চৌরা-লিসগী শ্রীযুক্ত অজিতোন সাহেবনা সিফাই চামা পুহুনা য়াঃ পোকপিদা কাপনরেঃ অহুদা শ্রীয়োগেন্দ্র সিং তুরেঃ অহুদগী মাঃখোইগী তেংগোন কাইহুনা ঙমনা চেল্লঃ অহুদা তান্নাহুনা নমহুনা ঙমনা কাংরে মকম অহুদা নোংমৈঃনা পান্দুনা লানগী মি অহু তরা নিখোই সিরেঃ অহুদগী অফাবা লানগী মখৈ কশার দগী লান্তাল্লকপা পুলিস সিফাইগী মখুত্তা পিহুনা কশার জিলা য়োনা পুহন খরেঃ অহুগী মতুংদা খর লৈরগা শ্রীযুক্ত পোলিটিকেল এজেণ্ট বর সাহেবনা কশার জিলাদা মনিপুরগী মৈতৈ মচ্চাঃ কাঙজেঃ রোই মাপন পুরহুনা সাগোন কাঙজেঃ সান্নাবা চংলি অহুদা কশার য়োরগা মেলাদা

* বর সাহেবনা চিংবা মনিপুরগী কাঙজেঃ রোইগী মখৈনা মিচঙ

---

বেকানোন—বেকানন. আঈন্না য়াদবা

অমা ওইহুনা কশারদা লৈবা সাহেব লোককী মথৈনা মিচঙ অমা ওইহুনা কাঙজৈঃ শান্না ববু মণিপুরগী শ্রীযুক্ত পোলিটিকেল এজেন্ট বর সাহেবনা থোইরেঃ সুমিৎ নিনীদা অনিরক শান্না ববু অনিরকমক থোইরেঃ অদুদগী শ্রীযুক্ত বর সাহেবনা পুকনিঙ যামনা সুংঙাইনা মনিপুর য়োনা হল্লকলে।

---

**CALCUTTA**

*Printed at the Baptist Mission Press and Published by the Political Agent Monipore, 1890.*

# তখেল ঙম্বা

( ১৯০২ ইংদা ক্রনিকল প্রেস, শ্রীহট্টদা ছাপা

(তৌথুনা ফোঙথবা )



# তখেল ঙম্বা

***History of the war between Garib Nawaz Maharajah of Manipur and the Tipperahs, and Burmese.***

( অর্থাৎ )

ব্রহ্মা এবং ত্রিপুরার সহিত মণিপুরের মহারাজা
গরিব্‌নাজ সিংহের যুদ্ধ বিবরণ।

শ্রীহাওদৈজাম্বা চৈতন্য সিংহ
কর্ত্তক প্রকাশিত।

প্রথম সংস্করণ

শ্রীহট্ট
ক্রনিকল প্রেসে
শ্রীচারুচন্দ্র ঘোষ কর্ত্তৃক মুদ্রিত

1902

মূল্য ৵. আনা মাত্র।

# ওাহৌদোক

মণিপুর পোইরৈ স্না লৈপাক্তা ৺গরিব ন্বাজ সিং কৌবা অমা পালম্মি। থংহৌদ্ৰা লাকপ্না পালৈ হাইবা মরম্না গরিব্ ন্বাজ কৌই। নোংপোক মাইকৈদা নিংথেম অহুগা মাননা সাঃ লানদা থৌবা লৈত্তে হাইহুনা মমিংবু নোংপোক ন্বাইরং পামহৈবা কৌই। লৈপাক পুম্নামকপু খুহুম চন্না পালি হাইবগি মমিংবু পামহৈ থোংনাং ইসিং চাইবা কৌই। বিষ্ণুনা অবতার তৌহুনা পোক্ই, অমাস্তুং গৌরিয়া ধর্ম্মবু নিংথেম অহুগি স্না হকতক্তা মণিপুর স্না লৈপাক্তা পুথোকই হাইহুনা মমিংবু গোপালসিং হাইনা কৌই।

নিংথেম ৺গরিব্ ন্বাজ স্না হাকতক্তা ঐন্না, তক্কেলবু লাল সোকনবা ঙমহৌবা অহুগি ন্বারমবু কোরবেক অসিদা ইরি। লাই-ন্বিক কোরবেক অসিদি ননাই ঐনা লেংবানত্তে। হাইখিরিবা নিংথেম অসিগি স্না হকতক্তা লেংখিবা খুন্নুংলোম্নি মরম অহুনা ওা থৈনৈ হাইহুনা পাখিরিবা গুরুসিংনা ননাই ঐবু তাথিওা ওইবিগ্নু। তক্কেলঙম্বা হাইবা কোরবেক অসি মণিপুর স্না লৈপাক্তা উজিক ফাউবা কম্নাগুম্বাদস্নু লৈরি অমাস্তুং ননাই ঐনা মণিপুরগি ন্বাজ আফিসতস্নুঃ মৈত্তৈ ময়েক না ইবা তক্কেল ঙম্বা অমাস্তুং কৎসিনহুনা লৈরি। তক্কেল ঙম্বা হাইরিবা কোরবেক অসিগি ওারি অসিবু লৈপাক পুমনামক্ খংনম্বা ইবুঙঙ শ্রীল শ্রীযুক্ত পোর্টিয়াস ছি, আই, ই, আই সিঃ, এস, সাহেব বাহাদুর স্না লৈপাক্তা অহাম্বা পোলিটিকেল এজেন্ট ১স্নুঃ সুপারিটেণ্ডেন্ট ওইরম্বা মুংসি হৈবনা লাইরিক অসি ছাপা তৌহল্লি ইতি।

শ্রীহাওবৈজাম্বা চৈতন্য সিংহ

সেগালম্বি, লৈমজম লৈকাই,

ইম্ফাল

মণিপুর

# তক্ষেল ঙম্বা

শ্রীহরি হে ইবুঙঙ লাঈ থিবিককি নিংথৌ ওইরিবা। ইবুঙঙ মহাবিষ্ণু লাঈ পুমনমকতগি অথোইবা। অরেপ্পা মঙালগি মসক ওইবা মওঙ নাইদবা, খুয়াইনা থঙদবা মফমদগি থোকলকপা। ইবুঙঙ মপোক লৈতবা, আদি পুরুষ নাহাকনা পুমনমকপু হালবা। স্বর্গ লৈপাকতগি কুমলকপা।

হে লাইয়িংথৌ। গুরু সিদবা নংগি নখোঙ থম্বালবু আহালবদা সলগি মচিংনা লুকপঙম খুরমজরককে। ইবুঙঙ শ্রীরামচন্দ্র নাহাকনা পুমনমকপু থোইরিবা রাঘব লাঈ থিবিকপু থোইবা। ইবুঙঙ রঘু রামচন্দ্র সিদববুস্মু হন্না হন্না খুরুমজরককে। হে ইবুঙঙ লিক-লাইও নিংথৌরেল থিবিকতগি অথোইবা। ননাও মৈতৈরেমা খুমল নিংঙোল মহারাণী নওবি মাহাক-থকতা লোঈ পুমনমকপু থোমলুবা অকনবা লাংদেহাউ লোঈবু থোমলুবা, খারম হাউবু লোঈ চল্লুহ্না সন্দংবুঃ নারেং হুৎতুনা চিংলকপা, লল থুমবু নমগজদা পোত্থনা পুরকপা. হামেং লাবাবুঃ মচিদা থৌড়ি পুনহ্না পুরকপা; লোঈ হারক ইবা খুমল নিংথৌ অত্থগি মচ্চা মুপি. লমদি, উচিরা থোইদোমপাল হাইনা কৌবা, হুইদাও থোংদেন লকাপিচানা উচি ওনথিবা। উকারোং য়ালবদা লাঈ ওইথিবা। খাঙলা অকংবনা চাক য়োমহ্না লো ঙাকপা ঙাদি সয়োংথোইবিনা ঙাচেল ওইহ্না চান্নবা লম। নিঙোম বম নিংঙোলনা য়োংনা চংবা লৌবুঃ ঙাকপা লম, হৈরেম খুঙ্গাল নিংঙোলগি হাকথকতা তু খোং লৈরম-দবদগি তু খোং তৌরম্বা লম। খুঙ্গাল মেগুলৈমা মেনোং নৈখাম লালবু ফাবা নিঙোল। সল অয়াংবীবু হাওথাংকোক লাইমালবা; খুংলনা সল চিংলম্বা লম। পুকনিং থরাই মুঙাইনা সল অত্থ চিংলম্বা লমনি।

লম অহুদা পুকতৈবি থাইজ লোই কৌবা লোইকম অমাম্ব লৈ। খুমল নিংগোল স্নাওসোম লৈমা, হোঙনেমজম লৈমা, অনি-মকী লৌনা লৈবা মফম। সল অমুবীদি য়েং থংনা, সল ঙাংনা লাংবীনা ওই থংনা, মনাই মাসমা লোখোইরগা খুমল লৈমা অনিনা চোঙ সেকপিন ছুমাই খালহুনা লৌফম অহুদা চংহুনা য়েংলুবা লম। খুমল লাইসোমচা, ছইদাওখোঙদেন লকাপ্চিনা, মাগি চৈস্মুনা তুরেন লৈরাইদা মুংবদা রাপল, ফাবা লম। উচিরা খোইদোমপাল হাইরিবা লম অসিবু। লোঙ্গৈ চল্লম্বা নিংগোল মৈতৈরৈমা নাহাক-থকতা, লোঙ্গৈ পুমনমকপু চল্লম্বি। ইসিং অচৌবা সমদ্রদগি থোকললকপা পুহানবু নাহাকনা ফংলম্বি নাহাক্কি গর্ভদগি পোকপা, লৈপাক্কি মবুঙগু নোংচুবলমগি ভক্তি ধর্মবু, মহাকথকতা থাকপা। নবুঙগু লাঙ্গৈ স্নামহিনা মবুখৌ খাগেম্বগি মচ্চা ওইনা পোকলম্বা, পামহৈবা থোংনাং ইসিংচাইবা কৌবা, মিংগা মাম্লনা, মমিংবু থোল-খিবা। পাখংবগি ধারাদা পোকপা মমিংনা, নোংপোক রাইরং পামহৈবা কৌবা। লিরাং টৈনসু হৈবা। কালমুং হাউবু ফাবা। মাহাক-মকতি সাঃ লালম্ম য়ামনা ফাবা। সাঃ লালদমু য়ামনা থৌবা মাহাকনা খুলগং অমাতবু চংলমদবা, লৈতবা। উচেক পরাড়গুমনা মচ্ছা কন থৌবা। চিবি লোকলাওবুং চথা সলুংথেন কাকোন নোংদমই, রাংজিং লোকলু খুলদা ঔরাগি তেঙ্গোল মাপল লাকপবুঃ সোকনবা। ফেম্রা নোংছম লম ঙাইদে লোকোম্, মোইরাং থম্বাল সাঃ লৌদা মরাং তক্কেলগা লালসোকনবা নিংথৌ মমাম্লবা স্নাগি চোঙখালবা অনিমকনা মৈতৈ লৈপাক থাংচপননা মৈতৈ য়োরক লবদা। হে ইবুঙগু পামহৈবা নাহাককি অকনবা পাম্বোমনা চুঙ টা মকতনা লাল সোকনবদা ঙমহৌবা অহুবু, থোনজেল রাংনা সকচরককে।

---

তক্কেল—ত্রিপুরা।

মোইরাং লাইহুই পাংবরম, মরাং তক্ষেল লৈপাক উদয় নগর চিঙদোম পোকতা, রাম্রেল্লিবা ধর্ম্মমনিক্য কৌবা মাহাকনা রা ভাং-থোরকপদা রা পরেংগি মাতমগুম্বা। মাহাক্কি মনাই অঙম্বা তক্ষেল লৈপাককি ফমনাইবা, মমিংনা ছত্রজিৎনারল কৌবা অথৌবনা মমাংঙৈগ্না তক্ষেল লৈপাক অচৌবাগি খোঙমি লালমি পুন্থনা থারম হাউ লোঙ্গপাল খৌরুবদা, ইতুয়াঙ্গ ছুরেনগি মপালদা মৈতৈ লৈপাকনা দোলাইবুঃ য়াল্লথেক হৌবা। সগোল সামুবুঃ মুলহে বা পুঙগি পুঙমাইবু য়ালফাৎবা। অসি পুমনমক লৈরি। তক্ষেল নিংথৌ ঐনা কাওদরি। অসিদম্মুং নত্তুরি, ভাগবত লাইরিক লৌবা তেথাও লৈপাকতা চৎকে হাইরগা, তক্ষেল লৈপাক ঐথোইবু লম-খাওদা পোং থিন্নবা, লোঙ্গ ওইনগে হাইনা থৌরাঙ তৌরম্বা। অসি পুমনমক তক্ষেল নিংথৌ ঐগি পুকনিঙনা কাওদরি। মৈতৈ লৈপাক য়ৌনা চৎলুরগা মোইরাংস্থু য়ৌরকউ। লোকতাকতা খোঙনা কুমহুনা হৈকক থাংজিঙ হেকলকউ। মৈতৈ লৈপাক অহুবুঃ নাখোইনা ঙমনবা লালকম সোকন-রকও। থাইনা মমাংদৈদা তক্ষেল নিংথৌ ঐগি ইবুধৌসিং মরোন মরোনদা মোইরাং লৈপাক অচৌবা অহুদি তক্ষেল ঐগী ঙাঃ তমলম্বা লোঙ্গনে। চুঙ টাগা লোইননা মোইরাং লৈপাক অহুবু অহুক সেম্বিরম্মু। তক্ষেল ঐখোইদগি চৎখিবা লাংথ, লালোং, খোই-রোঙ্গ, কোংয়াং, কুম্ভি, তোলোং পুমনমকস্থু থোম-লকও হাইহুনা পাউমেল্লবদা, অঙম্বা ছত্রজিৎনারল অথৌবনা চিংনা তক্ষেল লৈপাককি খোঙমি লালমি মরামগা থারম ময়াই লমদা ককলেল অচৌবা কোনসিলবাগুম মিয়াম পুমনমক লালহৌরকলে, পুকনিঙ য়াওনা তাও।

নোংপোক মাইগে রমদস্থু ঙব্রা দোঙ ডোই নিংথৌনা মনাও মঙব্রা কেঙডু ঙম্বাদা হাই মমাংডৈদা মৈতৈ লৈপাক অচৌবনা ইরোঙ্গ অকনবা মরামবু সামুক সলগু মপে হোইবাগুম পুথিএ।

মচ্চা শুপি তস্ফাঃ রাঙমলোলবু ঐঙোনদা পিরককে হাইসররম্মি। ঐগি ইনাঈসিং ফিরালববুঃ হি লানবিখো হাইদ্রুনা মি থাগ্রগা। ইবুধৌ মুঃয়াংমঙগ্রা নিংথৌগি হি অহুম্বা শ্বরাপ্পা হি অহুবুস্কুং সিঙ-জংনা য়ালথেকলগা মৈ থাদোকলম্বা অসি পুমনমক লৈরিএ। ঐরা নিংথৌ ঐনা আসি পুমনমক কাওদরিএ। লমছুই সা চাবনা নোংসাগি খোঙগুল লিতুনা তানবগুমনা ইরোঈ অকনবা ময়াম অ বু খোঙগুল লিরুও। ইবাঈ মৈতৈ নিংথৌগি লাখোঙ কৌবা খোঙ য়েৌনা চৎতুনা ময়ুম সঙ্গাই চংলকউ। ককচেং কোকচাংও বিনা লৈপাকতা চেনবাগুম অপলবা লৈতনা চৎলু। তেঙ্গোল লালমি মপুংফানা সামু চনি সগোল লিসিং অমা চেঙ জেল্ পুবা সলদি মসিঙ থিবা ঙমদবা পুহুনা মৈতৈদা লাল চৎলু। সোংস্নক খুল অহুস্ন নখোইনা হল্লকপদা খুল অহুঅমুক সেম্বিরম্মু হাইদ্রুনা পাউমেল্লবদা। থাংস্নবা হৈবামশৈ খাকতনা চিঙদা ইসিং মপালদা লৈবা পুমনমক হুপনা। তেঙ্গোলগি মি মসিঙ থিবা ঙমদবা মিয়াম পুমনমক না নিংথি লানবদা কোঙ্গল সোরে। খোঙদগি উফুল্লা মাইগৈ ফুল্লে। নিংথি রাংমা লান হুনা কবো খুলস্ন য়াওনা ককলেন অচৌবা কোনবগুম চৎপদা হি য়ালবদা থুংলুবা হিগাসংস্ন মৈ থাদোক লে। ১স্নং থা মপানবি য়ালথেকলমগা নমথৌ চিঙগি চিঙ্গয়াই থাইনা লালহৌরকএ।

মিরৈবাক নিংথৌপানবা অনিনা মৈতৈ লৈপাকপু থাংচপননা লাল হৌরক লবদা। মৈতৈ লৈপাক মিয়াম পুমনমক পুকনিং লাংতক নরকলে। লাইথুং ফৎতবা লৈকাপ লাইমন থুংলহুনা পুকচনিং সাওকৎলকলহুনা য়াংরমদা ওনিংলকপা অহুগুম। কৌ-চেঙনা মাশা থপ্পাগুম চিকনা লৈবা ঙমদরদুনা লাংতকনরে। মৈতৈ স্না লৈপাক পুমনমক ইঙাথাদা তেৱা পাইবগুমনা মৈতৈ লৈকম

নিংথি—চিম্নুইন তুরেল।

খঙদরে। নিংথৌ স্নাচোংলেল খানবা অনিমক্কি সমক্রুগুহা লাল অচৌবা অনিমকনা মৈতৈ লৈপাকপু হিন্নুঙদা ইসিংচংহন্না হি উপক্কে তৌবগুম তৌরবদা। পাখংবগি ধারাদা পোকপা ইবুঙঙ জয়শ্রী শ্রী গরিব্‌নাজ দেব বৈষ্ণব থোংনাং ময়াম বনা। শ্রীরামচন্দ্র লাই মবুঙঙবু: নিংথৌ স্নাচিলবান থন্না সোলজমলগি য়াম মাহাক্কি থৌজান্না হি ওই, শিলোৎলম হুংঙাইবদগি থোকলকপা সান্তিদাস মহন্ত বৈষ্ণব বৈরাগ্য অথোইবা গুরুগি মতিক অচৌবনা হিনাও সান্থনা ১সুং নিংথৌ ইবুঙঙ মাহাক্কি য়াই মতিক অরুবনা হিরুদা তেংমাই লেপ্পা। মনাইসিং লালমি অকন অথৌবা পুম্নমক্না নৌ ওইনা, সমক্রুগুহা লাল সোকনবা অচৌবা অনিমকপু মৈতৈ লৈপাকতা হিন্নুঙদা ইসিং চংহন দবগুমনা, হি উপ্পাগুম উপহনদ্বা ইসিং অচৌবা লানবগুমনা মি পুমনমক্ অহুবু মতম্মকপ্পা কোনবা-গুমনা য়োক পিঙ পাখংবগি ধারাদা পোকপা মাহাকনা অতিয়াদগি সঙাইসেন পাইথরকপাগুম ঐরাবু লালসোকনবা তক্কেলবু ন্নাল-থেংনবা অহুবু খোনজেল রাংনা সকচরক্কে।

অতিয়াদা থোকপা হুমিৎকি মঙাল অরাবনু লৈচিন্না খুমথিবা গুমনা লৈপাক নিংথৌ পানবা অনিমক্কি অকনবা লাল হৌরকপা মথোন্না মৈতৈ লৈপাক পুম্নমক্ লংমাচাঃ পুলবাগুমনা পুকনিং ইরাং লাওলে। পাখংবগি ধারাদা পোকপা ইবুঙঙ মুংসিৎকুম্বা নিংথৌরেন্না মবুধৌ ইবুঙঙ না'ওফোংবগি কংলামেন তিঙিঙ কৌবা উচেকনম্ভু পাইরকপা, মুংসিৎ নোংলৈনম্ভু সিংচিন লকপা মকম। কংলাগি য়াইবুং থিনহনা মনাইসিং মৈতৈগি ফমনাইবা পুমনমকপু কৌথংলে। নিংথৌ মাহাক্কি ফমনাইবা অঙম অথৌবা মৈতৈ লৈপাক ডাকল্লিবা পুমনমক্ তিল্লবদা পাখংবগি ধারাদা পোকপা ইবুঙঙ মনিথাম্বা থাংগুম্বা নিংথৌ মাহাকনা কোকিল খোংবগুম হাইরকই।

নিংথৌ ঐগি ফমনাইবা অচানবা, নিংথৌ ঐম্মী লোইনবা লাইফম সঙ, থাবম সঙলেনগি ফমনাইবা কৈ কৌবা সাগুমনা

কনবা। কৈ অনিবা চিকনবগুম্বা, এলবারাবা অনিনা এলকাও-নরগা চেনদবা গুম্বাসিংও। মমাংহৈদা ইবুধৌসিং নিংথৌরেল পুক্ষনমক মথং মথং পালথিবদা লৈপাক অসি মুৎলক তরি। নিংথৌ পানবা কনামতনা লৈপাক অসি থুগাইখিদরি। কনাদম্বু লোঈ পোৎ-পিখিদরি তক্কেল ইমান্নবা ঔরা নিংথৌ ইতিক মান্নবা নিংথৌ অনিমবুঃ থাংসাঙ খুৎতা পাইহুনা ল্লাল থেংননা য়ান্নগে হাইনা নিঙলিবা ইনাইসা। নিংথৌ ঐ লৈরিঙৈদা মৈতৈ লৈপাকী মি, নুপি, অভাং অমতামক্ থৈকরোই। ইনাই অহললুপ লাকপা হাওবম কৈবিরামসিং নঙদি মোইরাং লাইজি পাংবরমদা মৈতৈ লালমি কোক্সাই অমা পুহুনা ময়াং তক্কেল অহু মাইয়োকহানা সোকনান্ন। ইনাই ছইত্রোম্বা বুটিসিং নাহান্নপ কৈরাংহনবা নঙগা অকনবা থাংজমচা চেকসাসিং ল্লাইকম কৈরাংহনবা নবিঙডা, মৈতৈ লালমি মপুংকাবা পুহুনা নোংপোক পাংবরমদা ঔরাগা মাইয়োক হানা সোকনরাও।

মিরৈবাক নিংথৌ পানবা অনিমক্তগি মৈতৈ তম্বাক হান্না তারকপা অমদি পাউ থুনা খঙহললকউ। নিংথৌ ঐ য়াওনা চৎতুনা অকনবা লাল অহু সোক নগে হাইনা মৈতৈ তেঙ্গোল ল্লালথোঙ সিল্লকলে। নিংথৌগি মনাই অঙম্বা হাওবম কৈবিরামসিং অহল্লুপ লাকপা, চোংথা খুমনথেম্বা, নাওরোইবা অথৌবা, নথোই মরি মকনা চিংহুনা মৈতৈ লালমি কোক্সাই অমাপুহুনা মোইরাং লাইজি পাংবরমদা লোম্না লম্বি মতুংইন্না ল্লালচৎলে। ছইত্রোম্বা বুটিসিং লাহান্নপ কৈরাংহনবা, থাংজমচা চেকসাসিং লাইকম কৈরাংহনবা, অনিমকনা চিংহুনা অকন অথৌ লালমি কোক্সাই অমা পুহুনা নোংপোক পাংবরমদা লাল চৎথি। নোংপোক পাংবা মাইগৈ হুমিংনা থোকলক্ কম নমথৌ চিঙগি চিঙদোনদা খুমল কজেংখু সাথিবগি

---

এলবারাবা—য়েলবারাবা।

মচু হাউগ্ সমনন্ কৌবী সক ফজবিনা ফমুং ফজনা থাহনা মোন নিংথিনা থমলগা কেপ্পামদা হৈ লোইজিল্লে। থুম ময়োন হাপলগা ইসিং থমহনা গুমিং অঙানববুঃ ঙাইলক্ষ। মনথৌ চিঙগি চিঙ-গোনদা ঔল্লা তেঙ্গোল অচৌবা সাবন্দা তুমনৌ ময়োন লৌবগুম, ফকচেংনা লৈপাকতা চৎপগুম, নোংপোক মাইগৈ খোম্না কাকরাম পাইবগুম, ইমু মুনা, ঔবা লালহৌরকপা সিংগ ওক্লরে। লালফম মাইয়োক্ননা ল্লাল সোক্নববু ঔরা তেঙ্গোল মরামদি ইসিং ইহৌ-রকপাগুম চাওবনিনা, ঔরাগা মাইয়োক য়ানা সোকনবা ওমদরদনা মৈতৈ তেঙ্গোল লোংনা তকথোরকলে। ঔরা তেঙ্গোল অচৌবনা তাংখুল খারম লাইরম মরিং খোঙ্গবু পুমনমক্ ফকলেন অচৌবা কোনসিলবাগুমনা মিয়াম পুমনমক তক খাইরকলে নিংথৌ মনাই অঙম্বা লাল থৌবা অনিনা নিংথৌ ইবুঙঙ ঔরা লালফম মৈসা কল্লে, ইসিং ইহৌরকপদা পল থিংবা ওমদবা ইসিংনা নমথাইরকপাগুম; লাল সোকনবদা মৈতৈ পুমনমক্ মাইয়োক য়াবা ওমদরে নিংথৌ ম্না খোঙলেঙবিরকও হাইনা লাইরিক চিঠি ইহনা খোঙলোই পাউ হনথিবাসিংনা নিংথৌ ম্না মাঙদা থুংলরহনা কংলা য়াইবুং থিনহনা মৈতৈ লৈপাক ঙাকলিবা অঙম্বা পুমনমক কোৎথংলে। অঙম্বসিং পুমনমক তিল্লবদা, পাথংবগি মচু ইবুঙঙ, গুমিংকি মঙালগুম ঙালবা নিংথৌরেন পামহৈবনা হাইরকএ।

ইনাইসা ঔরা তেঙ্গোলনা, মৈশা কল্লা নোংপোক মাইগৈরমদা, তকখাইরকলে হাইরিবা অসিবু মৈতৈ ঐগি তম্বাক য়োরক তদনা হনথিনবা ইচ্চা ইবেম্মা তম্বা রাংঙমলোন সিজা কোল্লুং ঙালবি নিংঙোলবু পিরসি নিঙবরা? ঔরা তেঙ্গোল অসিবু মাইয়োক য়ানা থাংসাং থুংতা পাইহনা য়ায়সি নিঙবরা; পুকনিঙ চিংনবা লৈতনা নিংথৌ ঐঙোন্দা খুমলকউ হাইনা হঙ্গলকপদা। মনাইসিং অঙম অথৌ কমনাইবা পুকচেল ফবা রাখেন চুম্বা পুমনমক্না হাইরিঙৈদা,

ফিসবা লোইসংদগি সোংহু লোইতাম চানা, নিংথৌ ইবুঙঙ ভাবিও নচ্চা ইবেম্মা তম্বা রাঙমলোন সিজাবু ঔরা মংখোইদা কগিগি পিন্ন-পবনো! ননাইসিং মৈতৈ লৈপাক্কি অকল অথৌ পুমনমা নচ্চা ইবেম্মাবু নিংঙমদনা লৈরি ; ঔরা তেঙ্গোলগা মাইয়োক য়ানা লালসোকুনসি থাংসাং খুৎনা ফংনা য়ান্নসে হাইনা পুকনিঙনা নিংহুনা লৈরিবা ননাই-সিংনে হাইনা খুমলবদা। নিংথৌ ইবুঙঙ থোংনাং ময়ামবনা "ইনাই সোংবু লোইতামচা নংনা হু ইবা অসি অচুম্বনি। নিংথৌ ঐবু তক্কেল তেঙ্গোল অচৌবা, ঔরা তেঙ্গোল অচৌবা, নিংথৌ ইমাননবা তেঙ্গোল অনিমকপু থাংশাং খুৎনা ফংনা য়াংগে হাইনা নিঙলমলিবা নিংথৌনি। ইনাই অহল্লুপ লাকপা হাওবম কৈবিরাম সিং অথৌববুঃ ময়াং তক্কেল অচৌবদি লালহৌরকপা তপলি। ঔরা তেঙ্গোল অয়ামবা নোংপোক চিঙখাং লান্না মৈতৈ তথাক ভারকলে। ঔরা লাল সোকনাখিসে মৈতৈ তেঙ্গোল মিথাই নাইনা তক্কেল লালথোঙ ঙাকহনলম্মো হাইনা থোঙলোই সিথিহুনা কৌরবদা; অহল্লুপ লাকপা কৈবিরামসিং অঙহনা তক্কেল লালথোঙ সিল—লমলগা নিংথৌ শ্রী খুয়াথাদা থুংলবদা। পাথংবগি মচ্চু ইবুঙঙ নিংথৌরেম্মা পাঙ্জি গোনক নংখোইনা মাহেন্দ্র পুঙজা থেল মতম অফবা য়েংহুনা যাত্রা ফবা পুঙফম থম্মু হাইরবদা। লালফমগি য়াইফনবা পোৎলম চত্তরঙ্গ ময়ম নিপালবু মসিঙ হুনা নিংথৌগি য়াইসাঃ খুনেৎসাঃ রাজবল্লভ কৌবা সামুবু সবোদ সেমলে; মথোক কারকপি লৈসাবী নিমাংথা গুম্বি হুপি মচ্চা মাপল্লবু চফু অফবা মাপলদা হৈনৌ মনা থেংলগা ইসিং থম্মা হাপ্পা চফুবু কোকথকতা থোলগংলে। সল লাবা পুমনা ভৌবা মচি কাংচেৎ মচিগুম্বা চামর অঙৌবা, যোব, ফৌ, চেঙ, থোইদিং, হৈ, য়াওনা। চুঃ পাম্বি লকু অসি যুংলগা য়াই তৈবা লৈপাকতা থোট থাওমৈ য়াওনা ইবেম্মা বৃন্দাদেবী তুলসী লৈনম হুংসিবীনা চিংনা

---

গোনক—গণক।

খুৎষু খুৎলাই হি য়াঈ খিবিক মসিও স্থনা থমলগা। পাখংবগি মচ্ছু ইবুঙঙ নিংথৌরেম্না সাবোদ ল.লবোদ সেৎপা লোইরক্লনা লুমিংকি মতমগুম্বনা স্না সিংহাসনদগি পুঙকম খেলকম কবদা সলনা টৈবু গুহা খেলদা জয়শ্রী শ্রীগরিব্‌যাজ নিংথৌরেনগি স্না খোঙকাপ মাপল থাঙহনা যাত্রা তৌথোকলে। অহল ওইরবা ব্রাহ্মন মথৈনা মন্ত্র সোলহনা আশিষ্ট বর খৈবিকপু পিনরে পাখংবগি মচ্ছু ইবুঙঙ নিংথৌরেম্না শ্রীরামচন্দ্র প্রভুগি খুম্না থম্বালবু কোকথকতা থমহনা মোইবুং খোংহনা পেরে সিঙ্গা নাগ্না মখোন হৌনা রৈহনা সামু য়াইসগী মথকতা তোংথৎলে মখোন মাপলস্থবা স্না চোংলেন ছত্রবু খালে মনাই অচালবা অঙোম চন্দ্রমনিনা স্না হিগাও পুহনা, সৌগাইজম শৃদামসিংনা চুঙবু নমদা পোরগা টা খুৎতা পাইহনা। নিংথৌগি সনা থৌগল তৌরে। অঙম অথৌ কমনাইবা লালথৌবা পুমনমক্কা লোইনহনা স্না কোন্নুংদগি থোকলকলে। মবুথৌ ইবুঙঙ পাইখোম্বা, নিংথৌনা থোঙলেন সারম্বা স্নথোঙবু লানথোক লকপদা মনাইসিং চিঙদা লৈবা তাংখুল লুহুপ উম্না কোইরেং, থঙ্গাল, কবুই, সোংবু মরিং, তরাও, হাউয়াম পুমনমক মচিনদা কাংচুপ চুপতুনা হাওমগি মউম্না চুঙ ওইনবা ইঙেল লৈ থেৎপা চুঙবু ঙকতা হুকতুনা থৌসাহনা চোং ফলহনা মথাচিক মরৈতম পিসম লৈ ওক্সম হাঈহনা য়াঙলেল লুজাও খোইনা মখুৎতা টা পাইহনা চিঙদা লৈবা হাউ পুমনমকনা নিন খোংনা হুইয়োম সাহনা হাইরক্‌ই মৈতৈ নিংথৌ ইবুঙঙ তাইবংপালবগি সরারেন গুম্বা লাইয়িংথৌ। ননাই হাউয়াম অকন অথৌবা পুমনমক লাকলে। নিংথৌরেন ইবুঙঙ নতুংইনহনা ওম্না লালসোক অকনববুঃ খুৎথেংননা য়াম্নগে। এথোই ইমাই লৈরোই হাইরবদা, পাখংবগি মচ্ছু ইবুঙঙ নিংথৌরেনগি মনাই-সিংনা চুঙেই থাং থৌগল গৈ স্না চোংলেল খালহনা য়াইকুলগি

---

আশিষ্ট—আশীষ। পাইখোম্বা (১৮৬৬—১৬৯৭ ইং)।

লম্বি য়াই চম্পাং লম্বিদা হাওয়াম পুমনমক্তা লোইননা লোংপে'ক পাংবয়মদা নিংথৌ সনা হুকচাং নোংশা চায়ামনবগুম্বা নিংথৌ। রৈপাক্কী মপু লোয়ায়েনগি মতৌগুম্বা নিংথৌরেম্মা লাল চৎলে।

অয়া তেঙ্গোল অচৌবা লালফমদা লংপা লৈতবাসিংদি কাকোন নোংদমই য়াংজিং কৌবা লম চিবি লোকলাওবুংদা তেঙ্গোল সাহনা উঃ য়ুংহনা পল সাবা নোংমৈ কাপফম সেমলম্বা ঔয়া তেঙ্গোল মাপল-থোকনা লৈয়বদা, নিংথৌ ইবুঙগু বৈষ্ণব থোংনাং ময়ামবনা উচেক গয়ড়গুমনা কনৃবা নিংথৌরেনস্থু স্থুমিংকি ময়ামমা ভাওহুই-রেংগি খুনেৎসা সগোলনা পাইথয়কফম য়াংজিং লোকলাওই চথা সলুংথেন কাকোন নোংদম ই চিবি লোকলাওবুংদা মৈতৈ তেঙ্গোল সাহনা লৈয়মলিবা মফমদা পাথংবগি মছু নোংশাগুম্বা নিংথৌরেনস্থু থুংলয়ে। নিংথৌ রৈপাক্কি মপু সোয়ারেম্মা লৈপাকৃতা তায়কৃপাগুম নোংপোক মাইগৈদা লালথোঙ সিনথয়ে। ঔয়াং লাইজি পাংবয়মদা লাইফম থাবম সংলেন অনিমক্কা লোইনহনা লাইফম কৈয়াংহনবা থাংজমচা চেকসাসিংনা ঔয়া তেংঙ্গোলগা মাইয়োকৃয়ানা সোক-নয়ে। মথা থংবা মাইগৈদা অহল্লুপ সং মৈগুম্বা নাহায়প সংলেন অথৌবা অনিগা কৈবিয়ামসিংহ হুইদ্রোম্বা, পঙ্গাসিং অনিমকনা চিংহনা ঔয়া খুৎথেংননা সোকনয়ে লালফম ময়াই থংবদা পাঙল তেঙ্গোলগা ব্রাহ্মন সাগৈদগি অথোইবা খুইবা শর্ম্মা সিদ্ধান্ত চক্রবর্ত্তি অথৌবনা চিংবগা ঔয়া খময়থেংনন য়াম্নয়ে। ঔয়া তেঙ্গোল অচৌবস্থু সামু তেঙ্গোলনা মাঙথংনা নোংমৈ মথুৎতা পাইহনা নোংমৈ য়ামনা কাপলে টৈনস্থু থোইপাইবগুম কাপতুনা মগুল্রা কেংভুগুম্বনা তেঙ্গোলগি নিঙথংনা লৈহনা ঔয়াসিংবু লালফমদা থৌজিল লক-লবাকা, মৈতৈ তেঙ্গোল অচৌবস্থু য়াম্মা নিন থোংনা মৈকাপপিবু সঙাইসেম্মা পাইবগুম কাপলে। টৈম্মা নোং চুবাগুম কাপতুনা কামলস্থু য়ামনা কাপতুনা মৈতৈগি তেঙ্গোল সগোল তোংবনা লালফম

মরাইদা সগোল থৌজিনহনা তেঙ্গোল অনিনা লোকনবদু সামু মচুম তাবা অনিনা থম্বাল মরকতা য়াথিন্নগুম। ইসিংইছুন কন্‌বা অনিনা ইকেলবগুম সন্নজিত অনিনা থেংনবগুমনা মৈতৈগা ঋরাগা লোকনরকপদা। ঔরাগি সগোল তোংবা লালমিনা সগোল থৌজিন্নকপদা মৈতৈনা লোংনা হনহুনা চেলগদৌরবদা। মৈতৈ নিংথৌ ইবুঙঙ নোংমৈ সিঙজং গুম্বদি মবুধৌ খে ইয়ুম লাইয়িংথৌ ঔরাং ফাল্লৌ লাইমা খোম্বা তাইবং পালবগি মপু স্নামহিগা গুরু সান্তিদাস মহন্তগা লালকমগী কুম্মৈ য়েংবদা ঔরা তেঙ্গোল অচৌবনা রামৈ চাকপাগুমনা তক্‌সিল লক্‌লবদা। মতৈ তেঙ্গোলনা কাই-গদৌরবদা মবুধৌ ইবুঙঙ লাইয়িংথৌ কৈবুঃ সাঃ তোঙ ওইনবা মবুধৌ স্নামহিবু থুরমলে হে ইবুধৌ ইবুঙঙ ঔরাং ফাল্লৌ লাইম খোম্বা লৈপাক ভাকপা লাইয়িংথৌ ঔরাগা লালসোকনবা লম্মৈ চাকপা-গুম্বা অসিবু ননাই এগি ইমাং খাঙবা ঙমদবা মকোক অত্থ হুম্বা রৈথাইবগুম কৈথেন থুগাইবগুম কাইথিবা পিনবিয়ো। ঔরাগি সামু ময়াম পুরকপা অসিদগি থ্বাইদগি হেন্না রাংবা সামু অমা ইবুঙঙ নংবুঃ হান্না তোংহনগে লাইয়িংথৌ নংবু হান্না নেৎহনগে হাইনা থুরমলগা। পাথংবগি ধারাদা পোকপা জয়শ্রী শ্রীগরিব্‌নবাজ নিংথৌরেন্না স্না থুংস্নুথাং পাইহুনা থৌসাইএ।

লাইরেন মাদঙঙ্‌ [illegible] ইরোংবা লাইগি মমিংগুম নিংথিবা। নোংমৈ সিংজংগু [illegible] নিংথৌ। [illegible] লকপা লৈপাক মরোল হুনা ফাওবা ঙম্বা টৈনগুম্বাগি মচ্চা [illegible] হাইহুনা। থাং চুঙ্গোই যাইওই [illegible] ওইনা [illegible] খানিল পুর্ণিমাগি মাকোইগুম্বা স্নরকাদা [illegible]। থিনবা চুঙ্গোইবু খুং ওইনা পাই, নিংথৌগি স্না খুংস্নু থাং মৈরিংগি মতমগুম্ব। থাংবু

সন্নজিত—হিমালয় চীংজাউ। শান্তিদাস—সিলেটতগী থোরকপা মন্নাং লয়োইবা। নোংমৈ সিঙজং—বজ্র।

স্নাখুৎ য়েৎনা পাইহনা, থাং চুক্লোই অনিনা হকচাং সেন্নগা, নিংথৌগি শ্নাখুৎ থম্মৌ মান্নবনা স্না থাং পাইহনা নোংথাং কুপ্পাগুম, থৌসারগা অহুগি মতুংদা নিংথৌ ঐগি খুনেৎসা য়াইস মচু সগোলগা, খুৎস্নু টা ঔন্নাগি থামোই লেংফাংৎনবা খেরেদা চা চনবদ সিঙ্গচেপ থাদনা হিংনা চনবা ঐগি খুৎস্নু টা পুরকউ। ঔন্না তেঙ্গোল অচৌবগি লালমি মরক থাইনা লালফম চবুক থা‍ ‍না থুগাইগে হাইহনা লাল-য়েংফম সগাই মথকভগি থৌসাহনা কুমথারকপদা।

মনাই সেনাক পুবা সৌগাইজম চা শৃদাম না ভক্তি তৌনা নিংথৌ স্না খুয়াদা হংকৎলি। নিংথৌ ইবুঙঙ মখা পাংবদা নাহারূপ, অহলুপ, অনিনা সোকনবা ঔন্না তেঙ্গোল মমাই ওনখরে। নি থৌগি সনা থোংলেংহিগনো হাইনা হংগৎলবদা। নিংথৌ স্না পুকনিং নুং‌‌াইনা ফমলে। নোংশা মপি নাইবগুম্বা থোনজেলনা মৈতৈ লালথোঙ পুমনমকতা সিনবা থুংনা থৌজালবিখি। ইনাইসা মৈতৈ লালমি অথৌবা মিবুঃ পোক পিবাঃ ঙম্বাসিং। মিবুঃ লাঙ্গোল্লিবা-সিংও। লাংবল্ল থাগি থোইনা তৌবাগুম লালফমদা চেন্নবদা অথৌবসিং নখোই পুমনমক নমাই লৈরগনু। মমাংঙৈ শ্রীপিতম্বরসিং তুবি চরাইরোংবা ফাওবা নিংথৌরেন খুদিংদা নিংথৌ কম্নাগুম্বা অমাতনা নিংথৌ পালবা লৈপাক অমদা লোঙ্গৈ পোৎ কৎখিদরি। ইবুধৌ থাগেম্বা স্না মাহাক-থকতম্নু তঙ্কেল লৈপাক অচৌবনা মৈতৈ তম্বাক তারকপদা লালমি মসিঙ থিবা ঙমদবা তেঙ্গোলদগি মিবু ইবুধৌ নিংথৌরেন্না ফাংহৌএ। নিংথৌ শ্না চোংলেন থানবা মিরৈবাক কম্নাগুম্বা অমাতনা চঙলকপা ঙমখিদে। মথোঙ-থিনবদা লৈপাকপু নিকহনবা ঙম্বা মি অমনা লাকচখিদয়িবা অহুম্বা নিংথৌ-রেনসিং অহুগি থারাদা পোকপা মচ্চা মহুনে, নিংথৌরেন ঐস্নু। ইনাইসিং নখোইস্নু নিংথৌরেন খুদিংদা অঙম অথৌ ওইহনা লৈপাক

শৃদাম—শ্রীদাম। পিতম্বর সিং—পীতাম্বর সিংহ।

ঙাকললকপা অহুম্বা অথৌবসিংগি মচ্চা মহুনে। লৈপাক অসিবু ঔম্বাবুঃ করম খুত্থম চলহনসিগে নিংথৌ ঐগি ইহাক-থক অসিদ-দি ওম্বা মখোইগুম্বা হাইদবস্নু যম নিংথৌ-মকম্নু পংনা চংফরোই। ইনাইসিং-অথৌবা নখোইস্ন হন্দকি লালসোক অরাবা অসিবু ওমদরবদি নখোইগি নমিংবু হৈয়েং তুংদা মৈতৈ লৈপাকনা, নচ্চা নহুনা নোকন-রগনি। মমিং চংলরোই হন্দক্কি লাল সোকনবা অসিদা, তেঙ্গোল নখোই নমাই লৈরগনু হাইনা লাওরবদা মৈতৈ লাল থৌবা পুমনমক নিংথৌগী স্না য়া-থং হেক তাবদা। মৈতৈ মরাংহৌ মথি নাইরে ঔরা তেঙ্গোলবু মি-থানদরে। মমিং পুমনমক কোয়ি মচু ওমলে, খুবাকতা ভিল থাকলগা ট। থাংদপতা চেংনা পাইহুনা সগোল সাজে থাহুনা খুনেংনা নাকথং থিনহুনা সগোল থৌজিললসি হাইনরমলগা হরি হরি সোলহুনা থৌজিলখিহুমা ঔরা তেঙ্গোল পুমনমা মৈতৈ সগোল তোংবা তেঙ্গোলনা টানা থিনথুহুমা তেঙ্গোল থুগাইরে। ঔরা লালমি অচৌবা লালফমদা মায়োক য়াম্বাসিং অহু লৈপাক্কা তুনা থিনথুরে। ঔরাসিংগি মাকোক ককতুনা মৈতৈ লালম্বি অথৌবনা নিংথৌ স্না খুমাদা কৎলরে। নিংথৌরেল থোংনাং ময়ামথনা ইবুঙও লাইয়িংথৌ মাহাক্কি থৌজাম্না লালকম ওমজরে-হাইহুনা স্না পুকনিং হয়াওরে। মৈতৈ লৈপাক্কি অঙম অথৌবা থোংম্নি লালমি পুমনমা হুংভাইরে। ঔরা লালমি পুমনমক চিঙম্বা তময়া খুদিংদা উপিসিঙ ময়াম পৈ্বগুম তুয়ে। মিয়াম সিবগি ইনা মারাইতোঙ মাপাল সাৎপগুম উনা রানা পুমনমক ইনা ইচাং ভাঙলে। তেঙ্গোল মফমদা ইনা লৌথোং চেল্লে। ঔরা তেঙ্গোল কাইরহুনা লালফম সোকনবা ওমদরবদা ঔরাগি সেনাপতি ওইরকপা মঙত্রা কেংভুওম্বনা মৈতৈ নিংথৌদা হাইরকই। ইবাই মৈতৈ নিংথৌ মরুপ্পা চোংলেনগি মতৌগুম্বা। ঔরা ঐবু মৈতৈ নখোইগি নজাইনে মঙত্রা কেংভুওম্বা ঐবু মৈতৈ নিংঙোল চকপা মথাও ওবীসি মঙ্কাথি-

মাপুমপা লাল সোকনবগি লালফমদা লঙজবা অসিবু ইবাই নিংথৌনা দোষ লৌবিগন্ন ঔরা ঐথোইগি চেংহেল ভাচেন লৈতরে। হে ইবাই মৈতৈ নিংথৌ সকউ-নসি হাইববু ঐনা লান্নুরবা অসিনা চংলক্কদবা কিরে। মৈতৈ লৈপাক্কি চেঙ সাঙেং অতেকপা য়ু অয়াকপা, অথুম্বা, থুম ময়োন অসি থর পিয়ু। ই রৈবাক ঔরা য়ৌরগা ঐবু পোকপি চকপা মথাও ভম্বী ইমাদা পাউ তমজরগে। মৈতৈনা খৌজান বিয়কই হাইনা রারিল-জরগে হাইহুনা থরুমজবদা। নিংথৌ পাম-হৈবনা চেঙকোক -মসিঙ য়ামনা ভাপোংস্ন সেম্বিরে য়ু অয়াকপা অথুম্বা অসি থিবিক থরুঙ নাংং লোনবিহুনা সাচম সেম্বিরগা ঔরাসিংদা পিবিথরে। ঔরাদি থোইবুঃ মহুম চাইথাইরগা পাই-খিবাগুম অহিং নোংয়াই মতমদা চেনথরে। লালফমগি মমুংদা রাংজিং লোকলাওলিগি তেঙ্গোলদা ঔরা কেঙমুচা কৌবা থাকি লৈপাককি ফরাংজি মমুং মপান নাইদবা ইনবা স্নাগি এম্পাক তুপ্পা অমা হাংহৌএ চথা সলুংথেলগি তেঙ্গোলদা চুঙ্গোই লিসিঙ অমা মৈতৈনা থোমহৌএ। সিথোং লোনয়াম ইদা তরুং থাংস্নুববু মৈতৈ তেঙ্গোলনা হাংলে. খোমাই লংচাক পোকপিদা সামুগি তাইবোদ অমা থোমহৌএ। কাকোন নোংদমইগি তেঙ্গোলদা ঔরাগি লালচিংবা হফুউতি কৌবাবুঃ ফাহৌএ, ঔরাগি চিঙকানবা লম্বিদা ঔরাগি থাংসাং মপুন অমা লৌহৌএ। হৈরোক অচানবা তেঙ্গোলদগি ঔরাগি সগোল লিসিং অমা ফা হৌএ। ভরৌথেন কৌবা লমহুনা ঔরাগি আত্রাংচন থাংস্নুববুঃ হাংহৌএ। চিবি লোকলাওবুংদা স্নরুপ্পা ফি ময়োম লিসিং অমা থোমহৌএ মরিংগি চিঙগারমদা ঔরাগি দোলাই তারা মঙা লৌহৌএ। মরিংগি পোং-বরৌ কৌবা লম অহুদা টা মপুন তারা মুলহৌএ। রাংজিং লোকলু খুলদা ভরেংচা চৌতাপ লালচিংবা কৌবা ঔরাগি অথৌবা থাকি লৈপাককি ফরাংজি মমুং মপাল নাইদবা ইনবা সগোল তোংববুঃ

ফাহৌএ। মরিংগি ইথে খোংগি মপালদা লাকয়া ক্রস্ন কৌবা ঔরাগি দোলাই তোংবা হাংহৌএ। খোইবু চিঙগারমগি লম্বিদা ম্নরায়া এম্পাক লিসিং অমা খোমহৌএ। হেম্পা রাবা চিঙদা ঔরাগি চাক খোংনবা কোবি চফু লিসিং অমা খোমহৌএ। ম্নাইয়ং নোংজুবি চিঙদা রেপুখং পুথম তেঙ্গোল চাইবা অসিনা চিংবা সামু তারা ফাহৌএ। নিংথৌ খাগেম্বগি পনদা ঔরা তেঙ্গোলগি লুচিংবা কেংছু-ঙবগি মনাও লাকয়ানন্দ কৌবা ম্নাগি লৈত্রেংচিনবা ঔরাগি অথৌবা লাকয়ানন্দ অছুবু মিতৈনা হাংহৌএ। মমাংঙৈদা নিংথৌ ইবুঙঙ খোংনাং ময়াম্ব নাহাকনা খোইবু কৌবা মরিং হাউবু ঙমলুবা। চিঙ-থকতা লৈবা ময়াং পনদা থৌসারুবা ঔরাগি তেঙ্গোল্ন মাপনবু ঙমহৌবা। সামু ময়ামবু ফাহৌবা। অরা চৌতাপ লালচিংবা নম্রক্য-থাঙ অথৌববু হাং হৌবনা ঔরাগি সেনাপতি কেংছুঙম্বগি তেঙ্গোল মাপনবু লাল সোকনবদা ঙমলুবগি পাখংবগি মছু ইবুঙঙ নিংথৌরেনগি ম্নাহুকচাং লালকমদা মৈশা লাংনা ঔরাসিংগা সোক-নরুবগি ছম্মাং ই পুমনমকপু কংদরিঙৈ কোকতরিঙৈদা। মোইরাং লাইজি পাংবরমদা তক্কেল লালথোঙ ঙাকহৌবা খোমা চোংথামচা, লুওয়াং খুমনথেম্বা, সকথি নাওরোইবা, মকোই অছুম-মকনা খোঙ-লোই সিরকতুনা খোঙলোইনা নিংথৌ ম্না খুয়াদা হংগংলি। পাখংবগি মছু নিংথৌরেন তক্কেল তেঙ্গোল অচৌবনা থাপায়োই কৌবা চিঙ পুরুম পন কৌবা চিঙয়াই খাইনা লাল হৌরক লবদা, লালকমদা মাইয়োকয়ানা মৈতৈগা সোকনাববু তক্কেল পুমনমক মমাই লৈদরে। লিননা তাংথক নাইদনা চেনসিলকপদা চৈংবুরা য়েছুনা ঙাকপগুম মৈতৈ তেঙ্গোলনা তক্কেলগি তেঙ্গোল মন্নুংদা চংছুনা থাংনা খুংথেংননা য়ান্নববু তক্কেলস্ন চেনখিদরে। টানা থারুরবা ওকনা চেনসিল্লকপগুম তকসিল্লকপদা মৈতৈগি তেঙ্গোল কাইরে মুঙদা খুদি থিরে তিংখং য়ামনা য়ুরহুনা তেঙ্গোল রারে

ননাই ঐখোইদি তক্কেলগা মাইয়োক য়ানা লাল সোকনবা ওম্মদরে। নিংথৌগি স্না য়াথং নোংতমবিরকও হাইনা নিংথৌ স্না খুয়াদা হংগৎলবদা।

ইবুঙঙ নোংপোক য়াইরং পামহৈবা ঔরা তেঙ্গোলবু চাই-থাইহনা সাম্মু ময়ামবু ফাহৌবা নিংথৌগম্মা। ইনাইসিং অকনবা মিবুপোকপিবা ওন্না মিবু মচাগি মতম-গুম কাল্লিবা। মৈতৈ ঐগি লালমি অথৌবা য়িনথৎলকইবা সল লাবা অকনবা কাওগুম্বা নমগলদা পোবা টেন-দোং মসুংদগি মচিন থোরবা টেন গুম্বসিংও। মোইরাং লাইজি পাংবরমদা তক্কেল তেঙ্গোল অচৌবনা লালকমদা মমাই ওনদরে ভাইনতকপাগুমনা তক্কেলনা তকসিল্লকলে হাইরিবা আসি তক্কেলসিং অহুগা মাইয়োক য়ানা পাংলেন খুৎনা ফংনা য়াম্নরদরিবা মথৈ ঐখোয় পুম্নমক পোৎথাবা য়াদরি। ঔরাগা লালসোকনরবগি হকচাংগি হুম্মাং কংজ্রিডৈ নমগলগি হুম্মাং কোক-ত্রিডৈ খুহুমগি ই কোকজ্রি হাইহুনা সাওহিগন্নু। ইনাই কৈবিরামসিং অকল্লুপ লাকপা লালফমদা পুকনিঙ য়ামনা ইঙলবা মৈতৈ লৈপাকপু ভাকজিবা অথৌবা পুম্নমক্‌না ইকাই খুমনরিবা নাহাকনা মৈতৈ লৈপাক্কি লোইসং পানা মরি মকপু তেঙ্গোল অমাতা ওইনা পুথিহুনা ঐখোইনা লৈরিবা তেঙ্গোল মফম অসিদগি চৎতুনা তক্কেলগা মাইয়োক য়ানা লালসোকনরু। নিংথৌ ঃদি থ্বাইদগি থোইবা গুরুগা ইবুঙঙ লাইয়িংথৌ মত্তিক চাওবা তাইবং পানবগি মপু য়াইফবা খিবিকপু পিনরিবা স্না মহিগা লাইননা ঐখোই কোংদা চৎলুখিগে। নখোই তক্কেলগা সোকনরম্মু হাইনা নিংথৌ স্নায়াথং হাইরবদা মৈতৈগি অথৌবা লালমি পুম্নমকতি সেনাপতি কৈবিরাম সিংনা চিংহুনা খেল চাং মতম ফবগা সেনাপতি কৈবিরামসিংনা নিংথৌ স্না নাকতগী তক্কেলগি তেঙ্গোল লৈবা মফমদা চৎখরে। নিংথৌ ইবুঙঙস্থু ঔরাসিংগী মকোক মায়াম সগোল সামুস্থু চেংজেল

পুনরকপা সল মসিঙ থিবা ঙমদবা টা মপুল থাং মপুল চুঙ্গোই নোংমৈ মসিঙ থিবা ঙমদববু পুন্নুা জয় শ্রীশ্রীগম্ভিরষাজ সা নিংথৌন্থু সা' পুকনিং হুংঙাইনা নিংথৌগি সা কোন্নুংদা মনাইসিং অঙম অথৌ পুমনমক্কা লোইননা থুংংরে। ঔরাসিং মকোক মসিঙ থিঙমদবা অহু হুংগোইবিদা লালমসিঙ চনসিলহুনা ফুমলে। নিংথৌরেন ইবুঙঙনা কোন্থুংদালৈবি খুমল নিংঙোল সেনবি পাংগ ঙমবিদা ঔরাগা লাল সোকনবা নোংথক লৈথামক থোম্না কম্না সোকনবদা লালফমদা য়াইফরকৃপা পাউবুত্তমলে। নিংথৌগি মহারাণীন চিংবি কোন্নুংদা লৈবি সলাই মঙাগি নিংঙোল মসকস্থু ফজরবি হুপি পুমনমকৃনা নিংথৈগি স্নায়াথং লালপাউ অহু তারবদা হাইরকই। নিংথৌ ইবুঙঙ নাহাক্কি লালফমদা নিপা থোকনা ঙমলকপা অসিবু নংতরবদি ননাই ঐথোই কোহুংদা লৈরমলিবী হুপি অঙাং ঐথোই পুমনমকতি এম্নাওবিনা এলবি মাংথরগা থিবাঙমদব-গুম রানা লৈরমলে। ননাইসিং মৈতৈ মচ্চাসিং নিংথৌ নঙোনদা থনজবা মি পুমনমক অসি কৌচেং ময়ামনা চোংবগুমনা মিরাম অসি পুকনিং লাংতকনহুনা লোকুম লোদাবা তোক্লম্মে। লংনা লংলা পুনবগুমনা য়ামনা মিপাইহুনা থোরাই রানা লৈরমলে। ইবুঙঙ নিংথৌরেন নাহাক্কি পা.গলনা য়াইফরকপা অসি য়ামনা হুংঙাইজরে। ননাইসিং মৈতৈ পুমনমক্ অসি ফৌ চেং পোং লুমনা পুরম্বদগি য়ামনা রারহুনা লম্বিগি মনাকতা হৌবা উজাউসিংগি মরুম.দা ঙাহাকতং দা পোং-থাবগুম নিংথৌ সা চোংলেন থানবা অমাবু লাল সোকনবদা ঙমলুবা অসিনা নোংম:নিনি অরাবা কোকলে হাইনা হংগংলি। মমাংঙৈদা হাইথিবা মৈতৈ লৈপাক্কি সেনাপতি অহল্লুপ লাকপা কৈবিরাম সিংনাচিংবা লালমি অথৌবা লালফমদা পুকনিং তপলবা তেঙ্গোলগি মিয়াম পুমনমকৃতি লৌসিগি পাংয়াই থাইহুনা, থমলান তুপং সমহুনা সেংয়াই কৌবা থোং লানথোকতুনা নোংমোইহু অহোংবি, তুসাকোন,

ভাংজোই য়োইমোজবা তুদেং কোনবুঃ ৈকনা সমলকতুনা মৈতৈ তেঙ্গোল মিয়ামনা সমুখোং, লমচৎলকু কুমদম সোই মোইরাংগি থোরিজাকঃ মোইরাং নোংগাংখোংবু, সমহুনা কৈবুল, লম্মাহলবুঃ তুংদা থনমহুনা মৈতৈ তেঙ্গোল অচৌবনা খোঙনা চৎপা লম্বি হিনা চৎপা লম পুমনমক লানথোকতুনা মোইরা গি কাকতা-দা মৈতৈ তেঙ্গোল লৈবা মফমদা থুংঙ্রে।

মৈতৈগি তেঙ্গোল অথৌবা তক্কেল তেঙ্গোলগা মাইয়োক য়ানা লালফমদা মৈশা লাংনা সোক্লরম্বাসিং অদু। তেঙ্গোলগি মিয়ামনা মপুঙ্ফানা লাকপা অদু উরবদা। লৈরম্মিবা মৈতৈ পুম্নমক্ মরাং হোরে। তিংথংনা মখোঙ য়ুরমলবা তক্কেলগা লাল সোকনরবদা খুৎম্ খুৎলাইনা সোকতুনা লৈরম্বা খিবিকপু সেনাপতি কৈবিরামসিং অহল্লুপ লাকপানা চাক ইসিং পিজরে। ফিনচিংবা পুমনমক মিয়ামদা পিরে। উরিৎ কৌবা উচেক মচ্চা ময়ামনা লৈফম থঙদরহুনা নারকতা লৈরম্বগুম। চাফম থকফম থঙদরহুনা ৈলপাকতা পকতুনা লৈবা তিনথ্রোক-থিবু চাক ওইনা মুমিংতরেৎ মাপননি চারম্বসিং। অহুবুঃ মচ্চাগি মতমগুম কোনবিরে। তক্কেল তেঙ্গোল অচৌবস্ মোইরাং লৈপাক্কি লম মফম অফ·দা তেঙ্গোল কন্না সারে। মৈতৈগি সেনাপতি হাউবমচা কৈবিরামসিংনা মবুঙঙ নিংথৌরেনগি মনাই তক্কেলগি লম্বু কবোঙাসবদা হাই। মখোই তক্কেল লৈপাক অসিনা লাল-হৌরকপা অসিবু রারম করি লৈবননো। তক্কেল মখোইদি ইনাইনি। মৈতৈ লৈপাক্কি, ঐখোইগি মতমকুইরবা ইঙাইনে। লাল সোকনগনুসি। মখোইস্ পুকনিং হুঙাইনা মরৈবাকতা হন খো হাইহুনা পাউ তমলু। তক্কেলগি সেনাপতি ওইরকইবস্ কনা কনানো অতুস্ মসক থঙহলকউ হাইহুনা চৎহন-থরে। তক্কেলগি কবোঙাসবদি পুকনিংদা অকিবা লৈত্তনা তক্কেলগি তেঙ্গোল অচৌবগি মমুংদা চৎসিনখরে। তক্কেলগি ছত্রজিৎনারল

কৌবা সেনাপতিনা হাই তক্কেল ঐখোইগি লম্বু কবো ঙাসবা মাহাকনা তেঙ্গোল মসুংদা লাকপা, য়ারম করম্বা লৈবগে হাইহুনা। তক্কেলগি সেনাপতিনা হংগ্লবদা কবো ঙাসবনা হ.ই তক্কেলগি সেনাপতি ছত্রজিৎনারনা অ:থোবা তক্কেল নখোই:া মরাঙ হোৌনা মৈতৈ লৈপাক্তা লাকপা অসিবু য়ারম করিগিনো হং. হাইহুনা লাকপনি হাইনা ,মলবদ. ' ত. ংগি .সে .প তনা হাই তক্কেল ঐখোইগি লম্বু কবোঙাসবা মনাং . ঐ:খ.ইনা খারমদা লোঙ্গ পোৎথোরক্লদা ঙ্.য়াই . ,ে. .ই ( ঙনা দোলাই য়ালথেক-হোৌবা, সামু পু . নক মুলহো. পুঙাগ পুঙমাইবু য়ানফাৎহোৌবা, হাইরিবা অসিদম্ব .ভরি, লাইরক শ্রীভাগবত লোৌবা তেখাও লৈপাকৃতা চংকি হাইহুনা চৎলগা ৯মখাংদা তক্কেল ঐখোয়বু সগোল পোৎথিল-লোঙ্গ ওই গে হাইহুনা থৌরাং তৌরম্বা। অসি পুম্নমক্ লৈ'রএ। বামন স্বৰ্পানন্দগা তক্কেল লৈপাক্কি পাঙল-লম্বুগা মি অনি অসিবু পিরন্দ.া য়ারম অসিনা, মৈতৈ লৈপাক্কি মথৈ কংনা লাল সোকনরক্ল হাই.না তক্কেল ।ন:থোনা ঐবু সিরকপনি। লোকঙাক তা খোঙনা কুমহুনা হৈকক থা.চিঙ হেক-লকউ মৈতৈ লৈপাকপু অরাক তমনা সোকনরকউ। তক্কেল ঐগি ইবুধোৌসিংগী হকথকতা োইরাং লৈপাক অসিদি ঙা তমবা লোঙ্গনে। চুঙ টা য়াওনা োইরাংগু অমুক লপাক্ সেম.মু। লাং., লাংলেং, খোইরোই, খোংয়াং, কুম্ফি, তে লোং, পুমনমক .সিদি তক্কেল ঐগি লৈপাক্ য়োৌনা থামলকউ হাইরকএ। অসু. তমলন্দা। তক্কেল মাখোইগি লম্বু কবোঙাসবনা হাই ত. .ল নখোইবু মৈতৈ ঐগি ইঙাঙ্গনি মৈতৈ ঙম্বাক য়োৌরকঙবসু হন.খা হাইরকই পাউ অমুম পুমলবদা। তক্কেলগি ছত্রজিৎনারলনা হাই অহু ওইরবদি তক্কেল ঐগি নিংথৌগিদমক সগোলতারা, তেংগোল অসিগি লুচিংবা ঐখোই অহনমক্কিসু সগোলমঙা স্বপদা সগোল তারা মঙা অসি সুনা তক্কেল

খুমদরিভৈদা রামচরনসিং খম্বা কৌবা য়ায়েম্বম চা লৌঃসিং য়াম্লন ফবনা হায় পাউ খুমলকই। পাখংবগি মস্থ ইবুঙঙ নিংথৌরেন, ঐনা হংগৎচবা রা অসি তাবিয়ু। মথোই তক্কেল লৈপাকৃতা সগোল পিহুনা লোঙ্গ হাসি হাইবা অসি নবুধৌ ইবুঙঙ খাগেম্বা নিংথৌরেন স্না মাহাক-থকৃতা ময়াং শৈপাকনা মৈতৈ লৈপাকৃতা তেঙ্গোল মিয়াম পুহুনা লাল লাকপদা। লম মফমদি হাওরন লাং-কোইপুঙ, লিকলাং তরোং কোন, খুরোই থিংবাকোন কৌবা লমদা। ময়াং অচংবা লিসিং অমা থোংহৌএ। থাংলেন মপুন খোমহৌই। লাল সোক্নবদা ময়াংবু ঙমহৌএ। ময়াংগি লাইচিঙ নিংথৌগা তক্কেল নিংথৌগা অনিমা অসিদি, ময়াং নিংথৌনা কন্বা হেল্লে। পাংগল রাংপা তক্কেল মাঙোন্দা করমনা লোঙ্গ হান্নসিগে। ময়াং লাইচিঙ নিংথৌবুঃ ফনাঃ ইকাইবা রানি। নবুধৌ ইবুঙঙ খাগেম্বগি মিংবু ইকাই মাথোইদা লোঙ্গ হান্নবা হাইদস্থ এল অমতাবু পিনিংদে। ননাই ঐগি হকচাং অসি অহন ওইরবস্থ। ঐগি খোঙ অসি লৈমুঙদা ফুমহুনা তিংথৌ মরাংবু য়ানা চিকতুনা, তক্কেল তেঙ্গোল অসিগা মাইয়োক য়ানা থাংলেন খুৎনা পাইহুনা লালফমদা য়াল্লগে। ননাই ঐদি ইমাই লৈরোই। রারম অস্থুমনা নিংথৌ-রেনগি স্না খুযাদা হংগৎলবদা। পাখংবগি মস্থ ইবুঙঙ নিংথৌরেন্না হাই হাইরিবা রা অসি অচুম্বনি। অতুম-মক ওইদনস্থ মৈতৈ ঐখোইগি সেনাপতি হাউবমচা কৈবিরামসিংনা চিংবা তক্কেল মাল্ল থোঙবুঃ ঙাকলিবা। তেঙ্গোলদা লৈরিবা মিয়াম পুমনমক থল্লকসল্লু হাইহুনা নিংথৌ স্নায়াথং পাউ হাইহল্লুরবদা। হাউবমচা অহল্লুপ লাকপানা চিংবা মৈতৈগি লালমি অথৌবা পুমনমক্না ফমহুনা নিংথৌগি স্না য়াথং হাইরকপা, খোঙলোইগি মচিনদগি রা থল্লখি। নিংথৌগি স্না য়াথং হাইরকইধা অসি তেঙ্গোল ঐখোইগি পুকচেল

খাগেম্বা—( ১৫৯৭-১৬৫২ ইং )।

য়েংশিনবরা, ঐখোইগি ইতো য়েংলিন্নরা তক্কেল অসিবু খুৎনা ফংনা য়ামসি হাইরবস্তু য়াম্মে চাকপগুম, মখোইনা মৈশা কনবা হেল্লি। য়া রূপা সগোল পিহ্নুনা তক্কেলদা লেঙ্গী হারসি হাইগদবস্তু নিংথৌরেন ইবুঙঙবু ঐখোইনা য়ামনা কি। অস্তুম হাইহ্নুনা মৈতৈগি অথৌবা ফমনাইবা পুমনমক ফংনা লংজিন পুনবকখিরে। সামু থৌদববু লরাই লেমফুদা সামু কাটিনা য়াম্‌কম্না থিনহ্নুনা নাক্লমদা খোঙনা কয়া কাওহ্নুনা কৈদা সামু খৌজিনববু সামু অতনা কৈ অহুবু কিরহ্নুনা সামুনা মতুংলগদা হুনবগুম মৈতৈ লৈপাককি তেঙ্গোল লালফমদা থৌরবা ফমনাইবা, লালমি পুমনমক্ য়া ঙাং-দরিদৈভেদা, সেনাপতি কিবিরামসিং কৌবা হাউবমচা অথৌবনা তেঙ্গোল মিয়ামদা হাই। মখোই তক্কেল অসিবু থাংলেন খুৎনা পাইনা য়াম্নগে। ঐগি ইমাই অসি ওল্লোই। ঐগি ইকোক অসি তক্কেলনা কবপ্রবস্তু ঐগি ইবুঙঙ নিংথৌরেম্না ইকোক খুনবিরগনি হাইহ্নুনা য়াসক লবদা, নিংথৌগি ফমনাইবা সম্লমচা নাহারূপ লাক-পানা মৈতৈগি তেঙ্গোল মতুংদা পাম্বাম থিংহ্নুনা মমিং ফাম্না হাসবত্র। ঐগি হকচাং অসি কবোগি য়োৎকুমনা কনবা মিপানি। ঐগি ইমাই অসি লালফমদগি ওল্লোই। তক্কেল অসি খুৎনা ফংনা য়াম্নগে থাংজিঙ কৌবা লাইনা থৌজানবিসনু। হাইহ্নুনা নাহারূপ লাকপানা য়াসকলবদা লালমি কনথৎলক্‌ইবা লালফমদা মমাই ওনদবসিংস্তু. মাগি মাগি মসাগি পাংগল য়েংহ্নুনা তেঙ্গোলগি মিয়াম পুমনমক মহৈ মহৈ ঙমনা য়াসকলে।

মৈতৈগি তেঙ্গোলদা খোঙমি লালমিসিংনা অনি তিম্না, অহুম তিমহ্নুনা, য়া ঙাংনরকলে। ব'মন অমগি-দমকপু মৈতৈ লৈপাক অম্মুপ মুংঙাইবসিবু মতৌ করমনা মাঙগদবগে। অহুগি সরূক স্বর্ণানন্দ বামন হঞ্জবা আসিহ্নুম তক্কেলদ পিথোকলসি। অস্তুমনা ঙাংনবব অহল্লপ লাকপা হাউবমচা কিবিরামসিং সেনাপতিনা

তারুরহুনা; বামন হঞ্জবা শিং হংগে লগি মথুৎপাকপা পিথোক-থিহুনা তে কল্গনি। মৈতৈগী পুকনিঙ তসি ঐ থল্লগদে। করিগুম্বা পিথোকখিবা থোকলবদি ঐগী ইবুঙও নিংথৌরেন্না ঐবু য়ামনা সাওরগনি অসুম খল্লদনা হু ইম্মচা অহল্লপা লাকপামা হাই। তাও হে গুরু বামন হঞ্জবা বামনর থোৎইদে হাইহুনা সাওবিগন্নু। মকম অসিদগি চৎথিহুনা ইবঙো নিংথৌরেমগা রা তান্নবিরাও। মখোই তক্ষেল অসি টানা থারুরব ওক লাবা গুমলে লালকমদা মমাই লৈবিদরে। লাংবন থাদা ঙাঃ ময়ামনা খোংবাল অথুবাদা ঙাংয়াম কারকপগুম মখোইগি তেঙ্গোলনা তকসিল্লকপা অসিনা, তক্ষেলগি মায়োকয়াবা শমদরে।

মৈতৈগি তেঙ্গোল অসি কাইগদৌরে। নিংথৌরেন ইবুঙওম্নু স্না খোঙলেংবিরকই হাইহুনা হংগৎশিন। অসুম হাইদনা পাউ চৎথরবদা পাথবগি মসু হবুঙও অতিঙাদা খোকপা শমিংকুম্বদি। অয়ুককি চাক শম্না চাদনা লৈকাই মরিমক্কি হিয়াং হিরেনগুম্বি মসকম্নু য়ামনা হজবি মুপি পুমনমকনা মিংথুদিংগী তিন্নকম স্না কৈথেনগি মনাকতা সগোল কাংজৈ সান্নদনা লৈরমলিবা নিংথৌ-রেনগি স্না নাকতা লালপাউ পুহুনা চৎথিবা, বামন হঞ্জবনা থুংঙ্রে। নিংথৌরেন ইবুঙও লৌসিংনা সমক্র-গুম্বানা রাখল তৌই। লালফম অসি য়াইফবা ওইরবদি, লাইগি সকম শুগলবা বামন অসি মফম অসিদা লাকওইদবনি। লালফম অরান্না মৈশা কল্লহুনা লাকপনি মৈতৈ লপাকৃতা মিয়াম পুমনমক্কা লোইনদনা রা থল্লারুসি হাইহুনা কোংদা চংসিল্লকলগা নিংথৌনা অাসন মথকতা ফমলগা, সুর্পানন্দ বামন হঞ্জবাবু নিংথৌ স্না য়াগং কৌসিলখরে। শ্রীসুর্পানন্দ বামন হঞ্জবদি নিংথৌ রৈদোকংগি সগোনসেন ওকনা সোরারেলগি মমাঙদা বেদ লাইরিক থিগে হাইহুনা চংসিলকপগুম্। নিংথৌরেন স্না নাকতা চংসিনথরে। নিংথৌরেন বৈষ্ণবকি মসক ওইবা খোংনাং

ময়াম্বনা স্না আসন গি মথকতা ফমলগা স্না থাকোক মন্নুংদগি কর্পুর থাওনা তপলবা পান্নবু নিংথৌগি স্না খুৎমকনা পিরে। বামন হঞ্জবা স্বর্ণানন্দ কৌবা আচার্য্য ধর্ম্ম অথোইবনা চিংবা, হোম, যজ্ঞ, কর্ম্ম; বেদ, পুরাণ, শ্রুতি স্মৃতি লাইরিক অসিনা চিংববু খণ্ডলিবা। নোংথক ভগি কুমলকপা গস্তোলসেল গুরুগুম্ব। লালফম অতু মতৌ করমনা তৌরহুনা মফম অসিদা লাকইবনে। অস্নুম হাইনা হংলবদা বামন হঞ্জবনা নিংথৌ ইবুঙও মনিপুরগি মপু ইবুঙও ঐবু য়োকপি-রকলিবা, নিংথৌ রৈবাক্কি লাইগি মতমগুম্বা। বৈষ্ণবকি মসক ওইবা, থোংনাং ময়াম্ব শ্রীগরিব্‌ নবাজ কৌবা নিংথৌরেন ধর্ম্মগি লম্বি খণ্ডবা; পুকনিং য়ামনা তপ্পা, পাংগলস্নু থাইদগি হেন্না কনবা, লৌসিংস্নু য়ামনা ফবা মি থৈবিকপু ভাকপিহৈবা। থাই পুমনমক-তগি, মাহাকনা মহেল্লবা, নিংথৌ খিবিকতগী অথোইবা, মৎকতা ছত্রবু থল্লিবা। মখোই তক্কেল তেঙ্গোল অসি লালফমদা মমাই ওনদরে। মৈনা চাকপ-গুমনা তকসিল্লক-লবা মরমনা মৈতৈ তেঙ্গোলনা ব্রাহ্মণ ঐবু তক্কেলগি মথুংপাকতা পিথোকলসি হাইহুনা থৌরাঙ তৌরম-লবদা। মনাই অহল্লুপ লাকপানা মৈতৈগি পুকনিং অসি খণ্ডদে হাইহুনা ঐবু খোঙলাইসিংগি মতৌগুমনা, নিংথৌরেন ইবুঙও মাইাক্কি নখোঙ-থাদা লাকইবা অসিনি।

মৈতৈ লালমি ময়ামদি তক্কেলগি অকনবা মৈশা অহুনা ইসিংনা ইরৈ-নাইনা লৈসিলবগুম লাংতক্‌নহৌরে। মনাই সেনাপতি হাউবম-চাগি পাম্বোমনা খোংফৈ ওইহুনা মতোমম্না ভাকচ হৌরিবা মভাইরে। মৈতৈ তেঙ্গোল অসি কাইখি-গদৌরে মরম অহুনা নিংথৌরেন ইবুঙও স্না খোঙলেংবিরকউ হাইরকই।

অস্নুমনা লালপাউ তমলবদা পাথ'বগি মস্ন ইবুঙও নোংথকতগি ভায়কপা নোংমৈসিঙজং-গুম্বনা লাইগি মতম-গুমলবা ব্রাহ্মণ অহুগি পুকনিংদা য়ামনা কিবা মতৌ শুত্রবুং উরহুনা। নোংখোংবসিংগি

মতম-শুম্বা নিংথৌরেল্না লাইগি মতম-শুম্বা ব্রাহ্মণ অথোইবা মণ্ডলবু ছাইদবস্মু। কৌচেঙ অমতাবু তঙ্কেলদা পিহল্লোই। ইনাইসিং লৈপাক অসিবু ঙাকলিবা মৈতৈ লালমি পুমনমক্না নিংথৌ ঐনা লালফমদা থাংলেন খুৎফংনদা য়াল্লবদা নিংথৌ ঐগি ইতুং ইনবিদরবস্মু নিংথৌ ঐদি পুথুনা ঙমদবা থাঙগৎপদস্মু ঙমদবা মুঙশুম্বা নিংথৌনে। তঙ্কেল ইমাল্লবা ঐব্রা নিংথৌ ইতিক মাল্লবা অনিমকপু থাং সাং খুৎতা পাইথুনা য়াল্লগনি। নি থৌ ঐগি ইহাক-থক অসিদদি নিংথৌ ইমাল্লবা কল্লাশুম্বা অমাতস্মু ইরৈবাক অসিদা চংফরোই। অস্মুমনা নিংথৌগি স্না য়াথং হাইবা ব্রা অত্থু তায়বদা বামন হঞ্জবগি পুকনিংদ' ম্মা:না হরাওরে। পাখংবগি ধারাদা পোকপা ইবুঙও নিংথৌরেম্না ধর্ম্ম বিচার তৌফম সঙদা থোকতুনা কংলাগি য়াইপুঙ খিনতুনা মৈতৈগি ফমনাইবা লৈপাক ঙাকপা কৌথৎতুনা অঙম অথৌ পুমনমক্ বিচার সঙদা তিল্লবদা। নিংথৌ স্না য়াথং হাইরকুই। ইনাইসিং ফমনাইবা নিংথৌ ঐগা চাল্লবা অকল অথৌ পুম্নমকস্মু, হৈ চারোং পানবগুম ফমলিবা লালফমদা মিগি মকোকপু তুম্বা য়ৈখাইবগুম থুগাইবা ঙম্বা, সৌঃনা মখোঙদা য়ুদবসিং নথোই ময়ামন চংথোকপদা খোই ময়াম পাইবগুম্বা। নোংমৈ মরূবুঃ নপুকনিংনা কিরূদবা, কৈনা সাঃ চাবদা ঙঙলকপগি মতৌশুম্বা নপাংগলনা কৈমরূম কনবা। তঙ্কেলগা মাইয়োক যানা লাল সোকনথুনা, নচ্চাসিংগি মতমগুমনা মৈতৈ লৈপাকপু য়োক্কে হাইনা নিংলিবা, অকল অথৌ কল্লা কল্লা লৈবগে, হাইনা নিংথৌগি স্না য়াথং হংলকপদা। মৈতৈ পুমনমক্না ব্রা অমতা খুমদরিঙৈদো, পোৎসংবা লমপোক চইথংগি, চক্রপানি চেকশা লৌসিং ফবনা, নিংথৌগি স্না থুয়াখাব্দা হংগৎলি। ননাই ঐদি হয়েং তঙ্কেলগা লাল সোকনবদা. লালমি অথৌবা পুমনমক্না লংগি মচিন পুনবগুম ঙম্মকতরবদা, মুম্মিংকি মঙাল অরাববু লৈচিলনা খুমথরবদা নোংদোলগি মুংসিংনা

হুমথোকখিবা অহুওম্না তক্কেলগি তেঙ্গোল অহুগি লালফম ময়াই খাইনা চংসিলহুনা তেঙ্গোল থুগাইগে। অসুম য়াসকলবদা, পাখংবাগি খারাদা পোকপা ইবুঙও নিংথৌরেম্না ইনাই চেকশা লৌশিংফবা, নওদি মোইরাংগি ক্বাকতাদা মৈতৈ তেঙ্গোল মকমদা হৌজিক মক চংলম্মো, নিংথৌ ঐদি হয়েং নোংভাল্লগা ইনাইসিং মৈতৈ লালমি পুম্নমক্কা লোইন না কোম্না লাক্কে। কোম্নুংগি থোঙ মারিমকতাসু লৈকাই পুমনমকতা মৈতৈ মপা, মচ্চা মনাই কম্নাগুম্বা খাকত্না তেঙ্গোল পুমনমক্ ক্বাবতাদ চংলু। হয়েং নুমিংতা লালচংপদা নুমিৎ থোক্লবপনা হাল্লবদি নিপা কয়া মসম কব্বনি, মনা লেনগনি হাইহুনা পাউ চেল্লে চেকশাসু নিংথৌবু মলগি মচিনা লুকপগুম খুরমল্লগা য়াহৈযগাবা পুঙ্ক্মদা যাত্রা তৌহুনা লালচংলে। মৈতৈ লৈপাক্কি থাওঙা কৈথেলগি মখা থংবা কৈথেনদা, মপোক্না লাঙ্গরেম্মা সু কৈথেন ফনলিবা লাঙ্গরেংনা মথাক কারক্পি মৌমচ্চানিংগি মতৌগুমনা থম্না লাকে লদা ওচিং ফা-হাপ হাপতুনা ওচিং অতেকপা অহুবু মখুংনা লাইংগা হওম্মি। নিংথৌরেনগি মনাই চেকশা কৌবা অকনবা নাহাক্না তক্কেল সোক্নবদা লালফম মরাও কাইনা তক্কেলসিং অহুবুঃ নাহাকনা ওনকতুনা নমাই পাকপা ওই.জো। অসুম হাইহুনা বর পিরবনা। অনুক হন্না য়ে খিববু কৈথেন লাই- রেম্মাদি মাওথোকখরহুনা মসক উজরবদা চেকশানা কৈথেন ক্বাকপি মৈতৈ নুপি ওইনা নিঙরে। ইবেম্মা লাঙ্গরেম্মা-হুম ওইরমাল্লে হাইহুনা সগোল সনাই ওনহুনা খুরম লম্মি।

মোইরাংগি ক্বাকতাগি মথাথংবা চরওলো কৌবা লমঅহুদা মৈতৈগি তেঙ্গোল সারিবা মকম অহুদা থুংগরে। নিংথৌগি সু য়াথং পুম্নমক্ তেঙ্গোলগি লুচিংবা সেনাপতি অগল্লুপ লাকপাদা পাউ তনলে। নিংথৌরেন ইবুঙও থোংনাং ময়াদসু হয়েং নোংভাম্লগা মৈতৈ লালমি পুম্নমক্ পুহুনা লাক্কনি হাই অসুমনা পাউ পুম্নমকপু

মসম, কোকলে, মক্লাতোন, মক্লাঃ, অসি থিবিক লেপ্লে। মনাইসিং ককতা মোইরাংগি চরঙলৌদা তক্কেলগা লাল সোকনরিবা সেনা-পতি হাউবমচা কৈবিরামনা হাই, তক্কেলগি লম্বু কবো ঙাসবা নাহাকনা তক্কেলদা অয়ুক পাউ চৎলুরো। তক্কেল নখোইবু মৈতৈ ঐখোইগা লাল সোকনগনুসি ঐখোইনা নখোইগি তেঙ্গোল অহু থুগাই-বিদরিঙেদা তক্কেল নরৈবাকতা থুনা হনখো। তক্কেল নখোইনা হনখিরোঙ্গী হাইরবদি নরৈবাকতা মিঃ অমতা-মক হলহন-খিরোই। তস্মুমনা তক্কেল তেঙ্গোলদা হাইরা হাইহুনা পাউ চৎহনখরে।

কবো ঙাসবদি তক্কেলগি খুংলাই থাং টা নোংমৈ অসি পুম্নমকপু পুকনিংনা করিগুম্বা অমতা কিবা লৈহ্লঃ মড়াই-ল্যোং না চংখিএ। ছত্রজিৎনারল অথৌবা তেঙ্গোল অহুগি মপু সেনাপতিনা মৈতৈগি পাউবুঃ হুংলম্মি। তক্কেল নৈগি লম্বু কবো-ঙাসবা, করম্বা রায়ম লৈবগি লাকইবনো ? অস্তুম হাইহুনা হংলম্বদা। তক্কেলগি মরোল খঙবা কবো ঙাসবনা তেঙ্গোলগি লুচিংবা তক্কেল নখোইগা লাল সোকন-গনুসি নখোই পুমনমকপু নরৈবাকতা হনখো হাইরকুই। নখোইনা হনখিরোই হাইরগা। তক্কেল অমতামক নয়ুমদা হলহনখিবোই হাইরকই। অস্তুমনা কবো ঙাসবানা তমবা পাউ অহু তারবদা তক্কেল তেঙ্গোলগি লুচিংহুনা লাকইবা ছত্রজিৎ-নারল, তক্কেল চোচনারল লালচিংবা পঞ্চপবাই অথৌবগা, মখোই অহুম্মকনা চিংবা লালমি পুম্নমক্ পুকনিংদা খোইসাওহুনা হাই। তক্কেল ঐখোইবু লুপি মচ্চা সম গোকককইবীঃ লৌসিঙ লৈতবি লুপি সিং অহু-মকতি নৎতে। মৈতৈগি ময়ুম চংহুনা মৈতৈগি মখৈ ফংদরিবা কাওবা তক্কেল নখোই অমতমক ইরৈবাকতা হল্লোই। ঐখোইবু করিগি মিথানদরিবনো হাইনা তক্কেলনা খুনলক লবদা। নিংথৌগি মনাই কবো ঙাসবনা, ময়াং তক্কেল লৈপাকপু ঙাকলিবা অগুম্বা মৈতৈগি সেনাপতি হাউবমচা অহল্লুপ লাকপানা হাইরকপদি,

লাল সোকন-গম্নসি হাইববু য়াদরবদি। তক্কেল মি-পুম্ অমতা নরৈবাকতা হলহনখিরোই হাইরকই। অস্নমনা পাউ হাইরমলগা তেঙ্গোল মফমদা হললকলে। তেঙ্গোলগি লুচিংবা অহল্লুপ লাকপাদা তক্কেলগি মতিক উৎলকপা য়োৎকুম্বা পাউপু তমলগা, য়ারম অমাস্নু কাবোঙাসবনা হাইরকই, মমাংঙৈদা ঐনা তক্কেল লৈপাকতা লাল্লুপ কাহ্নুনা থৌখল্লিঙৈদা। তক্কেল মখোইগি হৌনবা মরমচৎ, মথৌরাঙ, পুম্নমক্পু উরকপাদি হয়েং নোংঙালগা তেঙ্গোল মিয়াম পুম্নমক্ অসি লাল চংলকনি সোইরোই। অস্নমনা য়া পুম্নমক্ তাকলবদা হাউবমচা অহল্লুপ লাকপানা মৈতৈ লৈপাককি তেঙ্গোল মিয়াম পুম্নমক্পু কৌসিলহ্নুনা হাই ইবুঙগি মনাইসিং মিয়াম পুম্নমক্ তাও, তক্কেলগি তেঙ্গোল অসি হয়েং নোং ঙাল্লকপদা লালচংলকনি হাইরি। মৈতৈ ঐখোইস্নু করম্বা থৌরাঙ তৌসিগে হাইনা য়া তান্নরগা। মৈতৈংগি সেনাপতি হাউবমচা কৈবিরামসিং না অহল্লুপ পানা মঙা-মকপু লালথোঙ অমতা ওইনা পুহ্নুনা ইবুঙ থাংচিঙগি লাঙ্গৈকারমদা তক্কেল তেঙ্গোলগা মাইয়োক য়ানা থাংনা খুৎফংননা য়ান্নগে হাইনা লালথোঙ সিল্লবদা। সন্নসমচা নাহারূপ লাক্পানা ঐস্নু নাহারূপ পানা মঙামক্পু পুহ্নুনা হাউসি ঙমগাচিঙ কবুইগি চিঙকারমদা তক্কেল তেঙ্গোল অচোবগা খুৎথেংননা য়ান্নগে হাইনা খুমলবদা। খুলগংসিংগি মি-না চৎনবা লম্বিদা য়াংথৈ রূপলাকপা ঐদি মরাং চাম্বা, য়ুমলেন ঙাইতৈ লোকোন্নুংদা খুলজাসিং অসিগা লোইনহ্নুনা তক্কেলগি লালমিসিং অতুপ্পা মাইয়োক য়ানা লাল সোকনগে, অস্নমনা অহিংদা অতুম-বা হিপ্পা লৈম্নাঃ লালথোঙ পুম্নমক্পু সিন্নাঃহ্নুনা য়া-ঙাংনববু লোইরবদা। নোং ঙাল-লকলবদা তুরেন্না ইহৌরকপা গুম্ব টেন কাপ্পাদা হৈরবা চুং টা হৈবা পুমনমক হুপনা লালথোঙসিংরবদা তেঙ্গোল মরাঙ হৌনা মৈতৈ পুমনমকতি সাবোদ লালবোদ সেৎতুনা চুঙ্গোই নমদা পো লিরুং খুৎনা পাইহ্নুনা

মৈতৈ তেঙ্গোল ময়াঙ হৌনা মি-য়াম পুমনমক্ লালচংখরে তক্কেল তেঙ্গোল অচৌবস্থ মৈতৈগা লালসোকনরগে হাইবগি-দমক ইবুঙ থাংচিঙগি লাঙ্গৈকারমদা তক্কেলনা খুবম হোংলে। মৈতৈ তেঙ্গোলগি নিঙদা খোপকে হাইবগিদমক তক্কেলগি তেঙ্গোলনা খু-বম হোংলকপাবু তারবদা। মৈতৈ ময়াঙহৌ য়ামনা নিনখোংনা থাংচিঙ চিঙচাওরোমদা চংসিলখিহ্লনা তক্কেল অচৌবগা, তেঙ্গোল অচৌবা অনিমক্ মাইয়োকননা লালসোকনবদা, মৈবি পাইবগুম্বা মৈকাপ্লিবু সঙাইসেল গুম, নোংমৈই পাইব খুদোঙ থিনকাপননা কাপলে টৈনস্থ খোঙ্গৈ পাঙ্গৈবগুম কাপতুনা। মৈতৈ তেঙ্গোল মিয়াম পুমনমক্ ময়াঙ হৌনা লাল সোকনরে। তক্কেলস্থ নোংমৈ য়ামচাঙগি কৌবা য়াইওইববু লোকতাক্তা উচেক ময়াম পাইবগুম কাপলে। তক্কেলগি মখুৎস্থ লিন্নংদা মচিল থৌরবা টৈন খিবিকপু টৈনগা খোংহুনা, লাংবন থাদা খোঙ্গৈরেল ময়াম পাইবগুম কাপতুনা কুমকা থাগি নোংখোংবগুম মখোল খাকনা, মৈখুনা নোংদলদা ইমম মমনা নিনখোংনা তেঙ্গোল অচৌবা অনিমক্না লাল সোকনরদা হাউবমচা অহল্লুপ লাকপানা তেঙ্গোল নিঙদা খুৎস্থ টা পাইহুনা মিয়ামবু থৌজিলবদা। তক্কেল তেঙ্গোলস্থ উ অকংববু মৈনা চাকপা-গুম মৈশা কম্না চাকসিললকতুনা তক্কেল ময়াঙ হৌরে। মৈতৈগি লালগি অথৌবসিংস্থ তক্কেলগা মাইয়োক য়ানা থাংলেন খুংনা ফংনা য়ান্নববু তক্কেলগি মাইয়োক য়াবা ঙমলক্তরে মৈতৈ তঙ্গোলনা খু-বম কংতবা থোকলবগি থাংচিঙ লাঙ্গৈগি থৌজালনা তক্কেল গা সক উনরকতরে। অহিং ওইরক-লবদা লাল সোকনবা মসক খঙন-রকতরবা, মৈতৈ তেঙ্গোল খুংলাই পাইব-সিংস্থ মহৈং মহৈং কৌনহুনা তেঙ্গোল মফমদা মিয়াম হলজিল্লে। লাঙ্গৈগি নোংদমদগি নোংঙাল্লক লবদা নিংথৌরেনগি মনাই থাংজমচা চেকসাগা, চিরোমচা ব্রজসিংগা, ছুইরোংবা মখোই নিপা অহুম-মকনা থাংচিঙ লোকখলদা সগোল

থৌজিল্লকপদা। য়াইখুরোক খু-বম ফংতবা থোকলতুনা হুইরোংবদি সগোল মথকতগি লৈবাকতা তারতুনা য়াইখুরোক মুঙ্গাই খু-বম ফংতবদা সগোলনা চিংতুনা ইসিং লানথোক-খরে চিরোমচা বজ্রসিংসু ককই চিঙচুম চেনথফম য়'মনা হোমলবা কোমদা সগোল পুৎথতুনা খুজি চিংখৎপদা পোৎসংবা নমবোক চই'ংগি থাংজমচা চেকসা অথৌবনা ইবাঙ্গৈ চিরোমচা বজ্রসিং। লালফমদা পুকনিং ইংলবা নাহাক্কি সগোলনা সোনবগি তৌবনি পুকনিংদা করিমতা কিগনু। থাংজম মচ্চা চেকসা কোবা ঐ লৈ তঙ্গেলগ। মাইয়োক য়ানাসোকনগে হাইসল্লতুনা সগোল খুনেৎসা কোম্মা মচুঃ চহি মরি সুরবা মছা কনখৎলবুইে। সগোলবু সাঙ্গ কন্না থা, খুনেৎনা নাকথং কাও, খুৎসু টানা ঙম্বা মৌহুনা ককই চিঙ-চুম চেনথবা মুঙগাই খু-বম ফংতববু লানথোকখুনা তময়া লোকমাই অফবা, উচাননা হৌবা মফমদা সগোল থৌজিলখরে। গম্ভিরসিং চোংথামচা, রাংথৈ রূপলাকপা ... খোই অদিনা পাউমেল্লে। চেকসা থাংজমচা ঐখোই নৈতৈগি তেঙ্গোল সাফম মোইরাংগি ঋাকতাদা লালমি ময়াম ... তক্ষেলগা ...সোকনবদা ইমাই লৈরোই হাইদুনা ... সিংবা অহল্লুপ লাকপাদি মৈতৈ তেঙ্গোলগি নিঙলা লৈরোই ... সোকনা তৌরি। মৈতৈ তেঙ্গোলনা মাইখিরগা ... রাসকপা ঐখোইন দ মাঙ খানঃ তোকফলে। ... ঐনঃ পোকলবদি লালফমদা রাসকপা কাইনরোই তঙ্গেলগা ... মাইয়ে কয়ানা সোকনবদা। ঐখোই চেন্ন গানসে হাইতুনা রাসকনরে।

পাথংবগি মসু ইবুঙঙ বৈষ্ণব থোংনাং ময়াম্বসু য়াইরেকফম কৈনৌদগি, লালফমদা লাকই হাইবা মরম অতুনা ইবাই চোংথামচা নাহাকনা চিংতুনা মৈতৈ লালমি পুমনমক্কা লানথোঙ ঙাকহো। অসুমনা হাইরমলগা লালফমগি মৈশা কল্লিঙৈদা সগোল মথকতগি

লৈবাকতা কুমথহ্না ককই চিঙচুম তাবা পুলৈ য়ামনা হৌবা মরকতা সগোলবু তুংদা চিংহ্না তক্কেলবু উবা মফমদা চংখরে। তক্কেল তেঙ্গোলগি চাবুক য়োরবদা সগোল তোংখৎতুনা নাকথং কয়া থিনহ্না সাজৈ কয়া থাগন খুবাকত ভিল থাকতুনা. টাবু থাংদপতা কয়া পাই মমিৎতা কোরি হৌহ্না নিপা পুকচেল মতোল লোমনা তক্কেলগি তেঙ্গোল মরকতা পৌজিলখরে। ঐদি পাখংবগি মমু ইবুঙঙ বৈষ্ণব থোংনাং ময়াম্বা উচেক গরুর গুম্বাগি মনাই চেকসা অথৌবনে। মৈতৈ ঐগি সেনাপতি অহল্লুপ লাকপা নছা নতুঃ চুংনা কাৰিমতা কিগমু নিপা ঐলৈ হাইহ্না লাওরকই। হাউবমচা অহল্লুপ লাকপাদি মনাই থাই জো সারুংবা ক্যাম্বা মংসা, লম্বুগা, অনিমক্কা লোইনন। তক্কেলগি লালমি মরকতা লৈরম্মি, অহল্লুপ লাকপাবু তক্কেল লালমি অনিনা টা চিঙহ্না থাংনা য়ানগে তোরম্বদা থাংজমচা চেকসানা মখুৎতগি টানঃ লৈবাকক্তা তুনা থিনথুরে। তক্কেলগি লালমি অমদি মাইজো সারুবনা টা খোক থুমনা থিনখরে। তক্কেল তেঙ্গোল অচৌবদি মিৎকুপ মরমঃ পুকনিংদা ভকলহ্না ভাওনখি। নিপা য়ামনা থৌবা নোংসাগুম্বা অসিদি চিঙদগি কুমলকতুনা তেঙ্গোলদা চংলকপসু উহৌদে। লৈখাদগি লিংখৎলকপরা নোংমকতগি পাইথরকপরা অসুম হাইহ্না তক্কেলনা মিৎকুপ মরম ভকতুনা লৈরিঙৈদা হাউবমচা অহল্লুপ লাকপাবু তক্কেলগি তেঙ্গোল মনুংদগি পুথোরকলে। অহ্নদগি মৈতৈগি তেঙ্গোল অথৌবা লালমি পুম্নমক্পুসু তেঙ্গোলগি লুচিংবা হাউবমচা অহল্লুপ লাকপানা হাইরকই। ইবুঙগি মনাই পোৎসংবা নমপোক চইথংগি চেকসা অথৌবা। কৈচেংলাং-গুম্বা অওম্বা নাহাকনা ঐবু ইপা ইমানা পোকপা-গুমনা নাহাকনা অমুক পোকপিরে। হায়েং তুংদা মৈতৈদা নহাকপু কাওরয়োই অসুমনা রা ভাওনরিঙৈদা নিংথৌগি মনাই খোঙমি চুং টা পাইবা উয়াম লৌরেম্বদি কুপ্পি,

খুহিং, থুংবা মক্ষমদা লম থাংথৌনা য়াংলহনা মহা অহ্ ফদি-ছেগাইব-গুমলহনা লালফমদা চেনবা ভমলকতরবদা নিংথৌগি মনাই অওম্বা য়াম্বাসিংও নারোয় ঐবু খোঙকাপ থাংহনা চেনবা ভমদরে। ঐগি ইকোক অসি পুবিথিহনা য়ুমদা লৈহৌঃবী মুপি অওাংসিংদা পিবিয়ু হাইনা পাউমেল-জরম্বাগি মৈত্তে অথৌবসিংনা সয়েং পাম্বোম পাইহনা লৌ কৈত্তোম-মরম চিংথোকলুবদা তক্ষেলনা কাপলকপা নোংমৈ মরূঃনা সয়েং পাম্বোম লাকতুনা চিংথোকলুবা খুচেঙদা পাললহনা চিংথোকপা ভমলমদ্রা তেঙ্গোল য়োনা হনথোক-খরে। উয়াম লৌরেম্বদি লালফমদগি মমাই ওনদ্রা তক্ষেল তেঙ্গোলগা মাইওকননা লালফমগি মনুংদা তুহোরে। তুরেন চুমনাঃ চেনথরকপা ইসিংবু কৈনা চেনবা ইসিংনা তুপংনা থিংখংলকপগুম তকসিল্লকলে। তক্ষেলগি তেঙ্গোল লাল সোকনবদা অরংপা লৈতবা লালমি-সিংনা নোংমৈ য়ামনা কাপতুনা টেনস্থ নোংচু-বগুম কাপতুনা থাংলেলস্থ নোংথাং কুপ-পগু হাঙ্গৈতুঃনা তকসিল লকপদা মৈতৈ লালমি চেনবদা মাঙথাখিবা মিয়ামদি নিংথৌখোং, ফুবালরা, অসি য়োনা চেনখিবস্থ য়াওরে। তক্ষেলগা মাইয়োক য়ানা লাল সোকনা-হৌম্বিবসিংদি পাংগল ময়েং তারকলে। তিংখংনা খোঙদা য়ামনা য়ুরবদা পাংগল লৈবমথৈ খোনজেল য়াংনা হাইরকই। নিংথৌরেনগি মনাই অওম্বা-সিংও তক্ষেলগি মখুৎপাকতা করমনা সিশিবনো তেঙ্গোলগি লাল অকনবা অসিদগি নরোয় ঐখোই চেম্নকপা ভমদরে। ঐখোইবু তক্ষেলগি মখুৎপাকতা কারমনা সিশিবনো। তেঙ্গোল নখোই নমাই লৈগম্থ নংখোইগি নথৌনানঃ পাখংবগি মস্থ ইবুঙও নিংথো-রেম্না পিনবা ম্নাগি নাসি চিঙলাই সাবা নম্নাদা ম্নান্নিঃবা অহুদি তাংখুল মুপিনা য়াম্লিবা কৈথেনদগি লৈবা ওইনা নিংবরা? সম্নরিক অহুস্থ লৈপাকনা সাহনা সিংবা ওইনাঃ নিংলবরা, কৈচেং লাংনা হামেঙ তারব-গুমলে, তেঙ্গোল নখোইনা পুমনমক্না মিপাই

থবাইনা চেনবদা নিংথৌফি সাইজোনপাতু ককই চিঙচুমনা চেনথবা লৈখোম মরকতা সগোল পুংথবগি চাংখৎলকপা লৈখোমনা ফুরিং অতু ময়েক পুমনমক্ মুৎখরে। নাই ইকাইদরা নয়ুমদা নতুগি মনাকৃতা কয়মন। চৎকেগে অসুম হাইনা লাওরকপা রা অতু তায়হুনা চোংথামচানা হান্নঃ সগোল সমাই ওনশিলহুনা খোনজেল রাংনা হাইরকই। মৈতৈ লৈপাক্কি অঙম্বা লৈপাক অসিবু ঙাকখিগে হাইনা নিংলিবা অথৌবসা হন্দক্কি লাল সোকনব অসি মঙাইরে অসুম হাইনা লাওরকলবদা মৈতৈ লৈপাক্কি লালমি পুমনমকসু মমাই ওনসিন্নরে। চক্রপানিসিং চেকসা থাংজমচা অথৌবনা হ ই ইবাই সরোংখাইবা খোম্মা চোংথাম্না তক্কেলগি মচিন চাওথোরকপা লালমি থোইথোক লকইবা অসিবু চেকসা ঐগি টা খুৎসু অসিনা লৈবাক্কা তুনা থিনথুব্বগে হাইরমলগা। সগোল কন্না থৌ সাজৈ তোইনা থাতুনা থৌজিল থরে তক্কেলগি নোংমৈ মরূনা লোকতাকতা উচেক পাইব-গুম টেন্না নোংচুবগুম কাপলম্বা অতুবু অকিবা লৈম্না সাজৈ কন্নাঃ থা সযেং পাম্বেম তিংতুনা ।বু মখুৎনা চেংনা পাইরগা তক্কেলগি থোইথোকলক্পা লালমিবু থিনথুরমলগা সগোল চুপলি থৈতুনা তেঙ্গোল মফম য়ৌনা হল্লকলে। ব্রজসিং চিরোমচানা, চেকসানা তৌরূবা মতৌ অতু উরবদা। পাংগল লৈজব-মখৈ মকথা চিকতুনা, সগোল সাজৈ কন্না থাতুনা, তক্কেলগি মাইয়োকননাঃ থৌজিলথিববু তক্কেল তঙ্গোল মিয়ামনা মরাঙ হৌ, মথি নাইবা অতুবু উরবদা, সগোল মকতগি হুনখিবা টা অতু লম য়ৌঃরমতঃনা সগোল সমাই ওঙ্গলকতুনা, মৈতৈগি তেঙ্গোল মফম য়ৌনা হল্লক-লবদা চেকসানাহাই। ইবাই ব্রজসিং চিরোমচা, নহাককি সগোল থৌজিল ফাৎতবগি, হুললমলিবা টা অতু লম য়ৌথিদবনি। হনদকতি তক্কেল মখৈ-ফংনা লাল সোকনব্বগে, ইবাই নাহাক য়ে হুনা লৈরম্মো, হাইরম লগা সগোল নাকথং কাও সাজৈ কন্না থাতুনা, ওক লাবনা

চেনবগুম থৌজিলখিত্নুা, লালকমদা মাইয়োক য়ারম্বা অমতংবু লৈবাকক্কা তুনাঃ টানা থিনথু-রমলগা, উচেক খুংখরগুনা পাইব-গুমনা, তেঙ্গোল য়ৌনা হুললকলে। সরোংখাইবা বজ্রসিং চিরোম চা অনিমকস্থু মপুকনিং মুগুগাইতরে খোই দৌ সাওনা অমরক থৌ-জিলখিববু তক্কেল তেঙ্গোল অচৌবনা, মরাগু হৌ মথি নাইনা লৈরমলবা অত্নুা, টা চুংব মোংরমত্তংনা হুললকলে। অপোগু সরোংখাইবনা হাই, চেকসা থাংজমচা অ থৌগা, নাহাকতি রাসক কাইদেঃ। তক্কেলগা অমরক মাইয়োকয়ানা লাল সোকনরবদা চেম্নগম্নুসে, অস্নুমনা গুাংনবদা হাইথিবা ইবাই তক্কেল অসি, টানা থাক্করবা ওক-কুমগবা অসিবু ঐ করিমতা কিররোই। ঐগি ইতিক অসি মৈতৈ লালমি পুম্ন-মকনা, হয়েং তুংদা খংহৌরসম্নু, হাইবা অত্নুমক। সগোল থৌজিলখিত্নুা, রাচিল চাওথোংকপগুমনা লালফমদা মাগুগুইননা লৈরম্বা মিবু। নাহাক্কি খুৎস্নু টানা খুৎখংননা লালমি-সিংবু থিনথু-রম্মি অস্নুম হাইত্নুা, গুাংনরিবৈগি মতমদা। মখোই তক্কেল তেঙ্গোল অচৌবদি, চংজিং নারল থৌবনা লালমিগি নিগুদা থৌজিললি। থাং হাইত্নুাঃ টা পাইত্নুা. নোং খোংবগি মখোন-গুমনা নোংমৈ য়ামনা কাপত্নুা তক্সিল্লক্লে। নিংথৌগি মনাই মোইরাং লৈপাককি হোংলা য়াইরেম্বা, ফনরেম তাথেম্বা, অনিমকনা হাই। নিংথৌগি নাই খাম্বা মৈতৈ ফমাংইবা মিপোক মি হিংবাসিংও হন্দককি লাল তাস মাইরে মখোইগি তেঙ্গোল অসি মৈদা তেরা অকংবা মফল্ তাদু হুনজিনবদ নৈনা চাকথেক-পগুম তক্কেল মরাগু হৌনা তক্সিল্লকলে। মোইরাং খোইগি কাকগুাদি থবক্কি দমক হিয়ালবগিদমক ভোইং চৎলিবা ইরমনিনা লম পুমনমক থগুণ্ডি তময়া অফবা উয়াম হেনা। মফমদা তক্কেল খুৎনা কংনা য়াম্নসে মাইরাং কাকতা নৈতৈগি তেঙ্গোল মফম অসিবু তক্কেলনা লৌগ্রগনি অস্নুমনা হাইরবদা মৈতৈ তেঙ্গোল অথৌবা

পুমনমক্কি মপুকনিংদা মরাঙ হোয়ে চিঙহুংদা খোঙ পাইবগুম লালমি ময়াম তিললবদা। চোংথামচা পুকনিং তপলবা অথৌবনা ঐখোইগি সগোল অসি থৌজিলবস্তু তক্কেল মমাই লৈখিদরে ইতোম ইতোমতনা থৌজিললবদস্তু মমাই ওনখিদরে। মখোইগি মি অমগা মৈতৈ ঐখোইগী মিপুম অমগা ইতোম ইতোমদা লালবা পাত্থনা সোকনরসি হাইত্থনা খোম্মা চোংথামচা মাহাককা অপোঙ সয়োংখাইব মখোই অনিমকনা হান্নঃ য়াসকখিএ। ঐখোই অনিদি খ্বাই পুম্‌নমক্‌তগি থপিঃ হান্নঃ উরম্বা হুমিং হান্নঃ খঙলদ্বস্তু ঐখোইনা হান্নে মরম অত্থনা তক্কেলগি লালমি খুও্াই পুমনমকতগি হেলথোক লকইবা মখোই অনিসিবু খুৎনা ফংনা য়াম্নগে হাইত্থনা মখুৎতা থিন্নাঃ তাকত্থনা য়াসকলে। ক্যাম্বা সাৎপমচা, পুকচাও অয়েকপা, খোরি ঙাংমমচা, লমতা হুইয়োংবা, সোলবাঃ এলাংবা, লুরাংখুমম্বেবা, নানফৌ একোকপা, ওমমা চিরোমচা, হোঙবা কাইরেম্বা, ফেলেম তখেম্বা; মখোই অসি থৈবিকনা চিংবা, মৈতৈ সগোল তোংবা পুমনমকস্তু মখুৎনা থিনত্থনা। তক্কেলগি লালমি মিপুম অমগা, মাতোম মাতোমত্না, লালবা মিসিঙ সুনা সিন্নরবদা। চক্রপানি চেকসা থাংজমচা-না হাই, মখোইগি তেঙ্গোল মরকতগি খুও্াই পুম্‌নমক্‌তগি ফৈতোম মরম হেন্না মতোমত্না মচিল চাওখোরকইবা, চহো নারল লালচিংবা অসিদি ঐগা ল্বালবা ওইগে হাইত্থনা, অস্নুমনা লালথোঙ সিন্নরবদা, ওম্মা চিরোমচা বজ্রসিংনা মতম ওইরে। সগোল্‌ থৌজিল্লসি হাইবদা, চেকসা থাংজমচানা ইবাই মতম খরা য়াংলি হাইসিন-নরম লগা মাহাককি, সগোল অত্থ সাজৈ নময়ৈ য়ৈত্থনা, মাতোমদা হান্নঃ থৌজিলখরে। মৈতৈগি লালমি পুমনমকনা চেকসা থাংজমচা অসিদি, ঐখোইবু লালকম য়ৌবা হালগে হাইবগি লৌনম তৌরম-লিবনি হাইত্থনা, সগোল্‌ খরূপ থাত্থনা হরিবুঃ সোললগা তেঙ্গোল য়ৌনা থৌজিল নথরে ॥ ॥

থাংজমচা চেকসাদি চোহনারলবু হাংকে হাইনা য়াসকপমা খুৎসু টানা লফু থিনবগুম থিনথুরে। অছুগি মথংদা লেপলম্বা অমসু, খুৎসু কপাগ্ থাংনা য়ালথুরমলগা, লালমি মরক থাইনা তেঙ্গোলগি মিঙ য়ৌনা পনথেংলুবদা, খুৎসু টাদি থারম লহুনা ভক্কেল লালমি অমবু চংনা ফাগে হাইহুনা, মসম পাইহুনা চিংলুব্বু, মসা য়ামনা কনৃথামি ওইরম লহুনা মথোঙনা লৈপাকতা কয়া লেপহুনা, মখুৎ অনিমক্না সাবল সরুম পাইহুনা, য়াঃ না খুকউদা চিকহুনা থাংলবগি। চেকসানা সগোল খুর্জি থাথোকহুনা খুৎ অনিমা চংহুন', লৈবাকতা কাওথরগা খুৎসু মুনহুনা। লৈবাকতা নমহ্না থিনথুববু, টানা থৌরমদরহুনা থাংলেন মখুৎসুনা হাইথৎলকপবু চেকসাগি হকচাংদদিঃ থাংয়াল সোইরে। সগোল খুর্জি কোনচল-লিগি, চুমপুল সাববু পাংথক এনদেম সোইবগুম, খুৎসু থাংনা য়ানথ'লে। থোঙমি চুঙ পুবা ক্যাম্বা লৈয়াই চা-না, ভক্কেলগি তেঙ্গোল লাল লুমমৈএ, চেকসা য়াল থৌবনা লালমি অছুগি মঙক কক্ থৎহুনা, মসমগা লোইননা পুরকহুনা, মৈতে তেঙ্গোলদা য়োহনথরবদা। মোইরাংগি থাংচিঙ লাঈদা কৎথরে ওম্মা চিরোমচাসু, লালফমদা থমুঙ থিংনা চাঈথাই রমলগা। তেঙ্গোল মরক থাইনা থৌজিল্লকপদা অসাই হাইথিবা, চেকসাগি টা খুৎসু লৈবাকতা তাথিবাহু। সগোল রথকতগি, লৈবাকতা কুমথহুনা খুন্নগা, চেকসাগি মখুৎবাকতা লানবিথি। মৈতৈগ অথৌব পুমনমকসু মাপাঃ মাপাঃ লানবা-ববসিংসু হাকথেংননা থিয়রে। থাংলেন খুৎনা ফংনা য়ায়রে, ভক্কেলগি লালমি অথৌবসিংদি, টানা থারুরবা ওককুমলে। মরাঙ হৌরে মথিঃ মাইরে, উপি-সিঙবু মৈনা চাকপা-গুমনা লালফম মৈশা লাংনা তকসিল্লকলে। মৈতৈসু চেনবা লৈপ্তাঃ মাইয়োক য়ানা, লাল লোকনরকপা অছু ইশিংনা ইহৌরকপদা। খোংফৈনা ফৈহুনা

চেকসা—চক্রপানি।

সোইয়ু ঽংনা, পন থিংবা ভস্তু গু না, তক্কেলনা অমুক তকসিল্লক্। মৈতৈনা অমুক তক্‌থোকখি, ফুন্দ্রে খেৎপ-গুমন সোকনরক্‌পা অহ্নম্বামনা নিল-খোঙলে মিৎফম হে দ খুবম ফংতবা য়েংহ্নুনা মমিংতা কোরি হৌনা চুঙ অহাংবা টা অহা বা তালফম কাইবা অসি পুমুনমক্ য়েংহুনা পাম্বোম য়ানথেক্‌নরে সয়েং থিনথেক্‌নরে। তেঙ্গোলগি মরক খাইনা সগোল থৌভিলনবগি হুম্মাং সৌবনা থাম্না চেন রক্‌পগুমলে। নাকথং খিনহুনা সাজৈ থাহুনা খুরূপ থৌবগি উপফুল হৌবনা মিয়াম মসক খঙনদরে। টা হুনফম ঙকলে টেন নমনা কাপথোরকপনা লাংবন থাদা খোঙ্গীরেল ময়াম পাইবগুংলে নোংমৈ কাপথোরকপগি মথোন্ন কুমগা থাদা খোংবা নোংগুমলে। মৈথুনা নোংথকতা ইমম মমনা খুমখরে। হুমিৎনা অয়ুক চিঙখৈরোমদগি থোকলক্-পদগী হৌনা নোংমা হুমিৎচুপ্পা অমা লালফমদা নিপা পুকচেল মতোল লোমনা তেঙ্গোল অনিনা সোকনববু তক্কেলনস্থ চেনদরে। মৈতৈনস্থ চেনদরবদা, হুমিং তাখিবনা হাল্লহুনা খুবম উনরকতরবদা মৈতৈনা হাইরকই, তক্কেলগি তেঙ্গোল মিয়াম সাংতাও হয়েং নোং ঙাল্লগা অমুক সোকনসি ঐখোইগি লিংজেল খঙজহৌ। তক্কেল নখোইগি নতিকস্থ য়েংগে। নখোই নমাই লৈফরোঙ্গী অস্থম হাইনা লাওরকপা তারবদা তক্কেলনা খুমলকই ঐখোইদি ইমাই ওল্লরোঙ্গী, মৈতৈ নখোইগি নিংথৌগি লাখোং সঙ্গাই অসিন চিংব চংলুদরিবা মখৈদি তক্কেল ঐখোইগি ইরৈবাকতা হনখিংরোই হাইহুনা খুমলকৃপা তারবদা নিংথৌগি মনাই ঙভম্বা থাংজমচা চেকসা অথৌবা কৈচেংলাংগুস্বনা তক্কেলবু কাকিবা লৈম্না মি-থানম্বা চেকসা কৌবা অথৌবা ঐব্ লৈরিবা মখৈদি ইখুংবাকতাগি তক্কেল লালমি মিপুম অমতাবু নাইরবাকত হনহনখিরোঙ্গী। অস্থম হাইহুনা লাওরমলগা মৈতৈ লৈপাক্কি লালমি পুমনমকৃতি

চেকসা—চক্রপানি। তক্কেল—ত্রিপুরা।

লালসোকনকমদগি হল্লকলে। পাখংবগি মস্থ ইবুঙঙনা লাকপদা আসাই হাইখিবা মৈতৈ মচ্চা লালকমদগি চেল্লকপা মিয়ামগা লোয়না মসাং নিংথৌথোং, কুবালয়া মনাকতা ওকনরুবহুনা জয়শ্রী শ্রীগরিব-বাজ নিংথৌরেম্না পুকনিংদা য়ামনা সাওনা কলক-থোকনা হাই। ইনাইসা নংথোইদি করিগী লালকমদগি চেললক্‌ইবনো ? মৈতৈগি লালমি পুম্নমক্ সেনাপতিনা চিংবনা তক্কেলগা লাল সোকনবা ওমদরি। করিগীদমক চেল্লকইবগে হাইহুনা থুংস্থ টানা লোইয়া লমজাও থিহুনা লাল ম পুম্নমক্‌পু খোমজিনহুনা নিংথৌরেনস্থ লোইরাংগী কাকতা তেঙ্গোল মফমদা থুনরবদা। আসাই হাইখিবা মৈতৈগি অথোবা তক্কেলগা মাইয়োকয়ানা সোকনরুবা লালমি পুমনমকস্থ নিংথৌগি স্না থুয়াথাদা ওমনা চংলকলে। অস্নস্বা নিংথৌরেম্না, তক্কেল সোকনগে হাইহুনা, স্না খোঙ লেংলকলে।॥

মখোই তক্কেল তেঙ্গোল অচৌবস্থ মাখোইগি লালসঙ তেঙ্গোলদা, হনজিন-নরে। সেনাপতি হাউবম চা কৈবিরাম সিংনা লালকমদা মাইয়োক য়ানা সোকনববু, স্না মাঙদা লালপাউ তমবদা। নিংথৌ স্না পুকনিং সাওনা কলকথোকনা, হাইরকই, ইনাইসাঃ নখোইদি লাল সোকনবা, হন্দক্কি অসি মঙাইরি। নখোই পুমনমক অরা পোৎথাখো, ছত্রজিৎনারল সেনাপতি মাগুম্বা হাইদস্থ তক্কেল নিংথৌ-মক্কা, থাংলেন্দ থুংনা ফানা য়াম্লবদা ইমাই লরোঙ্গৈ হাইনা নিংলিবা নিংথৌনে। হয়েং নোংঙাল-লকলগা, নিংথৌ এগি ইভুং ইল্লকপা থরগা। তক্কেলগা মাইয়োক য়ানা সোকনগে হাইহুনা, স্না য়াপং কুকিলগি মখোলবু ওমজনা মনাইসিংদা হাইরবদা। মনাইসিং অহিং লিকলা থাংলস্বা, নু থিল লালকমদা মৈ শা লাংনা, তক্কেল মাইয়োক য়ানা, সোকনা রখসিনা নিংথৌরেন ইবুঙঙ তাইবং পানবগি মপু সোরায়েল গুম্বা ননাই ঐথোই অরাবা হকচং সোনথ-রকপা লৈতরিএ। তক্কেল লৈপাককি তেঙ্গোল অচৌবা মিয়াম

পুম্নমকুসিং অসিগা থাংলেন খুৎনা ফংনা য়াম্নবদা ইমাই লৈরোম্ব হাইনা হংগংচে। পাথংবগি মস্থু ইবুঙও নিংথৌরেনদি নোং ভাল-লকলবদা সাবোদ ল্যালবোদ নিংথিবা পুম্নমকপু সেৎলে মাংকা ফুরিং লিংসিল্লগা মৈরা থালব-গুম্বা থাংলেনবু খুৎতা পাইরে। সাম্বু গণ্ডাগি মউল চুঙ্গোই য়াঙ্গ ওইবঃ স্নরূপ্নাদা ভফানা ইলং মাংনা থিল্লবা চুঙ্গোইবু খুৎতা পাইরে। নিংথৌগি লৈতেং পুম্নমক তৌরগা তোলাই লেংজাও মথকতা নিংথৌরৈবাক্তি সোরারেলগুম্বনা নোংসানা ভৌবগুম লালচংথরে। নিংথৌগি স'মু খুনেৎসা রাজ বল্লভ কৌধা খু ইদগি হেনবা অহুদা তাইবোদ হাপকৎলে। পেরে সিঙ্গা মোইবুং অসিনা চিংবা পুঙসেল য়ৈরে। মৈতৈ লাল থৌবা পুম্নমকস্থু মখোন মাংনা লাগুথোকলকুই ময়াং হাৎলু তক্কেল য়ানথু অস্থুম হাইহুনা য়ামনা নিল খোংনা হরিবু সোলহুনা লাল চংথিবমু লাপাইগি তেঙ্গোল মিয়াম পুমনমকতি নিংথৌরৈপাক্তি লাঙ্গগুবা থোংনাং ময়াম্বা নোংমৈসিঙজংগুম্বগি ল্যালহৌথোন ভারবদা য়ামনা কিম্বহুনা মোং হেকঙাল্লকপা মতমদা মিপাই থবাইনা য়াথল তৌনৈএ। মখোইগি লালমি পুমনমককা লাস্নফমদা মৈপা লাংনা সোকনবস্থু গ্রখোই।প অথৌবা মিদা মৈতৈগি মথুৎতা মসিথরে। অহুগা মখোইগি নিংথৌনা কোন্থুংদগি লাকহুনা মাহাকস্থু য়াওরক লবদি ঐখোই পুম্নমক সিরগনি চেল্লসি অস্থুম থম্নহুনা তেঙ্গোল মিপুমতিংনা চেন রে। মখোইনা মিপাই থবাইনা চেনবদা কুম্বিং কোয়েংপু 'তংখংনা পনবদা ছা খেৎপাংপগি ইংনা বসন্তগি মতমদা লাপাল ভাংন সাৎপা নারাইতোংগুমলে। উশাঃ উনা পুম্নমক ইংনা ইভাং চাঙলে। মোইরাং লৈরাক্তি মবুঙও তাইবং পানবগি মপু থাংচিঙ কৌবা লাঙ্গগি থোজ নগি অহিং-গুমনা ইমম মমহল্লহুনা মমিৎ অহু লন্থি চৎপা উহনদরবগি লমথাংদা লালমি চানিদংবু যোগিনীগি মসককুমনা ফৎতরব। ভমথিরবা খুৎলাইনা থাহুনা

হাৎভকলে। লালফম মনুংদগি তক্কেল পঞ্চপরাই কৌবা অথৌবা মাগি মাসি সিববু হাৎহৌএ। হাইদে লৌ-কোয়ুং কৌবা লমদা তক্কেলগি খুৎস্থ রামজঙ্গি য়াঙ্গৈয়োঙ্গৈবা নোংমৈ অহুমনা চিংবা নোংমৈ লিসিং অমা খোমহৌএ। খুয়োন খাঙলৌ লমগুংসি কৌবা লম অহুদা তক্কেলগি সেহুনারল অথৌববু হাংকে হাইহুনা রাসকপাবু মফম অহুদা হাংহৌএ। রাংথা লমমুংসি কৌবা মফমদা তক্কেলগি খুৎস্থ খাং মপুনবু খোমহৌএ। মোইরাং লৌরাই লাতাও-খোংদা বিরভিম নারল অথৌববু হাৎহৌএ। লাইকা লমমুংসি কৌবদা টা মপুন তারা খোমহৌএ। ফেলচি নোংছম লম কৌবা কবুই নিংখি সারেংচিঙদা লক্ষি প্রসাৎ নারল অথৌবা তোমচৎনবা ওককুম্ববু হাৎহৌএ। খোইয়োন খুনবিপোক মোইরাং খুনথৈরেনদা স্থচাং ভাম লমচিংববু হাৎহৌএ। খুনবিপোক য়ৌরায়ানদা অলিয়া অথৌববু ফাহৌএ। মোইরাংগি চিঙগা লম্বি সাঃ তানফম লম্বিদা তক্কেলগি খুৎস্থ লিরুং লিসিং অমা খোমহৌএ। মোইরাংগি লৌদা কীর্ত্তি নারল কৌবা টেন রামনা হৈবা তক্কেল অহুবু ফাহৌএ। মোইরাংগি রাকতা কৌবা লম অহুদা বীর্য্য সাহেব অথৌববু হাৎহৌএ য়োংমু সারম চিঙদা তক্কেল লৈবাকি দোলাই তারামঙা খোমহৌএ। মাসেম-রোকতা মোইরাংগি হারম লুচিংববু হাৎহৌএ। মোইরাংগি তুরেল ময়াদা পুঙ তারামঙা খোমহৌএ। রোংয়াম লোকতা তক্কেল পুঙ-রৈবসিং মিয়াম পুমনমক অহু ফাহৌএ। তোরবুং তোরফাই কৌবা অহুবু হুঙকা য়েপচা লালফমদা থৌরবা অহুবু হাৎহৌএ। মুমু মাইরেম্বা য়ুমফমদা তারোন লালচিংববু ফাহৌএ। কাংঙোই চিঙকারমদা মোকোন নোংমৈকাপ্পা চাংকারাই মিংনাইববু হাৎহৌএ। তাকপ খানিঙ লোনবা চিঙদা ৎংকাচেপচা অথৌববু ফাহৌএ। নিংসোং মাওবিরোকতা তক্কেলগি ইন্নফি রামনা ফজরবা ফরাংফি রয়োম অমা খোমহৌএ। উত্রালোকতা সোরি কৌবা খাং লিসিং

অমা খোমহৌএ পুক্নম তাইবি-রোবতা তক্কেল লালাসিং অথৌববু হাৎহৌএ। রাবা থেকরাই চিঙদা তক্কেল লৈপাক্কি ফমনাইবা দোলাই তোংবা বলরাই কৌবা অথৌববু হাৎহৌএ।

নিংথৌ মাহাক্কি পাংগল-মল নিংথৌ মাহাকনা চুঙ টা হৈবনা নোংপোক রাইরং পামহৈবা তক্কেল লালমি খোমলকপা মৌরাংগি থম্বান নোংসারোদা থৌসাবদা নিংথিজবা লালফম মনুং তেঙ্গোলদগি অথৌবা পঞ্চপরাইবু ফাবও অস্থুম হাইনা কৌএ।

হে লিকলাইও! লাল সোকনবদা খর হিংখিবা লালমি কোঙ্গাই অমদি ইরৈবাকতা হনখিসি হাইবস্থু তক্কেল নিংথৌবু কিরুরে। মৈতৈগা মাইয়োক য়ানা সোকনসি। হনখি গন্নুসি হাইবস্থুঃ মৈতৈ নিংথৌরেনবু কিরবগি ইরক নারক মফম খুদিংদা চাক ইসিং চাদঃ থকতবা মথৈ, উ গ মহৈঃবু চাক ওইনা চাহুনা ুঙ মরকতা মিয়াম অহু লফু অচোবা তুব-গুমনা হিপলে। চাক চানদবা মরম অহুনা মখোঙনা চৎপা ঙমদরহুনা, মিয়াম থরুশিবা য়াংরে। উরিৎ কৌবা উচেক মচা ময়ামনা পাইথোকখিন, অহু-গুমনা তক্কেলগি তেঙ্গোল ময়ামনা লালফমদগি কাইহুনা চেল্লবদা পাথংবাগ ধারাদা পোকপা ইবুঙঙ থোংনাং ময়াম্বনা তক্কেলগি মিয়াম ফাহোদবা অসি এগি লাল সোকনবা পেলহোদে মখোইগি মতুং ইন্না তানহুনা মথৈ ফংনা সোকনথিসে। অস্থুমনা স্নায়াথং হাইবকপদা। শ্রীস্থর্পানন্দ বামণ হজ্জবনা নিংথৌগি স্না মখোঙখাদা হ গৎলি। পাথংবগি মস্থু নিংথৌরেন ইবুঙঙ তক্কেলগি লালমিবু খোম্বাও। তেঙ্গোল মহুংদগি পঞ্চপরাইবু ফাবা তেঙ্গোলনা মমাই ওনহুনা ল লফমদগি চেনখরবদা তক্কেলগি মথৈ ফংনা তাল্লুরগনো। মখোই অহুবু মথৈ ফংহৈদরে। লালফমদা মমাই লৈরবা থুংস্থু থুৎলাইবু থাদোকলবা মি। উদা কাহুনা থাংলবা মি। লৈসৌবুংগি মথকতা তোংলবা ইসিংদা কুমহুনা লোৎলবা, ফিবুঃ মঙকতা য়েৎতুনা লৈরবা, মচিন ময়ানা

নাপি চিকলবা, মখুৎ লোম্নতুনা য়ামনা হাইজরবা, মফি ফৈজোমবু সেৎতা ইনদরবা, লালফমদা পুকনিং য়ামনা কিরবা, হাইখিরিবা অসি খিবিনপু হাংফরোই হাইতুনা পুরান্না চিংবা লাইরিক খিবিকৃতা মুনি সিং পুম্নমক্না হাইরমী। অস্মমনা নিংথৌদা হংগৎলবদা পাখং-বগি মস্মু ইবুঙঙ নিংথৌরেম্না লালমি পুম্নমক্পু থামজিল্লগা লাল-দা থৌরবা পুম্ মক্পু পাংগল ম'ঙকপু য়েংতুনা লালফমদা অথৌববু থনতুনা খুনলনিংঙোল সেম্বি পাংগাঙম্বিনা, উপুদা হাপলগা চুম নমতুনা তেঙ্গোল মফমদা পিসিল্লকপা নিংথৌফি সাইজোনববু মনাইসিং মৈতৈ লামমি অথৌবা সিংদা নিংথৌরেন য়াইফবগি স্নাখুৎনক্না পাংগল মতিক মতিক য়েংতুনা পুম্নমকৃতা মাম্না ঙম্না পিনার।

পাখংবগি মস্মু ইবুঙঙ নিংথৌরেম্না মনাইসিং লালমি পুম্নমক্তা অপোঙসরোৎখাইবা নাহাকতি দৈন টাগী অরুবা সাথোঙ লালথোঙ পুম্নমক্পু উরকলবা ইনাইনি মৈতৈ তেঙ্গোলগি তুংদা কোলহৌতুনা তক্ষেলগি মতৌ করমনা তৌরিবনো অহু খিকিস্মু নাহাক-না থঙলকউ, লালফমদগি কাইতুনা চেনখরবা তেঙ্গোলগি মিয়াম মখোই অতুনা চাক চাবা ফংলমদরবস্মু নাহাকনা চাক পিজখো। ফিস্মু মরাং কাইনা পিতুনা তক্ষেল নৈবাকতা মখোই অহু হলহনখো। তক্ষেল অসি ইঙাঙ্গনে হাইরমলগা নিংথৌরেন ইবুঙঙ নোংসাগি মতমগুম্বদি মৈতৈগী লালমি [illegible] পুম্নমক্তা [illegible] কোম্নুংদা কারকপদা তক্ষেলগি তঙ্গোল [illegible] ঙমলকলে, হাইবা তারতুনা মৈতৈ লৈপাকতা লৈব নাহা [illegible] হংলুবা হংলুবী; খেবিক পুম্নমক্তি তক্ষেল ঐরা মখোই অনিমক্ অসিগি লালফম [illegible]কুদগি ইসিং হৈথোকখিবগুম পুকনিংদা য়ামনা ব্রাগমবু নিংথৌরেন ইবুঙঙগি পাংগল-মলনা পুকনিং ব্রাবা পুম্নমক্ কোকহললে হাইতুনা নাহা,

পাখংবা—( ৩৩-১৫৪ ইং )

মুপি. হনমুবা, হনমুবী. ব্রাহ্মণ লাঈ ওইরবা অসোল অম্না পুম্নমকতি পুকনিং হংডাইনা হরাওরে। খুমল- নিঙোল্ সেম্বি, পাংগলগুম্বিনা- চিংনা কোম্নুংদা মখোইসিংগা মৈতৈগি মুপিগা হৈঃ পান্নঃ থা ফরাংজিনা চিংবা ফি লৈত্তেংননবা পোংলোই পুম্নমক্ মসিঙ শুনা মৈতৈগি খোঙ- লেন মথা পাংবা য়াইস্কুল ইবুঙঙ নিংথৌখোম্বগি হাকথকতা, মোইরাংবু খোমজিল্লতুনা তিসিল্লম্বা, মোইরাংখোম কৌবা পুঙমনাকতা লৈনা- য়ানথবা অতুনা শমনা কজরবা সোয়ারেলগি চোংলেনগুম্বা মাক্তোনদা থম্বাল সাবা চো'বু থানতুনা, লালচংলুবা মিয়ামবু ঙাইখিএ। পাথংবগি মস্থ ইবুঙঙ নিংথৌরেন নোংপোক রাইরং পাম'হবনা চিবি লোকলাওবুং কৌবা লমদা ঔরাগি মঙম্না কেংঙ্ভম্বব ফাবা, ঙাইদে লৌকোম্নুং কৌবা লমদা তক্কেলগি ছত্রজিৎ নারলবু ফাবা, শ্রীশ্রীগোপালসিংহ নিংথৌরেন বৈষ্ণব খোংনাং ময়াম্বদি স্না দোলাইগি মথকতা মৈপুল থানবগুমনা তো'তুনা মোইরাং খোম পুঙ য়ৌরকলে। কোম্নুংদগি ওকলম্বি মৈতৈরৈমগা হৈঃ পান্নঃ থাবুঃ চামিন্নরগা পাথংবগি মস্থ নিংথৌরেনদি ফিঙৌ হোংতুনা লালবোদ সেংলগা তক্কেলগি মকোকপু মাঙওইনা রামজংগি কৌবা নোংমৈ লিসিং অমা চুপ্লোই কবাকথাং লিরুং অতুগা টেনয়ামনা হান্নবা টেনতোঙ মসিঙথিঙমদবা য়েংবদা য়ামনা নিংথিজরবা ফি ময়োমবুঃ সেলবুং থারি কৌবা খুজাই চিনথুববু মসিঙ থিঙমদঃনা য়ামনা পুরকই। পাথংবগি মস্থ ইবুঙঙ নিংথৌরেনদি দোলাই ময়াম্বাবু লেংজাও তোংন্না হিদাকথক পান্নঃ চাতুনা নিংথৌ স্নামাইথেং ঙাম্না নিংথৌরৈবাক্সি সোয়ারেননা তৌবগুম মৈতৈ লৈপাক্সি স্না কোম্নু'দা চংসিলথরে। অতুদা য়োয়রেল অশেম লৌখাম্বা. কৈরাং লাল কৌবনা, কাব্রাং লালহৌবা চৈঃপুনবুং মথুংতা পাইতুনা হুংগোইবিদা লালফমদগি পুরকপা তক্কেল কোক ময়াম অতু লালহই জিল্লে নিংথৌরেনদি মুঙগোইবিদগি কুচু মরক- চংতুনা মবুথৌ ইবুঙঙ নাওকোংবা নিংথৌরেনগি থিংঙি কৌবা উচেক

অহুনা পাইরকতুনা তোংলকম মুংসিংনা নোংলৈগা লোইননা সিং-চিল্লককম কংলোগি আসন মথকতা ফুংঙাইনা ফমলগা কংলাদা লাল-পাউ তমলগা সঙ্গাইদা চংথরে। মৈতৈগি তেঙ্গোল লালমি পুম্নমক্তু ময়ুম ময়ুমদা পুকনিং মুংঙাইনা কুমথরে। পাথংবগি ধারাদা পোকপা ইবুঙঙ বৈষ্ণব থোংনাং ময়ামবা কৌবা নিংথৌরেনগি মৈতৈরৈমা সেম্বি পাংগঙম্বি মাহাককি সতীগি ধর্ম্ম কাইদবঃ অতুগি মরমনা মনাইসিং মৈতৈ লৈপাক ভাকপা পুমনমক্ নাংঙাইনা মরাং-কাইনা হরাওনা পানথরে।

নঙাইরেম য়িরাক মানা পুনসি য়িরালনৈ ওরাং সারা নুতোংলৈবু হয়া লাউনা কোনজিল্লমগে ; হরা হয়িচা হয়া হরি হরি।

সমাপ্ত।

# খাহি-ঙম্বা

১৯০০ ইংদা চৈতন্য প্রেস, শ্রীহট্টদা ছাপা তৌদুনা

ফোংথবা



# খাহি-উম্বা

***An account of the expedition of Maharajah Gambhir Singh of Manipur to assist Government to the Khasia Revolt of 1829***


শ্রীযুক্ত হাওদৈজাম্বা চৈতন্য সিংহ

কর্ত্তৃক প্রণীত।



প্রথম সংস্করণ

সন ১৯০০ ইং

*Printed at the Chaitanya Press, Sylhet by Abdul Rahaman*

# খাহি-ঙম্বা

গম্ভির সিং চিংলেন নোংঙ্রেণ খোমবনা মনিপুরদা চহি ৫ মঙা নিংথৌ অইরবদা, সরকারগা খাহিগা লান তৌরে হাইবা মহারাজনা তারে। কাল মতম অহুদদি, গম্ভির সিং স্নুং খেত্র চংকে হাইহুনা লোমাসিং লোংজাম্বা নংদি মঙ্গল সিলট মপুং য়াইদা রসপ মসিংস্নু বিনেস হিপোৎ সেমনা চন্দ্রপুরদা ও্‌াইথুং ঙম্মু হাইনা খৌসিখোনখি। রসপ মসিংস্নু, বিনেস হিপোৎ সেহনা সংলৌ থৌরাং লুঙৈ॥ কুলি য়াঙলৌ মরম লোইস্নুং সাহেপ ২ অনি মককা য়াননহুনা খাহি মখুৎ পাক্তা য়াম্না সিরে হাইববু ঐ তারে। সিলট লৈকোই ফমবা, তক্‌ক্রা সাহেপ কৌববু চেংলৌ শক উনবগা ঐস্নুং তন্‌না হল্লককে, লখনৌ ময়ুম-নাক, খাহি রারোং রাগি সিরে হাইববু তারে। লোমাসিং হঞ্জবাও নংনা নপাউ পুন্নকপা অসি চুম্মি। ঐগি চিঠি খুদোল মস্নুং গিরান কাপ্তান সাহেপ মখুৎবাক্তা পিরু। নংস্নুং থুনা হাল রাইরকও। লোমাসিং হঞ্জবাও নংনা পাও অসি পুহুনা হল্লকলগা, তুবি ইহাক চৎতনা সরকারগি থৌরৈ তেন পাংলুগে হাইনা নিংলিঙৈদ। সিলট মপুংয়াই ফিরিংগি ইসকা সাহেপ কৌবনা হে মণিপুর পোইরৈ মৈতৈং নিংথৌ সুরুঙ লৈংকোই ফম্বা চয়নৌন্না সেকপিন থানবা লাইরেন পাংগল নথৌ হকপা গুণ নত্তিক অচৌবা সমত্র লাইজ ইরেণ পুংগুম লান ফম য়াইকা খোওবগি নিংথৌ নমন্নাবা পুমনামকনা সোং কিনবা লৌসিং

---

খাহি—খাসিয়া; মঙ্গল—মোগল; রসপ—চান-থক্কবা পোৎচৈ; তকক্র সাহেপ—সিলেটকী কমিশনার মিষ্টর টকর (Mr. Tauker) ইসকা—স্কট্‌। গিরান—গ্রান্ট।

সগনন্দেন গুম্বা চিংলোই ওম লোই পুম্নামক্পু থোদরিবা রাইর: সরাঙ খোল্‌বু দাবদা মালং মথে চরাংগুম্বা লাল লাও খোলবু তাবদা নোংমৈঃ সিংজংগি মতম গুম্বা লান ফম সকনবা খুদিংদা কার্ত্তিক সেনা পণ্ডিগি মতম গুম্বা ১সুং লৈঃপাক পুম্নামক্না সোংকিণবা। পোইরৈঃ লৈঃপাক পুম্নামক্পু য়োকপি হৈবা নসক সুং য়ামনা ফজনা পাঙ্গন নথোহেনবা গুণ নতিক চংখোনবা নিংথৌরেননি হাইনা লৈঃ পাক ২ খুদিংদা, কোলোই নমিং চাওনা থাগৎনরিবা। মঙ্গল থাহি পুম্নামক্না সরকারনা সেম্বি তেখাও য়োওনা লমবি সেমবদা য়ামনা নো মললবগি তোপনে বোমনে পুন্থনা সোকনববু মমাই ওন্দরে। লাইরেন পাংগল নতিক উৎ থাহি মখৈ ফংনা পনথেংবিও তুবি থয়াং নথৌ মন অন্থবু লৈঃপাক পুম্নামক্না কিণসলু হাইনা চিঠি খুদোন মবু পিনা লাল নেক্‌লরে অন্থদগি নিংথেমনা লৈঃপাককি অঙম অথৌ ফমনাইবা পুমনামকপু কংলা য়াইপুং য়েংন্থনা তমাল পুংজাও থিনন্থনা লৈপাক মিংয়ামবু কৌথৎন্থনা দরবার রা ভাংনরে তুবিচিংলেন লোংন্রেন খোম্বা তাংজা লিহ্না গুম্বানা সাহেপ মপাউমেন তাবদা নোংচুবগুম কপ্‌ই থাইনা মাংদা লাইরেণ ঐগি য়াম্মা, মারজিৎ ময়াং ওমবগি স্না-হাকতক্তা, অরা মনিননাইবনা পোইরৈঃ মৈতৈঃ লৈঃপাক লিংবা ওমন্রাবদা বিলাত লৈঃকোই ফম্বা, ইংরাজ মণিংথৌনা মেঘজিন মসিং থি-ওমদা লোংমৈ মপুম খুদোন পিরকম্বা নোংপোক অরা খোংলেন অচৌববু, থিংনা নিংথৌ ওইবা কংলবা অমিসুং চিংলোই, তমলোই অয়াম্বা লোই চাম্ব ওম্বা অমিসুং নিংথৌ ইমানবা পুম্ন-মক্না মৈতৈ নিংথৌ চিংলেন, নোংন্রেন খোম্বা অসিদি লালফম লিপাথোকপা গুণ মতিক চংখোলবা নিংথৌরেননে হাইনা নিনগ্রিবা অসিবু সাহেপ সরকার মথৌচানগিনি। অরাবা থৌকাও ফরোই

---

তেখাও—আসাম। চিংজেন নোংন্রেন খোম্বা—গম্ভীরসিংহ।

লাইরেণ পাঙ্গল নিপা থোকপা খাহি মথৈঃ ফংনা মঙ্গল মপুং তাকনা পনথেং লম্লগা তন্না মচেং হলরাইরককে। অচুদগি লিকলাই ইসানৌ পানবা কৈচেং লাংগুম্বা নরসিংহ লাংজেং মথোক লকপা নংনা চিংদ্বনা কৃতি নো.মাইথেম্বা নোংথোম্বা, মদনানন্দ হুইরেম মচ্চা পুৱম্বা মন্ত্রি গৌর শ্যাম মাইস্নাম মচ্চা, অঙোম নিংথৌ ধনি নোংমাইথেম্বা অহললুপ লাকপা হরি সৌরাইজাম্বা, নাহারূপ লাকপা হরি নিংথৌজাম্বা, খাবললাকপা দেবিন্দ্রসিং কৈসামমচ্চা, মেঞ্জর হাওবম বিনদ, নংখোই পুম্না মকৃতি হনাও লান্দা থৌবা নরসিং সেনা পতিগা লৈপাক ঙকত্না লৈংরম্মু। অমু রাংখৈবা, থম্বতোন চিংসুবা খুরোই ভম্বা থাংজম মচ্চা, মংলেম, লোইতোংবা, হিজবা, চন্দ্রসিং খেমা কৈসাম মচ্চা অমুতোন লৌক্রাকপা তম্বা, অহৈবা লসমন্ য়াম্বেম মচ্চা কৃতি, কোন্‌সবা পোলদেব, অথোকপা, মুসলমান তলেন, কাজি সুবল, নবাপ নথোই পুম্না মকৃতি লাইরেণ ঐপা চংপদা থাঃনকদে সিফাই খুদোং নোংমৈ সুবা মসিং থিঙমদবা নথোইদি লাইরেণ ঐনা চংপা মাঙগৈদা চংপবু রাই হাইবা সোন ফরোই। খেত্রি থৈবোংসিং ফৌরাং হম্বা, মদনসিং ফৌরাং হম্বা নবুংঙাদি লৈংপাক মিয়াম চাননবা চেং লমবেন্দা থাংঙুরো। ধনি নোংমাইথেম্বা নংস্নং লৈপাক মিঃয়াম চাননবা ঙাকৈঃ থুমকৈঃ পৈঃরারো, ভান্দারি লোইসং নংথোইদি মহৌসাগি থবক্ কাইফরোই।

তুম্বসিং পোৎসংবা হঞ্জবা নংদি নিংথৌ ঐগি লমজেন ফিবু মসিং স্নুনা উপুঃ চাজুম নমমুরো। বামন কৃষ্ণরাই, মিচাও শর্ম্মা নথোই অনিদি বিষ্ণু থৌগণ তৌববু রাই হাইফরোই মিমি চিংঙাথম্বা মচ্চা নংদি নিংথৌ ঐগি ইতুং ইনববু থাপনফরোই। শ্রীযুক্ত গম্ভিরসিং চিংলেন নোংরেন খোম্বদি সাপোৎ লানপোৎ খুজি নাসি পুম্নমক সেংপা লোইরে, মিসেন্দা সায়া মিয়েণ লাকনা ফিরোন সেংপা

পোলদেব—বলদেব। নবাপ—নবাব।

পুমনামক লোইরে, লৈপাক সিফাই মিয়াম পুম্নমক্কি ময়াইদা মুমিং থাঃগি মতমগুম কয়াংজি ফিদা মথকতা কমদুনা স্না খুদোং কান, পানা তপতাই হায়বদা, লোমাসিং লোংজাম্বা নংদি হাওমচ্চা নয়োই ১০ তরাক্তং পুদুনা সড়া পুনসি মপুংম্নাইগি ইস্কাট সাহেপ কৌববু সরুউনানরম্মু।

পোইরৈ লৈপাককি অখৌবা পুননামকপু লোইনদুনা নিংথেম লেংথোক হৌরে হাইদুনা পাউ তাকতম্মু হাইনা সিখি। অদুদগি গোনোক পাঞ্জি খেলহৈবা, সিংও খেলেন মগুম য়েং য়াইফা পুংজা খল্লয়ো হাইনা পাও মেনখোনখি।

জিবনন্দ খেলহৈবনা য়াইফ পুঙ্গই ল্লাকপবু মুকমু হাইমৈঃ চোনা পালবা কৈবু গম্বা খেলদা লাল্ফম য়াইফা থোংসান পোৎপু মসিংস্নু থুস্নু খুৎলাই খিবিকপু লাইরেন মাংদাথা পানা তাঙ্গা হৈরাক তাঙ্গা লৈরম মসিংস্নুঃ থাওমৈ মঙান নাই, কৌ তিংথৌ খোট সেমদুনা ধুপ লৈস্নুংসিনা সিংলেন লৈনমচাও তুবিচিংলেন নোংত্রেনখোম্বাদি শ্রীগোবিন্দ থুয়া খুরুম লমলগা বিষ্ণু মাংদা থা লিলমনি ইরোইবনা স্না কুরাকোক খন, নিংদনা থিংবাই জাম্বানা স্না খুদোংখন মেলান্দ নামৈরাকপনা স্না সেনাক খন, পার্থসিং চিরম মাচ্চানা স্না য়েৎথাং খন, লোমাসিং লাইশ্রমমচ্চানা, স্না ওইথাং খন, নব কোঞ্জেংবম মচ্চানা নোংমৈ মাংদপু, অবুংতোন য়ুরেমবম মাচ্চানা খৌগন তাবু মাংদ থা অচোম মচ্চা লুরাংবগা ব্রাহ্মন গুণ শর্ম্মা নংখোই অনিমকত্তি লানজিন থংনা চৎলম্মু তুবি চিংলেন নোংত্রেন খোম্বাদি স্নাক্লপ্না লোলাই তোং পুং পেরে মোইবুং সিঙ্গা, দম্বরা, অসিনা চিংবা পুমনামক য়ৈঃদুনা ব্রাহ্মণ, বৈষ্ণব, লৈপাক পুমনমকনা য়াইকরকউ হাইদুনা বরপিঃ দুর্গামাই খোজেন ললাউ তৌদুনা লৈপাক মিয়াম পুমনামকা য়োইনাদুনা শ্রীযুক্ত গম্ভির সিংদি নোংসাগি মতম গুমনা লেংথক লকলে। মুপিঃ নাহা ব্রাহ্মণ বৈষ্ণব

---

স্নাপুনসি—চেরাপুঞ্জি। জিবনন্দ—জীবানন্দ, নিংদনা—তুংদনা।

লৈপাক পুন্নমকনা চিংলেন নোংত্রেন খোম্বা অসিগি লাল হৌখোন অসিদি মত্তৌ লাংডোন অমাদি, সোরারেন্না লৈপাকতা কুমলকপাগি মতমগুম্মী হাইত্নুনা লৈপাক মিয়ামনা ভাংনখি। মনাও ইবুংঙ নরসিং সেনাপতিনা চিংলেন নোংত্রেন খোম্বাগি খোঙ পাইত্নুনা কপহৌবা অত্নুদি মতম অমদি থাইনা মাংদা স্না অজুদ্ধ্যা লৈপাকতা শ্রীরাম চন্দ্রনা মপাগি য়াথং মতুং ইন্না চহি ১২ তারা নিংথৌই নারক সিংলক্তা চৎলগে হাইবগি অজুদ্ধ্যা কোম্লুংদগি চৎথোক লকপদা মনাও সত্রুঘ্না লৈপাকতা ওন্দনা কপ হৌবা অত্নুগি মতম গুম্মী নিংথৌ মচিন মনাও অনি অসিগি চান্নবা মত্তৌ অসিদি রাম লক্ষ্মণ অনিমক্না চান্নাবগি মতম গুম্মি তুবি চিংলেন নোংত্রেন খোম্বাদি গিরান কপ্তান সাহেপকা লোইনত্নুনা অহিং মুংথিন নাইত্নুনা চৎত্না সিলট য়েৌরাবদা। কৃষ্ণচন্দ্র উসমচ্চা, সামুসিং খুমবোং ময়ুম মচ্চা সেল্লুংবা, অনিমকনা স্না থৌগণত্তৌ অহিং লুককোই হারিঙৈ হান্না মাংদা চৎখিবা লোমাসিং লোংঙ্কাম্বাম্সুং সোরাপুঞ্জিদগি ইস্কা সাহেপ কৌবদা পোইরৈঃ মৈতৈ নিংথৌ লাকলে হাইত্নুনা পাও তাকলুবদা সাহেপকি পুকনিং হারাউরে লোমাসিং হাঞ্জবাও নহাক তন্না হাল্লো।

চিংলেন নোংত্রেণ খোম্বাবু সিলোটতা মুংঙাইনা লৈংবিরন্মু ঐস্নুং হয়েং নোংঙাল্লগা লাককনি। লোমাসিং হঞ্জবা নংদি অহিং মুংথিন নাইদনা সিলোট য়েৌনবা চৎলো হাইত্নুনা লাকত্না নিংথেমগি মনাকতা থুংলয়ে। সাহেপকি পাও পুমনামক্ তমলয়ে। নিংথেমস্নুঃ য়ামনা হারাওরাত্নুনা রারিগনি হাইত্নুনা চাঁক পিজরে ইস্কা সাহেপস্নুং নোংঙাল্লাগা তুবি চিংলেন নোংত্রেন খোম্বাগা, জর্নেল, কর্নেল, গিরান কপ্তান ইস্কা কৌবা পুমনমকনা খাহিগি লান্দা ঐখোইগি সিফাই য়ামনা সিরে হাইনা তম্মি।

অজুদ্ধ্যা—অযোধ্যা, সোরাপুঞ্জিদগি—চেরাপুঞ্জিদগী, কপ্তান—কেপ্টেন।

মৈতৈ নিংথৌ নাহাকনা সিফাই পুমনমক পুত্না সোরা পুঞ্জি য়ৌনা চংবিরো হাইত্না চংলকলে। নিংথেমনা খাহি মরোন হৈববু চংহনত্না সাহেপকা খৎনবাসুং তৌগনু ১সুং তেখাও য়ৌনা লম্বি সেম্বা থিংগঙ হাইবা অত্বুসুং তৌগানু হাইরূববু খাহি নিংথৌ কোমলাসিং কৌবগা, চৌবরসিং কৌবগা অসি থিবিকনা মৈতৈ নিংথৌ গম্ভিরসিং নংনা হাইরকপা পাও অসিবু করিব্বানো। সাহেপকা খাহি ঐখোইগা লান তৌজববু মৈতৈ নিংথৌ ন হাকনা খাম্বা অসি নথৌ করিলৈবা! খাহি ঐগি ইরেপাককি মচ্চি অমবু নংনা য়ৌরকপা ঙমগাবরা হাইত্না খাহি নিংথৌনা নিংভাই কন্না তৌরে।

অত্থ তাবদা নিংথেমনা মৈঃ চাকপগি মতম শুমনা সাওরত্না লৈপাক মিয়াম লোইনত্না খাহি য়োওনা চংসিল্লকত্না তেঙ্গল সারে।

অত্থদা অচোইবা মোইরাং নিংথৌ. নাহাকক্কা ব্রাহ্মন গুণ মেঙ্গোর নংগা নংখোই অনিমকত্তি সিফাই কোঙ্গাই পুনা খাহি মচিং সাং য়ৌনা চৎত্না লান ঙমত্রিবা মথৈ হল্লককন্থ হাইনা থাখি।

চিতন, প্রেমতন, গিরান, ইস্কা কৌবা নংখোইদি সরকারগি সিফাইগা লোইনত্না মখা পাংবা লোমদা তকখৎ লকউ খাহি মচিংসাং খুনৌ মপুং টাকনা থুগাই ব্রকউ।

নিংথৌ ঐসুং খাহি মনিন নাই কোমলাসিং হৈখোং খাবু রৌনা থুগাইদরি বদি ঐসুং হল্লকলোই হাইত্না লানথোং সিন্নরে।

তুবি চিংত্রেন নোংত্রেন খোম্বাদি সাপোৎ লানপোৎ পুমনামক সেৎল্লাহনা থাং চুংগোই য়াল্লে, সামু মথকতা তোংলে।

পার্থসিং নহারূপ লাকপনা, মা য়েংথাং থন লোমাসিং লাইত্রম মচ্চা মা ওইথাং থন, রাহেংবম অমুসিংনা কান্তি পাইত্না সামু মকোক তোংত্না শামু থৌই। মোইবুং খোংঙি পুং-য়ৈঃ, পেরে সিঙ্গা

সোরাপুঞ্জি—চেরাপুঞ্জি, প্রেমতন—পেম্বরটন, গিরান—গ্রান্ট, ইস্কা—স্কট।

খোংঙি, নাগম্বা য়েঃ বেঙ্গুন খোংঙি, দম্বুরা য়েঃ, সেম্বুং সেন মন পুমনামক য়ৈরে বাশী বিনানচিংবা পুমনামকস্থ খোংলে ঙুর্গামাই খোঞ্জেন লাউবনা খাহি লৈপাক পুন্নামক য়ুহারাব গুম নিকলে, অতুদা ব্রজানন্দ লৈসাং থেম্বগা, মিচাও চিরম মচ্চাগা, অনিমকনা চিংতুনা নোংমৈ, লংতুম মামবী কাপত্না লালহোরে। খাহি পুমনামকস্মুং নোংমৈ কাপত্না লালহোরে। মৈতৈনা অমুক তক্সিল্লি খাহিনা অমুক হুন্দকই। মতৌ অশুমনা সোকনববু নোংখোংবগি মতমগুম্মী, লমমৈ চামপগি মতমগুমনা সোকনরবদা লানগি মৈখু কাবনা ন্নুমিৎ মমগ্রে।

অতুদা অচোইবা লুওন্নাংবগা, ব্রহ্মন গুণ শম্মাগা, অনিনা চিংবা লান্দাথৌবা পুমনামকস্থ, মপা মপা কাপনরে ঙুর্গামাই খোঞ্জেন লাউতুনা লানফম নিংদ তকসিললে। সাহেপ পুমনামকস্মুং হকথেং ফংনা মান্নরকলে বোম, তোপ, নোংমৈ কাপত্না ঙুর্গামাই খোঞ্জেন লাঙনা থেংনরে অহিং নুংথিন লাইতুনা সোকলরে। লানগি মৈখুনা লৈপাক পুমনামক মমগ্রে, খাহি পুননামকস্মুং পুং সেন য়ৈরে মথোং শিন পামবোম থিং মথা চিকত্না থাংপাই, নোংমৈ পাইতুনা তেঙ্গন মাইয়োকননা কাপনাববু খাহি মমাই লৈবিদ্রে পোইরৈ মৈতে পুমনামকস্মুং থাং নোংমৈ পাইতুনা নোংনা চুংবগি মতম গুমনা কাপনরে লান সোকনবগি মনিননা পৃথিমক থ্রক থ্রক নিকলে, লমজাওদা লামৈ চাকপগি মতম গুমলে, চিং অনিনা থেংনবগি মতমগুম্মে নোংসা চরামনবা অনিনা সাঃ মুন্নাবগি মতমগুম্মে মিসি নোংমৈ মরুনা খোইনা মপৈঃ মপৈঃ পাইবগি মতমগুমনা কাপনরে অতুদা মৈখু কাবনা মুমিৎ মথোং থিংলে।

গম্ভিরসিং মহারাজনা লান্দ থৌবা পুমনামক নংথোইবু, নমাই ওলগনু হাইতুনা লালফমগি মনুংদা লাওরকই নিংথৌ ঐম্বুং নিংথৌ চিংথংথোমবাগি মচ্চা মক্তা ওইরবদি ঐস্মুং মাই লৈরোই হাইনা

ব্রহ্মণ—ব্রাহ্মণ।

য়াসকম্বা থাং চুঙ্গই পাইহুনা, থাহি তেঙ্গল য়োনা কুজিল্লে নিংথৌগি তুম্বা থাং নোংমৈ পাইবা লৈপাক পুমনামকস্তুং থাহি পনথোং পাইরে। মপা মপা থাং য়াম্লরে।

থাহি মণিন নাইবদি চিংলেন নোংত্রেন খোম্বাগি মমাংদা খাংবা ঙমত্রহুনা থাহি কাইহুনা চেনগ্রে। কাংথাং কাংচাই তমগুম খুগাইরে থাহি হুক চেম্লবা মঙ্গল হাজেম্লবা সিংবু মাউবি য়ান-খেকবগি য়েন্দেম সোইবগি মতমগুম য়ানথুরে ইসিংদা কুমহুনা চেম্লবদা ঙাঃ ফাবগি মতমগুমনা তাম্ল তুনা হাৎলে থাহি। লৈথোং কাইরে চেংগৈ ঙাঃকৈ থাং নোংমৈ খুৎস্থ খুৎল্যাই মসিং থিবা ঙমদনা খোমলে থাহি নিংথৌ বারমণি নিংথৌগা মঙ্গল নিংথৌ ভিলসিং অথৌবগা, অহুমনা ও চিংনা লান চাঃমা চংন ফারে।

অতুদা অহিং অয়া পোথারগা ইমুংমা সোয়াতৈনা ঙাল্লবদা তুমিং খেঙথয়কল্লবদা থাহি নিংথৌনা চিংবা লালদা ফাঃব পুমনামক 'অতু কাউরেণ সঙ্গ্ হইবাগুম, হইহুনা গিয়াণ, ইস্কা সাহেপ অনি-মককি মখুংতা পিল্লয়বদা সাহেপ পুমনমকনা হয়াউ য়হুনা চৌকি স্নাতাংবন থানা ফমহল্লগা মনিপুর মহারাজ গম্ভিরসিং নংগি লান সোক মতৌ অসিগি মতৌ পানদম অমদি থাইনা মাংদা হত্তিনা লৈঃকোই ফম্বা ধর্ম্মরাজ জুধিস্থিরগি মনাও য়াইমা অর্জ্জুন পাংগলবগি লান সোক মতৌ মাল্লে। নাহাকগি লানফম মৈসাঃ অকনবনা থাহি চিংসাং থনবা মঙ্গল খুন্গং ১৯ তারা মাবন মবু সাহেপ ইথোং খাদা চংলরে। ১ স্নুং লান মনিং থয়া লৈরি, ম্রিতৈঃ সিফাই ১০০ চাস্নাতং খনম বিথো পুমনামকতি সিলোট য়োনা হন্দোক লসি। ল্যানফম য়াইফরাব অসিনা পুকনিং য়ামন হুংঙাইরে, সাহেপ পুমনা-মকস্তুং য়ামনা হয়াও য়মলগনি। তুবিচিংলেন নোংত্রেনখোম্বা স্নুং চাইথরগা, তারা লুকথোং হারগা ফ্রাংজি তুমান ফিতৌ থক্তা

---

ভিলসিং—টিরং সিংহ। জুধিস্থির—যুধিষ্ঠির।

ফমলবগা অচোম মচ্চা লুরাংবা লাইকম লাকপা নংগা ব্রন্মান গুণ মেঞ্জরগা নবংভাদি সিফাই ১০০ চাংমা অসিগা লোইনহুনা লাল মনিং লৈরিবা সিনা নংখোই থানা ফমহোখো হাইনা থনমলবগা লাঙ্গই সামুতোংহুনা মৈতৈসিফাই অয়ামবাস্পুং গিরান, ইস্কা সাহেপ অনিনা চিংবা কোম্পনি সিফাই অয়ামবাস্পুং লোইনাহুনা সোরক লমসাংথন পোইরৈঃ মরং হৌন সিলট্টা থুংলরে। অহিং অর়া পোৎথারগা ইমুংম ভাল্লগা কচরি চৈরাপ য়ায়েন সংদা য়া ভাংনাবদা নবাপ গণর ইস্কা সাহেপ অনিমকনা ঘরি পুংজা ১০ তরা সুবদা চিলেন নংত্রেন খোম্বানংগী নফমদা ঐখোই লাককে মৈতৈঃ নংখোইগি সমজিন চিনবা, নিংথম সেংপা লাঙ্গই সাগোন তোঙববু য়েংনিংঙি হাইরকলবগি গম্ভিরসিং মহারাজনা সাহেপ পাও মেনবু ফয়ে হাইনা থুমলগা সংগাই য়ৌনা তন্না হল্লকলে। হয়েং নোংভাল্লকলবদা গম্ভিরসিং মহারাজনা তাঞ্জৌ লাইশ্রবা, নিংনী থাইদিবা, কংঙবা কুঞ্জ, নংখোই ৩ অহুম মকতি সাপোং লানপোং মসিং সুনা সেংলু সজিন চিল্লু নিংথম সেংলু লাঙ্গই সয়াং থকতা তাঃ পাই অরামবাই থেংত্না খুনেং নাকথং খোংগাওনা খুজি য়ৈথংলো, সগোন তোংবা ৩ অহুমমক সাহেপকি বাঁঙ্গলা য়ৌনা চংতুনা সাহেপপু য়েংহল্লবদা, মিংনোক খোনজেনচাও সুভাই মরাংকাইনা লৈরিঙৈ।

ঘড়ি পুংসিং য়েংববু পুংজা ১০ তারা সুরে লোমসিং হঞ্জবও তুবি চিংলেন নোংত্রেন খোম্বংগা দরবার য়াঃ ভাংনাববু থেংলগনি হাইনা ইস্কা সাহেপ কৌববু চংথোকলকুলে, মৈতৈ সিফাই পুমনামকস্পুং সাপোং লানপোং সেংত্না মায়োকননা লেংহুনা লৈ, শ্রীযুক্ত গম্ভিরসিং মহারাজস্পুং সঙ্গাইদগি থোকহুনা ভাইহুনা লৈরে।

---

কংঙবা—কাংঙবা।

সাহেপ হেক থুংলবগা দোলান মথন্তা কাখৎস্তা র ভাংনারে হুন্দক সরকার ঐথোইগি লামকম অত্রাবা অসিদা মনিপুর মহারাজ নংনা, থোরেত্তেন পাংলবসিবু য়ামনা চুংভাইরে মনিপুর স্না লৈপাকতি নিজমত নরৈপাক ওইজ থরে। ১স্মুং বিলাট ইরৈঃ পাকক।, মণিপুর নরৈপাকক। আমতা ওইনার্রাস।

নংগি নরৈপাকতা থোকপা পোৎস্মুং বিলাট ইরৈঃপাকতা য়োলহল্ল, সাহেপ এথোইগি ইরৈঃপাকতা থোকপা পোৎস্মুং মনিপুর নরৈংপাকতা য়োলহল্লগে ব্যাপার চৎনর্রাস তেথাও ময়াং চদিগাও অহুম মদি সাহেপ ঐথোইগি ইরৈংপাকপু ওইরবনি কোম্পানি ঐথোইগি ইরৈঃপাক্তা সাঃ লাল অচৌবা থোবলবাস্মুং শ্রীযুক্ত গম্ভিরসিং মহারাজ ননা লাল পাংবিরো মনিপুর স্না-লৈপাকতা সাঃলাল অকন্না থোকলাবস্মুং সরকার ঐথোইনা লাল পাংলগে রারম মদো ১ মাস্মুং অন্না লৈপাককি সিমানাদা কিলাঃ কন্না সাউ অন্নাগা লাল তৌননবা নোং মৈঃ হিদাক য়াম্না পিরককনি রাথো পুমনামক লেরবাস্মুং ঐথোইদা হাইরকউঃ রা পুমনামক অসি ভাংনরিভৈদা, মুসলমাল পাঙন পুমনামকনা শ্রীযুক্ত গম্ভিরসিং মহারাজ নাহাককি রথজাত্রাগা ঐথোইগি ইমান লাইগি কুমৈংগ ফাংনরে। নাহাককি কুমৈঃ অহু নোংমতা য়ৈঃথোক পিথো মুসলমাল ঐথোইগি ইমান লাইগি কুমৈঃ অচৌবা অসিদি নোংমতা য়ৈথোকপা য়াদে হাইরবাদা। পোইরৈ মিতৈ নিংথৌনা মুসলমান নথোইগি কুমৈ অহু ময়ৈথোকথো ঐগি লাইগি কুমৈদি নোংমতা য়ৈথোকপা য়াদে হাইরবাদা। নোবাপ কোণরগি রা অহু তারহুনা ইস্কা সাহেপ না হাই মনিপুর মহারাজ নাহাককি কুমৈঃ অহু নোংমতা য়ৈঃথোক-পিথো হাইরমলগা হনগ্রে। অত্তুদা শ্রীগম্ভিরসিং মহারাজদি লৈপাক

---

কোম্পানি — ইষ্ট ইণ্ডিয়া কোম্পানি; মুসলমাল — মুসলমান; রথজাত্রা—রথযাত্রা: নোবাপ—নবাব।

খিঃ রাম তিন মহা হুপি হন্নু হবা, ব্রাহ্মণ পৈক্ষপ পুমনামক তিন্নবদা ব্রাহ্মণ লাইগি সেবা তৌরে।

শ্রীজগন্নাথগি নামসোল্লে। কাজি থৌরি পাইহুনা চিংলে শ্রীজগন্নাথগি কুমৈঃ হৌরে। মুসলমান পাংঙল পুমনামক সুং মখোইগি, ইমান লাইগি কুমৈংস্নু হৌওরে। অল্লা কোলই মমিং লোন থবাক থুহেম নমৈয়েন। পাঙল থবাক লোংনা য়া ঙকসম তোংদম হাই ইমান লাইগি মিং সনহুনা কুমৈঃ অচৌবনু হৌওরে। লাই অনি মক মাইয়োক নরবাদা শ্রীযুক্ত গম্ভিরসিং মহারাজনা সাউরহুনা মনাই সিংবু কৌহুনা হাই। থোঙ্গ্রিচনম্বা, থিংগুওা নোংমাইবা, অসৈবা জয়সিং সমজেৎ সাবা জয়সিং, থাংজবা মেঘসিং ফৌগৈসংবা লিলমণি নখোই পুমনামকপু করি তৌরিবনো।

মুসলমান পা ঙল পুম্না:মক্পু থুগাইয়ো হাইনা য়াথাং পিরবদা ভনবা মদোম ২ পানবা কৈগি মতমগুম চোংসিন নরবগি মুসলমান পুমনামকস্নু চৈবুম খংতস্নু কাংদেন কৈনা হাইনা য়েনারবদা পাঙলবু মৈতৈনা অরাক তমনা থুগাইরে। সন তানবাগুম তান্নারে পাঙল হকচেন হাচেন্না হওাই থোঙ্গেন লাউনা কপহুনা চেনরবদা গম্ভির-সিং, মহারাজ হারাওহুনা খোইরাম মোমন মোমন নোক পোইরে মিরামখান্না শ্রীজগন্নাথকি খোগন কাই হনদনা কুমৈ মতোল লোমনা তৌরবদা হিন্দু অপুম্বা শ্রীজগনাথগি মনাই খেত্রগি পান্দা পুমনা-মকনা চিংবা থিবিকনা শ্রীযুক্ত গম্ভিরসিং মহারাজ অসিদি খেন্নি বর্ম্ম কাইদনা, হিন্দু ইরমচং হোংদব অসিবু শ্রীগোবিন্দগি মখৌ চানগিনি হাইখি। অহুদগি শ্রীযুত মহারাজ দি লৈপাক মিরাম পুমনমক লোইনহুনা; মনিপুর স্না লৈপাকতা মাই ওন্নকলে। জলাযপর য়াংলৌ লমখাংদা হুলরাম লৌসিংবন! শ্রীযুক্ত মহারাজগি চরন্দা হংগংচৈ ঃ ঐবু কাছাড় কোবা লৈংপাক অসিদা খুল পানবা

ইমান—আল্লা। থিংগুওা—থিঙ্গুরা। খংতস্নু—খুংতস্নু।

ভমবংরে খুল সেম্বিরম্মু হাইনা খুম্নগঙৈ। শ্রীযুক্ত গম্ভিরসিং মহারাজনা মুংসি বিরহনা মনাই অথৌবা কলাং অহনথেম্বা সুবিদার, নহাকনা চিংহনা সিফাই ৫০ য়ুংবৈগা লোইনহনা কাছাড় খুল সেম্বিরম্মু হাইহনা থনমলে। মহারাজদি অহিং অঙ্ক লমতন্দা মুংথিল অঙ্ক পোথাদা, চিংলেন য়ৌঙমকা ইয়োক লাইজম কান্না চোঙ্. লোইনদি চিংথাং লান্না পোইরৈ তম্বাক তারকলে। বিষ্ণুপুর য়োরহনা শ্রীবিষ্ণু খুবাং চাংজৌ চেপনা থরমলগা লাংথবাল কোজুং চংলকপ্না সঙাই সুংলান পানবু য়োরে। শ্রীগোবিন্দগি শ্রীচরণবু খুবাং চাংজৌ চেপনা খুম্নমলে। অসিগি মতুংদা স্না তাংবন থক্তা কমহনা শ্রীযুক্ত মস্নানৌ নরসিংহ সেনাপতিনা চিংবা অয়াম্বা লৈপাককি কমনাইবা পুমনমকপু তিল্লঃদা থাহি লানফম অচৌববু য়াইফরকলে হাইনা পাও তমলে অহদা লৈপাক মিয়াম অঙম্বা অচৌবা পুমনমকনা য়ামনা হারাওরহনা পাখংবগি শ্রীগোবিন্দগি থৌজান কৃপানা লানফম য়াই ফরকপনি হাইরমলগা অঙম্বা লৈপাক মিয়াম পুমনমক ময়ুম ময়ুমদা কুমগ্রে। অসি মতুংদা মহারানিনা চিংবা অপুম্বা ঐবু য়োইহেনদা পাও তমলে। অহদগি থরলৈরগা থানা কমহৌবা অচৌইবা লুঙ্ংবানা চিংবা সিফাই ১০০ চামা মকস্থ থুংলরে। ১সুং অসিগি মতুংদা সলাং হনথেম্বানা চিংবা সিফাই ৫০ য়াংথৈ সুং থুংলরে। অহনা লান্দা থৌবা মনাই অকনবা অচানবা পুমনমকপু মতিক মহিক অকপা য়েংহনা মন্না মতিন মতোল লোমনা পিগ্রে। অসি মতুংদা নৈলপাকনা থাগৎলি। তুবি চিংলেন নোংক্রেন থোম্বা মহারাজ অসিদি লানফম অকনবা থিবিক তা মাই ওনদে. ব্রাহ্মণ, বৈষ্ণব, মুপি, অঙাং পুমনমকসুং পিনা হৈবা ১সুং শ্রীরাধাকৃষ্ণ অনিমককি নামবু তংম্না সোল্লিবী নিংথৌরেম্না পোইরৈ থোমজিন তম ওাংঙম তেনজিন তমলবগা পুকনিং মরাংকাই, হুংঙাই য়াইবি মথোইদ তোংনা পোইরৈ থুনিং থৌবু ওইরে।

---

ঐব্—য়োরব্।

সমাপ্ত।

# ভাগ্যচন্দ্র

শ্রীহাওদৈজম্বা চৈতন্য সিংহ

কর্ত্তৃক প্রণীত।

# ভাগ্যচন্দ্র

লাবণ্যচন্দ্র মধু চন্দ্র আনিনা চিংবা লৈপাক প্রজাপুমমকপু ঔরানা ফাখিবাগি রাবানা মিং আনিমক্তা পিগি থারানা নোংতাবা শুম সিনথারকহনা কপতুনা ২ মাতৌনাগুম লৈতনা লান চেন মাং-ওইনারকলে। আহুদা মহারাজাগী স্নাথোকন তৌরকপাদী মানাউ ইবেম্মা য়োইবু মাছানৌ থৌরাণী আখা ১ থৌবানী চিঙ্গা খম্বী ১, অনিমক্কা মানাই পাইমা থোইজংবা তিন্নান থোইদাবা হুংসি চানবা খুপাই চেংপাগি মথৈগা লোইনহনা চেনলকই মতুং আহুদা রাবনা পাঙ্গন থোকলকত্রাবা কান্দা পোংথা চায়োম য়েংলকপাদা নোইহু থুমজেন তামমে, লেমলৈ ঙাচেন তামমে রাংলে তারা চেংজেন লৈত্রে য়াংলৌ নম্মা খাংদা নাপি তোইরবন জঙ্গল মারক্তা তারা চাকফংদাবানা লাইজা ইখৌলাংলকলে তাউজিং হৈচানিংবনা থক্তা থোন, চিলখান য়ারৈ কংবানা তিনলাং ছিংফা থোকত্র তারা চাফম লামবনা খাদা থারাহনা থোইদৌ খুৎনা পাই হুংসাখম ঙাইথিংনারাহনা লানজেন মাং ওইনারকপাবু করি গতি লৈত্রাবা মতম থকহনা পোইরৈ লৈপাক পুমনামকপু য়েংহনা ৺গোবিন্দগী মনাই ওইবা ভাগ্যচন্দ্রনা বরপিরম্মী তা॥মছা নংখোই লৈপাক পুমনামকপু ঐনা নিংথৌ ওই হাইহনা করিগুমবা উপায় তৌরম্বা ঙমদে নংগি ২ ফানবা থৌরাং তৌগ্র রারাগন্থু ঐদনা ইবুধৌ পাখংবগী থারা-ওইরাবদী পোইরৈ মৈতৈ নখোইপুমনামকপু আমুক্তা সেমলাখিগে নংখোইস্নু মাংঙমথিকান্থু হাইনা থৌজান মাইওক ছিংনবা থুংনা লিংথৌ স্নামিয়েং তাকবিরমহনা বর পিরম্মী আহু মাতুংগা লাইরেন মৈদঙৌগী কোন্নোই স্নায়াথং তাবদা লৈপাক প্রজালাংভক নারম্বা

১স্নুং পুকনিং ইপেন পেনহন লামাগা জিবা খুবাক্তা হাপচুনা কৎতেদা অমুক্তাদী ঐনা নিংথৌ স্নাইঃ আসেংবা পাথংবাগী থারা মক্তা ওইরাবাদী নংনা তৌবা লামন খুম্মাখিগে। হাইনা প্রতিজ্ঞা রাসক তৌ সেনবী তেথাউ মরৈপাক স্বর্গদেব নিংথৌগি ময়ুমনাক্তা ওয়াইথুং লাসি হাইহুনা স্নাপুকনিং হেক নিংবাকানদা সেনবী তেথাউ পনজিন য়োরাকলে। আহুদা তেথাও নিংথৌনা লাইরেন মৈক্তো মৈতৈ নিংথৌবু তেথাউ ইরৈপাক্তা লাক পিরি হাইনা তারবদা কচুংক্পি থরকতুনা সন্দেস ময়োক পাবলগা লোইনা ওকতুনা খুরমজাহুনা ওকলৈ। আহু মাতুংদা স্বর্গদেবনা মনাইসিংদা হাইখি। পোইরৈ মৈতৈ নিংথৌ হাইবা অসিদি থাংগাই সেংবা লাইগি মাচানি মুংঙাইনা থৌরাংতৌ রবায়াদে আচা আথক রসব তৌরাং তৌহুনা কোলই মাহুংগাই সাংনা থমছি ১স্নুং নিংথৌগি স্না থৌকন ইলপা পুমনামক্তাস্নু সোইদনবা তৌ হাইব নিংথৌ রাথং কাইদনা ভমনা থৌরাং তৌরে। আহু মাতুংদা পোইরৈ মৈতৈ নিংথৌস্নু নিংথৌ স্না থৌগন লাক্পা পুমনামকস্নু মতিক ওকপা মফম মাফমদা ওয়াইথংলে। আহুদা তেথাউ নিংথৌ স্বর্গদেবনা কার্ত্তামহারাজগি চরন্দা কোটী দণ্ডবৎ তৌনা খুরুমজহুনা স্তুতি লৈছিক লৈথনজে ননাই সেনবি লৈকোই পুং আসিদা স্নাথোং লেংবীরকপাদী আপরাধ লংজবা খিবিক্পু ঙাকপিরম্মু হাইনা তেথাউ নিংথৌনা চিংবা পাত্র মন্ত্রি পুমনামক্তা লোইননা লৈপাক হুপনা লাকতুনা সন্দেস খুদনগা লোইনা কচ্চারহুনা খুরাম্মী। আহুকা তেথাউ নিংথৌ স্বর্গদেবগি ভক্তি সেবা য়ামনা তৌবাহু ভাগ্যচন্দ্রসিং চিংথংখম্বনা ইপেন পেনলে স্না পুক-নিংদদী মচা ইবুঙও মধুচন্দ্র, লাবণ্য চন্দ্র অনিমক্তা লোইননা লৈপাক পুমনা ঔরানা কাহৌবগি মুংঙাইতবনা নিংথৌ স্নাপুকনিংদা করিগুমবা

---

প্রতিজ্ঞা—রাশক ; সন্দেস—অথুম-অহাউ ; স্বর্গদেব—আসামগী নিংথৌ রাজেশ্বরসিংহ।

হায়াউবা লৈতে। মতম লৈবা খিবিক্তা চাবা থকপা হিপপা চৎপা হৈনিংদে। থল্লাই য়াবানা হিক ২ কপতুনা অহিং হুংথিন নাইহ্না লৈ।

আহুগি তুংদা তেখাউ নিংথৌগি মানাই আথৌবা লৌসিং চাউবা খিবিকনা লাঙ্গই ... .. ... নিংথৌ স্না মংদ পাউতম্মী। আহুহেক তাবদা সেনবী তেখাউ নিংথৌ স্বর্গদেবনা থরকহুনা সামু আহু নিংথৌ মিয়েং তাবদা নিংথিবা মাতৌ উবদা পেল্লি। আহুগি মাতুংদা নিংথৌ পুকনিং হায়াউহুনা মানা মাথিন য়ামনা পি সামুগি মাছক নিংথিজবা উবাদা য়েংবা ইপেন পেন্দানা য়েং-লিঙ্গৈদা মুমিৎ তাখায়াহুনা লাঙ্গই সামু আহুগি খুমাংদী পুলগ্রে লাঙ্গই খুহুংদি গুরা ভাউজিং হৈপান্দা সাউন থৌরিনা কাবক ২ চেৎনা পুনহৌই। আহু মাতুংদা সেনবী তেখাউ নিংথৌসু সংগাইদা চংগ্রে। আহু মাতুংদা মুমিং পুংজা থেংগ্রহুনা মিয়াম নাসু হনগ্রাবা কান্দা লাইগি নোংদম আসুম থোকউ হাইবা মরমনা লাঙ্গই লমছা আহু মত্ত মায়াই কাবানা মাচুম তপ ২ তাহুনা লংখাক খোংবা গুম চিৎকার থোনজেন ল্লাউরকলে। আহু হেকভাবদা মানাক্ত .........

মাগি ২ সাফম দগি চেনখ্রে। আহুম তৌবা সব্দ খোঞ্জেন ওস্থকপা আহু তাবদা তেখাউ লৈপাক প্রজা মিয়াম পুমনামক কিবনা থক ২ নিকহুনা মাতৌনাগুম লৈতনা ভাংনৈ। হিংওস্থকপা লাঙ্গনগি সেনবী তেখাউ লৈকোইপুং অসিদা লৈতৈ নিংথৌনা মায়ৈপাকতা ওল্লানা তানখাইবিহুনা লৈবা ওমদ্রঙুনা চেংসল্লকপাগি মাওয়া মাপাউখোন তাবাগী য়াবানে সেনবী লৈকোইপুংদা সামুনা ভাউ-রকপগি কিবনে লৈপাক পানবা ভা-য়োই দাবন্ত হাইনা শিল্লাথী। আহুগী মাতুংদা মাউৎনা চৎথিনা নিংথৌ স্না গাংদা হুংকংলি মাখুংজোয়া য়াহুনা মাহারাজ ল্যাঙ্গই লংছা আহুনা য়ামনা ওউরাহুনা

অশুমবা রাহেক তাবদা নিংথৌনা হাই আহু ওইরাবাদী তেথাউ ইরৈপাক লাংভক লাংফেন লাহুনা রারগনি ১মুং পোইরৈ মৈতৈ লৈপাকপু খাত্রন কেঙ্গল মানিন্নাইবনা তানথাই বিহুনা লৈপাক ইচাই চাইনানা শ্রীপার্থ মাহারাজনা লাকহুনা আরাবা মাতৌ উবাগী রাবনে নিংথৌ পূকনিং আসুম খনহুনা কারম তৌসীবা হাইনা লৈরিং লৈঙো মোইবাং খেল্লে নংনাং তেলহৈবগী চিঠি খুদম পিরকহুনা সেন্বী মিয়াম মাংদা হেক পাই। রারথদী তেথাউ নিংথৌ স্বর্গদেব নংনা করি লাত্তগ পংবা। তেথাউ নারৈপাক্তা মৈতৈ নিংথৌনী হাই সিন্নদুনা লৈরীবা আদো নিংথৌ মাচ্চা আসিংবা নংত্তে আসেংবদি ঐতনি মাবু নংনা উতোং চাকথা পিহুনা থমগাদু। মাগি মাথরাই মাংহনখ্রো। ঐনা হাইখিবা রাসীবু হেকনংনো রাত্রাবদী তেথাউ নারৈপাক মাংহনগে সেনবী নাথুন তুমহনগে। ঐনা হাইবা ইলাবদী নাহাক ইহাক চানসী মানা হাইবা ইনগাদু। ১মুং মাবু ওইরানা তানবা নটে। মানা কিহুনা চেনজাখিবনি, মাচা ২মু ঐনা ফাহ্না লৈ আসুম হাইনা পিরকপা রারম তাবদা তেথাউ নিংথৌ ইঙক ভকপ্রাহুনা রাঙাংবা থোকতে। আহুগী মতংদা লৈপাক খন্নাদবা মাদে হাইহুনা তেথাউ মিয়াম তিন্দুনা রাজ দরবার রাত্তাখে। মাতৌ আসুমনা হুমিং ৫নী দরবার পৌবদা তেথাউ আহুমবা পুম্নামকনা রাখাইবা ভদ্রবাকান্দা স্বর্গদেব নিংথৌনা হাই কই। মৈতৈ মাইরা নিংথৌ ! হাইরক ইবা রাফম আসিন্দু চুম্নানী খাসুন তইনি পুম্নমক্ত গি ইকায়। চংজরাহুনা লৈরাবদা নিংথৌ অসিদু শইলেন্দুংনাং তেলহৈরোগী মান্না তারগা কারম না তান থোকাখিনা ?। ১ম, ঐনা কারমনা হাংসিবা ? মরম অসিমাকপু লৈপাক প্রজা পুম্নামকনা আসুন ফানি হাইবা খন্নাসি হেক হাইবা তাবদা লৈপাক ময়ামর্দা খুনবা ভমখিদ্রাবা তুংদা তেথাউ লৈপাক্কী হৈসংলবা মন্ত্রি আহল অমনা নিংথৌ মামাংদা হাইরকই

মাখুংজর তৌহনা। তাবিরো মাহারাজনা চিংবা লৈপাক মিয়াম পুমনামক মোইরাং থৈলৈ-নোংনাং তেলহৈবনা পিরকইবা থ্রনাম লাইরিক অসিসু মাংহনবা য়াদে। লাইরেন মৈদঙো লোইনাই চিংথংখম্বা নিংথৌবুসু কারমনা তানথোক খিগাবানো, মরম আহুনা ঐগি বিচারদাফংবদী হন্দক লাঙ্গই সামু ঙাওরীবা অসিগি মায়া পাইহন্দুনা মৈতৈ নিংথৌ মাচা আহেংবানি সেংদা-বানি থংগানি। আহুদা সামুনা ঙাউরীবা অসি তেরাবদী তাসেং ২বা নিংথৌনী। মানা সাসিন্নারকপা ওইরাবাদী সামুনা মরাইনা হাংচাখিগনি ঐখোইনা হাংতাবসু। অসুম হাইনা হাইবা মন্ত্রিগি রা তাবদা ফরে হাইহুনা তেথাউ নিংথৌনা হাইরকই। পোইরৈ মৈতৈ নিংথৌগি মফমদা চংখিহুনা হংগং লোরোহাইবা তাবদা চংখিহুনা কার্ত্তামাহারজগি স্নামাংদা মখুংজুর তৌহনা হংগংলি। মাহারাজ চরন্দা নানাই তেথাউ নিংথৌনা হংগং জারকপাদী লৈপাক দরবার তৌরি মৈতৈ মোইরাং নিংথৌনা লাইরিক অমা পিরকই মরম আহুনা শ্রীযুক্ত মাহারাজ স্না খোংলেং বিরক্তাবায়াদে হাইনা হংগংচারকই হাইবা রাতাবদা কার্ত্তা মাহা-রাজ তেথাউ দরবার তৌরিবা মফমতান্না লেংলকতুনা থুংঙ'রে। আহু মাতুংদা তেথাউ নিংথৌনা চিংবা লৈপাক মিয়াম খিবিক্না কার্ত্তা মাহারাজবু থুরুমজহুনা তেথাউ স্বর্গদেব নিংথৌগী য়েংতা ওইনা সিংহাসন তাংবন থাই। আহু মাতুংদা কার্ত্তা মাহারাজ তেথাউ নিংথৌদা হংঙি করি মরমগীনো? ঐবু কৌবাবু হাইরাবদা তেথাউ নিংথৌনা হাই। হে মনিপুর মাহারাজ নাহাকপু থৈলৈ-নুংনাং তেলহৈবনা নিংথৌ মাচা অশেংবা নাতে হাইরকই সাহিন-নাবানি। অশেংবদী ঐদানি মাদী পকচা তাংচা মাচানি নমিং স্নাইসুনতে পাখংবাগী ধারাসু নাদে হাইবা মরমনা নানাই ঐখোইনা খংজানিংঙি মৈতৈ নিংথৌ হাইবাদী লাইনি হাইবা তাই মরম আহুনা

তেথাউ ইরৈপাকতা লাক্তই সামু আঙাউবা লৈরিবা অসিগী মায়া অনিমক পাইহুনা সাথি আওইবা পিবিয়ো। হে লাইরেন মৈদঙো মরম আহুনা চরন্দা হাইজাবানি। সামু আসিবু পাইহুনা তেথাউ ইরৈপুংদা সাক্ষি পিরাবদি খেলৈনংনাং তেলহৈবাগী লাইরিক খুদম চিঠি অসি লোউরারোই আহু ওমত্রবদি লৌউগনী আম্মম হাইবা রারম আহু হেক ভাবদা শ্রীকার্ত্তা মাহারাজবু মুংঙাইতবা মৈচাকনা পোরক ২ হেক চাকই। অসাউবনা রাওংবা খোকতে। ওস্থকইদা ঐবু মানা ইচিনজাক উতোং চাকথা পিহুনা থম্মী হাইবা মরমনা মোইরাং ঙাপন লোই খেলৈনংনাং তেল-হৈবগি মারা মাপাউ খোন ফংতাববু লৌউহুনা তেথাউ নিংথৌনা ঐবু আম্মুক লাকচানা হাইবোরে হাইনা মুংঙাইতবা মরমনা তেথাউ নিংথৌ য়েংহুনা হাইরকই। স্বর্গদেব নংনা ঐবু চান্দবা মরমনা মোইরাং নিংথৌগি মারা লোহুনা ঐবু সিহনগে হাইবনি, ফারে মরম আহুনা নংনা পাইয়ু হাইবা মুমিং আসীদদী পাইরারোই তেথাউ মিয়াম পুনামক হায়েং ওমনা খোংতেকমিংতাং থাকতানা তিনহনহুনা কুম্মেই মুংঙাইনা য়েংহন্দুনা হায়েংগি নমিংতা ঐ পাইগে হাইবা ইকাইবগা লোইননা প্রতিজ্ঞা রাশক তৌরম লাগা ৺শ্রীগোবিন্দগী মানাই ওইবা কার্ত্তা মাহারাজনা নোঙাইতাবগা লোইননা স্নাছংগাই তানা শ্রীগোবিন্দবু নিংহুনা লাকই। আহু মাতুংদা শ্রীমাহারাজনা মানাইসিং পুমনামকপু য়েংহুনা হাইরকই। তায়ুমছা ওসিদি তেথাউ নিংথৌনা ওস্তকপা ফংতবা মোইরাং খেলৈ মুংনাংনা হাইরকপা মারা মপাউবু লোউহুনা ঐবু কৌহুনা হাইরকই রারমদি ওস্তকপা লাকচবা মতৌনি হাইবা স্না পুকনিংদা মুংঙাই তবা মতৌ উবদা খোরাণী আথা, চিঙ্গা-থমবী মাচিংবা নিংথৌগি স্না থৌগন তৌরিবা মানাই পুমনামক মথৈ লৈতনা রাই। আহুদা স্নানারকপা প্রমানদী

মোইরাং খোংলেন্দ্রনাং তেলহৈবগী মায়া তাবনে লিকলাই মাপারী মধুচন্দ্র, লাবণ্য চন্দ্র আনি মকপু উদাবগীনে তেখাউ নিংথৌনা লাক-চাবাগী নোঙাই তাবনা মাতৌ নাগুম লৈতনা ঐবু আন্দুম মামাং লাগাদরা হাইনা নিংলছনা শ্রীগোবিন্দগি চয়নবু আকাউবা লৈতনা হুদিদা চেংনা আরাধন তৌছনা স্না মাছংগাইহুংদা সয্যাদা হেক তুমখিবা কান্দা। শ্রীগোবিন্দবু মানাইনা মাথৈ লৈতনা মাবুকনিং দুংসিবা করি গন্তি উদরবা কান্দা। মানাইনা সনজারকপা আছু শ্রীগিরিরাজ গোবর্দ্ধন কৌবা চিংগি তমরা মাপানদা সাজিক চারিবা ধারনী সাওয়ালি লালি সুরভি কৌবা কাউরেন সবী সয়াউ পুম-নামকলোইনা শ্রীবলদেবগা থুংসমননা শ্রীদাম সুবল মধুমঙ্গলনা থৌকন তৌছনা লেংলকপদা মানাই ভক্তনা রাবামতৌ আছু উবদা। থাংবা ভমজছনা মানাইগী অরাবা কোকহনগে হাইবা মরমনা শ্রীগো-বিন্দনা মাহারাজগি স্নাসংগাই হুংদা য়ুংঙিবা লিকলাই আসংবা (স্তম্ভ) য়ুম্বী মাথোং তায়া লেংসিনবিরকতনা সংসংনা চপ লেপছনা ভাগ্যচন্দ্র মাহারাজ নংনা করিগী আস্থক রানা তুম্মীবগে হাইছনা ২রক হন্না নিংথিজবা কুকিনগী স্বরবু ভমজবা ৺শ্রীকৃষ্ণনা হেক মানাইবু কৌহ্না ঐলাকলে নংনা রাবাসি উবদা শ্রীদাউজিনা চিংবা গোপগোপী কাউরেন সনবী সয়াউ পুমনামপু আতালিকাদা মায়োহৌরি ব্রজভূম লৈমরন দুংঙাইবাবু য়েদনা ৺শ্রীমাতা পিতা নন্দ যশোদাবু উনারমদনা ১সু গোপিগি লুচিংবি শ্রীরাধা চন্দ্রাবলি লাচিংবা লালিতা বিসাখা পুমনামকপু উনারমদনা নংগি মরমগী দমক ঐলাকলে ১সু পথ লম্বীনা ফাৎতাবনা ইসিং লৈখোম য়ামনা থোক রমবনা কৃষ্ণ ঐগি ইথোংদা তৈরিবা অসি য়েংউ ২ ভাগ্যচন্দ্র নিংথৌ নংনা রাবদো হয়েং নোংঙাল্লাগা তেখাউ নিংথৌনা সাম্ মায়া পাইয়্ হাইবাদি নং অকিবা লৈতনা সামু তায়া চরৎ ২ চংলকউ

---

আতালিকা —অট্টালিকা, ফুরাংজাল। হুদিদা—থম্মোইদা। সয্যাদা—শয্যাদা ফমুংদা।

নংনা পাইরক কাদাবদী চাম্ম কাংহে অভোবা নাথুং ওইনা পাইরকউ নাথুংয়েংনা শ্রীকৃষ্ণ ঐগি নামবু তংদনা সন্দুনা মালাজাপ তৌরকউ। ঐদী সামুগি তাংজা সাকক লাঙ্গই পুনথোং ফমদা ঐ তোংহনা লৈরমগে। ঐবু নাংনা চামর কাংহে থৌকন তৌরকো। নংকরিস্থ কিবা তৌরাগন্থ ৱারাগন্থ। ঐদি নাবেম্মাসিংগা নিতিগি তংতনা রাস লিলাসানবা য়াউরুখিগে হাইরমলগা ৺শ্রীগোবিন্দবু ব্রজভূম তাম্না লেংঙ্গে। অসিগী মতুংদা ৺শ্রীভাগ্য চন্দ্র মাহারাজনা খোমজন মংলাং জান মমংদা গোবিন্দগী কৃপা ফংলাহনা তাইবং খোকলকলাবদা ৺শ্রীকৃষ্ণ উখিদ্রবা কাইনাবগী মৈচাকনা প্রেমগী থারানা নোংচুবাগুম সিন্ধারকহনা কপই। আহ্ন মাতুংদা থৌকন তৌরিবা মনাইসিং পুমনামকপু য়েংহনা স্না য়াথং হাইরকই। তায়ুমছা নাথোই পুমনামক পুকনিং থাওয়াই রারাগন্থ। ঐগি ইমংদা ৺শ্রীগোবিন্দনা কৃপা তৌবিরারে। আস্থম হাইবা স্না পুকনিং হায়াউবা মতো উবাদা মানাইসিং পুমনামক মুংঙাইবনা মাতৌ নাগুম লৈতারে। আহ্নদাগি নোং ঙাল্লাগা তেথাউ নিংথৌ স্বর্গদেবনা চিংবা লৈপাক মিয়াম পুমনামক থোংতেক মিৎতাং হুপি নাহা সন ব্রাহ্মণ থাক্তনা কুম্মে য়েংনিংহনা ঙমনা কারকহনা সামু আহ্নবু মিনা ইকোই হেক কইরকপাদা সামু আহ্ন য়ামনা হেক ঙাউহনা লৈরে। আহ্ন মাতুংদা শ্রীকার্ত্তা মাহারাজবু স্নান কর্ম্ম মাতল্লমলাহনা লৈপাক মিয়াম তিল্লিবা মাফম তাম্না স্না খোংলেং থরকলে। শ্রীমাহারাজগী মঙ্গল ওইনানবা ইবেম্মাসিং আনিমকনা শ্রীগোবিন্দবু নিহনা পুকনিং চেংনা লাইনিংই। আহ্নদাগী মাহারাজনা সামু মায়া পাইবাগী দমক স্না খোংলেং থরকপা হেক তেথাউ নিংথৌনা চিংবা লৈপাক মিয়াম পুমনামকনা হেক উবদা

মালাজাপ—মালাচংপা। ব্রজভূম—ব্রজভূমি, ব্রজগী লৈবাক; সিন্ধারকহনা—সিন্থরক্কনা;

তকসী সল্লি পাম্মুইদা নিংথিজৈদা অসিদী আচম্বা নিংথৌ মাচানাক্তে লাইগি মাচ নিনা। আম্মুক ফাজবা ইবুঙঙ অসিনা লাজই সামুগী মাথুং পাক্তা ম্লাইবি মাথল্লাই থাহনগা তৌরিবা তেথাউ নিংথৌগি ওস্থকনা স্লুংসিহৈদবা নিংথৌনি হাইনা লৈপাক প্রজা পুমনামক আমুক্তা ওইনা সন্নাথি। আহুগী মাতুংদা স্বর্গদেব নিংথৌনা মাহা-রাজগী চরন্দা কোটি দণ্ডবৎ তৌনা খুরমহুনা মাহারাজবু ভক্তি কাই-দনা মাগি রেং ওইনা স্নাগী তাংবন মুন্না আচৌবা থাই ১স্লুং লাজই সামু অহনা ম্নাগীহা মাখৈ ঙাউরম্বা আহুদগী শ্রীভাগ্য চন্দ্র মহারাজনা হেক থরক লাবদা তেথাউ মিয়াম পুন্নামকনা নিন্না খোনজেন তাবদা সামু আহু হান্না গিদাগি সরূক ১০০০ অমা হেন্না ঙাউথি। আহুদাগি তেথাউ নিংথৌনা আসন তাংবন থাজাবা আহু ফমলমদনা চপ লেপ লাহুনা স্বর্গদেব নাচিংবা লৈপাক মিয়ামপুমকপু য়েংহুনা হাই। হন্দক ঐবু সামু মাম্না পাইয়ু হাই বাহু স্বর্গদেব য়েংহৌর ঐ পাইরম্নাগে হাইরমলগা শ্রীভাগ্য চন্দ্র মাহারাজবু স্না খোং লেংসিল্লকলে। মাহারাজগি খোঁগণ লাঙ্গন চাখম ছেন্নাক পুমনামকতী মাহারাজগী আসল তাংবল মানাক্তা লাইনিং চেৎনা নিংহুনা লৈহৌরে। আহু-দাগি মাহারাজগি স্না পুকনিংদা আকিবা লৈতনা চারৎ ২ হেক চংসীল্লকপা মাতৌ উবদা লৈপাক মিয়াম পুমনামকনা নিংথি জৈদা ইবুঙঙ নংনা মাংগাদাসীদী পাম্মুইদা হাইহুনা চপ মানানা মাহারাজগী দামক লাইচেৎনা নিংবিথি। মাহারাজনংনা তৌবা মাতৌ সিদি তুংদাস্নু থোকলাম্নোই মাংদাস্নু উরকত্রি হাইনা সন্নই। আহুদগি য়ামনা ঙাউরম্মীবা লাঙ্গইলমসা আহুনা স্তুতি তৌজৈ। হে মণিপুর রাজেরেন নিংথৌ আথোইবা নংনা পাপী লিংজেদ

---

সন্নাথি—শোম্নথি। আসল—আসন। রাজরেন—নিংথৌরেন।

কাত্রবা নাপি হাঙং চায়াবা ননাই তল্লাবা ঐবু ওসি কয়ৌ নুমিৎদা লানবীরাগে হাইদুনা লাকপী য়াকই হাইনা নিংবা কান্দুনা ১সুং খারিকা নাথ শ্রীগোবিন্দনা মানাই ভক্ত আথোইবা শ্রীভাগ্য চন্দ্র মাহারাজনা য়ারিবা মাতৌ উবদা খাংবা ওমন্ত্রদুনা ইবেমাসিং থুমনামকপু থাদক লমদুনা তেখাউ লৈপাক তায়া লাল্লেং লকতনা লাঙ্গই সামু আহুগী তাংজা মাককতা শ্রীগোবিন্দনা হয়েন ইনাই বৈষ্ণবনা হেক মায়া পাইরাবদা ওাউবা য়াদে হাইদুনা সামুগী মাথক্তা লেংখৎত্রে। আহু য়তুংদা শ্রীকার্ত্তা মাহারাজযু হেক থুং-লায়াবদা সামু হায়া গুাউরমবা পুমনামকতু কাউথিদদুনা মাতু থিয়াও ২ চুংদুনা শ্রীভাগ্য চন্দ্র মাহারাজগী মামাংদা মাথোং থুজুং আনি মক কোনসীনলগা মানাতোম্না কৈরাক সাহুনা মায়া আনিনা লৈপাকতা থুমনা নমসিল্লাহুনা মাহারাজগী চরন্দা কোটাদণ্ডবৎ কংচৈ আহু উবদা মাহারাজযু আরেপা লৈতনা চারৎ ২ হেক চংসি-ল্লকতুনা সামুগি মায়া থম্বৌ হেরাঃ মাখাহু শ্রীহস্তঃ ১ মকনা সিং ২ নাম্হনা পাইরাগা লাঙ্গই সামুগী মায়াদা শ্রীচরণগী থুলেং কাকম ওইদুনা মানাতনদা আসন ওইদুনা তোংলে। মাহারাজগী ওই-থংবা মাথুৎনা চামর কাংহৈ পাইদুনা শ্রীগোবিন্দগী থৌগল তৌই য়েৎ থংবা মথুৎনা পামবোম ওয়াংনা থাংগৎলাগা মালা জাব তৌ-দুনা জাগোই সাই। আহু উবাদা পতিত পাবন ওইবা অমস্ত সংসারগী তোল্লা বাজিবা খিবিকপু লানবি হৈবাগী মাপুঃ শ্রীকৃষ্ণগী মামংতৌদা হিরণ্য কৌসিপুঃ নিংথৌপি মচানিপা প্রহলাদবু সান্দা মার্গ মুনিদা লাইরিক তমহনবাদা ইবুংঙ কৃষ্ণ মাহাক্কী মাগুন সল্লী হাইবা ময়মনা মাপা হিংচাবনা সামুগী মাথংনা নেৎহন হুপিজা

---

য়াককতা—মকোক্তা। শ্রীহস্তঃ—সনা খুৎ।

লিস্থু চিঙহন চিংদাগী অম্বাহন সমুদ্রদা মুংদা পুন্দনা থাদাবদা শ্রীকৃপাসিন্ধু ওইবা ইবুংঙ মাহাকনা কনবি থিবা আহু-গুমনা শ্রীভাগ্য চন্দ্রবু কৃপা তৌবি। আহুগী মাতুংদা শ্রীকার্ত্তা মাহারাজবু শ্রীকৃষ্ণগী প্রেমনা আমুনবা হৈনা কেনবাগুম সামুগী মাথকতাগী হেক ওন্থরকপাদা লৈপাক মিয়াম পুমনামকনা কার্ত্তা মাহরাজবু সিন্নারিনী হাই। তেথাউ লৈপাক পুমনা চপমান্না সন্নখি। আহু মাতুংদা তেথাউ নিংথৌ চেনসিন লকতুনা মাহা-রাজবু কনথৎহুনা স্তুতি তৌই ইবুংঙনংগি চরন্দা লংজবা আপরাধ পুমনামকপুঃ ককপিয়ু হাইজৈ আঙমবা পুমনামকস্থু চংহিললকুনা খুন্নমজে। আহু মাতুংদা হুপি নাহাস্থং ইবুংঙনংদী মিংনা উবা লাইনি হাইহুনা খুন্নমী। আহুগি মাতুংদা শ্রীকৃষ্ণবু অন্তধ্যান ওইপ্রে। সামু আহুস্থ মাতৌনাগুম লৈত্তনা ইতে তেহুনা মানা-তন্না ছাজিক মকপু লামজাবা ওমদাহুনা মাউৎসিং আহুনা ছাজিক ইনবিহুনা থম্মী। আহুগী মাতুংদা শ্রীকার্ত্তা মাহারাজনা স্বর্গদেৱ নিংথৌ য়েংহুনা হাই। তেথাউ নিংথৌ নাংনা ঐবু চাকথা উতং হুনবা আহু আসিগি মাথৈদী পিরাগাস্থ হাইবা আহু তান্না-বদা স্বর্গদেবনা ইবুংঙ ননাই ঐনা আন্নানবা ঙাকতানি লাউবি গাস্থ মোইরাং খেলৈস্থুংনাং তেনহৈবগি মান্না মাপাউথন লৌন্নারই হাইজে। তেথাউ লৈপাক প্রজা পুমনামনাস্থ হাইজান্নাবাদা শ্রীকার্ত্তা মাহারাজগী স্নাপুকনিং পেনবী। আহু মাতুংদা লৈপাক প্রজা পুমনামকনা চিংবা শ্রীকার্ত্তা মাহারাজস্থ স্নাসংগাই তানা কুম-থারকলে। আহু মাতুংদা ইবেম্মাসিং আনিমকনা সেবা তৌহুদা ভুজন কর্ম্ম তৌরাগা শ্রীলাবণ্যচন্দ্র মধুচন্দ্র আনিমকপুঃ নিংসিং-হুনা মনিপুর স্না ইরৈপাক্কা আমুক্তা করিউপায় তৌহুনা থোকপা

---

সন্নখি — লোয়খি। আপরাধা—অপরাধ লংজবা।

ঙমগাবা হাইনা নিংছনা ইবেম্মাসিং আনিমকনা সেবা তৌছনা তুমথি। মতম আছমাকতা মনাইগি অরাবা পূমনামক ককহনবিরাগে নিং- বিছনা পতিতপাবন ওইবা গোবিন্দনা শ্রীভাগ্যচন্দ্র নিংথৌনা হিপলিবা মাকম আছ তান্না দ্বারিকাদাগি লেংবিরক লাছনা চপ নেপছনা শ্রীভাগ্য চন্দ্র নংরারাগানু ঐবু নংনা হয়েং নিরূপন তৌরগো: মরম আছনা হায়েং নাংনা ঐবু থাংভারই ঐগি ইসক ইতৌ নাবেমাছিংনা তৌরাকপা লৈগি মালা পারেং ১মুং ফিগে স্না থোন্নীবা মেখনা খুওয়াং নপনপঙ্গিবা কস্তুর নাইন য়ান্নীবা, নুপুর খোংজি সিরিবা, পক্ষিরাজ রাহোং মাতুগি চুড়ানা ইককথক্তা ভাল্লিবা বেনুইথুংতা পাইরিবা, কৌস্তভ মনিনা থাবাক ভাঙ্গই হেল্লীবা লৈগি নাচম চিনলিবা আসি পূমনামকসী য়েংহৌর নংনা তুমছনা লৈরিবা কারিনো ১মুং নংনা রারিবা কারিগি রাবাগে মণিপুর নারৈবাকদা ঔরানা মানিং তৌরিবা বৈরি মাথুং পাক্লাকী নাচা মধুচন্দ্র লাবণ্যচন্দ্র আনিমকনা চিংবা লৈপাক কোংকাই ফাখিবা আছ ঐনা ভমনা মুল্লমছনা থামমগে ১মুং মোইরাং থৈলৈ- শুংনাং ভেলহৈবাবু ফাছনা থানমগে, ভসিদাগি মাভানিস্সুবা নুমিৎতা নং মৈতৈ নারৈপাক্তা থুংভাদ্রনা সোইদনা ঐবু নিরূপন তৌর ঐদি মণিপুর নরৈপাক্কী ভাবমুখং কৌবা গিরি চিংগি মাথংদা আব- তার তৌরমলাগে। নংনা রারিবা আছ ভসিমাখৈ রারাগানু হাইরমলাগা ৺শ্রীগোবিন্দদী মণিপুর তান্না নেংলমলগে হাইছনা অন্তর্ধান হেক ওইথিবা কান্দা কার্ত্তা মাহারাজবু মিকপ থংবাভ হেক পাংছনা ৺শ্রীগোবিন্দ বু আকাউবা লৈতানা নিংছনা অঃ অঃ খোংনা কপতুনা তেংথা খোজেন থোকনা কপই। অন্থকপা

---

পতিতপাবন—তোল্লবরু কনবিবা। নিরূপন— জিংথংপা; কস্তুর— সুন্দর। কৌস্তভ—কৌস্তভ মণি। ভাবমুখ - কাইনা চীং। অন্তর্ধান—...

মাহারাজগী তেংথা খোনজেন তাবদা ইবেম্মাসিং আনিমকনা চিংথা থোগন লাংগন পুমনামকনা হিঃ মাহারাজনা ওসি তৌথকতানা কপ্পা সিদী করিনো হাইদুনা হংকৎপগা শ্রীমাহারাজনা মানাইসিং পুমনামকপু য়েংদুনা হাইরকই। তাউ ইতাইরেমসা ওাসী ঐগি ইমংদা শ্রীগোবিন্দ লেংলকদানা কৃপা তৌবিরমমে রারাগম্বু মৈতৈ ইরৈপাক্তা চৎলাসি ইচা মধুচন্দ্রনাচিংবা লৈপাক মিয়াম পুমনামকস্মু কৃষ্ণগি কৃপাদগি উনাবা ফংনাগলি হাইবা মাহাঃ রাজগী রা হেক তাবদা য়াম হারাউনারে। আসমদদী মৈতৈ নিংথৌ লাকলে হাইদুনা ঐরা তেঙ্গল পুমনামক্কা লোইলাদুনা মোইরাং খেলৈনংনাং তেলহৈবাস্মু ওরা মারৈপাকতানা চেনখ্রে। শ্রীগোবিন্দগী কৃপা হেক ফংলবাকান্দা মণিপুর লৈপাক পুমনামক-স্মং মুংওাইনা পাল্লে। আদু মাতুংদা খাসমদা শ্রীকার্ত্তা মাহারাজনা ওসিদী তাইরেমছা ঐখোয় পুমন মক পোইরৈ ইরৈপাক্তা থোক-লাসি মরম মাদুনা ইমা ইপা সক্তুনা ঐখোইবু য়োকপী থাক-পীরিবা স্বর্গ.দব নি থোদা চৎতুনা তাকউবো হাইবা স্নায়াথং ওাবদা মনাইসিং চংখিদুনা তেখাউ নিংথৌদা হাইরম্নই। আদুসা তেখাউ নিংথৌনা য়াম ফারে হাইদুনা তেখাউ মিয়াম পুমনামক্কা খংহন-দুনা মানা মানা ওশা সন্দেশ পুবকতনা অপরাধ পুমনামক ওাকপীমু রারাউবিগাস্মু হাইদুনা কার্ত্তা মহারাজগী চরন্দা আচা আথক আরাংপা লৈত্তমা কংতুনা তেখাউ লৈপাকী কুলি কায়াবু থিনহনদুনা তেখাউ নিংথৌনা চিংথা লৈপাক পুমনামক থুরুমজে। আদুমাতুং কার্ত্তা মাহারাজ খৌজান মাইওন সিনবি রমদুনা মণিপুর ওাম্মা যাত্রা চৌথরকদুনে খুঙের। আদুমাতুং মৈতৈ পোইরৈ আপুনবা চংসুদুনা মহারাজগী চরন্দা সন্দেশ আহাউ

---

আপরাধ—অপরাধ চৎজবা।

আথুম কৎতুনা হাইজে। ইবুংঙ নংনা নানাই ঐখোই পুমনা-মকপু হানগী শুমনা য়োকউ হাইনা থুরুমজ। আতুমাতুংদা মোইরাং নিংথৌ খেলৈস্নুংনাং তেনহৈবাদী কদা চৎপ্রে হাইনা হংবাদা আমা তামা চেনপ্রে হাইনা থুম্মী। আতুহেক তাবদা ইতাইরেমছাং। নখোই আথৈবা কায়া চৎতুনা তালু গাইবা তাবদা শ্রীসালা খুওমসিংনা চিংহুনা জামিকোংকাই পুতুনা ন তান লক্‌পদা ময়ে তুমু ঔবা থুম্দা মধুচন্দ্র লাবণ্যচন্দ্র আনিমক খেলৈনংনাং তেলহৈবগা কং-হুনা খেলৈসংনাং তেলহৈবাবু মাফম আতুদা য়াইসি মাথয়াই মাংহনলমলগ মধুচন্দ্রগা লাবণ্যচন্দ্রগা লোইননা মণিপুর লৈকাই পুংদা থংয়ে। আতুমাতুংদা লৈপাক পুকনিং তপনা ফুংঙাইনা পালি।

## গোবিন্দ নিরূপন তৌবা পল্লপ।

আতুদাগী শ্রীকার্ত্ত মাহারাজনা মণিপুরগী ব্রাহ্মণ রতন আওম আথৌ পুমনামকপু কৌথংহুনা দরবার তৌই। আতুদা মাহারাজনা হাই ঐন সেপ্পী তেথাউ লৈপাক্তা লৈস্নিঙৈদা শ্রীগো-বিন্দনা মণিপুর পোইরে নায়েপাক্ত লৈরমগে নংনা ঐবু কাউদনা নিরূপনতৌ হাইরম্মী। মরম আতুনা গোবিন্দ নিরূপন তৌবা থোকলে শ্রীগোবিন্দনা লৈরম গাদবা মাফমদী ভাবমুখঃ কৌবা গিড়িচিংদা ঐ লৈরমগে হাইখি মরম আতুনা দি থংদে ব্রাহ্মণ রতননা চিংগা পণ্ডিত পাঞ্জিগসা নখইা খংভিগনি। আতুবু ঐঙোন্দা তাংউ হাইবা মাহারাজগী রা তাবদা লৈপাক কানায় থংডি হাইজাবা বান্দা পণ্ডিতসিং পুমনামকনা থুম্মী ননাই ঐখোইদি ভাবমুখ কৌবাচিংদী খদে হাইনা থুম্মী। আতু তারাবদা কারে আতু ওইরাবাদী লপাক মিগাম পুমনামক চংহুনা থিয়ু হাইহুনা হেক থিনাবা নোংমাইজিংগী মাখাথংবা চিমাইদা

# খম্বা থোইবিগি ৱারিনি

( ১৮৯৯ ইংদা ছাপা তৌদুনা ফোঙখ্রবা )

শ্রীহাওদৈজাম্বা চৈতন্য সিংহ

# ওয়াহৌদোক।

চিংঙু মহাদেব ১স্নুং পার্ব্বতি ২ মকৃকি খুয়াথাবু খুৱমজে। হুমিং থাঃ ২ মকৃকি খুয়া থাবু খুৱমজে. মৈ, ইসিং মুংসিং ৩ মকপু খুৱমজে। লৈপাক নিংথৌ, লৈ নোংথৌ, অসি খিবিকপু খুৱমজে। ১স্নুং চিংঙু থাজিংবু স্নুং খুবাং ১০ তবা লোনহুনা খুৱমজে।

খম্বা থোইবি হাইবা ইবুংঙো ইবেম্মা ২ অসি মোইৱাং লৈপাক হাইবা লম অসিদা পোকই। মংথাই ২ অসিগি লিল্লা অসি কোৱবেক অসিদা ইরি। মোইৱাং হাইবা লৈবাক অসিদি মণিপুর স্না কোম্নুংদগী থাঃ মোইৱাং লাইচি মাইগৈ পাংবা রমদা খুন তাই। স্না কোম্নুংদগি মোইৱাং লৈপাক ফাওব অসি মাইল ২৮ থাপইঃ। হুজিক ফাওবা মোইৱাং হাইবা লৈপাক অসিদি থাংজিং লাইগী লাইসং লৈরি। লাইসং অহু নোংমাইজি খুদিংদা থাংজিং হাইবা লাই অহু লাংলি। মণিপুর লৈপাক অকোইবা দক্ষী লৈসাবি পাথং মথোক কারকপা হম্নুবা হন্নুবি অসিনা নোংমাইজিং হুমিং অসিগী হুমিংতা থাংজিং লাই খুৱম্বা চৎনৈ। তাংজিং লাইগী লাইসংগি ফল্লাংদা খম্বা থোইবি ১স্নুং মোইৱাং নিংথৌনা চিংবা মোইৱাং অওম্বা পুম্নাংকৃকী মূর্ত্তি মসকপু য়েকতনা হুজিক ফাওবা লৈরি। ১স্নুং খম্বনা সেংলম্বা নিংথম চিলম্বা সমজিন অসি পুম্নামক অসিস্নুং থোইবিনা সেংলাম্বা ইল্লম্বা ফানেক ইনফি অসিনাচিংবা পুমনামক মোইৱাং লৈপাককি ঙাংখা লওয়াইদা হুজিক ফাওবা লৈরি। ননাই ঐনা উম্না পংচিংসিনো তামহুনা তাজবদি খম্বা থোইবিগী লিল্লা অসি চহি ৪০০ ফামরি মরুম গুরে হাইহুনা ঙাংনৈ। অরেপ্পা চহি অম্লুক স্নুরে হাইবা ঙমদে। খম্বা থোইবিগী কোৱবেক লাইরিক ওস্ন চহি থারমদে।

খম্বা খোইবিগী কোরবেকতদি খম্বা থোইবি অসিনা সিবা মরমখি থারমদে। ননাই ঐনা উজা শ্রীলাইস্রাবা চাওবা হানজবা, উজা শ্রীপাওম্বা উঃ। শ্রীচানম্বা হানজবা, উজা চুংখা থাওদং নিংথেমনা খলম্বা উজা শ্রীহাওমুও। মখোই সিংদা হংজবদা মসুং মখোইনা সকপদা তাজনা, খম্বা হাইবা অসিবু থোইবি হাইবি ইবেম্মা অসিনা হাংপনি হাই মরমদি কৈ ফাবা মতুং থা ও সুরবদা খম্বা অসিনা অহিং লৈকাই কে ইরুবদগি অহিং নোংয়াই মতুংদা যুমদা হললকপদা থোইবি মসিবু সতি অসেংবরা খম্বা ঐগীদমকপা লেপতনা লৈবরা হাইদুনা য়েংগে, অসুম নিংদুনা থোংদা লৈকাইগি পাখং সামানহুনা থোইবিবু ফাগি তৌরে। অদুদা থোইবিনা সাওহুনা খো হাংদে কহুনা খম্বাগি লুখুমগি টা লুখুমদাগি লৌতুনা খম্বাগি মপাকতা থিনহুনা হাংলি। থোইবিসুং ইবুঙো খম্বা সিরবনিনা ঐনা পানহুনা কদৌদগে হাইহুনা খম্ববু থিনবা টা অহুনা মতমতা থংনাইবা থিন্দুনা সিরে। হুজিক ফাওববু খম্বা থোইবিগী মোংফমনা সিংবা মখোইনা তৌরম্বা খুংতম অপুম্বা মোইরাং লমদমদা লৈরি।

মোইরাং লৈপাক লমদম অসি পুক্নিং হুনবগী লমদমনি। লোকতাক হাইবা পাং অতুগী নোংপোক থংনা মোইরাং খুন তাই। লমদম অতু অপাম নুংসি থুংন হনবা লমদমনি। পাখং লৈসাবি ওইবনা লৌনা লৈনসি হাইহুনা ঙা নরগা মোইরাং লৈপাক অসিদা নিংবা খুংলনা থাংজিং লাই খুরুমহুনা বর নিবা চংনাবসি উজিক ফাওবা চংনরিবা লমনি। মোইরাং লাই খুরুমলগা মোইরাংগি লমদম মুংশিবা যেংবা কোইনা চংহুনা অমসুং খম্বা থোইবিনা তৌরমবা খুংতম পুনমক চেংনবা লমদমনি। মণিপুর চিংনা মোইরাংদা লৈবা পাখং লৈসাবি অসিনা লৌরাই লৈরাইদমদা অমুকতং মোইরাং লৌরসঙ্গা নিংবা থুংনরিবা লমদমনি।

অশিঙবা থমা থোইবিগি ও্যাবি কোয়বেক লাইরিক অসি মণিপুর মা লৈপাককি উজা শ্রীলাইশ্রাবা চাওবা হনজবা সেগা লম্বি লৈরমজম লৈকাই ইম্ফালদা লৈবা, মাগি থাইনগি কোয়বেক মৈতৈ খুন্নুং অরিবনা ইবদগি সিনদোকপনি। ১মুং লাইরিক অসি খুন্নুং লোনগী ময়ম অসিনা ও্যা থবা থৈনৈ। অচুনা লাইরিক অসি পাবিবা ওয় সিংনা তাথি ও্যা ওইবিগনু হাইহনা খুবা থাদা খুবাং ১০মক লোনচুনা খুরুমজে। ১মুং মণিপুরগি মোইরাং থাংজিং লৈপাক্কি থমা থোইবিগি লিয়া অসি হয়েং ছুং ফাওবা খুৎতনবা ইবুংঙো শ্রীল শ্রীযুক্ত এ পোর্টিয়াস আই সিঃ এস সাহেব বাহাদুর মণিপুর মা লৈপাক্কী অহানবা পোলিটিকেল এজেণ্ট ১মুং সুপারিণ্টেণ্ডেণ্ট ওইরমা, গুংাশ হৈবা মপুনা লাইরিক অসি ছাপা তৌহল্লি। ইতি সন ১৩০৬ বাঙ্গালা।

খাইগি চরণথাগি নাই
ওইজরিবা
শ্রীহাওদৈজাম্বা চৈতন্যসিং
সেগা লম্বি লৈমজম লৈকাই
ইম্ফাল
মণিপুর।

## নিঘণ্টক।

# খম্বা থোইবিগী য়ারিনি।

খম্বা হায়বা অসিদি মহাদেবগী লাংঙোননি।

থোইবি হায়বি ইবেম্মা অসিদি পারবতীগী লাংঙোননি। অমসুং কোংয়াম্বা অসিদি তরং খোইনুজা হায়বা অসিগী লাংঙোননি।

মতম অহুমগী কেগে মোইরাং থাংজিং লৈপাকতা পুরিক লাই হায়বা অসিনা নিংথৌ ওই। মহাকদি তরা মঙা লোল্লি। অমসুং মচাদি মুপি নিপা অমাতম্ম পোকতে। অমসুং মনাও চিংথুবনা ববরাজ্ঞ ওই। মহু তরামাথোই লোললি। মহু অহম্বা মচা ইবেম্মা থোইবি পোকই। অমসুং মথকতা মচেম সাংতে মথাদা মনাও কুইদে। মতোমতা পোকপিনি।

অমসুং খম্বা হায়বা অসিগী মপাম্বু পুরেম্বা কৌই। পুরেম্বা হায়বা অসিগী মপা পোকপা মপুদি খুমললি মমিংদি হাউরম নিংগোই য়াইমবা কৌই। মমামা অহনদি হাউরম অহম কৌই। মনাওনিপা অতোম্বদি লাউরম তোন লৌথিবা হায়না কৌই। অমসুং মনাওনিপা হাউরম তোনগা মমামা অহনগা অনিমকতি খুমনদা লৈহৌই। য়ারংদি মথংদা ইজরককে।

অমসুং মনাও য়াইমবা অসিদি মোইরাংদা চেল্লকই। মোইরাংনা চরোংপু পুইদিং কৌই। পুইদিং মরকতা মযুম মাই অহুগিদমক য়ুমাকতি পুইদিংজম কৌই অমসুং পুইদিংঙাম্বা অসিনা মোইরাং নিঙেঙাল অগা লৌই। মোইরাং নিঙেঙাল অহুনা মচা নিপা পারেনবা হায়না কৌবা অমা পোকই। য়ুমনাকতি য়ুরেনজমনি। পারেমবা অসিনা পুরেনবা পোকএ য়ুমনাকতি

পুথ্রেম কৌই। মতুংদি ঙাংথারৈমা কৌই, ঙাংথারৈমা অসিনা মচেম থমম্নুগা থম্বাগা অনি পোকই।

থম্বা পোকপা থা অহুম শুরকপদা মপা পুরেনবা সিগদোরে। পুরেনবনা সিরমদাইদা মতাউ নোংথোনবা নোংবান চাউ রগী মতা নিপা কৈরোইজাম্বদা মচা নুপি থমম্নুবু পিরম্মি। অহুগি মতুংদা মপা পুরেনবা সিরে। অহুগি মতুংদা থা মথাই অমা লৈরগা মম্মা ঙাংথারৈমা সিরে। থম্বা অসিবু মচেম থমম্নুনা চাক-নিহুনা য়োকই। থম্বানা চাউরকহুনা পাথং কাররুবদা, চিঙখুবনা পোকপা মচাইবেম্মা থোইবি লৈসাবী কারকলে। অহুদা মপল ইবুংঙো মোইরাং নিংথৌগী মতু লৈমারোন মাপনবু কাং শামসি হোয়ে অহুদা মি পুমনমককি মপুকতা থাংজিং লাইনা চংলুরহুনা লীলা অসি থোকহনগে হাইহুনা হোরকলে। অহুদা লৈমারোন মাপানম্নু ফয়ে ইবেম্মা হাইহুনা য়াম্না হারাওরে।

ইমোম লাংলেম ইবেম্মা হয়েংদি লোইজা নিঙেঙাম্নাকপা মহোনসিংগি মাঙোলদা সাম্নসি হাইথি অহুদগি নোংঙাম্নপা মাগি মাগি পোৎলোই লৈজবা অহু লেৎতনা কাং সাননৈ। সাম্নবা অহু লোইরপা নিংঙোল ঐথোই লেমলৈ ঙা চানসি হাইহুনা ঙাংনৈ। অহুদা ফয়ে চাম্নসি হাইহুনা অহুদগি মপল ইবুংঙো মোইরাং নিংথৌগি কোম্নুং তাম্না কাররে মহ্মান ইবেম্মা ইন্দ্রানী থোয়াদা রাহংগৎলে। রা অহু ওইরবদি ফয়ে হাইহুনা, মপল ইবুংঙো মোইরাং নিংথৌদম্নু রা অহু হংগৎলে। মচা থোইবিবু য়াম্না চানবা ময়মনা মোইরাং নিংথৌনা ইদাইরেম ঙাক্লংহনবা কৌসিনহুনা হাই হয়েংদি লৈমারোন মাপল-মকনা ঙা চানগে হাইবা অসি, লোকতাক পাংসা মাপনমকতগি ঙা য়াম্না লৈবা চামকুনগ্রা থনহুনা পিয়ু হয়েং নোংঙাম্নবদি ইজা

সিজা খোইবিনা চিংহুনা লৈমারোন মপনমক্তা লেইনহুনা, লেমলৈ ঙারাং তানবা কুমগনি।

অহুনা মোইয়াং নিপা তরাহুমথোইমক পাংঙা কুমফরোই হাইহুনা পাউ চেনথোকউ হাইহুনা, ম্নায়াপ্ং ঙাক্ংহনবদা হাই-দোকলে। অহুকতা ঙাক্ংহনবনা যগনি হাইহুন য়াথি। ঙা য়াম্না লৈপা পাংতি ঙারম কোমজিন হাইবা ঙসিনি হাইহুনা, লৈমারোন মাপনমকপু অসিদা ইলচিংঙু হাইথি।

অহুদগি নোংঙাল্লে হাইরগা, লৈমারোন মাপলমক তম্না চয়োম চাহুনা ম্লংশি নিংথেমম্নুবী য়ামক লেইনহুনা অমম্নুং কৈদা নিপা মরিনা চিংহুনা তুরল্লুগি খোংবানগ ৱাকয়ৈ হি তোং-লে। খুমু লৌখং তৌইরে। অহুদগি সেনত্রা ইরাইকোন ম্নেংলোমদা লৈহৌরে, হুইবিদাক পাউরেম কোন কান্ন চোংলে। অহুদগি ঙারম কোমজিন য়োরহুনা মাগি মাগি ইলচিংলে।

লৈমরোন মাপলম্নুং ইলচিংহুনা শৈরি। মোইরাং তম্বাক-ম্নমদগিম্নুং মমোম ঙাংঙোই মচাইবেম্না সিঙ্গা খোইবিনা, মনাই সেম্নু অচানবিগা লোইনহুনা লৈরেন কানক নিংথিবি সেংলে ম্না-খুজিনা খুজেং অনিমকতা ঙাললে। ম্নাগী কিয়াং শিকফাংনা থবাক লিকসি লমঙাম্নাই পুগান মংগল খোই তাবনা ইং-ম্নাগি কথোম ওই। পাইথুরা লমথাং মনাবি চরৈ বা খাঙজেং মচিলাক মনাই সেনম্নু অগাবি হলফুই াইন ইলচিংলুকতা হাপহুনা পুরে। অহুগা হ গেল মতোম চাং তৈবা পৌরা মতোন কোন তোপপাম্নুং য়াওরে। মমা ইবেম্মানা নপু ননাইতা চংকেন্না হাইহুনা হংঙি, মপা ইবুংঙা চিঙখুবনম্নুং হংঙি ইমোম লাংলেন ইবেম্মা কম্নাগা চংগদগে হাইবদা মচাসিজ্জা ইবেম্মা খোইবিনা খুমই তমুম সেম্নু ইপু ইনাইতা মচংকে হাই। অহুকতা মগা ইবুংঙোগা মম্মা ইবেমাগনা য়াম্না কৈ ইবেম্মা তাই।

অহুদগি মপু মনাইস্ন অচা অথক য়াম্না পুহুনা চৎথোকলকলে। মমাই সেন্মনা মাঙদা থাদনা ইবেন্মা থোইবিনা তুংদা চৎলি। অউন কৈথেল মচিন য়োরকলে অমম্সুং মংখোই লৈমায়োন মাপন-মকনা কাং সাম্বা হৌবা হুমিং অহুদগি হৌদনা থাংজিং লাইনা লৌলা অসি থোকহনগে হাইহুনা খম্বাগি মপুকতা চঙ-হুনা মচেম খমম্নুদা হাই। ইচেমনা লৈকাইদা তরা চাকনিদনা থাকপা অসি ইচেম য়ামনা রারে। মরম অসিনা চিঙদা কাহুনা সিঙ চল্লুগে হাই। অহুকতা মচেম খমম্নুনা ইবুংঙো সিঙ চললুগনু হাইদনা থাম্মি।

খম্বা য়াদহুনা সিঙ চললুগে হাইদনা থাংজো লেংথোংননা চৎলকহুনা পাংজিংগি চিঙথাঙ য়োরে পালেন উজাও মতোন-দগি তারকপা. সিঙজা অকঙবা পুমদা পুমদা লৈরিবাহু মপুন সাহুনা পুনসিল্লগা কোকথোং চাওনা সেমহুনা পুরকই। মচেম খমম্নুগি মমাঙদা থারে।

অহুদা মচেমনা হাই, ইবুংঙো য়াম্না পুরক্ইদা কদৌদনা অম্সুপ য়াম্না পুরকপগে থবাক লুরক খুদিংদা ইমু তোংজাং পল্ল-গনি অনা লাইমন ওইনরগনি হাইবদা মপা অতোন খম্বানা খুম্মি। লাইয়া অতোন তাবনি. খংখু অয়েংচেংবগী ইচেমনা লৈকাই খুদিং তরাচাকনিবা তোকননবা হাইহুনা পুরকপা সিঙমি, হয়েং নোংজলা ইচেমনা অউন কৈথেলদা পুথংতনা য়োল্লু হাইনা খুম্মি।

অহুনা মচেম খমম্নুনা ঙম্মা সিঙ অহু খর পুজহুনা, চাকচমাও অউন কৈথেলদা য়োল্লি। অহুদা কৈথেল কাবি ময়ামসিংনা হাই। মোইরাং নুজ লাইরবী নঙগি সিঙজা লুথোংপোং অসিদি পামেন উপুম ঙাকতগি চাকওইদবা সিঙনি হাইহুনা, তরং মমল হাদরে কমাম্সুং লৈবিদরে মোইরাং কৈথেল কারিবা অহুদি খুমগদৌ-রক্লে। মচেম খম্মুনা রাবদি মপা অতোন খম্ববু, হুমিং খুদিংগী

চাকনিহুনা পিজে ঙসিদি চাকমুনিহৌদরে অসি য়োনবমু সিংঙরে, ইপ্‌্রাদি চাক য়ামনা লামগন্‌বনিনা লামলম্‌লনি হাইহুনা লমথাং কিয় খুমহুনা কপহুনা লৈরিঙেদা, খোইবিনা উরয়হুনা মনাই সেয়্‌দা, কপহুনা লৈরিবা অসিবু ঐখোইগি মোইরাং খুন্নকতা চাক্‌নিবি চংপি অহু নংতরা হাইহুনা হংঙি।

মনাই সেয়্‌না মামি ইবেম্মা হাইহুনা খুম্মি। অহুদা খোইবিনা হাই, মাসিবু মসক মত্তৌ য়েংবদা মিচম মচ্চা মানদে। খোঙজোম তুরৈ সেংঙি তুখোঙ য়ামনা লংঙি। চাকচা য়ামনা ঙৌথিমাল্লে। মসক মত্তৌ য়ামনা ফজে ঐনা মাসিবু য়ামনা হুংসি কৌয় হাইহুনা, মনাই সেয়্‌না চংতনা খমহুগি মকমদা হাইরই।

মোইরাং হুজা লাইরবী সিঙজা য়োনবি মংনা কপহুনা লৈরিববু করিগিনো. মচ্চাসিজা ইবেম্মানা নঙবু কৌরি লাও হাইহুনা হাইরবা, সেয়্‌গি মরা অহু তাবদা খমহুনা, মচ্চা মজা ইবেম্মাগি মকমদা হুংসাথিনা অকিবগা লোইনহুনা চকলকই।

খমহুনা মখুং অনি লোয়রহুনা খুরুম্মি। ইবেম্মনা নমাই ঐবু কৌবিবদি করি য়াগিনো হাইহুনা বা হংগংলি। খমহুগি মরা অহু তারবদা, মচ্চা ইবেম্মা খোইবিনা হুংশিবিরহুনা, মোইরাং হুজা লাইরবী নঙনা সিঙজা য়োনহুন কপতনা লৈরিববু করিননো হাইহুনা হংঙি।

অহুদা খমহুনা খুম্মি, ইবেম্মা ননাইনা য়াইরবা মরমনা সিঙজা য়োল্লিবনি। অসি য়োনহুনা ইপ্‌্রা য়োকলি, অমসুং ইপা ইমাসু লৈকদরে ইপ্‌্রা অপিসক অমা লৈহৌরিবা অহুসু চাক য়ামনা লামলমলগনি সিঙজা অসি য়োল্লগা অচা অথক লৈহুনা পুথরগা খোংহুনা পিজরগদবনি। সিঙজা অসি সিংঙবনা কপলিবনি হাইবা, খমহুগি মরা অহু তারবদা মচ্চা ইবেম্মা

থোইবিনা মোইরাং মুজা লাইরবী নওদি অচা অথক অসি পুম্না নপ্‌া অমা লৈহৌই হাইবা অহুদা পিজরু।

নওদি ঐগা ইতা সান্নসি ওসি নওদি ঐগি হিনাউ সাউ চামা থকমিন্নসি, নপ্‌াগি অচা অথক থিল্লুরগা তন্না হল্লকউ। হাইহুনা থম্বাগি চানবা থাইদোকপিহুনা, মচেম থমন্নুনা মপ্‌াগিদমক থিল্লকলে।

অহুকতা মচেম থমন্নুনা মপ্‌া থম্বদা লাউমেল্লম্মি, ইবুংঙো ইচেমবুদি নিংথৌ মচা থোইবিনা ওসিদগি হৌহুনা ইতাসান্নসি ঐগি ইলচিংবা চংপাদসু হিনাউ সাউ হাইরে, ইচেমদি তন্না হল্লকনি ইবেম্মনা পিরকপা অচা অথক অসি চারহুনা লৈরম্মু, থোওকাপ অমতা চংথোককমু, মোইরাং য়েকনা কল্লক য়াম্মি, অমসুং পাং অসিদা নিপা অমতা কুমগমু হাইহুনা স্নায়াথং পাউ চেল্লি। ইচেমনা লৈবা মফমদা থক লাক্কমু হাইবদা, কৈ হাইদনা লৈহৌই।

থমন্নুদি থোইবিগি মফম তান্না হল্লকলে। থোইবিগা মনাই সেম্ন্‌গা মখোই অহুম্মক লোইনহুনা ইলচিংবা কুমলকলে। তুরেল্লগি থোওবান য়ৌরগা থোইবিনা তোংনবা রাকয়ে হি লৈরম্মে, মনাই সেম্ন্‌না পুরকলিবা পোং অহু হিন্নুংদা হাপচিল্লে, অহুদগি থমন্নুনা হিনাও সাই। থোইবিনা হিয়াইদা ফমম্মি, সেম্ন্‌গা মখোই অহুমমক রাকয়েহি তোংলকলে থুমুনৌথং তোইরে লৈমারোন মাপনমকনা হোনখিবা হিরম অহু কাইদনা হোল্লকই। ইবেম্মনা ফজবদি লাইজা ইয়াই লৈম্‌না, লোকতাক মুমৌ ওান-ওম্মি। ইলজিংফম তান্না ওালফুং ২ ফাউরকলে, ওারম কোনজিন অহু মকতা থোইবিগি ইলজিংফম ওই। ইলচিংবদা লেমলৈ ওা যান্না ফারে। অসোমদা য়ুমদা লৈহৌরিবা থম্বদা, থোইবিনা পিরকতনা মচেম থমন্নুনা থিলম্বা অচা অথক অহু চারুবদা,

চাক ইসি অহুগি মহাও অগুনা মচ্চা ইবেম্মা থোইবিবু কাওবা ইয়া য়াদরে।

থোইবিগি মসক উনিংবনা থম্বা হিপ্‌পা চাবা য়াদরে। মচ্চা ইবেম্মা থোইবিগি মসক অসি চৎতনা উরূরগে হাইদুনা, থম্বনা নিপা পুকচেল অরেপ্পা ইল্লকলে। হুজিকমক চৎলবদি ইচেম থমনুনা লাকহু হায়রম্মি চৈরমগনি হাইদুনা, অকিবা থন-দনা ভাহাকতং লৈ

অহুদগি থম্বনা চৎনিংবনা মহেল্লদুনা চৎকে হাইনা নিংলদুনা মপা পুরেনবনা থনম্বা নৌচাও অহু সগাইদগি থাংথরে। অহুদগি থম্বনা ময়ুম থোংখিং পৌলমনেম্মে. অসিগি মতুংদা লাবা তোলোক মাওইননা চরৈ থাংজেৎ তাথৎলদুনা নৌরেল লেং-থোংলদুনা লোকতাক পোন্দা কুমলকলে।

তুরেল্লুগি খোংবান য়ৌরে, থম্বনা য়েংবদা হিনি হাইবা অমাতা লৈরমদরে। লাইগি নোংদমদগি মপা পুরেনবনা তোংলম্বাহি লোকতাক ফুমমথাদা লৈরিবা মি অমা থিবা থওরবা, লাঈ ওইদুনা লৈরবা হি অহু থম্ববু তোংহনগে হাইনা নিংলকলদুনা থম্বগি মমাওদা ফুং ফাউগৎলকলে।

অহুকতা থম্বানা য়াম্না হরাওদনা হিন্নুংদা লৈবা ইসিং অহু কংনা সিংতোকলদুনা, থম্বনা হিরূ তেংমাই মথকতা তোংদনা কুমলকলে। রাকয়ৈ হিনা খোঙওইনরকলে, তেংজেং পাল্লোই-নরকলে থোইবিনা লৈবা ভারম কোমজিন য়ৌরকলে: অহুকতা থোইবিনা হিরূ তেংমাই মথকতা ইলচিংদুনা লৈরম্বদি. তোপ-সাৎনবা থম্বালগুম্মি। কজেদা! থোইবিগি মসক হেক উবদা, থম্বগি মপুকতা থুক থুক লাউই।

থোইবিম্ভু থম্বগি মসক হেক উবদা, থংগেং থৎদা হংগেল

পোরা মখুৎতা পাইরম্বাহ্ তোপ থাদখি। খঙহৌদনা মচেম খমন্নুম্ন মপ্,া খম্ববু হেক উবদা লুংসাথিবনা সরাই পাখৎলি।

অহ্নদগি থোইবিনা মচেম খমন্নুদা হংঙি ইতা লাইরবী নপ্,া অমা লৈ হাইবহ্ অসিরা। অহ্নকতা খমম্নুনা খুম্মি মানি ইবেম্মা। মা অহ্ তাবদা থোইবিনা নিংখি, মাসিমকতগি মনাই ওইরগে সতি পুকনিং অনি লোত্তঙরোই হাইনা হুপি পুকচেল পন্দোল লোমনা নিঙথম্মে।

খম্বনম্ন থোইবি অসি লৌত্রিবা মথৈ ঐনা অমুক সিবা কিন্নরোই হাইত্নুনা, নিপা পুকচেল অথেংবা য়োনা নিঙম্রে। অহ্নকতগি থোইবিনা খম্ববু কৌহনা হাই। ইপল ইবুংঙো মোইরাং নিংথৌগি ম্নাম্নাথং নিপা অমতং ওসিগি হুমিৎতা পাং অসিগি মন্নুংদ কুমফরোই হাইহ্নুনা পাউ চেনপ্রবনিনা, মিনা উরগা ফজরোই হাইত্নুন' ঙা খরদং পুহ্নুনা কাবিখরো হাইরকই। মা অহ্ তাবদা খম্বাম্ন মপুকনিংদা য়ামনা হারাওরহ্নুনা, থোইবিনা পিবা ঙা খরদং পুরহ্নুনা কারকপা খম্বম্ন ময়ুমদা থুংলে। মপুক য়াম্না লুংঙাইরে পাংতা লৈহৌরিবা থোইবি অহ্, খম্বাবু উত্রবদা মথন্নাই য়াম্না য়া:য়। লৈব' ঙমদরহ্নুনা মম্মাহন লৈমারোন মাপনমকম্ন কারসি হাইনা হৌহ্নুনা কামম্নরকলে।

ময়ুম ময়ুমদা থুংলরে, খমন্নুম্ন ময়ুমদা থুংলে। থোইবিম্ন মনাই সেম্ন্,গা লোইনহ্নুনা ময়ুমদা থুংলে। অহিং অহ্ লেম্নে নোংঙাল্লবদা লোইজা নিঙেঙাল্লাকপগি ময়ুমদা লেমলৈ ঙা চাননি হাইহ্নুনা, ঙমনা মহৈ মহৈ য়োররে।

চাক চাগদবগি মতম ওইরকলবদা, থোইবিনা খম্বগি ময়ুমদা চংত্নুনা খম্ববু উনানিঙবা মরমনা মরৈ তৌহ্নুনা হাইরকই ইমাহনসিং লৈমারোন মাপনমকনা চিংবা, ঐবু ঙাইবিরম্নগম্ন তম্না চারো। অমুম সেম্ন, নংগা মোইরাং লাইরবী ইজা নঙম্ন য়াওহৌরো।

ঐদি ইমাবোক্তিদমক অচা অথক পুন্নমক স্থনা হাপত্থনা পুন্থনা থিল্লুথিগনি হাইসিল্লরগা, অচা অথক পুন্নমক স্থনা পুখম অচৌবা অমদা হাপসিল্লগা, খম্বগিদমক ময়ুম তাম্না থিল্লকলে।

খম্বনা মচ্চা ইবেম্মাবু হেক উবদা, হয়াও হরাওনা ইবেম্মবা পুরকইবদি করিনো হাইদনা হংন্তি। অথুকতা মচ্চা ইবেম্মা থোইবিনা ইমুং চংলগা খুম্মি। ইবুংঙোসিদমকনি হাইহুনা অচা অথক থরা পুজরকলিবনি হাই। রা অহু তাবদা খম্বনা হাই, ছিং ইবেম্মা নঙদি নিংথৌগি মচ্চানি ঐগুম্বগিদমকপু অচা অথক পুরকইবা অসিদি ঐদি কনা কিজেনা।

অথুকতা থোইবিনা খুম্মি, অসিগুম্বদা হাইদবস্থ ঐগি ইমা পুন্নমক অসিস্থ ইবুংঙো নহাকি ননাই ওইগে নিঙথ্রবনি অসিদস্থ নংতে ঐনা নিংজরিবদি মপোক মপোক খুদিঙ মপোক লাংঙোম তরেংলক্কি মহৈদি. ননাই ওইগে নিঙথ্রবিনি রা অনি হাইরোই পুকনিং অনি লোংথ্ররোই। মিংয়েং অনি য়েংথ্ররোই হাইনা রাসকথ্রবি ননাওনি সত্তি রাসক কাইরয়োই হাইবা থোইবিগি রা অসি তাবদা খম্বস্থ মপুকনিঙ য়ামনা হুংঙাইরহুনা ইবেম্মনা মিংবা অহুমকতগি ঐনা খর হেনজিম্না নিংহুনা লৈরম্মি ইবেম্মা হাইহুনা অস্থমতৌনা লৌগে লৈগে হাইদনা রাসকনয়ে।

মালেম লৈনা খঙসস্থ, কোরৌহুংনা তারসস্থ, হুমিংনা রাজা খঙহৌরসস্থ, অস্থম হাইহুনা মথোই অনিমকনা রাসকনরে অহুদগি থোইবিস্থ হল্লগে ইবুংঙো হাইরমলগা লাকহুনা মশ্মানসিংনা চাক চানবা মফম তাম্না হল্লকলহুনা থোইবিস্থ তরা চাবা লোইরে।

অহুদগি মশ্মান লৈমারোন মাপনমকস্থ কোহুং তান্ন হনথরে। থোইবিনা চিংহুনা খমস্থগা সেল্ল,গস্থ হল্লকলে। মনাই সেল্ল,না মাঙদা চংলি, খমহুনা নোংয়াই চস্থবুঃ থোইবিনা খুজেং পাইহুনা

লম্বিদা চংলকপগা থোইবিনা য়া হাইবা হৌরকই, নংগা পোকমিন্নবা নপ্‌া অম্মুপ চাওরবদি ওসিগি মখেদি মিংকোকম খিনরসি হাইবদা, থমম্নুনা ফৈ ইবেম্মা হাইদনা খুম্মি। অতুকতা থোইবিনা হাইরকই, নংথোই খুমলগা ঐথোই মোইরাংগদি ইচল ইনিং থোকই। ওসিগীমখে ঐনা ইনম্মা কৌরগনি হাইরকই। য়া অহু তাবদা থমম্নুস্সু, মসি ইপ্‌াদা লৈরগে হাইরমাল্লে হাইনা মপুকতা খওলহুনা ফরে ইবেম্মা, ইনম্মা কৌরো হাইদনা য়াল্লে। অহুদগি ইনম্মা কৌহুনা থমহুগা লোইনহুনা ইনম্মা নওথোইগি য়ুমস্সু ওসিগি হুমিংতা মখওহৌরগে হাইসিন্নহুনা, থম্বাগি য়ুমদা থুংলরে।

অহুকতা থোইবিনা ইনম্মা হুজিক্কী মখেদি মোইরাং খুলকতা চংহুনা তন্না চাকনিবা তোকলো, নপ্‌অতোনগা নবিওনি চাবা ওকনবা অচা অথক পুম্নমক রাংতনবা ঐনা পিরক্কনি হাইহুনা য়া পুম্নমক ওাংনরগ থোইবিস্সু মনাই সেম্নগা লোইনহুনা ময়ুমদা হল্লকলে। অহুদগি হৌহুনা, থমহুগা থম্বগা অনিমকী চাবা থকপা রাংতনা *পিহুনা য়োকলে অসিগি* মতুংদা লোইদম থাবুং ওল্লকপদা, মোইরাং খুনথক খুনথা অনিমক, থম্বনা লৈবা মনিং-চেওপৈ পাংলেন অহুদা কাংজৈ সান্নে। খুনথাগি পন্নাদি কোং-য়াম্বনা চিংডি। খুনথকী পন্নাদি নামোই থম্বনাচিংডি। কাংজৈ সান্নবগি মনিন অহু তাবদা নোংয়াই অতোন থম্বস্সু কাংজৈ য়াওনিংবা চংনিংবানা য়ুমদা কম্বা ওমদরে। অহুকতা মচেম থমম্নুনা চংকহু ইবুংঙো হাইদনা থাম্মি, নংদি কেগে য়েক্নবা য়াম্মি। মোইরাংনা কল্লকপা য়াম্মি নংগি মরুপ মপাংস্সু লৈতে নচিন ননাওস্সু অমতা লৈতে চংকহু, ইচেমদি থোন্নি কৈথেল কান্নগে নও য়ুম সংলম্মু হাইরমহুনা, মচেম থমহুদি কৈথেল কান্নে।

খম্বদি মচেমনা কৈথেল কাপ্রিডৈদা কাংজৈ ওহাকতং য়েংগে চৎখোকলকলে। কাংজৈবং মপানদা খম্বা মতোম্মকতা লেপতনা য়েংই। মে ইরাং মি'াম পুন্ন ক' 'া'নৈ কাংজৈবুং ৱাংমদা মতোমতা লেপলিব 'নপা 'মি 'মণই মিতৌ য়াম্না ফজেদা। কনা ওইরিগবা হাইদুনা ৱাংনৈ, অদুদগি মোইরাং নিংথৌগি মনাও চিঙথুবা যুবরাজনা কংলা কারকপদা খম্ববু উরদনা, মনাই মৱা'মসিংদা হংলকই। অসিদা লেপ্লিবা নিপা অসি কনানো খওরা হাইদুনা হংঙি, মনাইসিংনা থংদে হাইদুনা খুম্মি।

অদু ওইরবদি কৌৱা হাইদনা কৌহল্লুরে, খম্বনা চংলকতনা ননাই ঐবু কৌবদু করিগিনো হাইদনা খুৱমমি খম্বাগি মসক উবদা চিঙথুবনা ৱাম্না মুংসি। তম্মুম নওবু কনানো, নপা কনানা নমা কনানা পোকপনো হাইদনা হংঙি। খম্বনা মখুৎ লোম্নদুনা হংগৎলি ননাই ঐদি ইমা ৱাংথৱৈমানা পোকপনি, ইপাদি পুরেনবা কৌই। ইমা ইপাদি লৈ'ে। ইচেম থমম্ন কৌবি খমতং লৈজৈ অদুনা য়োকতনা চাওরকলবনি হাইনা খুম্মি।

অদু তাবদা নপাদি ইনাইনি, ঐনা সেম্বা চারনি সেম্বা লোই-খিত্রবা নপানি। ইহাকথকতা নংবু ঐনা সেম্বিরগে হাইদুনা কংলা তাম্না পুথৎল্লে। কংলাদা লৈরম্বদি ফৈরৌজাম্ববু পোকপা নোংবান চাউবা নোংথোনহগা, কেংম্বাম্ববু পোকপা থাত্রাকপগা, থাঙগ্রাকপগা, মখোই অহুমমকনা চিংদুনা অঙম্বা পুন্নমক ফমদুনা লৈরম্মি।

মতম অদুকতা চিঙথুবনা খম্বগা লোইনদুনা কারকপা কংলা য়োরে। অঙম্বা পুন্নমকতা চিঙথুবনা হংলৈ, ঐনা পুরকলিবা অঙাং অসিবু মসক খওরা হাই। অদুদা অঙম্বা পুন্নমক্না ননাই ঐখোই খওদে হাইনা খুম্মি।

অহুকতা চিঙথুবনা হাই, তয়ুম পুয়েনবনা গোকপনি, মমিংদি খম্বা কৌই হাইরবদা। নোংবান চাউবনা ঐগী মরূপ মচ্চানি হাইগুনা খম্ববু কোনদনা কপই। অওম্বা পুমনমক্কুম্মু য়ায়া চাল্লে, অহুকততগি শাঙ্গইহরাওনা অসিগি লৈরোইহগুবা হাপল্লে। খাত্রাকপগি মচ্চা কোংয়াম্ববু কৌখৎতুনা খুনখা পায়গি, লৈরোই হু হাপই। অহুকতগি লৈপাক অওম্বা পুম্নমক্কা মবিঙানিবুম্মু মাতাউ সায়হললে।

মোইরাং নিংথৌদস্মু য়া পুম্নমক হংগৎলে, নিংথৌনস্মু করে হাইহুনা য়ারে। অহুদগি মনাও ইবুংঙো চিঙথুবনা চিংবা অওম্বা পুম্নমকস্মু, ময়ুম মখুমদা কুমখরে। খম্বস্মু ময়ুম য়োরহুনা মচেম খমনুদা পাউ পুম্নমক তমজে। য়া অহু তাবদা মচেম খমগুস্মু য়ায়া হরাওরে, চিঙথুবস্মু ময়ুমদা থোইবি গোকপি মম্মাদা পাউ পুম্নমক তম্মি।

থোইবিস্মু কি সারম্বদগি পাউ অহু তাবদা, ঐগি ইবুংঙোগা খঙনবোইরে হাইনানিংলহুনা থোইবিগি মপুকতা মুংঙাইখিবনা মখুৎ-তা মুবা পাংঙদেম অহু, লৈপাকতা তাখিবা খঙহৌদে। অহুদগি থোইবিনা মনাই সেম্বুগা য়া তায়ে কোংয়াম্বদি ইনাক খুনবা নিপানি। তাল্লোই মঙা লোনবনিনা হয়েং চিঙদা কাহুনা লৈ হেকপদা, মথেন লুকোই য়ায়া পুগে হাইগনি। নবুংঙোতোনগিদি, ইনম্মা লাইরবীনিনা করিস্মু মপ, খম্ববু পুহম্নবা লৈরমমোই হাইহুনা থোইবিনা অচা অথক মথেন লুকোই য়ায়া সেমদনা, খামেন চম্বা কিহুপনা য়োম্নি কত্রবগি লংনা পুল্লি থোইরুনা চাজুম নম্মি, মনাই সেম্বুগা লোইনহুনা থোইবিনা খম্বগি ময়ুমদা থিনখরকই।

মনম্মা খম দা হাইরে, ইবুংঙোনা লৈহেকপা চৎপদা অচা অথক অসি পুহুনা চৎগলমু হাইরে। খম্বদস্মু ঐনা পুরকপা

পোৎ অসি পুত্থনা চৎলু, হাইরম্মি। ৱা অদু হাইরম্লগা, খোই-বিগা সেন্নু গা মপু মনাই লোইনত্থনা ময়ুমদা হল্লকল্লে।

অসোমদা. কোংয়াম্বগি তাল্লোই মঙমকনা মখেন লুকোই সেম্বদু পুত্থনা লৈঃ হেকপা চৎলকলে। লাংথবানগি লমলোংদা খম্ববু লাকত্রি হাইদনা ভাইদনা লৈরে। অসোমদসু খম্বগি খোই-বিনা লাঙলকপা অচা অথক মখেন লুকোই পুম্নমক অদু পুত্থনা, লৈহেকপা লাকলে। কোংয়াম্বগা উনরে। খম্ববু. কোংয়াম্বনা ইতাউ নংদি করিননো অম্লুপথেঙনা লাকপদি হাইরগা ঐগি অচা অথক অসিসু নঙনা খর পুঃ হাই।

ৱা অদু তাবদা খম্বনা ৱাম্না সাওই; করি ৱানো ইতাউ নমাসু ইমাগা মাম্নে নপানসু ইপাবু হেনদে। নংগা ঐগসু মাম্নে, নংগি নপোৎপুদি কদৌদনা পুগদ'গ হাইত্থনা খম্বনা হাই। অদুকতা কোংয়াম্বনা খুম্মি, ইতাউ ইসক ইতৌ ইরল ইথুম য়েংনবসু ঐনা হেললি। মরম অদুনা পুজম্মু হাইবনি খম্বনা পুরোই হাইদনা ৱাদে, অদুকতা কোংয়া না চৎনা চৎনা মপোৎ অদু খম্বগি মথকতা হেক হুনজিল্লি। খম্বগি মথকতা হুনজিলবা অদুদা খম্বনা পুরোই হাই।

অদুদগি খম্বনা ইতাউদি নিঙাই ৱামনা চাউইদা হাইদনা, মথকতগি পোৎ অদু লোথোকতনা হুনদোকই। কোংয়াম্বনা করিনো ইতাউ নঙনা পুরোই হাইরগা মতোকনি, লাকতনা হেক হুনদোকপদি মচুম মহাউ মখৈ ঙমনা তাপ্রগনি হাইত্থনা

হেক খুনগৎলি। অদুকতগি কোংয়াম্বনা সাউরত্থনা মপুকতা খল্লি ঙসিদি খম্বাসি খৱা নংহল্লগে হাইত্থনা কোংয়াম্ব না ৱাঙ্গা থাত্থনা হেনগৎলকই।

থাংচিঙ কৌবা চিঙ অহুগি চিঙখোঙ য়ৌরকলে. ঙৈরাং পাংবদা লোইবি হাউগা লৈ চিঙমা পাবসালৈ হাইবা লৈ অহু ইঙাং ঙাংনা সাংলম্মি, কোংয়াম্বনা খম্ববু লৈ অসি অমতন্সু হেকহললরোই হাইহুনা মপুকতা নিঙলহুনা খম্বদা হাই। লৈ সাংলিবা লম অসিগি মথেদি খুনথা ঐখোইগি লৈ হেকফমনি, অমতা হেককরোই হাইদনা কনগ্রে।

লৈ ইসাং সাংতবা মথা থংবা চিংমাই অসি, খুনথক নঙখোইগি লৈ হেকফমনি, নরাইবক্কি মতুং ইনবনি হেকচরু হাই-রমলগা। কোংয়াম্বদি সাংলিবা লৈ অহু ঙমনমক হেকতনা পোল্লাং অমা সাহুনা লাঃ রৈরগা য়াম্নকন্না নমসিলহুনা পোনমাই চেংনা তুসিনহুনা থমলগা লৈ হেকপা লোইরে হাইহুনা ঙাইহুনা লৈরে।

মতম অহুদগি খম্বনা লোকমাই অনি লান্না পামেন উচাও মরকতা কোইনা চংনা থিরকপদা, লৈনি হাইবা অমতন্সু থিবা খঙহুনা পুকনিং রানা হৱরকপদা লাঈগি নোংদমদগী য়োংবা কাবা ঙমত্রবা পামেন উচাউ অমা হৌরম্মি। মৈলৈ হাইবা লৈ অহু চরোং তন্নাতরেং সাংলম্মি, লাঈনা চানবা খম্বনা পামেন উচাও-থকতা কাহুনা লৈ অহু ঙমনা হেকলে। লৈ অহু পুদনা কুম্বা ঙমত্রদনা লৈপাকতা থাদরকই, লৈ অহু তেকনি হাইদনা লাঈ রেম্মনা তম্বাকতা য়াবি। লৈ অহু তেকপা হাইদবু, লৈময়োনদা পকপা লিকলা য়ৌনা অমতন্সু কেনদে। অহুদগিদি খম্বসু উতোন-দগি কুমলকলে. লৈ হাপনবা পোলং অমা সারে লৈহোরা রৈরহুনা লৈ অহু হাপচিল্লে, অমসু চিঙগি পোংথা মাপাল তরেন্সু শাংলমহুনা হাপচিল্লে। অহুগি তুংদা লৈসং মরোং তরেন্সু সাংলমহুনা হাপচিল্লে। মথক ইথং থংনা লৈরাই পোনমাই তুসিল্লে অহুকতাগি খম্বা মপুকনিঙ হুংঙাইরহুনা ময়ুমদা লৈহোবা থোইবিবু নিঙসিঙলকতনা খুংলঙ ইসৈহুন সকথিগে হাইহুনা খম্বনা

থোইবিবু থাহনা খুৎলঙ ইসৈ সকলকই। অদুকতনা চিঙখোঙদা লৈবা কোংয়াম্বনা সাওরহনা মপুকতা য়াম্না সাওনা লৈ। খম্বসু লৈ পুন্না চঙলকলে।

খম্ববু উরবদা কোংয়াম্বনা য়ামনা সাওনা হংঙি, নঙনা অসাই থোইবিবু থাহনা ইসৈ সকপা অদুদি কন্নানা সকউ হাইদনা সকপগে হাই। অদুকতা খম্বনা ঐদি সকতেনা হাইদনা খুম্মি, অদু তাবদা কোংয়াম্বনা নুংঙাইখিদ্রে। মাগি মাগি অচা অথক পুরকপা অদু চানরে, খম্বগি য়োমলিবা থামেন চপ্পা অদু উবদা কোংয়াম্বনা ইতাউ কৈদগিনো হাইনা হংঙি। খম্বনা ইপানা সেং-লম্বা ফৈজোম মচেৎনি হাইনা খুম্মি, কোংয়াম্বনা মপুকতা য়াখিদে। অদুকতগি য়া অমুক হাইরকলে, নংগি লৈনা নাম্মাওই, ঐগী লৈনা নাম্মাওইদনা পাবোৎ নাহনা পুজম্মো হাই। খম্বনা পুয়োই হাই। কোংয়াম্বনা হাই, ঐনা পু হাইরামকতা পুয়োই হাইবদি নপা ইকু পুরেনবনা য়ারকতদনা তৌরা।

য়া অদু তাবদা খম্বনা হাই নঙগুম্বনা ইপা তরাঈ তরাঈ পনবদি করিগিনো হাইদনা খম্বনা ফবচোংসিলহনা কোংয়াম্ববু কোনদনা থাদৈ। অদুকতা কোংয়াম্বনা মপুকতা মাসিদি য়ামনা কল্লি হাইদা কিখি, মচিনদদি কিসিননদে। নঙ ঙসিদি ঐনা মায়োক য়ারমলবদি নঙক তেকলমগনি হাইসিন্নৈ। অদুকতা খম্বনা হয়েং মতুংদা ইপা তরাঈ তরাঈ পনগম্ব হাই, অদুকর্গাদি মাগি মাগি লৈপোন অদু পুরকম্বা ময়ুম ময়ুমদা থুংলরে।

খম্বনা লৈবা লমদি চেঙগে পাৎলেন কৌই, কোংয়াম্বনা লৈবা লমদি য়াওসু খুনদোম কৌই। কোংয়াম্বনা খম্বা অসি-মকতবু য়াম্না নংহলগে হাইনা নিঙলদনা, সুমিৎ তারবা অমম্বদা লাকতনা পাউ চেন্নে, স্নায়াথং সাসিননহনা খম্বনা লৈবা চেঙ-গৈপাৎলেনদা। হয়েং নোংঙাল্গা মোইরাং থাংজিং লাঈ হরাও-বদা, স্নানা মযুং ওইবা লুপানা মফেল ওইবা ফি অদু সেত্ন কাও।

অহু সেঙ্গা কাক্সবদি, নিংথৌগি দণ্ডি তাজগনি হাইরমলগা, কোংয়াম্বদি ময়ুমদা লোম্না চেনপ্লে পাউ চেল্লম্বা অহু তারবদা, মচেম খমন্নুনা খম্বদা তাকলে, অহুকভা খম্বনা হাই। ঐগি লৈজবা অহু সেম্ব। মকাপ্নি হাইবদা, মচেম খমন্নুনা য়াদে, ইপাগি মতাউ থাঙ্গরাকপদগি য়াইরুসি হাইদনা চৎলি থাঙ্গারাকপনা লৈতে হাইদনা পিরকতে, খম্বগা খমন্নুগা অনিমক ইকাই ইকাই হল্লকই।

নোংভাল্লাইদমদা মপা পুরেনবগা, মম্মা ভাংখরৈমগা. অনিমকনা মচ্চা অনিমনা য়াবহু উরহুনা লাঙ্গৈরৈপাকতগি কুমথরক-তুনা খমন্নুগি মমভদা মপানা তাকলৈ। নপাউ ইতাউ থোংলেনগি ময়ুমদা তাবু লুবাক তরা থনম্বনি, নোংভলগা চৎতনা নবিভা-নিনা সেৎনিংবা কি অহু সেংলু হাইদনা তাকলম্মি, মপা পুরেনবনা।

অহুকতগি নোংভাল্লগা, মপা থোংলেনগি ময়ুমদা খমন্নুগা খম্বগা অনিমক চৎলি, থোংলেনদি মাঙ্গোলদা ফমলম্মি। মচিন মপ্‌া চৎসিনহুনা খুরুম্মি, অহুকতা থোংলেম্না নবিভানিদি কনানো হাইদনা হংলম্মি। মচেম খমন্নুনা খুম্মি, ইপাদি পুরেনবা কৌই, ইমাদি ভাংখরৈমা কৌই, ঐগি ইমিংদি খমন্নু কৌই। ইপ্‌া অসিগি মমিং খম্বা কৌই, ইপাগি মরুপনি হাইহুনা মোইরাংগি থাংজিং হয়াওবদা সেংননবা অকবা কি লৈজরহুনা ইপাগি মকমদা কি য়াইজগে হাইহুনা লাকপনি হাই।

অহুদগি থোংলেম্না হাই, ইবেম্মা ইপাদি নথোইবু কাও-রুয়ে। অহুদগি খম্ববু খমন্নুবু চৎলকও হাইদনা কৌসিল্লগা খম্ববু য়েৎভো পম্মি, খমন্নুবু ওইদা পমহুনা থোংলেম্না কপতনা হাই। ইপাদি মরুপকি মফমদা সামুনা ভাইথিদে নিংথৌনা ভাই খভদে, হাইবা অহু ইপাদা থোকলে হাইহুনা যুংসিনা চাম্লম্মি।

নবিঙানিগি দমক সেংননবা হাইহুনা তাবু লুবাক তরা খম্বমি ইতাউনা। থোংলেম্না ৱাক্লগম্ হু ইবেম্মা হাইবি, নহানগি মখৈ নবিঙানিদি কৈদা লৈবগে হংজি। মচেম খমনুনা খুন্নি ইপানা সারম্বা য়ুম অহুদা অহুমলৈ হাইনা খুন্নি।

অহুদগি ইতাউনা সারম্বা য়ুম অহু মল্লৱিনি হাইহুনা থোং- লেম্না মনাই নিপা হুন্দ্ মতাবু হরাওবা কাবা নংনবা সেমহল্লি, অহুদগি মতুংদা খম্বগি মপানা থনম্বা নিংখম সমজিল অহু খম্বনা সেংলে। মচেম খমনু মম্মানা থনম্বা কুমিল সেংলি, মামি লৈত্রেংনা কোকনম ওই। ম্ৱিক পরেং ডকতাসি, অহুদগি মপাগি মতাউ থোংলেম্না খম্ববু লাঈ হরাওবা জগোই তম্বি। মম্মাগি মতা: থোংলেনবিনা খমনুবুস্থ লাঈ হরাওবগি জগোই তম্বিখি অহুদগি খম্বগা খমনুগা অনিমকস্থ জগোই তম্বা লোইরহুনা লাঈ হরাওবদা সেংননবা ফি পুহুনা মযুমদা হল্লকপদা য়ুম সেম্বা লোইবহু উবদা ৱাম্মা হরাওখি।

অহুদগি মচ্চা ইবেম্মা থোইবিগা সেন্নুগা মপু মনাই অনি- মকস্থ। খম্বনা ঙরাংমখৈ লৈ হেকপা অহু লৈ হেকম্মাঃ লাকঅৱিনি হাইহুনা, খম্বগা খমহুগা সেংননবা ফিরোই অমম মম পুহুনা খম্বগি মযুমদা থুংলরে। অহুদা থোইবিগা সেন্নুগা লাকপা মনম্মা খমনুনা উরবদা ইমুংদা কৌসিনহুনা কমহল্লি। অহুগি মতুংদা ঙরাং হেকউবা লৈ অহু থোইবিনা খম্বদা য়েংগে হাই, খম্বনা লৈপোন অহু অহিং লিকলা চাম্ন হাইহুনা মপালদা খম্বদগি থোইবিগি মমাংদা পুসিল্লক্লে। থোইবিনা লৈ অহু উবদা হরাও- খি। অহুগি মতুংদা থোইবিনা লৈ অহু মকোক অমতংদা লৈথোল মাপন মাপন ফাংনা লেংলমলগা, অমস্থং থোইবিনা পুরকপা ফিরোই অনি অহুস্থ খমনুগি মথুংতা পিরমলগা থোইবি মযুম য়োনা হল্লকলে। অসিদগি খম্বগা খমনুগা লাঈ হরাওবা নং- ননবা তয়া চারে।

# লাঈ হরাওবা পনতূপ ।

মোইরাং কংলা পুংজাও থিললে, পুংখোন অতু তাবদা মোইরাং নিংথৌনা চিংবা লৈপাক মিয়াম মোইরাং থাংজিং হরাওকমদা তিনবা লোইরে। অসোমদগু থোইবিনা নিংলিবা পুকনিংদি, ঐনা ঙসি লাঈ হরাওবা কাবদা ইবুঙোতোন খম্ববু লম্বিদা উনরবদি ঐনা নিংলিবা অসি থুংবা ওইরনি হাইনা নিংথি।

খম্বসু থোংলেনগি মনাই অনিগা লোইনহনা চেঙগৈ পাং-লেনদগি লাঈ হরাওবা কারকলে। খম্বনা কারকপদি নিংথম সেংলি সমজিল চিল্লি, খম্বনা ফজবা পানদমদি নিংথৌগি সামু য়াইসনা স্না তাইবোং হাপত্না স্না থৌগল ইনবগুম, খম্বা কাম-জাওহন্না মিচাও সাজং নোম নোম কারকলে।

থোইবিসু কারকপদা সঙ্গেলথোংদা খম্বগা উনহনা পান্নঃ য়ানহনা চানহনা পুকনিঙ হরাওনরে। অসিগি ঙাহাক পোং-থারগা লাঈ হরাওকমদা থুংঙরহনা খম্বনা নিপাক্সপতা ফমখরে, থোইবিনা লৈমারোন মরকতা ফমখরে অতুদগি মপল ইবুংঙো মোইরাং নিংথৌগি পান্না পাম্বোমদা কোংয়াম্বনা লৈরোঈ হুঙবা ওই। খম্বনা মনাও ইবুংঙো চিংখুবা যুবরাজ পান্ন পাম্বোমদা, লৈরোই হুঙবা ওই।

অসিগি মতুংদা থাংজিং, অমসুং নোংসাবা লাঈ মতৈমনাও মরিমক্তা লৈ কংলে। অতুদগি মোইরাং নিংথৌনা চিংবা মনাও ইবুংঙো চিংখুবা, মক্কান ইবেম্মা ইস্রানি থোয়ানা চিংবা থোইবি পোকপি তম্বাক লৈমা অসি পুন্নমকতা কোংয়াম্বনা লৈ কংলি।

অতুদগি মোইরাংগি অঙম্বা চামা হুম্ফু তরেং অতুদসু লৈ থুংলে। মোইরাং নিঙোলদসু য়েনগে হাইহনা চঙলকলে।

কোয়াম্বনা মপুকনিংদা নিংলকপা, নিঙোল ময়াম্মা লৌবিদরবসু থোইবি ভাবুঃ লৌরবদি ঐগি ওকলে হাইনা কোংয়াম্বনা নিংঙি। অমসুং থোইবিনা নিংলম্বদি, ঐনা পামদবা কোয়াম্বনা লৈ য়েনগে চঙলকলে, লৈপাকক্কি মাওদদি অপাম্বা সাসিননগে হাইনা নিংখি। অদুদগি কোংয়াম্বগি লৈ অদু, মিং কৌকম খিনজুনা লৈ অদু থোইবিনা লৌখি। অদুদগি কোংয়াম্বদি মপুকনিংদা থোইবিনা লৈ লৌহোৎরবাদা হয়াওবদি চৎপদা খোঙকাপ থোকতরে, খোঙথাং চুমখিদ্রে। অদুগদি কোংয়াম্বসু লৈ য়েনবা লোইদ্রে।

অদুদগি খম্বসু লৈ কৎপা থাংজিং লাইগি লাইস্বুংদা চংলকপদা, মপাগি মতাউ থোংলেম্মা য়েৎকি খুৎতা পাই। মকু নোংবান চাউবনা ওইগি খুৎতা পাই, খম্বনা য়াইদা চৎলি, মবাই কৈ-রোইজাম্বনা লৈপোন পুদুনা তুংদা চৎলি, লাইকোম্বুংদা চংলকত্তা লৈ লাইদা কৎলে।

অদুদগি তুংদা মোইরাং নিংথৌদা লৈকৎকে হাইদুনা মখোই মরিমক লাকলে। মখোই মরিমকপু উবদা, মোইরাং নিংথৌনা স্না পুকনিং ইপেল পেল্লি। মোইরাং লৈপাক অয়াম্বসু মখোই মরিমক উবদা পুকনিংদা ইপেল পেল্লি। খম্বনা মোইরাং নিংথৌদা কৎপা লৈদি সংত্রে অমা, লাংথৈ অমা। লৈসং খেকয়াইবা অমা, মেলৈ লৈস্না নোংজুবান অমা, লৈ জাৎমরিমক অসি কৎলি।

অদুদা মোইরাং নিংথৌনা পুকনিঙ পেল্লদনা মম্নাপিগে নিঙলে, অদুদগি মোইরাং নিংথৌনা খম্বদা হাই। তয়ুম খম্বা নংগি লৈঃ য়েম্নবা খরাই অসি ঐঙোন্দা থনম্মু, ঐগি পুখম কাপ মাপল পাকপা অসিদা লৈ অদু হাপতনা য়েনজরা হাইদুনা পুখম অদু পিরে। অদুদগি অমুক মোইরাং নিংথৌনা,

তমুম থম্বা নংগি নৈগি মমলনি হাইদুনা স্নরাম্বা ফুরিংস্থু পিরে। অহুদগি স্না থাকোক নুংদগি পান্নঃ খুদপস্থু, মরিমকতা আমম মম পিরে।

অহুদগি ইস্ত্রানি থয়াদস্থু নৈ কৎকে হাইদুনা চংলকলে, ইল্লানি কৌসিল্লি। অহুদগি থম্বগি নৈ জাং মরি অহুস্থু কৎলি. ইস্ত্রানিস্থু য়াম্না হুরাওরদুনা থম্বদা মম্না পিগে হাইনা নিঙলে। অহুদগি লমথাং খুলক নিংথিবা মুকতোক ইকাই কাইহনদনা, থম্বগি সমজিন মখোঙদা ফৈজেং থংজিন পিথি পুথমদা মেনৈ হাপ্না অহুগি মঙালনে, স্নারাম্বা ফুরিংকি মঙালনে লমথাং খুলককি মঙালনে, অহু উবদা থম্বাগি মসক উবদা ইপেন পেল্লি। অহুদগি নিংথৌ মনাও চিঙথুবদস্থু নৈ কৎলে, চিঙথুবনা মাহাকমকি মনমদা কুপ্না পসোং মনথাং অহু থম্বদা পিগ্রে। অহুদগি থোইবি পোকপি মম্মা তম্বাক নৈমাদস্থু নৈ অহু কৎলি, ফি অমা পিথি। অহুদগি থম্বগি মপা, চাউবা থোংলেনগা, অনিমক হল্লকত্না মাগি মাগি ফিদ ঃদা ফমলে। অহুদগি থম্বস্থু মবাই কৈরোইজাম্বগা লোইনদুনা, নৈমারোন মখৈদা নৈ থুংগ্রে।

নৈমরোন মথৈনস্থু থম্বগি মতৌ য়েংবদা স্নংঙাইদুনা নৈগা ফিগা সিন্নথরে। অহুদগিদি মোইরাং নিংথৌগি মনাই পুন্নমক মসিঙ অহু স্নুনা থম্বনা নৈ য়েনথরে। নৈমারোননস্থু ফি ঙমনা য়েনগ্রবনিনা হাইদুনা অঙম্বা পুন্নমকনস্থু মসিঙ স্নুনা ফি আমম মম পিগ্রে। অহুদগি থম্বনা নিংঙোল লোমদা নৈ য়েনগে হাইদুনা থোইবিরোমদা চঙলকলে। থোইবিনা থম্ববু উবদা ঐনা পাম্ব ইবুংঙোতোন নৈ য়েনগে চঙলকলে নৈপাকি মমাঙদা পামদবা সালে হাইনা নিঙগ্রে। থম্বগি মিংকা, থোইবিগি মিংকা অনি

অসি মিংকা মিংকা অপাম্বনি হাইবা খঙনদ্রে। অতুদগী য়াদি ঙাংনখিদে, থোইবিগী লৈ সরুকতি পিরম্মে, মনাই সেন্নু না মবে' গী ইঙ্গিৎ অতু খঙতনা লৈমায়া হংপা লমথাং তক্লক পিখি। অসিগী মতুংদা মুশিরম্বা লৈ য়েনবা লোইখরে লৈপাকম্বুং মঙাই তাউচিং পোলাম্নবা লোইদ্রে।

অসিগী মতুংদা মোইরাং নিঙোল চনিয়াংথৈ, মৌয়াংথাং চনিয়াংথৈ, জগোই থোকলকলে। লাইগী মমাঙদা পুঙগা সেলগা য়েথংলকলে, পেনা খোংবা খোংথংলকলে, বাঁশি খোংবা খোংথংলকলে। তুবা য়াপা জগোই হাগংলকলে, লৈপাক জগোই লোইখরে, অতুদগী নোংবান চাউবনা, চিংগু থাংজিং লাইগী নোংদম খোম্না। খম্বগা থোইবিগা জগোই সাহলগে হাইবা নিঙলকলতুনা, চাউবনা হংগংলে, মোইরাং নিংথৌনম্বু নিঙলম্বগা মাম্নবতুনা মনাও ইবুংঙোম্বু য়ারে।

মম্মান ইবেম্মগা, থোইবি পোকপি মম্মাম্বু য়ারতুনা থোইবি জগোই পোং লোই সেংপা লোইরে। ম্না খুজিনা খুজেং য়েংকা ওইগ সিজিন্নে, ম্নাগী কিয়াংলিকফাংনা থবাকতা লমঙান ওইদ্রে; ম্না লৈত্রেংনা কোকনম ওই। য়াহোং মতু তরেংনা থেংলি, চুবা লৈনা নাপাঃ ইঙান ঙানদ্রে, খুদোন তামবুং য়েংবদা অপ্পি লৈহাও অপোম্বা মানবি মথুং মচ্চাঃ তরামকদা ম্না খুদোপ তক্পা থিনবা ইলঙ ইলঙ লঙিঙ।

মনাই সেন্নু না মাংদা থাই, মবেম্মনা য়াইদা লঙিঙ, মম্মা তরা মাথোইমকনা য়োমতুনা থাংজিং লাইগী লাই মাংদা জগোই সাবা থোকলে অতুদগী খম্বম্বু মপাগী মতাউ থোংলেনগা, হবাই ফৈরৌজাম্বগা অনিমকনা জগোই পোংলোই সেংপিবা লোইরে। থাংজিং লাইগী মমাঙদা জগোই সাহনম্বনি হাইতুনা থোরকলে।

খম্বনা য়েংতা লেপলে, থোইবিনা ওইরোমদা লেপলে। থাগেম্বগি কৈমাওদা, ময়াংওম্বগি কৈনিওদা থবি অনি পোকপওম, মুমিং অনি পালবওম নিংথি হাইদনা লৈপাক্না ওাংনৈ।

মেহৈরাং নিংথৌনা মপুকতা য়ামনা মুংওাইরদনা, ইচ্চাগি জগোই অসিদা পুও য়ৈবা তরেৎ, সেল য়ৈবা মরি, সেলবুও য়ৈবা মরিনা য়ৈহল্লি, পেনা খোংবা তরা মাথোই, বাঁশি খোংবা তরা মাথোই. খোংগৎলি অতুদগি. থোইবিনা খম্বগা জগোই শাগ্রে, অতুদগি কোংয়াম্বদি খম্বা থোইবিগি জগোই উবদা থোই-রাংবনা ফিদাঃদা কমলম্বদগি অমুক হৌগৎলা. অমুক ফমথাই ইরাং লাংওে। মোইরাং লৈপাক অপুম্বা থোইবিগা খম্বগা মথোই অনিমক্কী জগোই অতু য়েংবদা মমিং ইকুপ কুপনদরে ময়া ইকা কানরে, মমিং ইকুপ কুপতনা ময়া ইকা কাথরে, জগোই অতু মুংওাইবনা লাঈ য়াওগ্রে। মুংদাও রাগি মুসিংনা লাঈ য়াওনা সিংলকলে, খম্বগি ফেনা লৈরোং অতুনা থোইবিগি থবুনা খৌরিনা সিবা লিক অতুদা মুংসিংনা সিংলকত্না য়েংলরে। লৈপাক মিয়াম পুম্নমক রা লাউগ্রে মাতু উবদা, অতুদগি লাঈবৌ খুৎকোই লোইগ্রে। মোইরাং নিংথৌসু কোন্নুংদা চংগ্রে. লৈপাক অপুম্বসু ময়ুম ময়ুমদা চৎগ্রে।

অতুদগি নোংওাল্লগা, চিওখুবনা চিংহুনা মোইরাংগি অওম্বা পুম্নমকসু কংলাদা তিল্লে খুলথক খুনথগি, লমজেক জেনগদবা খম্বা কোংয়াম্বা অনিমকনা চিংদনা মিয়াম থুংওরে। কোংয়াম্ববু খুলথাগি লমজেন চেনবা মুকনা পাবগি মকোক হাপলে, মাগি পানাদা নিপা তরা-মওা খনগৎত্না হাপলে খুলথক্কিদা খম্ববুসু মুকনা মকোকা লমজেন চেনবগি মকোক হাপলে, মাগি পানাদা নিপা তরা মওা খনগৎত্না হাপলে। থাঙ্গরাকপনা চিংদনা নিপা মওা লমথাবা

থানরে, চেনগদবা লমদি কাকতা লমহৌবুংদা থোকলে। চিঙ-খুবনা চিংদনা মোইরাংগি অঙম্বা পুন্নমক্কা তিন্নদনা, লমজেন চেনগদবা সুমিংতি হয়েং থোকলে হাইদনা মোইরাং নিংথৌদা হুংগংলে মোইরাং নিংথৌনসু ৱারে ৱামনা ফরে হাইদনা। লৈপাক অঙম্বসু মমুম মমুমদা কুমথরে। অথুদগি কোংয়াম্বনা খম্ববু, লমজেল য়াওহল্লোই হাইথুনা, মথুংদা খুজিল তৌনরে। খম্বগি নিপা তরামঙানসু য়াখি. মাগি পানাদসু ৱাচংলে. অসিনা ঐনা চেনবা ঙমদবা থোকলবদি, লম্বিদা খম্ববু থংহনগে হাইদনা সগোল তোংবা নিপা তরাবু পুখম তরা পিথুনা নেকখি। সগোল তোংবা মখোইসু য়াখি, লমথাবা নিপা মঙা অথুদসু, কোংয়াম্বনা লমজেন চেনকরোই হাইথুনা স্নায়াথং হাইদোকলে হাইদনা হাইগে খম্বদা নঙখোইসু তাই হাইবিয়ু হাইদনা পুখুম অমা পিখি, মখোইনসু য়াম্না কৈ হাইথুনা য়াখি।

---

## লমজেন চেনবা পনথুপ

অথুদগি নোংঙাল্লে হাইরগা, লমজেন চেনগদবা নিপা কুনথ্রা অথু চাক ঙম্না চারগা কোংয়াম্বনা চিংথুনা কারক্লে। লমথাবা মঙামকসু কায়কলে, অথুদগি খম্ববু লাকত্রে হাইথুন, ঙাইনরে। অথুদগি থোইবিনসু খম্ববু লমজেন চেন্বদা সেংনবা থেয়ো কৈজোম অমা, চাননবা পান্নঃ লক্কি, চুঙৌ তাংকক, অসি চিংবা পুমনমক পুৱথুনা, মনাই সেরুনা মাঙদা থা মবেম্না থোইবিনা

ফুংদা চৎলদনা, থম্বগি ময়ুমদা থিনথরকপা থম্বগি ময়ুমদা য়োরে। থম্বা খেয়ো কৈজোম হোংলে নিংথম সেৎলে সমজিনম্ব চিললে, থোইবিনা পুরকপা পাম্না খুদোন চারে, মচেম থমহৃবু খুক্রমহৃনা লমজেন চিংগি হাইহৃনা কারকলে। কোংয়াম্বনা চিংহৃনা ঙাইরিবা মকম অহৃদা থুংঙরে, অহৃদা কোংয়াম্বনা চিংহৃনা ঙাইরিবা মকম অহৃদা থুংঙরে, অহৃদা কোংয়াম্বনা থম্বদা হাই, ইঙাউ নংবুদি লাইরবা লমজেন চেনকয়োই হাইহৃনা স্নায়াথং হাই-দোকলৈ। নঙদি ক:দাগে হাইহৃনা কারকলিবগে হাই, থম্বনা হাই, ঐঙোন্দদি লমজেন চেনকয়োই হাইদনা হাইদোকলবা লৈতে অহৃগি কারকপনি। কোংয়াম্বনা হাই। নংনা থাজদরগা নংগি পানাদস্ব হংঙু, অহুকতগি থম্বগি মপুকতা থনাথ পাম্না: চাবা মাম্নৈ লৈ চিনবা মাম্নৈ মথোইদদি হংলয়োই অস্থমনা নিংথি।

অহৃদগি, কোংয়াম্বনা হাই, স্না য়াথং চেলহল্লোই হাইরবদা নঙনা চৎকদবা লম্বিবু কদাইদনো হাই, থম্বনা ঐনা চৎকদবা লম্বিদি ঙাংথা লমজাও অসিনি কোংয়াম্বনা হাই, নপা ইকু পুরেমবা থোল্লস্বা লমজাওয়া।

অহৃদগি নংনা ইপা-তরাই তরাই পনববু করিগিনো লাহান লৈরাংবদস্ব তরাই তরাই হেক পল্লি হাইহৃনা থম্বানা কোংয়োম্বা তাম্না হেক চোংশিল্লকতুনা কোংয়াম্ববু পাক হেক লাকম্না ওই-ওইননা হংগৎলগা য়েংলোইনানা ওকম্না উকুল ময়কতা থাদরে। থম্বগা কোংয়াম্বগা মৈনরে হাইহৃনা মিয়াম্না থাম্মি, থম্বা মক্লুক-তুনা লৈহৌই, মিয়ামদি কাকতা তাম্না কুমথরে। থম্বনা মপুকতা লাকচৈবা হাইদনা নিঙথি, অহৃদগি মকু নোংবান চাউবনা ইমা-কপু লাকচরনলগনি হাইহৃনা, মনাই নিপা তরামঙা লোইনহৃনা সগোল জোংহৃনা কাথৎলক্লে। মমাক থম্বগা উনরে, কোংয়াম্বনা স্না য়াথংনি হাই থম্বনংদি চেনকয়োই হাইহৃনা, থনমলে ঐবুদি, মথোইদি লম কুমথরে। মকু নোংবান চাউবনা ঐ লৈ নোইরাং

নিংথৌদা চঙসি হাইদুনা চঙমল্লরকলে, মোইরাং নিংথৌনা ইপু লোংবান চাউবা করিনো হাইদুনা হংলম্মি। লোংবান চাউবনা হাই, সনা য়াথংনি হাইদনা কোংয়াম্বনা খম্ববু লমজেন চেনকরোই হাইদুনা থিংলমলে, মাখোইদি লমকুমখরে, মোইরাং নিংথৌনা হাই, ঐদি হাইথিবা লৈতে হৌজিকমা খম্ববুস্নুং কুমহল্লু। মকু লোংবান চাউবগা লোইনদুনা থোকল্লকলে, অদুদগি মবাই লোংবান ফৈরেৌজাম্বনা, সগোল তোংদুনা কারকপা কংলাগি স্নুমাঙদা ওকনরে। লোংবান চাউবনা হাই, পান্নি লোংবান ফৈরে ৌজাম্বা নঙনা মসেনবু কাকতা তাম্না কুমমল্লরু, মোইরাংদা লমজেন চেনবা মিবু লাকচহনগন্নু। মসেন মবাই কুমলকলে থোংলেনস্নু কারকপদা লম্বিদা ওকনরে, মপা খুরুমলদুনা, থোংলেনগা লোংবান চাউবগা অনিমদি কংলাদা লৈহৌরে।

ফৈরেৌজাম্বা মসেন মবাই অনিমদি, তাউথোংলোমদা মিয়ামনা কুমথিবা লম্বি অদু ইনদুনা কুমলকলে কোংয়াম্বগা লোইনদুনা কুমথিবা মিয়াম অদু কাকতা লমহৌবুঙ ম্নোরে।

মানা মানা পুরিবা হৈ-লৈ পুন্নমক চাদুনা চিনদুনা লোইরে, লাঙ্গিগি হাইদুনা লংলা মকোকতা থেৎপা লোইরে। থাঙ্গরাক-পনা চিংবা লমথাবা মঙামনা লৈঃ অমা ফৈনা ইরে, লমজেন চেনগদবদা নিপা কুনথ্রামক অদু খুরু-খুদক ইকুল কুলহল্লে। কোংয়াম্বদদি লম তরামঙা থাপনা থাইগি মতুংদা খুরু-খুদক কুল্লে খম্বগা মবাই ফৈরেৌজাম্বগা নদি, মিয়াম্না লমহৌগদৌরিবা অদু থাপনা উরে। ফৈরেৌজাম্বনা থাপনা লাওরকএ, স্নায়াথং পাউ লাকই চেনকথিরোই হাইদুনা অদুদগি কোংয়াম্বনা তাবদুনা স্নায়াথং থিল্লে লমথারো হাইদুনা লাউই। অদু তাবদা লমং-থাকে হাইদুনা ঙাইরিবা থাঙ্গরাকপনা, থাৱগেদা হাইদুনা স্যা

লাউনা থারে। মিয়াম অতু কোংয়াম্বনাচিংহুনা ওম্নমক অতু হৌগৎ-তনা চল্লকলে।

মশেন মবাইনা কুমলকপাগা লমথংদা ওকনরে, কোংয়াম্বনা খাইবু য়াম্না হেনহুনা মানা মাঙথারকলে। খম্ববু উরগা ইতাউ মঙস্থু কুমলকলবরা হাইহুনা হংলম্মি। খম্বনা স্না য়াথং চেল্লু হাইহুনা কুনলকলে হাইহুনা খুম্মি। কোংয়াম্বনা কৈ হাইহুনা হাইখি, অহুদগি খম্বনা চেল্লম্মো ঐ তাল্লকে হাইহুনা কোংয়াম্বগি লমহৌবা মফম তাম্না কুমথরকলে। লমথাবা মঙা অহুগস্থু, উনরে খম্বনা হাই, চেনখিগনি ঐস্থু লাকপনি হাইহুনা চেলগু স্নায়াথং চেনখিগনি লমথাখো হাইহুনা থাম্মি খম্বনা লমহৌবদি কোংয়াম্বনা লমহৌবা অহুগি মতুংদা লম তরামঙা কোল্লি, মিয়াম্না চেনব মফমদগিদি লম ৩০ কোল্লি। ইবাইদি মিয়াম্ম চেনখিবা অহুদা লৈবিয়ু. ইসেন মবাই চেনমম্নসি হাই, মবাইদি সগোল তোংহুনা চেনগদৌরি। খম্বনা খোঙনা তাল্লককদৌরি, কোংয়াম্বনা চেনখিবগা খম্বনা চেনগদৌরিবগা অসিদি পুংজা মতমদি পুঙ অমা মথাই ওইরে।

অহুদগি খম্বস্থু লাঙ্গৈ খুরম্বা লোইরে, থাঙ্গয়াকপনা লম থারগে হাইহুনা থারে, খম্বগা মসেন মবাই হৌহুনা চেল্লকলে। খরদঙ চেল্লগা মবাইবু ফংলহুনা মবাইগি সগোলবু হেলগৎলককে, সগোল তোংবা মবাইনা খোঙনা চেনবা মসেম্না ইতাউ ফংননবা তানসি হাইহুনা চেনখৎলকই লমথাবা মঙামকস্থু তুংদা তানখৎলকই। খম্বাল হুংসারৌ হাইবা অহু ম্নৌরবদা নিপা তরামঙা ফংঙি, অহুদগি নিপা তরামঙা অহুনা খম্ববু থংকে তৌরম্মি, মবাই নোংবান কৈরৌজাম্বা সগোল সাজে থাহুনা মসেন মবাই হেক চোঙসিল্লকই। খম্বদি মিয়াম মরকতা চোংসিলপ্রে, মবাই কৈ-রৌজাম্বগি শুকলি তেংখন নানথোকম্না তাহৌরে, সগোলস্থু কাকতা

য়োমদা চেনখরে। খম্বদি মিয়াম অতু ইনখুরুম কাউথুরমতুনা চেনগ্রে, খরদং চেল্লগা নিপা তরা অতুমু খংলম্মি, খম্ববু উরগা মখোইনা লাউ ঙসিদি নঙ খঙগনি হাই, খম্বনা কৈ হাইতুনা হোচিল্লকই।

নিপা তরা অতুনা খম্ববু হেক ফাই, খম্বনা হাই হাইদনা, নাহাদি খোঙকম লৈদা খোঙখিন থিন খুদোল লৈদা খংকাউ কাউ। থবাক লুরক ফনদোকলে ঙমসন তোংদম হাঙৈরে। ফিবুল লোকপা ছুইগুমলে, নিপা তরা অতু খম্বনা পাকলাকত্না লংথোকলে, পুরুপ্রাকনা তুহৌরে, খম্বা ফৈরা য়ৈতুনা চেনগ্রে। অতুদগি কোংয়াম্ববু ফংগদবা খজিকতা মঙাইরে, কোংয়াম্বা তাউথোং খুলয়া য়ৌরে মানা নেকলম্মিবা সগোল তোংবা নিপা তরা অতু লৈরম্মি। কোংয়াম্বনা হাইরমমি য়াম্মথোই লাইরেকমু ইতাউ খম্বা চেলখংলকলে, থংত্না, ফাউ থারকলগনু পুথম য়ামদে হাইরবসু ঐনা হাপকংকনি হাইরমলগা কোংয়াম্বা কম্না চেনগ্রে। কোংয়াম্বগা উনরে, নিপা তরা অতুনা খম্ববু উরবদা লাউরকই, ঙসিদি খঙগ-নিদো হাইবদা, খম্বনা য়াম্মথোই তৌরগনু তৌরগনু হাইতুনা হোচিল্লকই। সগোল তোংবা নিপা তরানা খম্ববু কোইশিন্দুনা খম্মি, অতুদগি মোইরাং নিংথৌনচিংবা মিয়ামদি অঙম্বা পুম্নমক্না লোইনতুনা লমজেন চেনবা য়েংগনি হাইতুনা কংলাদা ঙাইরে।

অতুদগীদি থোইবীনা মম্নাই সেম্নগা মচেম খগনুগা মখোই অতু-ম্মকম্মু অউল কৈথেল্দা লমজেন য়েংগনি হাইতুনা ঙাইতুনা লৈরে। অতু-দগিদি মুরারি থৌতনবা নোংবান চাউবগী মনাই অতুনা তাউথোংগী খুলয়াদা সগোন তোংবা নিপা তরানা ফারে হাইবা অসি তারতুনা নোংবান চাউবদা তাকলৈ। অতু তারবদা নোংবান চাউবনা মোইরাং নিংথৌদা হংগংলৈ, ননাইশিং লমজেন চেনগ্রে হাইরতুনা, মোইরাং নিংথৌনা হাই। ইপু নোংবান চাউবা নঙ কুমলুউ

সগোল তোংচ্না, লম্বিদ য়ৈনচ্না লৈবস্থ খণ্ডদে, অদু তায়রবদা নোংবান চাউবনা সগোল কুমলক্লে।

অদুদগী অউল কৈথেল্দা কুশ্মি য়েংগে হাইদনা লৈরিবা খোইবীনা ইপু নোংবান চাউবা নংদি কৈদনো হায়চ্না হংজি, অদুদগী চাউবনা লমজেন থৌগৎলুগে ইবেন্মহল হাইচ্না খুম্মী। খোইবীনা হায়, তমুম সেম্ন নঙ নবুংগোগী চাননবা পান্নঃ লাক্ষ চুঙৌ তাংকক লাক্কবাক মনুংদা হাপলিবা অদু পীখো সেম্না পুচ্না নোংবান চাউবা তন্না চ লক্লে, সেন্নু না হাই, মচেমনা পিরকপনি পুবি-খো। নোংবান চাউবনা খোইবিগি খুদোর্ননি হাইবা মপুকনা নিঙথি, নোংবান চাউবা লাম্ব অসম্বদা লাকচ্না খম্ববু ফারিবা অদু উররে। নোংবান্না লাউরকলে, সগোল তোংবা তরামক ঙসিদি সৈরক্ সু ইয়াক আতোন খম্ববু ফারিবা খণ্ডগনি হাই।

নোংবান চাউবগি খোনজেল তাবদা, সগোল তোংবা নিপা তরা অদু কাইদনা চেনখরে, খম্বগা মকু মম ক উনরম্ভনা নোংবান চাউবনা হাই, নংবু হুজিক ফাবা অদু কনা কনানো হাইচ্না হংজি। খম্বনা মসক খণ্ডদে হাইচ্না খুম্মি, নচেম খোইনা পিরকপনি হাইচ্না লাক্কবাক অদু খম্বদা পিরে, অচা অথক পুমনমক অদু চারে পাংগল খোইনা কল্লে। নত্তাউ কোংম্বাম্ববু ফংননবা তাল্লকউ হাইরমলগা, নোংবান চাউবদি লম্বেন অসম্বদা কাখৎলকলে; অউল কৈথেলদা লৈহোরিবা খোইবনা উরে। ইবুংঙোংোন মপাউ তানিংবনঃ ইশিং থৌরাংবা অদু মঙাইরে ইপু নোংবান অঙম্বা লমজেল কনানা খোইবগে হাইচ্না খোইবিনা হংজি। খুপাক খুমন ওনখোকতনা খুদোনবি খিল্লম্রগা চেনখে নোংবান চাউবদি, খোইবিনা মপুকতা খল্লি। হান্না কুমখিবা কোংয়াম্বদি খোইয়রোই, তুদা কোন্না কুম্বা খম্বানা খোইরগনি হাইনা নিংখি। তমুম

সেন্ন্‌ খুদোনবি থিলম্মিবা অসিনদি লাঈদা ক্ষি কংলু হাইরে, অহুদগি মখোই অহুম্মক হন্নাউরহুনা মামন নোকই। মখোইনা ইল্লিবা কি অহু লাইদা কংলে, অহুংগিদি নোংবান চাউবনা মোইরাং নিংথৌদা ননাইসিং লমজেল লাকলে হাইহুনা হংগংলে।

অসোমদদি খরদগু চেল্লগা কোংয়াম্ববু খম্বনা উরে ইতাউ নোংবান ঐ লাকলে কন্না চেলগু হাইহুন লাউরকই। কোংয়াম্বা খম্বগি মখোন তাবদা সুন্নাই লাওই, কোংয়াম্বনা নিংথি ঐনা পুথম য়াম্না পিহুনা থিংঙেল মখোঙ গুনি থিংববু নমথাইহুনা চেল্লকই হাইনা নিংথি। অহুদগি লৌলিঙবি ময়াম্বুসু হেলগংলকলে খম্বনা কোংয়াম্বম্ন ফংলে, অসাই পুকলি ওৎহুনা তাহৌবা মবাই কৈরৌ-জাম্বা অহুসু সগোল তোংহুনা তাল্লকপা অহু মতাউ অনিবু কং-লরে। মখোই অহুম্মক ঙা থা-লমদাং ইননা চেল্লকলে; অহুদগিদি লৈপাক কুমৈ য়েংলম্বা পুম্নমক লমজল লাকলে হাইহুনা য়া-লাউই, মাগি মাগি পানানা কাকুপ হেক লেপপাহুনা খম্বা চেল্লু নোংবান চেল্লু হাইহুনা লাউনরকলে। য়ামনা থৌগংনরকলে, মিয়া-গি মল্লিনা য়ায়া লাউরে, য়া য়া নিল্লে. অউল কৈথেলদা কুমৈ য়েংঙিবি থোইবিনা, ইপা ইবুংঙো পানা পাম্বোম ঙইল্লিবা কন্না চেল্লু হাইনা লাউই। সতি মপাউ তাবদা খম্বা হন্নাউই; মপুকনিংদা পাংগল হাপকংলি কোংয়াম্ববু পাম্বোম্মনা থোক ইথোকলমলগা চেনগ্রে। অহুদগিদি মোইরাং নিংথৌনা চিংবা লৈপাক অঙম্বা পুম্নমকনা ঙরৈ, কোংয়াম্বগি মপা খাত্রাকপনা চিংবা সাগৈঃ পুম্নমক লোইনহুনা, হোঃ নোংবান কন্না চেল্লু কন্না চেল্লু হাইহুনা লাউই। অহু তাবদা কোংয়াম্বনা চেনথংলকহুনা খম্বগা চপ মাম্নরে অহু-দগিদি চিঙথুবা যুবরাজনচিংবা খম্বগি মপাগি মতাউ থোং.লন, চাউবা পুম্নমক্লা হোঃ অতোল খম্বা ঙসিগি লৈলাঃ অসি নঙ পাইরো হাইহুনা লাওই। অহু তাবদা খম্বনা মোইরাং নিংথৌগি

মনাইদে, মনাও ইবুংঙো যুবরাজগি পানাদি, ইমা লৈমনা পোক-পাদে, ইপা অঙম্বগি মচ্চাদি হাইহ্নুনা লাউরমলগা থম্বা ফৈরা যৈহ্নুনা কোংয়াম্ববু লমতরা থোইগ্রে।

থম্বনা খুহ্নপ তরেৎ রাংনা চোংখৎত্রা লৈসা মচিল থোকলে, অহু উবদা যুবরাজনা চিংবা মখোইগি পানা অহু রা লাউখি, লমজেন থম্বনা থোইখরে।

অহুদগি থম্বগা কোংয়াম্বগা মুকনা সানৌ হাইহ্নুনা মুবনা সানৈ, থম্বনা থাখরে, মাংজোং ভাম্নবম্মু থম্বনা থোইবে, মুক, মুঙ, ফিবুল অসি পুম্নমক তানবদা থম্বনা ইথোই থোইখরে। মোইরাং নিংথৌনা পেল্লহ্নুনা থম্ববু কৌসিনহ্নুনা পোনদোল অমা, খুম-পোন নামা, লৌ-পরি তরামঙা, নিংথৌগি নমগনদা কুপ্পা ইন্নফি অমা, অসি পুম্নমক মন্না ওইনা থম্বদা পিখি। যুবরাজনচিংবা মাগি পানাগি মখৈনা ফি নম্বো নম্বো পিরে থম্বদা অহুদগি মিনাই অনিগি মমলম্মু পিরে। থম্বা পুকনিং হারাউরে, কুমৈ লোই-রহ্নুনা মোইরাং নিংথৌম্মু কোম্নুংদা চংগ্রে, লৈপাক অপুম্বম্মু মযুম মনুমদা হুম্নগ্রে। অহুদগিদি কোংয়াম্বনা মাগি নুংঙাইতবনা লোইখরে লাকচৈদা ইতাউ অতোল থম্বা অসিনা লাকচবদি হাইহ্নুনা মসি-মকতা মহাৎলগে হাঙনা নিংলহ্নুনা। অম্মুক য়াম্না তৌগ্রবদা থম্বা মানা মরাকচরবদি সিবনা হেক মফরে হাইহ্নুনা, কোংয়াম্বনা মযুমদা কুমকই। অহুদগি কোংয়াম্বনা নিংখি হেঃ থাংজিং, নংতনা লাঈ ওইরবদি ইতাউ অতোল থম্বা অসিদা থুনা সিহনবিরো হাইহ্নুনা। অহুদগি কোংয়াম্বনা লাঈ মকতা নিংলগে হাইহ্নুনা ওরাং থংবদা কামতুপ অমা থারে কোংয়াম্বগি মহু অহন্না হংঙি, কৈদৌনগগে হাইহ্নুনা, তৌরগম্মু ইবুংঙো মিগা লাঈগা উনবা হৌনদে অঙাওগাহু থোকলি। অহুদগি কোংয়াম্বনা হাই, হুপি নসিন নংক্তে হাইহ্নুনা মহু-গি রা লৌখিদয়ে; থাবিনৎত্রা লাইয়ুম চেৎগ্রে, আমাই নংতনা লাঈবাউ

চেনগে নিংঙ্গ্রে। কোংয়াম্বা ফি অসেংবা সেংঙ্গ্রে, চাক অশেংবা চাপ্রে, থাংজিংমকতা উরগে হাইহুনা নিংঙ্গ্রে, খম্বামকতা হাংলগে হাই-বগিদমক। খম্বনা লানদবা মরমনা থাংজিং লাঙ্গনা য়াদে। কোংয়াম্ববু লাঙ্গনা মমংদা সোরি সোরি উহল্লে। কোংয়াম্বা লাঙ্গ নিংহনা কাননদে হাইহুন রাখল য়াম্না তৌরে, খম্বগি সিফম খণ্ডরে, অহুদগি নোংঙাল্লগা খুমলদা ওঙবি মচল অহু লাকলে। কোংয় ম্বগি ময়ুমদা থুংলরে, কো য়াম্বনা কদৌবা লাকপগে ইবেম্মা হাইহুনা হংঙি. অহুদা মচম্না. খুম্মি, শলনা ঙাওবনা এলাং কেজোই অমতা মাতোন থংপা ঙমদরে, অহুগি চামনদবনা মোইরাংদা ঙা লৈগে লাকপনি হাইহুনা খুম্মি। কোংয়াম্বনা হাই, ইবেম্ম নংনা য়াম্না ঙাওরে হাইবা অহু করম্বা সলনো হংঙি. ইকোপতা সল অমা লৈববু রাইগনবনা মি মখোন তাবা য়াদরে হাইনা তম্মি।

অহুদা কোংয়াম্বনা নিংঙ্গ্রে, ইতাউ খম্ববু সিহনগদবা সল অসিদা থাকলে হাইনা নিংলহুনা, অহুদগী নোংঙাল্লগা কোংয়াম্বনা মাইবী সারহুনা মোইরাং নিংথৌদা হংগংকে হাইহুনা লাকলে। মোইরাং নিংথৌদি বৈথোপতা থৌগনগা ফমহুনা লৈরম্মি অহুদা কোংয়াম্বনা হংগংলি, ঐবু লোইবা লৈমাবা নবুথৌ থাংজিং লাঙ্গনা, ইকোপতা লৈবা সল অসিবু ঐঙোন্দা কংলু হাইরে। সল অসি কংত্রবদি নিংথৌ পুনসিহল্লোই. অঙম্বা মফম তাহনগে হাইরে, সল অসি কংলবদি নিংথৌ পুনসিহনগে চাক হোংহনগে লৈপাক মুংঙাইহনগে হাইহুনা হ গংলে। অহুদা মোইরাং নিংথৌনা তম্মুম কোংয়াম্বা সল অসি কনাবু কাহল্লু হাইবগে হাইহুনা হংঙি, অহুদা কোংয়াম্বনা হাই, নবুথৌ লাঙ্গনা হাইরকপদি অতৈনা কাবা ঙমলোই হাইরে। খম্বাত্তা কাবা ঙমগনি হাই, অসিনা লাঙ্গনা হাইবা রানি, ননাই ইতাউ খম্বনা ঐঙোন্দা মমাংঙৈদা হাইখিবা রা অমা লৈরি। ইতাউ নোংবান ঐ ইমা লৈমন পোকপনি, ইপা অঙম্বগি

মচানি, ঐ লাইরমল্লে ইকোপকি কাও, তোয়বুঙদা লৈবা কৈ অহুওম্বদা ঐ অমুকতা ফাগে। মোইরাং নিংথৌদা নংনা অমুকতা হংগৎশিয়ু হাইতুনা ঐঙোন্দা পুথম মঙানা য়াচৎলি, ঐনা পুথম লোয়োই হাইববু য়াদহুনা মানা থনম্মি। ননাই ঐনা হনখিগে হাইতুনা কাংথদা কোনহিংমক কানা থম্মি হাইতুনা মোইরাং নিংথৌদা হংগৎলে। মোইরাং নিংথৌনা হাই, তয়ুম নোংবান অহুনা কাও ফাগদবা থম্বনস্তু নংঙোন্দা লাকতুনা ফাগে হাইয়ে, চাগে হাইবা লাঈস্তু নংঙোন্দা মহাইয়ে, মরম অসিনদি কংলা য়াইপুঙ থিনহুনা কোথংলহুনা হাইয়ে। মিয়াম কাদরিঙৈদা থম্বনু হায়ঃ কোথংহনগে হাইনা নিংগে, কোংয়াম্বনা থম্বা কোথংহনসি হাই মোইরাং নিংথৌদা হংগংলে, নিংথৌন কৌৱায়ো হাইহুনা সগাইহু নিপা অনি সিংথয়ে। থম্বা কৌথংতুনা থম্বা কারকলে, অহুদা কোংয়াম্বনা স্নামাঙদা লৈরম্বা অহু হেক উই, অহু উবদা থম্বনা মপুকনিংদা থল্লি, লিংজেল কংতব কোংয়াম্বা লৈরমলে য়া অমা থোকলমগনি হাইনা নিংথি।

স্নামাঙদা থুংলরবদা নিংথৌনা কৌরম্মি, তয়ুম থম্বা কায়কলত্রা নংবু ঐনা কৌবদি নত্তাউ নোংবানদা নংনা কাও ফাগে হাইহুনা পুথম মঙা য়াচৎত্রা কোংয়াম্বনা য়াথংঙি হাইবা অসি, হাইবয়া হাইনা হংঙি। অহুদা থম্বনা থুম্মি, ননাই ঐদি হাইবা লৈতে হাই মোইরাং নিংথৌনা নোংবান নত্তাউ থম্বদি হাইদে, হাইহুনা থুম্মি, নিংথৌগি স্নায়াথং অহু তারবদা কোংয়াম্বনা থম্বদা হাইরকই। নংনা ঐঙোন্দা হাই, থম্বনা হাইদে হাই, অহুদা নিংথৌনা হাই, কোংয়াম্বা নংঙোনদা নত্তাউ থম্বানা হাইরে হাইবা অসি, নংগি তাহোবা কনা লৈবগে, কনাস্তু লৈতে হাইহুনা থুম্মি। সাঃ লাল কাগে হাইহুনা য়াচংলি হাইবা অসি মামাংদস্তু তাথিবা লৈতে; নংনা পংহাই হাইবা ওইরমাল্লে অহুনা নখোই

অনিনা খংনৱিবা অসি তোকলো। মরম অহুনা লাঙ্গনা পাম্বি হাইবা কাও অসি খম্বা নং কাউ হাইনা নিংথৌনা অনিরক হাইবদা, খম্বনা ৱাদে, অহুমলক শুবদা নিংলে। ইপাগি গুণ অসি মাংহল্লরোই হাইহুনা খম্বনা, লাঙ্গনা পাম্বি হাইবা সগ অহুডা ননাই ঐনা ফাগে হাইহুনা ৱারে।

মহু তাবদা নিংথৌনা হয়াওহুনা খম্বদা হাইরকই ইনাওনা পোকপম্ব ইচ্চানি, ঐনা পোকপম্ব ইচ্চানি অহুনা ইচ্চা পোকতবনিনা থোইবি অসি নডোন্দা পিরগে হায়রে। অহু তাবদা কোংয়াম্বনা খম্বা অসি সিরগনি হাইনা নিংলহুনা হায়াওই, অসি মহুনা নিংথৌম্ব হয়াওরহুনা কংলা য়াইপুঙ থিল্লো হাইনা স্নায়াথং পিরকলে। কংলা য়াপুঙ থিনহুনা লৈপাক মিয়াম কৌখংলে, চিঙখুবনা চিংহুনা কংলাদা অঙথা পুমনমক কারকলে, থোংলেনতদি কারকডে। মোইরাং নিংথৌম্ব কংলাদা খোরকলে, অহুদা নোংবান চাউবনা য়া হৌদোকলে, কংলা পুঙজাও য়েবা অসি করিগিনো হাই, অহুদা মোইরাং নিংথৌনা হাইরকই।

কোংয়াম্বগি মমংদা থাংজিং লাঙ্গনা হাইরে, ইকোপত লৈবা সল অসি ফাহুনা কংলু হাইবা মরম অসিনা লৈপাক পাম্বি অঙথা খন্নশি হাইহুনা কৌখংপনি। অহুদা নোংবান চাউবনা ইমাক অসি সলগি মথুংপাকতা সিররগনি হাইনা নিংলহুনা. মপা ইডাউনা লাঙ্গগি সলগি মমল তোলমদে অহুনা লৈপাক মিয়াম চংহুনা সল ফাহনবিম্ব ননাই খম্বা মতোম মকতা ফাহনবা তৌবিগম্ব। অহু তারবদা নিংথৌনা হাইরকই, নংখোই লৈপাকনম্ব ফানিংঙবরা ফাগংবা খম্বনদি য়ারেনা। অহু তাবদা লৈপাকি অঙথা পুমনমক মরল্লুকই। অহুদা খম্বনা লৈপাক মিয়াম মমাংদা চোংখোকল্লা ননাই ঐনা ঐপা ইমাগি গুণ ডাকহুনা ফাও ফাগে হাইহুনা

য়াথমলে হাইনা খুল্মি। অচুদা নিংথৌনা হয়াওহুনা হাই, ঐগি গুণস্থ মমা মপাগি গুণস্থ মাংহন্দে, লৈপাক নখোইস্থ অঙবা নখোইস্থ তাউ, ইথোম থোইবি অসি তয়ুম খম্বদা পিরবনি হাইগা নিংথৌগি য়াথং অচু তাবদা, লৈপাক পুম্নমক য় লাওই। অচুদা মোইরাংনিংথৌনা হাই, ইতাউ খমল নিংথৌদা পাউ হল্লুবা থোকই, লৈপাক পুম্নমকনা ফগনি হাইনা য়াই। থাঙ্গরাকপনা চিংবা নিপা তরামঙা খুমলদা পাউ থঙহনবা চৎলি, খুমনগী কংলাদা খুমলাগী অঙম্বা পুম্নমক তিম্রহুনা লৈরম্মি থাঙ্গরাকপদা হংলম্মি, অচুদা মতাউ ইবুংঙো মোইরাং নিংথৌগি পাউ অসি স্থনা তমলে, খুমলগি অঙম্বা পুম্নমক নিংথৌদা তাকলে। অচু তারবদা নিংথৌনা কংলাদা থোকলকলে ইতাউ নিংথৌগি পাউ অসি লৈপাক নখোইনা করি খম্নরি হাইনা হংজি, খুমলাগ অঙম্বা পুম্নমকনা নতাউ নিংথৌনা সল পাম্মি হাইরবদি মমল লৌবা থোকইহুনা হাইনা থুম্মি। অচুদা নিংথৌনা হাই, লাঙ্গনা পাম্মি হাইরবদি মমল লৌগন্নুসি লাঙ্গগি মপান চামিননসি হাই; মমল লৌদবদা তারে, অচুদা থাঙ্গরাকপকনা হাই, নতাউ ইবুংঙোনা হাইজরকই। খুমল নংগি নরম থোকই কুম্মে য়েংননবা সাগাই সারম্মু হাইজরকই। খুমল নিংথৌনা হাইদোকম্না সাগাই চামরি য়াংথৈ কাও কাকম অচুদা সাই, থাঙ্গরাকপনা হাল্লকম্না নিংথৌদা পাউ তমলরে। মোইরাং নিংথৌনা হারাউরহুনা লৈপাক্তা পাউ চেনথোকউ হাইহুনা, হয়েংদি খুমলগি ইকোপতা কাউ ফাগনি হাইনা পাউ চেন্নে। অসি মতুংদা লৈপাক পুম্নমক ময়ুম ময়ুমদা কুমনল্লে। চিঙথুবদি খম্বা সিরগনি হাইহুনা য়াম্না য়াম্নে, মাগি পানা পাম্বোম নিপানা মতু মচ্চাদা পাউ তম্মে। অচু তাবদা থোইবিদি য়াম্না য়াম্নে, মনাই সেমগা লোইনহুনা খম্বগি য়ুমদা কুমমকতুনা য়া তাম্নরে, ইবুংঙো নঙনা হয়েং কাও

কাগা চৎপদা ঐস্নু নঙগি নতুং ইনগনি হাইরমলগা থোইবি ময়ুমদা হনগ্রে।

অহুদগি নোংঙাল্লগা কংলা য়াইপুঙ থিনহুনা অঙম্বা পুম্নমক কৌখৎতনা মোইরাংনিংথৌ হিরেন তোংলে। ১স্নুং মনাও ইবুংঙো যুবরাজস্নু চাকহি তোংলে, লৈপাক পুম্নমক লোকতাক লাল্লকলে। থাঙ্গ-চিঙ য়েং ওইনৈ, করাং ওই ওইনৈ হৈঙম য়াংবি ইল্লকলে, খুমলগি পানজংপুংদা হি থাংলরে। কাও ফাকম য়ৌনা থোকলকপদা খুমল নিংথৌ লাকলে, মোইরাংগি অঙম্বা চামা হুক্ তরেং খুমলগি অঙম্বা চানি-য়াংখ্খে, নিংথৌ অনিনা চিংহুনা অঙম্বা পুম্নমক সাগাই কাবা লোইরে।

---

# কাও ফাবা পনভুপ্

খম্বনা কাও ফাবগি ৱামরদি মথাদা ইজরি। নিংথৌনা চিংবা পুম্নমক চৎখরব অহুগি মতুংদা খম্বস্নু কাও ফাবা চৎকনি হাইহুনা নিংখম সেৎলে, সমজিন চিল্লে, কবরুং থৌরিনা থ্বাংদা রেৎলে। অহুদা থোইবিস্নু কাও ফাবা মতুংহনগনি হাইদনা অচা অথক য়াম্না পুহুনা মনাই সেম্নগা লোইনহুনা খম্বগি য়ুমদা থুংলরে। অহুদা থোইবিনা হাই, ইবুংঙো নঙনা ঙসি কাও ফাগনি হায়বা অসি, ঐনা সতি অসেংবা ওইরবদি লেপনা ফাবা ওইয়ু ইনম্মগা ইবুংঙানিস্নু লাঙ্গৈনিংবা মতুংহনগনি, ময়ুম সেম্ নঙনা নবুংঙোগি য়ুম সংলম্নু হাইদনা থনমলে। অসি মতুংদা মচ্চা ইবেম্মা থোইবিগা, খমহুগা অনিদি অচা অথক য়াম্না পুহুনা

খম্বগা লোইননা চৎথোকলকলে। লোকতাক খোঙবান ম্নৌরক্তুনা মাচন মনিংনা হিয়াইদা কমত্তুনা খম্বনা হিনাউ সাত্তুনা লোকতাক লাল্লকলে, খুলাক পাংতা হি থাংলে।

খম্বনা উচিল্লাগি চেকয়াদা মাচন মনিং নৈননবা মুংসা থাংপোক অমা থল্লি। অসোমদদি খুমল মোইরাং অনিনা কাও কানি হাইবা খম্ববু লাকতরে হাইনা ঙাংনৈ। অত্তুদগি খম্বনা মচেমগা মচ্চা ইবম্মো থোইবিগা অনিমকপু থনমলগা নৈপাক মিয়াম নৈবা মাইপৈরোমদা চলকলে।

খম্ববু কোংয়াম্বা নৈপাকনা হেকউবদা লাকলে হাইত্তুনা নিঙ্গৈ, খম্বস্থ খুমল নিংথৌদি সাগাই মখোঙদা থুংলরে। অত্তুদা খুমল নিংথৌনা কৌসিলত্তুনা হাই, তয়ুম খম্বা নঙদি খঙলিব্রোই য়ামানা ব্রা হাইগে তাউ, ইবেন থোঙাইস্নুনা লিকলাং অমা লোই। লিকলাং অত্তুগি ব্রা হৌদগি. ইপু অতনবনা ইপু তহনবু হাংকে হাইনা তৌই। অত্তুদা ইপু য়াইমনা ঐবুস্থ হাংদরগনি হাইত্তুনা, মোইরাংদা চেনখি, অত্তুগি ইংদি নঙনি, ইপু হাউরমতনগি ইংদি ঐহাকনি, নঙনা কাউ কাবা লাকপা অসিবু নঙনা কাগে হাইনা য়াবরা? মোইরাংনা নমত্তুনা কাও হাইবরা হাইনা হংঙি।

অত্তুদা খম্বনা খুম্মি..ননাই ঐনা ইম্মা ইপা অনিগি গুণ ঙাকত্তুনা ঐনা কাগে হাইত্তুনা য়াবনি হাইবা অত্তু তাবদা, খুমল নিংথৌ হান্নাউরত্তুনা পান্নঃ খুদপ মঙা পি। নিংথৌগি পসোং নমথাং নমগনদা কুপ্পি, ঐঙনা খুমল নিংথৌ অসেংবা মকতা মওইরবদি নঙসিগম্বুকো কাও অসি কাবা ওইরো হাইনা বরপিরে।

অসিমত্তুংদা মোইরাং নিংথৌ খুল্লমলে, খুমল মোইরাং নৈপাক অনিমকপু পুল্লা খুল্লম্মি অনিমকনা খম্বা নঙ সিকরোই হাইনা বর পিখরে। চিঙখুবা যুবরাজনচিংবা অঙম্বা পুল্লমকপু খুল্লম্বা লোইরবা অত্তুগি মত্তুংদা, খম্বা কাউকাগে হাইত্তুনা লুল্লাংতৌ ময়কতা চংলকলে।

লাইরপুঙ মথকতা কাথংলে, খম্বা মাই নোংপোকপাংনা কাও অসি কদাইদা লৈরিগবা হাইনা য়েংঙে. অহুদস্থ কাও উদে অমুক ঙৈরাং ওনহুনা য়েংঙি, অমুক মখা ওনদনা য়েংঙি। অহুদা কোম মপানদা কাওনা ইসিঙ থকতুনা লৈবা অহু উরে, অহুদা খম্বনা লাওই, মিগি মথোল তাবা ৱাদবনিনা খম্বা তাম্না হোজিল্লকই, সল অহু। অহুদা খম্বনা নিংঙি, মকম অসিদা সল অসিগা ঐগা থেংনরবদি মিয়ামনা উররোই অসুম হাইনা নিংলহুনা, কাওবু লৈপাক মিয়াম লৈবা তাম্না লঙনা লঙনহুনা পুথোকলকতুনা, নিংথৌ অনিগি মমাঙ য়োরে। সল অহুগা খম্বগা অহু উবদা লৈপাক মিয়াম পুম্নমক অহু য়া লাউই, অহুদা খুমল মোইরাং অনিমকনা খম্বা চেল্লে চেল্লে হাইনা ঙাংনৈ। অহুদা খম্বনা তারবদা, ঐ চেনবা নংতে খোঙয়াই ফবা থিবনি, খুমল মোইরাং অনিমক তাবিয়ু ইনম্মা লৈমনা পোকপনি, ইপা অঙম্বগি মচ্চানি, ইনিংথৌগি মনাইদে ননাই ঐ ইমাই ওল্লরোই, অসি হাইরমলগা খম্বা কৈয়া য়ৈহুনা কাও তাম্না চোংসিল্লকই। সলস্থ ৱাইগে হাইহুনা খম্বা তাম্না চোংশিল্লকই অহুদা খম্বনা মচি অনিমকতা থুং য়েং ওই অনিনা পাইরে। সলগা, খম্বগা অনিনা থেংনবা অহুগি মতমদি সনজিং অনিনা থেংনবগি মতমগুম্মি, সারেন নোংসা অনিনা লাকনবগি খোঙফমগি উকুলনা অত্যাদা কাবা অহুমকতনা মুমিং মথোঙ থিংলে। লৈপাক অনিমকতি কুমৈ অহু য়েংবদা মমিং কুপতে, ময়াঃ ইকাঃ কাই; খম্বা সিরগলি হাইনা লৈপাক অনিমক ৱাম্না মুংসাথিনরে, অহুদা থাংজিং লাইগি নোংদমদগি খম্বনা কাওগি মঙকতা কল হেক চোংথহুনা মঙকতা মথুং অনিনা কোল্লি মথোঙ অনিমকনা মচিঃ চিঃ থোঙ অবিদা চেৎনা নেৎলে। অহুদা সল অহুগি মপুকতা থল্লি নিগা অসিগি থিনা ৱাইবা ঙম্বা মিঃ নংতে ঐ চেল্লগে হাইনা নিংলহুনা, মানা

হাম্না লৈরম্বা মাইগে অদোমদা চেনসিন্নকলে। লৈপাক মিয়ামনা ভাঙনহৌই, খুমলগি মখৈনা সলনা মচিঃনা লেংহ্লনা পুথরে হাই, মোইরাংগি মখৈনা মথকতা হুনগৎতুনা পুখরে হাই, অস্নুমনা লৈপাক অনিনা ভাঙনৈ। অতুদা লুরাং তৌরক য়ৌরগা খম্বনা নিঙভি, ঐবু লৈপাকনা সিরে হাইনা ভাঙনরগনি ঐ চোংথরগে হাইহুনা, লৈপাকতা চোংথরে। অতুদা সল অতুনা খম্ববু য়াঙ্গগে হাইহুনা মমাই ওলসিল্লি, খম্বসু সলরোমদা মমাই ওলসিল্লি, মথোই অনিমক মাইয়োকনৈ। কাও অতুনা খম্ববু উবদা য়াম্না কিরে; খম্বনা মপুকতা নিংসিঙলকলহুনা ভাংবা নিংথিবা পামহৈ নংবু নসা ভাংভি হাইবগি, ভাংবা কৌই হাইয়ে। ইপা পুরেনবানা নিংথিদগি য়াম্না পাম্না পুরকই হাইবগি পামহৈবা কৌই, ঐগি ইমিংদি খম্বা কৌই, ইচেমদি খমনু কৌই, নংবুদি ইপা ইম্মানা লোইরম্মি হাইহুনাঃ অতুনা নংবু কোনসিলগে হাইহুনা লাকপনি ঐদি। অস্নুমনা হাইবা তাবদা সল অতুনা লাঙ্গ সলনিনা খম্বনা হাইরিবা পুম্নমক অতু ওম্না খঙভি. অতুদা সল অতুগি মপুক গরং ২ খোংভি, অতুদা খম্বনা ইম্মা ভাংথরৈমনা তারম্বা কবরং থৌরি লৈরি হাইহুনা পুথোকলকই।

থৌরি অতু হেক উবদা সল অতু য়াম্না ভাওরম্বদগি তেথরে, খম্বনা চংসিল্লকতুনা মচীঃ অনিমকতা থৌরি কোংগোই হুকলে অতুদা ইচেম খোইবু হাম্না খঙহল্লুথিগে হাইহুনা সল অতু চিংহুনা খমহুগা খোইবিগা লৈবা অদোমদা চঙলকলে। অতু উবদা মাচল মনিং অনিমক য়াম্না হারাউই, অচা অথক পুরকপা পুম্নমক অতু পুথোকতুনা পিজরে, অতু চাবা লোইরবদা খম্বনা হাই, ইচেমগা নচল নমিংদি চৎলম্মো ঐদি খুমল, মোইরাং অনিমকতা সলগি

পাউ তমলুদরি হাইবা অদু তারবদা, খমনু থোইবি অনিমকতি খম্বনা খুলাকপাংতা থাংলম্বা হি অদু তোংহনা লোকতাক লাল্লক-তুনা ময়ুমদা থুংখরে।

অদুদগি খম্বম্ব মোইরাং নিংথৌনা লৈবা অদু য়ৌনা লাকপদা, পূকচেন ফংতবা কোংয়াম্বনা লোম্না লাংলকতা চংলকতুনা কৈ সাহনা, সল মুনগে হাইহনা তৌরম্মি। খম্বনা লাউরকপা মথোন অদু তাবদা, কোংয়াম্বা চেনখ্রে খম্বদি সল অদুচিংহনা খুমল মোইরাং লৈপাক অনিমককি মমাঙদা থোকলকলে, লৈপাকনা খম্বা সিরবরা হাইববু সলহুম চিংহনা লাকলে হাইনা য়ামনা হারাউই। অদুদা মোইরাং নিংথৌনা কৌসিনহনা উচুক ৈয়কনা কাও পুনহল্লে, অদুগি মতুং সগাই নপকতা কৌথংলে, অকল নকথোং পিজরে, অথৌ ল্লুকপোং চাহল্লে, খুমল নিংথৌ মোইরাং নিংথৌনা চিংবা লৈপাক অঙম্বা য়াম্না হারাওরে। অদুদগি কোংয়াম্বনা ঐ কাও ফাবা য়াওই হাইহনা লাউররে, খুমল মোইরাং অনিমক ইঙক ঙকলে, অদুগি মোইরাং নিংথৌনা কোংয়াম্বনা খুদংসি নখাউ ইতাউগি মরু থুনগে, হাইহনা চংরুবদা, সলনা খম্ববু নমহনা লৈরগলে, ঐনা ইতাউবু কনগে হাইহনা কাওগি মমৈ পাইহনা চিংথোকউই। অদুদা সলনা ঐবু নমলে, অদুদগি খম্বনা সলগি মচিংদা থৌড়ি থুরে, অদুদগি খম্বনা মোইরাং নিংথৌদা কৎলিবা অসিনি।

অদু তাবদা খুমল নিংথৌ মাইরাং নিংথৌ অনিমকনা খম্বদা হংঙি, নতাউ নোংবান কোংয়াম্বনা মাঃ য়াওই কাও ফাই হাইরিবা অসি চুমবরা হাইনা হংঙি। অদুদা খম্বনা খুম্মি ইতাউ য়াররিনি হাইহনা সল অদু ঐ চিংগে হাই, ঐনা চিংগনু হাইবা য়াদে, মানা ইখুৎতগি থৌড়ি লৌহনা চিংঙি। অদুদা সলনা কোংয়াম্ববু নম্মি সলবু কিহনা কোংয়াম্বনা থৌড়ি খাদোকখ্রে অদুদগি সল অসি ঐনা তাম্মহনা ফাহনা কৎচরিবা অসিনি হাইহনা খম্বনা খুম্মি।

মোইরাং নিংথৌনা কোংয়াম্বদা মতাউ খম্বনা হাইরিবা অসি চুম্বরা হাইহুনা হংভি, অদুদা কোংয়াম্বনা চুমদে হাইহুনা খুল্মি। নিংথৌ অনিমকনা হাইরে, খুমল মোইরাং অণ্ডম্বা নংখাই তাউ খম্বনা পুল্লিবা উচুকতগি সল অসি, কোংয়াম্বা নাহাকনা পুন্নমক্কি মমাঙদা চিংঙু হাই। অদুদগি কোংয়াম্বনা সলচিংঙুবা ঙমদরে, নিংথৌনা কোংয়াম্বা নংদি নচিনথি হাইহুনা দণ্ডি তৌই। অদুদগি খুমল নিংথৌনা খম্ববু কৌসিনহুনা হাই, নঙনা কাও ফাবা অসি নুংঙাইরে হাইহুনা, থৈরোং ফৈজোম অমা পি ম্না খুজিং অমাসু পি ম্নাগি নাইল চিঙলাই সাবা অমসু পি, করবং লালফি অমসু পি হিদাকফু লুপা য়োম্বা অমাসু পি, ম্না থাকোকতগি-পানং খুদপ মঙাসু পিরে। অদুদগি খুমলনিংথৌনা খম্বনা হাই, নঙদি মোইরাং নিংথৌগি থৌগল তৌহুনা নংচেম খম্বুবু য়োক-হুনা নুংঙাইনা পাল্লু হাইরে, খুমল নিংথৌগি মনাই অণ্ডম্বা পুন্ন-মকনসু নুংঙাইনা পাল্লু হাইহুনা বর পিরে।

অদুদগি খম্ববু মোইরাং নিংথৌনা কৌসিনখরে, অদুদা মোই-রাং নিংথৌনা হাই, নঙনা কাও ফাবা অসি য়ামনা নুংঙাইরে মরম অদুনা ইনাওনা পোকপদি ইচ্চা গুম্বনি হাইহুনা খম্ববা থোইবি কৌবি মচ্চা সিজ অদু পিরে। নিংথৌগি পসোং নমথাং অমাসু পিরে, খুমল মোইরাং লৈপাক অনিমক খঙলে। অদুদগি খুমল নিংথৌনা হাই, ইতাউ ইবুংঙো মোইরাং নিংথৌ নংসা ওরগনসু হাইহুনা কোংয়াম্বা দণ্ডি লৈরিবা অদু থাদোক পিরে। অদুদগিদি খুমল নিংথৌ মোইরাং নিংথৌ অনিমকনা চিংহুনা মযুম মযুমদা হন-নখরে, খম্বসু নিপা তরামঙা লোইনহুনা সল চিংলকলে। অদুদগি খম্বনা লাকপা লম্বিদি হৈএসহংঙল ফৌগাকচাউ লফুপাং কৈবুল য়াংবি, খোংজাইঙম্বা চিঙজেং সেনত্রা লমখাই সমমকতুনা লাকই

মোইরাং নিংথৌস্থ হিয়েন তোংঙকতুনা লোকতাক ইরাক সম-মকতুনা তুরেল্লুদা হি থাংঙে।

অদুদগি লৈপাক নিংথৌনা চিংবস্থ কংলাদা থুংঙরে, খম্বস্থ কাওগা লোইনহনা থুংগরে, মোইরাং নিংথৌগি মত্তু মহারানীনা চিংহনা কোম্নুংদা লৈবা য়াইপুঙ ৱৈরে। অদুদগি পুম্ন-মক থোরকতুনা অচা অথক লৈপাক পুম্নমকতা য়েনগ্রে, অচা অথক চাবা লোইরতুনা নিংথৌস্থ সংগাইদা লেনসিনগ্রে। লৈপাক পুম্নমকস্থ ময়ুম ময়ুমদা চৎগ্রে, অদুদগি খম্বস্থ ময়ুমদা থুংঙরে, অদুদগি নোংঙাল্লে হাইরগা থাংজিং লাঈদা খম্বনা কাবা কাও অদু কংলুরে।

## উকাই কাপপা পনতুপ।

অদুগিতুংদা মোইরাং লৈপাক অঙম্বা কংলাদা তিল্লে উকাই কাপকনি হাইহনা মনাও ইবুংঙো যুবরা য়াওরে, অদুদগি মোইরাং নিংথৌদা উকাই কাপ্পা থুস্তুপ তেংগিথোকপা কৈঃ গা পুলবা হয়েং থোকএ হাইহনা, মোইরাং নিংথৌদা হংগৎলে। নিংথৌনা য়াম্না হারাউরে অদুদগি নিংথৌনা লৈপাক অঙম্বা পুমনমকতা সকয়ে, কিয়েং নসি হাইখরে। লৈপাক অঙম্বা পুম্নমক ময়ুম ময়ুমদা কুমনরকলে, চিঙখুবনা মাহাকী ফুরিৎ অহক য়াম্বা অদুদগি অপাম্বা য়াওদরে হাইহনা, থোইবিনা, কবোকললোনবদগি লৈহৌবা অমুম নাই-কোক অমা-মথাঈ পিহনা লৈহৌবা অহবু চিঙখুবনা লিংকে হাইনা নিংলে থোইবিবু কোসিনহনা ঈবেম্মা নংগি ফুরিৎ অহু ঐ লিংকে হাঈ, মচ্চা ঈবেম্মা থোইবিনদি খম্ববু লিংহনগে হাইনা নিংঙহনা ইপা ইবুংঙো ফুরিৎতি য়োনগ্রে হাইহনা

খুম্মি। অহুদগি মপা চিঙখুবদি ইকাইহুনা লৈহৌরে। থোইৰিগা মনাই সেম্মগা চৎতুনা খম্বাদা হয়েং উকাই কাপ্পদা নাহাক লিৎলু হাইহুনা পিরুই। অহুদগি নোংঙাম্লে হাইরগা মোইরাংগি অঙম্বা পুম্নমকনা মথোইগি হৌনবা লাইফম পুমনমক তাইখ্রে। অহুদগি থোংলেনগা, মাইবা হনবগা করাং হৈচিঙ অহু তাইব্রে, নিংথৌনা চিংবা পুম্নমক থোক্নি কৈথেলদা উকাই কাপকনি হাইহুনা লাকলে। উকাই হাইবা অহুদি নিংথৌ মরিফু তরা য়েকই মাহু পাইবা নিপাদি নাম্মোই খম্বনা পাই, নিংথৌনা টেন কাপ্পদা য়েকইবদা পানব্রহুনা পাইরিবা মি অসিদা পাল্লবদি ফংতে হাইহুনা খঙনৈ। নিংথৌ য়েকইবা অসিদা পাল্লবদি কৈ হাইনা খঙঙি নিংথৌনা টেন অহু মঙারক কাপবি কোংয়াম্বনা খুত্রগা টেন অহু কোংয়াম্বনা নিংথৌনা কংলি অহুদগি মনাও ইবুংঙো চিঙখুবনা টেল কাপকে হাইহুনা চংলকলে। অহুদগি চিংখুবনা টেল কাপলে, নিংথৌনা পানবা মফমদা হেক পাল্লি, অহুদগি খম্বদা থোইবিনা পিরকপা ফুরিৎ অহু লিৎতুনা চিঙখুবগি টেল অহু খুল্লি, অহুদা মচ্চা ইবেম্মাগি ফুরিৎ উরে, অহুদগি চিঙখুবনা ফুরিৎ অহু উরহুনা মপুকতা য়াম্না সাওরে, খম্বগি টেল অহুলৎনরে, কোংয়াম্বনু কৌসিনহুনা মচ্চা ইবেম্মা থোইবি পিরে, কোংয়াম্বনা চিঙখুবগি টেল অহু অনিরক খুল্লে। মোইরাং নিংথৌনা চিংবা লৈপাক পুমনমক ইঙক ঙকলে, কংলাদা হনজিনহুনা ঙমনমক ইফম ফমলে. অহুদগি মোইরাংগি নোংবান চাউবনা রা অহু হৌদোকলে। অহুদা চাউবনা মনাউ ইবুংঙোনা নমোম ইবেম্মগি পুকনিং খঙদরিঙৈনা কোংয়াম্বদা পিবাবুঃ করম তৌগে হাইহুনা পিরিবনো, অহুদা চিঙখুবনা হাই ঐগি থোগন ফংলে হাইহুনা পি, মোইরাং নিংথৌদি ইকাইবনা মব্দ লুকখ্রে।

অহুদদি চিঙখুবনা হাই নোংবান অঙোম সাগৈ নঙথোইনা হনদকি মঙানি পানবা ইরাঈ হুমিংতা হৈজিং খুদেঙ চাম তরেৎ পুবকউ,

নয়ুমদা থোইবি নমহুনা থিনবিগে হাইবা ৱা অহু তাবদা কোংয়াম্ব-না হায়াউবা লোইরে। মোইরাং নিংথৌস্সু কোন্সুংদা চংখরে, লৈপাক অপুম্বা মবুম ময়ুমদা কুমনবা লোইরে। অহুদগি থোইবিনা ঐনা পাঃদবা কোংয়াম্বদা লৈরোই হাইহুনা, মনাই সেন্নুগা লোই-নহুনা খম্বগি ময়ুমদা কুমমকএ। ইবুংঙোতোন নকুনা পিবা কোং-য়াম্বদদি লৈরোই মংখোইনা হৈজিং-খুদং চামা-তরেৎ পুরবদি, ঐখোইস্সু থুমিৎ য়ুংবদা ঐখোইন, তরেৎ থোইনা নমহুনা পুসি, খম্বনা ফৈ হাইহুনা য়াই। অহু তংহুরমকগা থোইবিদি ময়ুমদা হনখরে, অহুদগি নোংঙাল্লে হাইরগা খম্বদি মপাগি মতাউ কবুই সলাং মাইবগি মখুনদগি থোইবিগি হৈজিং পুনবা হৈ হেকউই খম্বনা হৈ অহু পুহুনা লাকপদা থোইবিগা সেন্নুগা খমনুগা মখোই অহুমমকনা খম্ববু ওকউই।

অহুদগি থোইবি কোন্সুংঙান্না কাহুনা মানা তৌদবা থাক পুন্নমক অহু, মঙ্গান ইবেম্মা ইন্দ্রানীদা খঙহল্লি ইন্দ্র নীনা হায়াওনা য়াই। অহুদগি কুমমকতুনা ময়ুম য়োরে থোইবিদি অহিং নোং-সোইবা নাসিননরে, নোংঙাল্লে হাইরগা কোংয়াম্বগি হৈজিং খুদেং চামা-তরেৎ পুরকএ, মপা চিঙখুবনা থোইবি নারে হাইহুনা কোং-য়াম্বগি ময়ুমদা থিনখিদরে। অহুদগি খম্বগি হৈজিং পুররে অহুগি মতুংদা নাঃবা করে। অহুদগি মঙানি স্নরে হাইরগা মোইরাং নিংথৌনা মচ্চা পোকতে হাইহুনা কংলা সাহোঙ ঙাহোংগে হাইহুনা ৱারৌ সাদানহল্লুই। চিঙখুবনা চিংহুনা সাহোং ঙাহোংলে কংলাদা। অহুদগি চিঙখুবা ময়ুমদা কুম্মকলে, হৈঃ চানিংবনা লাঈ য়াওরে। থোইবিগি মম্মা তরা মাখোইমকতা হৈঃ চাগে হাইহুনা হংঙববু হৈ লৈরমদরে, মচ্চা সিজা থোইবিদা হংঙি, লৈ হাইহুনা পুথোকতুনা মপাদা পিজে। মপানা হায়াউহুনা কৈদগি হৈনো হাইহুনা হংঙি,

থোইশিনা হাই, খম্বনা নাহাল পুরকপা হৈ অহুদগিনি হাইহুনা তাকই। অহুদগি চিঙখুবনা চারোই হাইবা হৈঃ বু নমহুগা পিজে হাইহুনা থোইবিবু য়াম্না সাওরে, চিঙখুবনা খম্বামকতা হাংলগে হাইনা নিঙশ্রে।

---

## খম্ববু সামু খোংয়েংপা পনহুপ।

অহুদগি কোংয়াম্ববু কৌহল্লুরে খম্বা হাংসি হাইহুনা য়া তাম্নরে কোংয়াম্বা য়ামনা হারাওরে, নিপা কুনথ্রা খোমলে অহুদগি খম্ববু কৌখৎলহুনা খোরি কৈথেলদা খম্ববু ফারে, চিঙখুবনা সামু পুরক-তুনা খম্ববু সামুখোঙয়েংলে। অহুদগি মচ্চা ইবেম্মা থোইবিনা তাম্নহুনা চেনখৎলকলে, থোইবিবু উবদা চিংখুংসু বংকাদা চেনখৎলকলে অহুগা কোংয়াম্বনা চিংবা নিপা কুনথ্রামক চেনশ্রে। অহুদগি মবাই কৈরোজাম্বা মকু নোংবান চাউবা মপা থোংলেন অসিনা তাম্নহুনা লাল হৌরকলে খম্ববু থম্নাই লাইকম্নরে। কংলাদা বিচার তৌনবদা মোইরাং নিংথৌনা চিঙখুববু লাল্লি ওকৃতে হাইহুনা তানথোকশ্রে কোংয়াম্বনা চিংবা নিপা কুনথ্রা মকদগি তৌরে। খম্ববুদি মপা থোংলেনগা মকু নোংবান চাউবগা মবাই কৈরোজাম্বগা থোইবিস্থ য়াওরে, খম্বা ময়ুমদা পুখরকলে ইমুংদা থুংরে। অমাসুং ইমাক অতল খম্বা সিকরোই হাইহুনা কোনুংগি অচা অথক ওমনা থিনথৈ, অহুদগি মুনিং মঙানি সুরে হাইরগা খম্বস্থ অনাঃ লাইথকলে। কোংয়াম্বস্থ নিপা কুনথ্রা মকদগি থাদোকলে, অহুদগি চিঙখুবনা মচ্চা ইবেম্মা থোইবিবু কোংয়াম্বদা লৈউ হাইবা অসি লৈগে হাইবরা লৈরোই হাইবরা হংঙু হাইহুনা

মম্মাখোইবু হংহল্লি থোইবিগি নিঙোল কাদা মম্মাপোক্লা ঙাংনৈ, কোংৱাম্বদা নমোম ঐদি নৈবা ওম্মোই হাইদুনা খুম্মি।

অদুদা চিঙখুবনা থোইবিগি ৱা তাবদা থোইবিবু কৌসিন্নি, চিঙখুবনা মচা ইবেম্মাদা হংঙি, ইপানা নোংবান ময়ুমনাকতা নৈবু হাইববু য়ারৱোইরা হাই, অদুদা থোইবিনা খুম্মি। মনাংঙৈদা কাও ফাবদা ইপাগী ইপন ইবুংঙোগনা য়াথং পিখিবা, অদুনা ইমং অনি শুৱরোই সতি পুকনিং লেপপ্রে, থোইবিগি ৱা অদু চিঙখুবনা তাবদা মৈরি মতোনদা নেৎপাশুমনা সাওরে। ঐনা পোকপা ইচ্চানা ঐনা হাইবা ইনত্রবদি নংবু য়োনদুনা নংগি নমলনা হৈ নৈদুনা য়াখোঙ থুমনা য়া কল্লিঙৈদা চাহৌরগে, ইতাউ তুম্নুলাকপাদা মমলদি স্নানা নরেপ তমগে, স্নপানা নকৈ তমদুনা কবো লোন খঙদবা সেম্বি লোন তিন্নদবদা য়োনদুনা মমল লৌগে। অদু তাবদা থোইবিনা খুম্মি। ইপা ইবুংঙো স্নায়াথং মতুং ইল্লগনি নমোম লোইদা কুমলগনি মাই লোকন চাওরৱোই নিঙোন ইহৈতম্বমি হাইদুনা শিংনাম্না খুনপ্রে, থোইবি নিঙোলকাদা চংপ্রে।

---

## লোই থাবা পনতুপ।

অদুদগি চিঙখুবনা মনাই তম্বাকয়ুম হঙ্গববু কৌসিনদুনা চিঙখুবনা ৱা হাই, নখোই নিপা মঙা চৎতুনা থোইবি অসি লোইদা থাক্লরো হাই। অদুদগি নোংঙম্লে হাইরগা, ইবেম্মা থোইবিগা সেম্নগা লোইনদুনা খম্বগি ময়ুমদা খঙহনলুই, অদুদগি থোইবি হল্লকলে, চাক ওমনা চা থকপা লোইখরে তম্বাকয়ুম হঙ্গবগা লোইনদুনা লোইদা কুম্মকলে, অদুদা মনাই সেমন্দি

লৈহৌই অহুদগি খম্বনা ইবেম্মা থোইবিগু লোই কুমগনি হাইবা তারহুনা চৈম্নু অমা পুরহুনা কুম্বি লৈসোক পুওদা ওাইরম্মি। থোইবিনা কুম্মকপদা উনরে, অহুদগি খম্বনা ইবেম্মা থোইবি নংবু লোই কুমগনু হাইবা অসিবু ম্বাররোইদরা হাইনা হংঙি। অহুদগি থোইবিনা সতি-ইপুক লেপত্রে হাইহুনা খুম্বি, অহুদগি খম্বনা চৈম্নু ম্বা মতাং তরেৎ সুবা অমা ইহুৎ সিনবনি পুখে। হাইহুনা পি। অহুদগি থোইবিনা পুহুনা কুমত্রে খম্বম্নু য়ুমদা হনখরে, ইথাই চিঙজিন যোরে হাইরগ। থোইবিনা মপাম মোইরা সমদম য়েংও ন। থাংজিং লাইদা খুরুমহুনা ঐতনবু ঃ সতি ওইরবদি ইমানা য়োম্বি রকপা চায়োম লাঃ লাৎং পাইহুনা লাং নং লেপনা হৌবা ওইরো হাইহুনা লৈপাকতা য়ুডিও। অহুদগি খম্বনা পিরকপা চৈম্নু অহু মতাং তরেৎতগি মতাং অনি ককথৎলি, মতাং মঙা থাকই, মতাং অনিহু খুৎনা পাইহুনা ঐদনবু আপাম্বা থুংগদবা লৈরবদি রঃ নঙ হৌযো হাইহুনা নুপি রাখা হৈতবি রাতোম্মা লৈপাকত য়ুংসিনখরে।

অহুদগি সতিগি রাশকপা অহু লৈপাক লৈমনা তারহুনা রাম্নু হৌহল্লে, অহুদগি ইথাই লালকলে, পুনমচিঙ যোত্রে, তোক-পচিঙ য়োত্রে রাইখোং খুলরাই চংত্রে, উচানপোকপি নুঙবাক-থাবি য়োরগা। অহুদগি থোইবিনা ঐদনবু সতি অসেংবা ওই-রবদি নুঙ নঙ পেৎলো হাইহুনা নুঙ মথকতা মখোঙ অনিনা নেৎলি, মখোঙ অনি অহুম্নু থুমনা চংঙি। খোঙকম অনিমক্কি মরকতা খুবিনা নম্মি, মাগা লোইনরকপা মাপাগি মনাই মঙামক অহুনা ইবেম্মাদি সতি ইসেঙ সেংবনি হাইহুনা ঙাংনৈ। অহুদগি নুঙদ খুদম থনমলগা, তুমু য়োনবা লাকই, তুমুলাকপগি ময়ুমদা থুংঙরে, মম্মা তুমুলাকপিনা লাউ হাইহুনা কৌমিল্লি, মপা

তুমুলাকপনমু কৌরম্মি, অহুদগি নোংঙাল্লগা মাগা লোইমন্নরকপা মপাগি মনাই মঙামক অহুনা তুমুরাকপদা ৱা হাইরম্মি।

মচ্চা ইবেম্মা থোইবি হাইবি অসি, নতাউ ইবুংঙো চিঙ-খুবনা কো য়াম্বদা পিববু লৈরোই হাইবা মরমনা, নংঙোন্দা লোই থারকপনি হাইরমগগা মখোই মঙামকতি মোইরাং তান্না হল্লকতুনা চিঙখুবদা পাউ তম্মুরে। অহুদগি থোইবি হাইবি ইবেম্মা অহুদি মপাগি মতাউ তুমুরাকপনা মক্চাম্নুপি স্নরিক চংনিং খোম্বি কৌসিনহুনা থোইবিগা মত্তা সানহল্লগা নবিঙা লৈমনৌ হাইগ্রে। অহুদগি স্নরিক চংনিংখোম্বিনা য়ামনা হারাউহুন লৈমন্নগ্রে মুমিং তারামঙানি স্নুরে হাইরগা মবিঙানি কাং সাননৈ অহুগা কাং পাংজনদি থোইবিনা থোইরে। তুমুরাকপনা মবিঙনি কৌসিনহুনা ফি সাবা তাননা হল্লি, ফজবদা থোইবিনা হেল্লে, অহুগি মরমনা স্নরিক চংনিংখোম্বিনা থোইবিবু য়াম্না সাওখি।

অহুদগি থোইবিবু নেড়া হাইনা চিঙ অহুদা কাহুনা সিং চলহল্লি লৌবুক তান্না কুমহনহুনা য়েলাঙ কেংঙোই হেকহল্লি, অহুগা লৌসি হাইবা পাং অহুদা কুমহুনা লোং খোলহল্লি। অহুদগি থোইবিদি নোংঙাল্লগা নারে, নাংরে, অহুদগি স্নরিক চংনিংখোম্বিনা থোইবিবু লোং খোললু হাই, থোইবিনা এ নাই ঙমদে হাইনা খুম্মি। অহুদগি স্নরিক চনিংখোম্বিগা খংনরে। মপা তুমুরাকপা য়ৌনরে অহুদগি তুমুরাকপানা চংনিখোম্বি নঙ লাল্লি হাই, ইতাউ চিঙখুবগি মচ্চা সিজ্জা থোইবি হাইবি অসিদি লাঈগি মচ্চানি, চিঙদা কাহুনা সিং চলহলবা ভৌহৈবা নংত্তে, লৌবুকতা য়েলাঙ কেংঙোই হেকহৈদে, পাংতা কুমহুনা লোং খোলহৈদে, স্নরিক চংনিংখোম্বি নঙদি য়াম্না লাল্লি হাইরে। তুমু-রাকপানা য়াম্না সাওরে, ইবেম্মা থোইবি নাহাকতি নত্তা চংনিং-খোম্বিগিদা লৈবা ফংতরে হাইহুনা তুমুরাকপগিদা লৈহনগ্রে অহুদগি

খোইবিনা লোইদা লৈবা থা অহুম সুরবদা. মপা চিঙখুবগি মমঙদা থাংজিংলাইনা থোইবিবু লোই কৌথংলো হাইহুনা হাইরে।

## লোই কাবা পনদুপ :

অহুদাগি মপা চিঙখুবনা, মনাই তম্বাকম্মুম হঙবা কৌসিনহুনা ইচ্চা সিজা থোইবি লোইথাবা কৌথংলো হাইহুনা মখোই মঙামক অহু তুমুরাকপগি তান্না কুমথ্রে। অহুদগি তুমুরাকপা য়োরগা নতাউ ইবুংঙো যুবরাজনা মচ্চা সিজা থোইবিবু লোই কৌথংলো হাইহুনা ঐখোই মঙা'লাকই হাইহুনা তম্মুরে। অহুদগি তুমুরাকপনা য়াননা হারাউরে অহু তাবদা থোইবিসু য়াম্না হারাউরে। অহুদগি নোংঙাল্লগা তুমুরাকপনা মনাই নিপা তারগা, কোন্নাকুবাক তরাগা, কবরং মুকা থম্না হাপ্পি অসি ইবেম্মা থোইবি নঙ লোক্নৌ হাইহুনা তুমুরাকপানা পিরে। অহুদগি থোইবিসু চাবা থকপা লোইরে, মাগি ফিসেংতি লোইকা পোং-লোইনি। অহুদগি মোইরাংদা তৌবদি, মপা চিঙখুবনা কোংয়াম্ববু কৌহুনা, ইচাসিজ থোইবিবু লোই কারকলগনি কুম্বিতাম্না চংতুনা লোইওকচক্র হাইহুনা কোংয়াম্বদা হাইথ্রে। অহুদগি কোংয়াম্বদি য়ামনা হারাওহুনা ময়ুম তাম্না হল্লকলে, অহুদগি কোং-য়াম্বা সংগোল তোংহুনা কুম্বিতাম্না কুমলকলে, অহুগা থোইবিবু ঙাইহুনা লৈরে। অহুদগি থোইবি পোকপি মম্মনা ইচ্চানা পামদে হাইবা কোংয়াম্ববু কৌহুনা লোই ওকচক্র হাইবা অসিদি য়া শুংঙাইতরে হাইহুনা, মনাই সেম্বু কৌসিনহুনা নবুংঙোতোন খম্বদা তাকউ হাই

অহুদা মনাই সেন্‌না খম্বগি ময়ুমতাম্না কুমলকতুনা, ইবুং-ঙোত্তোন ননাউ ইবেম্মবু লোই কৌখৎলো হাইহুনা চৎল্রে। মরম অহুনা ঙসিদি লোই কারকলগনি, নকু ইবুংঙো যুবরাজনা নতাউ নোংবান কোংৱাম্ববু কৌহুনা লোই ওকচল্ল হাইল্রে, কুম্বি তাম্না কুমল্রে। ননেম ইবেম্মনা কোংৱাম্ববু কুম্বিতাম্না কুম-ংনা হাংলু, অহূগা ইবানা কোংয়াম্বা অহু হাংলমলগা ইচ্চাসিজা থোইবিদি নয়ুমদা পুসিল্লো, কোংয়াম্বা হাংলি হাইবগি দণ্ডি অহুদি কিরুগনু, নোংবান অঙম সাগৈ পুমনমকা ইনেমকা থা তরেং ৱাথৎনগে হাইবা ৱারম অসিদি, থোইবি পোকপি মম্মানা হাইবা ৱানি। অহুদগি খম্বস্থু কোংয়াম্ববু হাংলুগদবগি পোৎ-লোই সেৎলে, খুৎস্থু খুৎলাই পাইরে. অহুদা মচেম খমহুনা ইবুংঙোতন কৈদা চংকদৌরিবগে হাইহুনা হংঙি।

অহুদগি খম্বনা খুম্মি, ইচেমহন কুম্বিতাম্না কুমগে নচল ইবেম্মা লোই কারকলগনি, ইতাউ নোংবান কোংৱাম্বদা লোই ওকচৌ হাইহুনা মপা ইবুংঙোনা ৱাথং পিহুনা কোংয়াম্বনা কুম্বিদা লৈরে হাইনা তারে, অহুনা কোংয়াম্বামকতা হাংলুরগে হাইহুনা খুম্মি। অহুদা মচেম খমম্নুনা ইবুংঙোতন ইচন লৈমগি সতি ধর্ম্ম কাইরগনি হাইহুনা থামজিল্লে, অহুদগি খম্বস্থু ময়ুমদা সাজেন তোহুনা লৈরে।

অহুদগি থোইবিস্থু লোই কাগদবগি পোৎলোই লৈতেং লোইরে, অহুদা মপা তুমুরাকপা খুরুমল্লে, মমা তুমুরাকপিস্থু খুরুমলে. মত্তা চংনিংখম্বিনা ইবেম্মা নঙগি নকমদা ঐনা লানল্লে হাই। অহুদগি থোইব দোলাই তোংহুনা মনাই নিপা তরামঙা লোইনহুনা লোই কারকলে অহুদগি থোইবিনা উচান পোকপি মুঙবাক থাবি য়ৌরগা মানা নাহাল লোই কুমলকঙেদা মুঙবাকতা খুদম থনম্বা অহুদা, স্না রূপা কৎলম্মি। অহুদগিদি মচ্চা ইবেম্মা থোইবিদি দোলাই তোংহুনা কারকলে, ইথাই চিঙজিল য়ৌরকলে,

থোইবিনা নাহাল থারম্বা রাগা লাংগা অমসুং লাংলেন রাপন ফারমলে, চংবি লাকোন থল্লমলে, অদুদা থোইবি পে ৎথারম্মি অদুদগিদি মচ্চা ইবেম্মা থোইবি কারকলে কোংয়াম্বগা কুম্বিদা ওকনরে, থোইবিনা নিংঙি কোংয়াম্বগি মথুৎতগি নালথোকনবা লৌসিং ভোরে। অদুদা ইতৈ নোংবান হাইহুনা কৌসিন্নরে, অদুদগি থোইবিনা ঐগি দোলাই অসি নং তোংঙো, নংগি সগোল অসি ঐ তোংগে হাইবা তাবদা, কোংয়াম্বনা য়াম্না হারাউনা য়ারে। অদুদগিদি থোইবি সগোল তোংথরে, কোং-য়াম্বা দোলাই তোংহোরে, অদুদগি ইতৈ নোংবান নংগি সগোল অসি গ্রাংনরা য়েংগে হাই, অদুদা কোংয়াম্বনা য়েংঙু হাইবা অসি তারবদা থোইবিনা মপা চিঙথুবগি মনাই তম্বাকয়ুম হঞ্জবদা মমিং থৎতুনা থঙহল্লম্মি।

অদুদগি থোইবিনা সগোল অমসুং মোইরাংদা ওনহুনা সগোল অমুয়োথরে থোইবিনা অদুদা মনাই সেন্নুনা মবেম্মা থোইবিবু ওককে হাইনা লাকই, অদুদগি থোইবিনা সগোল থোরকপদা মনাই সেন্নবু উরহুনা সগোল মথকতা লাউরম্মি। তয়ুম সেন্নু নঙ তাউ ইপা ইবুংঙো লিংজেল ফংতে, ইপাগি মমুমদা থোরবোই নবুংঙোতনগি য়ুমদা চংলগে হাইহুনা খংহল্লম্মি অদুদগিদি থোইবিদি খম্বগি তাম্না চেনখ্রে, অদুদগি খম্বদা থুংঙে মচেম থমমুগা খম্বগা য়াম্না হারাউরম্মি।

অদুদগি কোংয়াম্বনা দোলাইদগি চোংথহুনা থোইবিবু তাল্লকই। অদুদগি মপা চিঙথুবগি য়ুমদা লাকহুনা হংথৈ। চিঙ-থুবনা সাউহুনা তানখোকখ্রে। কোংয়াম্বনা হল্লকপদা থোইবিনা তোংখিবা সগোল অমসুং খম্বগি চেংগৈ পাৎলেনদা চাবা উরে, অদুদগি সগোল অমসুং কোংয়াম্বনা ফাহুনা পুরকলে। অদুদা খম্বগি য়ুম তাম্না কোংয়াম্বনা চঙলকহুনা থোইবি লৈবরা হাইনা হংঙৈ লৈ

কৈদৌগ'গে হাইহুনা ঙৈগে হাইহুনা তান্নবদা কোংয়াম্বা চেনখ্রে। অহুদগি কোংয়াম্বা ময়ুমদা থুংঙে অহুগা মচ্চা ইবেম্মা থোইবিগা লোইমন্নরকপা মনাই নিপা তরামঙামক অহু দোলাইগা লোইনহুনা মনাই সেন্নুগা ৱাওনা চিঙখুবগি য়ুমদা থুংঙরে। অহুদগি নচ্চা ইবেম্মা থোইবিনি খম্বগি ময়ুমদা চেনখ্রে হাইহুনা তম্মি। অহুনা ৱা অহু তাবদা চিঙখুবনা ইচ্চানা নিংবা থুঙসন্ন হাইরে, ইচ্চাগি নাইউল নিপা তরামক্কা তম্নুম সেন্নু নাহাককা নবেম্মা থোইবিগি লৈবা মফম তান্না চৎলো হাইহুনা খম্বগি ময়ুমদা থুংঙরে। অহুদা থোইবিপা খম্বগা খমনুগাম্ব য়াম্না হারাউরে। অহুদগিদি মচেম খমনুগি লৌসিংনা মকু নোংবান চাউবগা মপা থোংলেনপা মথোই অনিমকতা তাকুউরে। অহু তাবদা য়াম্না হারাউরে অহুদগিদি কোংয়াম্বা য়াম্না সাউনি ঙে, হয়েং নোংঙাল্লে হাইরগা চৈরাপতা ৱা কোংগে কংলাদা ৱা লাউগে হাইনা নিংঙে। অহুদগিদি "নোংঙাল্লে হাইরগা কোংয়াম্বা চাক ওন্না চারগা মাগি লৈজবা পোংলোই সেংসে, মনাই নিপা কুন মঙাগা লোইনহুনা চুঙগা টাগা পাইহুনা কংলানা কারকলে। অহুদগি কোংয়াম্বনা মোইরাং নিংথৌদা হংগৎলে। মচ্চা ইবেম্মাগি পাউ অহু তাবদা কোংয়াম্বা নওকংলাগি য়াই পুঙ থিল্লুরো হাই। অহুদগি কোংয়াম্বনা কংলা পুঙ জাও থিল্লে, পুঙখোল অহু তাবদা মোইরাং অওম্বা পুন্নমক্ কারকহুনা থুংলরে। অহুদগি মকু নোংবান চাউবনা মনাই নিপা তরাদং খম্বগা কাবা লোইনৌ হাইহুনা থাখি। মনাই নিপা কুনমক অহু খম্বগি ময়ুমদা থুংঙরে। অহুদগি মপা থোংলেনপা মকু নোংবান চাউবগা কংলাদা থুংঙরে। অহুদা মোইরাং নিংথৌশু থোকলকলে। মনাও ইয়ুংগো যুবরাজসু কনলে। অহুদগি নোংবান

চাউবদা। ঙসি কংলা ম্রাই পুণ্ড থিনবা করিননো হাইহুনা হংঙি। অহুদা মোইরাং নিংথৌনা ইচ্চা সিজ্জা থোইদিবু কবোদগি লোই কারকলগনি, কোংযাম্বা নঙ ওকচক্ক হাইহুনা ইনাউনা কৌহুনা পিরে হাইরে। কোংয়াম্বগি মথুংতগি খম্বনা নিপা কুনথ্রামকা ভাইরহুনা মুনহুনা পুথি হাইরে, অহুগি বিচার তৌনশি হাইহুনা পুণ্ড য়েবনি।

অহু ভাবদা নোংবান চাউবনা, লৈপাক মমাঙদা কোংয়াম্ববু কৌসিনহুনা হংঙি। কোংয়াম্বস্থ ম্রা পুম্নমক তশ্মি। অহুদগি ম্রা য়াথংনা খম্বা কৌথংলু হাইহুনা সংঙাইত্ত অনি থাগ্রে। অহুগা খম্বগি ময়ুমদা তৌরম্মিবা থৌরাংদি মহ্ নোংবান চাউবনা পিরকপা মনাই নিপা তরা, অমাস্থ কবো নাইউল তরা, অমাস্থ থোংলেনা পিরকপা মনাই নিপা তরা অমাস্থ নিপা কুনথ্রামক মাগি মাগি পোংলোই সেংলে। অহুদগি পোংলোই সেংপা হেক লোইবগা, ম্রা মাথং কৌবা লাকপা নিপা অনি অহু থুংঙরে অহুগা পাউ পুম্নমকস্থ তশ্মারে। অহুদগি থোই-বিনা হাই। ইবুঙোতন ঐগিদমক কংলাদা তৌনবা অসিদি কন্নিস্থ কিরুগনু। অহুগা নতাউ নোংবনগি মথংপাক্তা থাবা তৌগনু হাই। সতি ঐগি য়াসক কাইহনগনু। নিপা পুকচেন মাতোন লোমনরকউ হাই, অহুদগি খম্বস্থ ইবেম্মা পোইবি ইমাই ওল্লরোই হাইহুনা য়াগ্রে। অহুদগি খম্বনা মচেম খমনু পুক্রমলে, ঐ কংলা কারগে হাইরম্মে, অহুদগি খম্বদি হাকভং টানা ওইনা পাই টারোন টানা য়েংতা পাই। অহুদগি মনাই মুবনা ফরাংজি ফিদা মাঙদা পুরে, রূপা থাকোকস্থ থল্লি, মনাই নিপা কুনথ্রামকা লোই-নহুনা কারকলে। অহুদগি লৈপাক লমজাও চংপা পুম্নমক্স্থ কুমৈ ওইনা য়েংঙি। অহুদগি থোইবি মম্মানস্থ নচ্চা সিজ্জা থোইবিবু পোকপি নোংবান মথুংপাক্তা থাবা তৌগনু হাইনা লমথাংদা

পাউ মেল্লকই। অদুদগি খম্বসু কৈ তাইনা ৱারকই, খম্বসু মনাই পুম্নমক্কা লোইনদুনা কংলাদা থু ওরে, অদুগা নিংথৌনা চিংবা লৈপাক পুমনমক্ অওম্বা পুম্নমক্পু খুৱাম্মি। অদুদগি মোইরাং নিংথৌনা কৌশিল্লি, অদুদা তম্নুম খম্বা নংনা ইনাউনা পোকপা ইচ্চা সিজ্বা থোইবিনা লোই কারকপদা. কোংয়াম্বনা ওকুউদুনা পুরক্পদা কোংয়াম্বগি মথুংপাকত্তগি খম্বা নংনা মুসলুই হাইবা, মুনপ্পুবরা মুসলুদবরা নপা ইনাই পুরেনবা নিঙসিংদুনা চুমনা তম্মু ঐ তাগে হাইনা হংঙি।

অদুদগি খম্বনা মথুং অনি লোম্নদুনা ননাই ঐদি মুসলুদে; নচ্চা সিজা ইবেম্মনা কাও ফাওে খুমল মোইরাং লৈপাক অনি খওনা ইপল ইবুংঙো ম্না ম্নাথং খম্বা নখুংপাক্কা মহৌ পুঙজা অহুম-লক পিরবনি। কোংয়াম্বা নঙোনদদি লৈরোই হাইদুনা কোংয়াম্বগি সগোল মুনদুনা ননাই ঐগি ঘুম ওানা চেল্লকই। সত্তি ঐগি ধর্ম্ম ঙাকপিযু হাইনা থুংঙে। ননাই ঐ নচ্চা ইবেম্মগি সত্তি পুক-নিঙঙাক্কে হাইনা কারকলবনি হাইনা খম্মি। অদুদগি নিংথৌনা কোংয়াম্বাবু নঙ্‌ করম তৌই হাইনা হংঙি। অদুদা কোংয়াম্বনা খুম্মি, ননাই ইতাউ খম্বনা মুনপ্রবনি হাইনা খুম্মি। নিংথৌনা হাই, খম্বনা মুনখি হাইবা সাক্ষি কনা কনা লৈ হাইনা হংঙি, অদুদা কোংয়াম্বনা সাক্ষি পুথোকপা ওমদে, অদুদা লৈপাক অওম্বা নখোইনা য়েল্লু হাইদুনা নিংথৌনা পিংথাকলে। অদুদা নোংবান চাউবনা হাই, মোইরাং উরাকপা, লাইজিংহনবা নখোই অনিমকত্তা হাইরিবা বিচার অসি করি থোকই হাইদুনা হংঙি, অদুদা মখোই অনিনা খুম্মি, মুপিনা পামদে হাইদুনা চেল্লবনিনা কোংয়াম্বদা মমল হনবা থোকই। অদুদা নোংবান চাউবনা, মযাওগি নিংথৌদা ওইরবা উরারাকপগি মচ্চা। লাইজিংহনবা ওইরবা মকম তাদুনা

লৈরবা মাঙোন্দা হংঙি। মখোই অনিনা হাইবা অসি চুমবরা হাই অদুদা মকম তাদুনা লৈরমদা লাইঙ্গিংহনবনা খুম্মি। মরম অদুনা লৈমসিজদি মমল হনবা হৌনদে, হাউ খরাম নিংঙোনদনবু হনখনি হাইনা খুম্মি। অদুদগি মপা থোংলেন্না হাই মনাও ইবুংঙোনা কোংয়াম্বদা মচ্চা সিজা থোইবি পিরবনিনা কনা রাখামলে, লাইগি সাক্ষি য়েংঙসি হাই। অদুদগি মোইরাং নিংথৌনা খম্বগা কোংয়াম্বগদা হংঙি। অদুদা খম্বনা করম্বা সাক্ষি তৌ হাইবগে হাইনা হংঙি। অদুদা থোংলেন্না হাই, নংখোই অনি কংলাগি সঙ মমাঙদা টা পাইদুনা, লম তরা ওনথোকতুনা টা হুন্নৌ হাই, হান্না থিনবা নিপা অদুনা মচ্চা সিঙ্গা থোইবি লৌবা, অ দা সতি ধর্ম য়েংনসি হাই। অদু তাবদা খম্বসু কোংয়াম্বসু য়ারে।

অদুদগি কৈ য়ামনা ঙাওরে হাইদুনা ফুবালরাগি লৌমিরাকপা হম্বুবনা কৈ পাউ তম্মরে, অদুদগি থোংলেন্না খম্বগা কোংয়াম্বগা টা থিন্নৌ হাইবা অসি তোকহল্লসি, থোইরেন তাকাক কৈ অসি কাবা ঙম্বা অমদা থোইবি পিসি হাই। অদুদগি নিংথৌসু কৈ হাইদুনা য়ারে, লৈপাক অঙম্বসু কৈ হাইদুনা য়ারে খম্বগা কোংয়াম্বগনসু কৈ হাইদুনা য়ারে। অদুদগি নিংথৌনা নোংবান চাউবা নঙ লৈপাক পুম্নমকতা পাউ চেনথোকতুনা কৈ অদু পন সান্নরো হাইদুনা নোংবন চাউবনা চিংদুনা, থোইরেনতাকতা পম্বাক কোইবা লোইরে। অদুদগি লৈপাক পুম্নমকসু ময়ুম ময়ুমদা কুমনথরে। অদুদগি খম্বনা থোইবিদা পাউ অসি তম্মুরে। অদুদগি মনা চিংখুববু থোইবিনা খুরমলৈএ।

অদুদগি মপানা ইবেম্মা নঙনা নিঙবা খুংলো হাইদুনা ব পিরে। অদুদা সগোল অমগা টা অমগা মনাই নিপা ভরাগা

থোইবিদা পিরে। মম্মাথোইনস্থু য়াম্না হারাউরে, অত্থুদগি থোইবিদি খম্বদা পাউ তম্মরে। অত্থুদগিদি নোংঙাল্লগা, মপা থোংলেম্না খম্ববু কৌথুনা চাক পিজরগা, মপা পুরেনবনা সেংলম্বা পোৎলোই অথু খম্ববু সেংহল্লে। মপানা টা অনি খম্বদা পিরে, অথুগা মনাইনিপা কুনথ্রাম্থ পিরে অত্থুদগি খম্বস্থ ময়ুমদা থংঙরে। অত্থুদগিদি থোইবিনা য়াম্না হারাওরথুনা, ঐনা সতি অসেংবা গুইরবদি কৈ অসি লেপনা ফাবা ওইরো হাই। অত্থুদগি নোংবান চাউবনা, মনাই নিপা কুনথ্রামক খম্বগা কৈ ফাবদা লোইনৌ হাইথুনা পিরকই। অত্থুদগি কোংয়াম্বস্থ কৈ ফাবা চৎকনি হাইথুনা পোৎলোই সেংপা লোইরে, অত্থুদগি মম্মা মপানস্থ বর পিরে, মনাই নিপ চামগা কৈফম তাম্না কুমগনি হাইথুনা লোইরে।

অত্থুদগি মোইরাং নিংথৌনচিংবা, মপা চিঙথুবস্থ লৈপাকফি অঙম্বা পুম্নমক্কা লোইনথুনা থোইরেনতাক্কি কৈফমদা থংঙরে। অত্থুদগি কোংয়াম্বা মনাই নিপা চামগা লোইনথুনা কৈফম তাম্না কুমলকালে। খম্বগা কোংয়াম্বগা মথোই অনিমক থোইরেনতাকতা থুংঙরে। অত্থুদা নিংথৌবু খুল্লমলে অত্থুদগি নিংথৌনা পান্নঃ খুদপ মঙা মঙা পিবি। অত্থুদগিদি নিংথৌনা কৈ ফাবা পন্নং চংঙো হাইথুনা হাইরে, অত্থুদগি মনাও ইবুংঙো চিঙথুবনা চিংবা লৈপাক অঙম্বা পুমনমকপুস্থ খুরুমলে। অত্থুদগিদি খম্বগা কোংয়াম্বগা কৈ ফারগনি হাইথুনা পন্নংদা চংঙে।

---

## কৈঃ ফাবা পনথুপ।

অত্থুদগি কোংয়াম্বনা হাই, ইতাউ খম্বা নঙ মথাপাংবা অসোমদা কৈ থিয়ু হাই। ঐদি ওল্লাং পাংবা অসোমদা থিগে হাই।

কৈ হাইদুনা মখোই অনিমক পনুং চংখরে। অহুদগি কৈ থিবা কোংয়াম্বসু ঔরাংপাংবা মাইগৈদা চংখরে, অহুগা থম্বদি মথা পাংবা মাইগৈরোনদা চংঙি, অহুদা কৈগা কোংয়াম্বগা থেংনরে, অহুদা কোংয়াম্বনা টাগোন টানা থিল্লি। কোংয়াম্বগি টারোন টা অহু কৈগি খুনাওনা থৈথরে, অহুদা কোংয়াম্বনা হাকুতং টানা অমুক থিল্লি, অহুসু কনা খুমাওনা য়ৈংরে। অহুদগি কৈনা কোংয়াম্ববু লাকলগে হাইদুনা চোংসিল্লকলে। অহুদগি কোংয়াম্বনা কৈগি মথাংদা কোনে অহুদা কৈনা কোংয়াম্ববু চিকলে।

অহুদা কোংয়াম্বা সিরে, অহুদগি থম্বনা ভাবদুনা কৈ তাম্না হোচিল্লকলে, কৈগি মখুংতগি থম্বনা কোংয়াম্ববু মুম্ম, অহুদগি থম্বনা কোংয়াম্ববু পুদুনা থোরকলে, নিংথৌদা কংলে। অহুদগি থম্বনা কৈনা লৈবা মফম ভাল্লা চংলকলে, কৈনা থম্ববু কিদুনা চেনখ্রে। অহুদা থম্বনা তাম্নদুনা কৈগি মমৈদা মখোঙ য়েংনা লেংজগা, হাকতং টানা মম্মা কাওনা থিনখরে, অহুদগি মবাই নোংবান কৈরাজম্বনা কৈ অহু পুথোকলদুনা নিংথৌদা কংলে।

অহুদগি মোইরাং নিংথৌনা পেল্লবদা নোংবান চাউবগা থোংলেনগা চংলকলে, অহুদা মোইরাং নিংথৌনা হাইরকই, ইপু থোংলেন চাউবা নখোই অনিমক তাউ, তযুম পুবেনবগি মচ্চা থম্বনা ঙসি কৈ ফাবা অসি হুংভাইরে হাই। মরম অহুনা মপা হাকথকতা সেম্বিরা পনদোল পোমখিলরে মচ্চা থম্বা অসিদা সেম্বিরগে হাইদুনা অহুদগি থম্ববু নকনা কৌসিনদুনা খামেন চম্পা কৈজম নেংগল্লি, স্নাখুজি সিংহল্লি অহুগা স্নরিক অমসু মণ্ডকতা সিহল্লি, স্নাগি কুণ্ডরনাইল য়াম্লহল্লি লমথাং খুলং য়েং-চল্লি, স্নকপা মিনা [illegible]

ফুরিৎহু অমাসু পিরে। কবরং লালফি অমাসু পিরে নিংথৌনা থকপা হিদাকফু ৱাপ্পা য়োনব। অমাসু পিরে, অদুদগি মপানা নাইরম্বা ফম মথোল অদুম হাপলে, অমসু মপানা চারম্বা পোৎচা মসিঙ সুনা পিজগে হাইদুনা, তাউথোংদা লৌ পরি কুনথ্রামঙা পিরে। তোরবুঙ থুমখোং চাহল্লে, লোকতাকতগি সোই অদুম পিজে, অদুদগি হাউথুল পুমনমক পম্নহল্লি, কবো খুলগং পামহল্লি কবুই লোইচেসু পিজে, অদুদগি চুং মাই থাঙবল পাম্বোম লোইসু পিজে, অদুদাগিদি খোইরেনতাকতগি কোনুং য়ৌবা দোলাই তোং না কাউ শাইরে। অদুদগি মবাই ফৈরৌজাম্বাসু সেলুংবাহনগি মথকতা লম্বোংহঙবা ওইহল্লে অদুদগি মপা থোংলেনগা মকু লোংবান চাউবগা মথোই অনিমকপু পাম্নঃ থুদপ পিজে। অদুদগি মবাই ফৈরৌজাম্বনা মনাই মুবগা লোইনদুনা খম্বগি য়ুমতাম্না লাকই; অদুদা থোইবিগা খমনুগা সেন্নুগা মথোই অদুম্মক, লমথাংদা পাউ তাগে হাইদুনা ডাইরম্মি। অদুদা ফৈরৌজাম্বগা উনরে অদুদাগিদি খম্বগি পাউ পুমনমক তমলে, অদু তাবদা ময়ুম হল্ল-কলে। অদুদগি মোইরাং নিংথৌনা চিংবা লৈপাক অঙম্বা পুন্ন-মক্কা লোইনদুন। হল্লবলে, অদুদগি কংলা য়ৌবগা নিংথৌদি কোনুং চংহোরে। অদুদগি চিঙথুবা য়ুবরাজনা খম্ববু বর পিরে। অদুদগি লৈপাক পুমনমকসু ময়ুম ময়ুমদা থুংখরে। অদুদগি কোংৱাম্বসু মনুম য়ৌরগা সিরদুনা মাগি সাগেনা পোংলোইরে। অদুদগি মুমিং তককনি সুরগা চিঙথুবনা মচ্চ ইবেম্মা থোইবিবু কৌরদুনা তয়ুম নাইকোক কুনথা তরেং ইয়োঙ্গ কুনথ্রা হুমখোই সংগাল কুনথ্রা হুমথোই, কোল লিক ফিরোন স্না ফ্রপা ৱাবনা পিরে। অদুদগি পোং পুমনমকা লোইনদুনা খম্বগি ময়ুমদা থিনবিরে। মচ্চা ইবেম্মা থোইবিসু সন্তি পুকনিঙ কাইদাঃ না

মানা নিঙবা থংলে। অছুদগি থম্বাগি মচেম থমন্নুম্ন, মবাই কৈরোজাম্বদা মনাইগা লোইনছনা থিনখরে, অছুবগি মচা নিপা পোকলে, মমিংদি নমগনম্বাংবা সন্নাবা হাইনা কৌএ, অছুদগি থোইবিনা মনাই সেন্নবু ঐগিদমক য়ামনা য়ান্নবনি হাইছনা মানা পাম্বা লোইজা নিঙোনলাকপা মুগনসিংদা পিখরে মনাই মসনম্ন য়ামনা পিরে। অছুদগি থম্বাম্ন মযুম মকৈ হুংঙাইনা সারে, কংলা কাবম্ন দোলাই তোংছনা কারে, নিংথোগা লপ্প তিন্নাদুনা পান্নে, হুংঙাই য়াইবি মন্নাও কাইনা পান্নে ইতি।

সমাপ্ত।